# অথ দশমোঽধ্যায়ঃ।

## তরাশুবা তাঙ্কক।

### বিভূতি যোগঃ

লাইগী শক্তম শায়োন ফোংদোকপা যোগ।

শ্রীভগবানুবাচ।

ভূয় এব মহাবাহো শৃণু মে পরমং বচঃ।
যত্তেঽহং প্রীয়মাণায় বক্ষ্যামি হিতকাম্যয়া ॥১॥

(ভূয়ঃ) অমুকহন্না, (এব) লেপ্পমক (মহাবাহো) হে পাঙ্গলবা, (শৃণু) তাও, (মে) ঐগী, (পরমম্) অথোইবা, (বচঃ) ৱাহৈ, (যৎ) মাদু, (তে) নঙোন্দা, (অহম্) ঐ, (প্রীয়মাণায়) নুংঙাইরবা নঙগীদমক, (বক্ষ্যামি) ঐনা হায়গনি, (হিতকাম্যয়া) (নঙগী) ফননবা নীংদুনা।

১। য়াংকবগী মশক ওইরবা ঈশ্বরনা হায়রমই। হে পাঙ্গল কনবা, অমুকহন্না ঐগী অথোইবা ৱাহৈ অসি তাও; মাসি ঐনা, নঙগী ফননবা নীংদুনা নঙবু ঐনা নুংশিবগীদমক নঙোন্দা হায়রগনি।

অকুপ্পা ৱারোল :— ঐনা মমাঙদা (অধ্যায় ৭ অমসুং ৯ দা হায়খিবা) হায়খিবশিং অদু অমুক হন্না হজিনগনি। ঐগী শংশংবা শক্তম্ অমসুং ঐগী ফোংদোকপা মশক পুম্বা হায়না থিন্দুনা তাকগে। ঐনা মাদু হায়নবা হায়গ্রবসু ঐগী (দিব্য স্বরূপ) লাইগী ওইবা শক্তম্ অদু খঙবদা য়াম্না নুবা মরমনা ঐনা অমুকহন্না নঙোন্দা শন্দোক্না তাকনি। ঐনা লাইগী ওইবা মতিক মগুণ অদু নঙোন্দা হায়গনি অমসুং করম্না থরায় পানবগী মওংদা ঐবু খনগদবা ওইবগে হায়বদু থিন্দুনা তাকনি।

ঐবু তাবদা নঙনা নুংঙাইবা মরম্না ঐনা নঙোন্দা হায়গনি। হৌজিক্তি নঙগী থম্মোই অদুনা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পোক্লি।

ভগবান্না—অভ্তুনবু থৌনা পীবা অমসুং মাবু করাওহনবসু পামই; অদুনা মহাক্না (অর্জুন্না) হায়জদ্রবসু মহাক্না (ভগবান্না) মশানা পাউতাক পীননবা থোরকই।

"পরমং বচঃ"; অথোইবা ৱাফম্।

"পরমম্": অথোইবাঃ লান্থোকপা ঙমদ্রবা অচুম্ববু উৎতুনা (নিরাতিশয় বস্তু হায়বদি ব্রহ্ম)।

হে অর্জুন। নহাক্না ঐগী ৱাহৈশিং অসিদা শিবা নৈতবা রস থকপঙুম্ য়াম্না নুঙাইরে।

ন মে বিদুঃ সুরগণাঃ প্রভবং ন মহর্ষয়ঃ।
অহমাদির্হি দেবানাং মহর্ষীণাং চ সর্বশঃ ॥২॥

( ন ) নত্তবা, ( মে ) ঐগী, ( বিদুঃ ) খঙউ, ( সুরগণাঃ ) লাইগী কাংলুপশিং, ( প্রভবম্ ) থোরকফম্, ( ন ) নত্তবা, ( মহর্ষয়ঃ ) অচৌবা ঋষিশিং, ( অহম্ ) ঐ, ( আদিঃ ) অহৌবা, ( হি ) মরমদি, ( দেবানাম্ ) লাইশিংগী, ( মহর্ষীনাম্ ) অচৌবা ঋষিশিংগী, ( চ ) অমসুং, ( সর্বশঃ ) লম্বী খুদিংদা।

২। লাইগী কাংলুপশিং নত্রগা অচৌবা ঋষিশিংনসু ঐগী হৌরকফমবু খঙদে ; মরমদি হিরম খুদিংদা ঐ অসি লাইশিংগী অমসুং অচৌবা ঋষিশিংগী হৌরকফম্নি।

**অকুপ্পা বারোল :—** "প্রভবম্", হৌরকফম্। মাসি অচৌবা ঈশ্বরগী ওইবা পাঙ্গলবুসু খঙনবা য়াই।

( মহর্ষিঃ ) : ভৃগুগুম্বা। ঐনা অসিগুম্বা লাইশিং অমসুং ঋষিশিংগী অমসুং থরাই পানবশিংগী হৌরকফম ওইবা মরম্না মখোয়না ঐগী হৌরকফমবু খঙবা য়াম্না লুই।

"সর্বশঃ" : হিরম খুদিংদা ; ঐনা লাইশিং অমসুং অচৌবা ঋষিশিং অসিগী হৌরকফম ওইবদা নত্তনা ঐনা মখোয়গী থবক পাঙবা মরম, সুংগী থবক তৌবা, মহৈতম্বা নত্রগা পীবা অমসুং মখোয়গী লৌশিংনচিংবগী লমজিংবীবা মশক্তি।

যো মামজমনাদিং চ বেত্তি লোকমহেশ্বরম্।
অসংমূঢ়ঃ স মর্ত্যেষু সর্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ॥৩॥

( যঃ ) মহাক, ( মাম্ ) ঐবু, ( অজম্ ) পোকপা লৈতনা, ( অনাদিম্ ) অহৌবা লৈতবা, ( চ ) অমসুং, ( বেত্তি ) খঙই, ( লোকমহেশ্বরম্ ) তাইবংশিংগী অচৌবা মপু, ( অসংমূঢ়ঃ ) শুঙ্কত্তবা, ( সঃ ) মহাক, ( মর্ত্যেষু ) শিবা নাইবশিংগী মরক্তা, ( সর্বপাপৈঃ ) ( পাপ ) ফত্তবা থবকশিংদগী ( প্রমুচ্যতে ) লানথোকই।

৩। ঐ অসে পোক্তবা, অহৌবা লৈতবা অমসুং তাইবংশিংগী অথোইবা মপুনি হায়না খঙবা মহাক অদু শিবা নাইবশিংগী মরক্তা শুঙ্কত্রবা মশক্তি, মহাক পাপশিংদগী লানথোকই।

**অকুপ্পা বারোল :–** পরমাত্মা অসিনা তাইবংশিং অসিগী হৌরকফম ওইবা মরম্না মহাক্কী হৌরকফম লৈতে। মহাক অসিনা ( আদি-কারণ ) লাইশিং অমসুং অচৌবা ঋষিশিং অহানবা হৌরকফম ওইবা মরমনা মহাক্কী ( পরমাত্মাগী ) লৈবগী হৌরকফম অমুক লৈতে। মহাক্না হৌরকফম লৈতবা মরম্না মহাক পোক্তবা মশক্তি। মহাক অসি তাইবংশিং অসিগী অথোইবা মপুনি।

"অসংমূঢ়ঃ" : শুঙ্কত্তবা। মহাক অদুনা মহাক্কী মনুংদা লৈবা আত্মা অদুগা অথোইবা আত্মা ( পরমাত্মা ) অদুগা খেন্নদবা মশক্তি হায়না খঙবা মী অদু শুঙ্কত্তবা মীনি। অবিদ্যা নত্রগা খঙদবা মাঙখিবা মরম্না ( অন্যান্য-অধ্যাস ) অমনা অমদা পানশিনবগী মওং ওইবা ( তদাত্ম্য-অধ্যাস ) শুঙ্কৎপা হায়বদি আত্মা অমসুং অনাত্মা হায়বদি আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবগগী মরক্তা অমগা

অমগা হাপচিন্নবা মশক অদুসু লৌথোকখি। মতম অহুম্মক্তা খণ্ডনা নত্রগা খণ্ডদনা তৌবা পাপশিংদগী মহাক অদু কোকলে।

খণ্ডদবা ( অপণ্ডবা ) মীনা মাগী প্রায়শ্চিত্ত তৌদুনা নত্রগা কোকথোক্লবা থবক অমসুং মহৈ অদু চাদুনা পাপ অদু কোকথোকই। তৌইগুম্বসুং মহাক্লা পাপ পুন্নমক্তগী মপুং ফানদি কোক্তে ( অত্যন্ত নিবৃত্তি )। মরমদি, মহাক্লা ফত্তবা সংস্কারশিংগী মপাঙ্গলনা মহাক্লা ফত্তবা ( পাপকী ) থবক্তি অদুম হঞ্জিন হঞ্জিন তৌদুনা লৈ, মরমদি মহাক্লা অজ্ঞান নত্রগা খণ্ডদবা অপণ্ডবা, পাপ পুন্ন-মক্কী মরু অমসুং মাদুগী মহৈগী মশক ওইবা ( অহংকার ) ঐ অমসুং ঐগী হায়বা রাখল, অমসুং অধ্যাস নত্রগা নত্তবা পোত্তা হাপচিনবা-থোনজিনবা নত্রগা হকচাং অসি "ঐ" নি হায়বগী রাখল অসিদি কোক্তি। মহাক্লা শিগ্রবদসু, ফত্তবা সংস্কারগী পাঙ্গল অদুনা চেন্নদুনা মহাক্লা মতুংগী মপোক্লা ফত্তবা থবক তৌবদা পুক্লিং চণ্ডশিল্লি। তৌইগুম্বসুং মুনি নত্রগা ব্রহ্মজ্ঞাণীদি পাপ পুন্নদগী মপুং ফানা কোকথোকই. মরমদি, পাপ পুন্নগী হৌরকফম ওইবা ( অজ্ঞান ) খণ্ডদবা অপণ্ডবা, অমসুং মসিগী মহৈগী মশক ওইবা দেহ অধ্যাস নত্রগা হকচাং অসিবু আত্মানি হায়না আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবগা মহৈ মহৈ থোক্সিন্নবনা মরম ওইদুনা পোকপা অরানবা রাখল পুন্নমক অদু সংস্কার অমসুং পাপ পুন্নগা লোয়ননা কোকথোক্লে। সংস্কারশিং অদু মরু ডৌথোকপগুম পুন্নমক মৈ থাদোক্লে। ডৌথোক্লবা মরুনা ( ময়োল চোংদুনা ) হৌরকপা ডমগদবগুম ডৌথোক্লবা সংস্কারশিং অদুনা অমুক হন্না থবকশিং নত্রগা মতুংগী মপোকশিং অমুক থোরকহনবা ডমদে।

মথাগী মরমশিং অসিনসু, ঐনা তাইবংশিং অসিগী অথোইবা মপুনি।

বুদ্ধির্জ্ঞানমসংমোহঃ ক্ষমা সত্যং দমঃ শমঃ।<br>সুখং দুঃখং ভবোঽভাবো ভয়ং চাভয়মেব চ ॥৪॥

( বুদ্ধি ) লৌশিং, ( জ্ঞানম্ ) লেপ্লবা রাখল, ( অসংমোহ ) শুদ্ধৎতবা, ( ক্ষমা ) ঙাকপিবা, ( সত্যং ) অচুম্বা, ( দমঃ ) হকচাং লাকশিনবা, ( শমঃ ) অঙৈংবা, ( সুখম্ ) নুঙাইবা, ( দুঃখম্ ) অনাবা, ( ভবঃ ) পোকপা নত্রগা লৈবা, ( অভাবঃ ) লৈতবা, ( ভয়ম্ ) কিবা, ( চ ) অমসুং, ( অভয়ম্ ) কিদবা, ( এব ) সু, ( চ ) অমসুং।

৪। লৌশিং, অরেপ্পা রাখল, শুদ্ধত্তবা, ঙাকপিবা, অচুম্বা, হকচাং-লাকশিনবা, অঙৈংবা, নুঙাইবা, অনাবা, পোকপা নত্রগা লৈবা, শিবা নত্রগা লৈতবা, কিবা অমসুং কিদবসু।

**অকুপ্পা বারোল :**— লৌশিং হায়বসি অন্তকরন্না ( মুংগী ইন্দ্রি নত্রগা খুৎলাই ) না য়াম্না অকুপ্পা পোৎশিং খণ্ডননবগী পাঙ্গলনি। অরেপ্পা রাখল হায়বদি আত্মা নত্রগা পরমাত্মাগী লৌশিং। শুদ্ধৎতবা হায়বসি শুদ্ধৎপদগী নানথোকপা হায়বনি। খুদক অদুদা করিগুম্বা অমা তৌনবা নত্রগা খণ্ডনবা থবক্তা অক-ক্ষত্ত খন্দোক খঞ্জিন তৌবগী থবক অদুবুসুনি। খাণ্ডবা কনবা হায়বসি চৈরবা

নত্রগা লান্দারক্লবা মতমদা পুক্লিং লাঙবা লৈতবা অদুবুনি। চৈরবিবা নত্রগা লান্দারক্লিবা মীশিং অদুগী মাঙননবা নত্রগা ফত্তনবা তৌদবা অদুবুস্থু খাঙবা কনবা খঙনৈ। খাঙবা হায়বসি অধ্যাত্মিক, অধিদৈবিক অমস্থুং অধিভৌতিক হায়বা মথল অহুমগী অরাবা ( তাপ ) গী নীংঙমদবা ( রাবা ) বু লৈত্তনা খাঙববুস্থু খাঙবা কনবা কৌই। অরুম্নচিংববু অধ্যাত্মিক্কী অরাবা কৌই। য়াম্না ঈংবদগী য়াম্না শাবদগী, নোং য়াম্না চুমনবদগী, নোংমৈ শীংজঙ, নোংথাংদগী অরাববু অধিদৈবিক্কী অরাবা কৌই। বৃশ্চিক হায়বা তিন্না চীকপা, লিন্না চীকপা, লমগী শাশিংদগী অরাবা ফংবা অদুবু অধিভৌতিক্কী রাবা কৌই। অচুম্বা হায়বদি চপচাবা থৌদোক অদু হায়বনি। চপচানা থাঙ্গৎশেংনা তাকুবা নত্রগা উরুবা পোৎশিংগী চপচাবা জ্ঞান অদু তাকপবুনি। মাসিদা থৌদোক অদুগী অথোইবা নত্রগা হেজিংনবা নত্রগা শেমদোকপা কবিস্থু লৈতে।

দম নত্রগা হকচাং লাকশিনবা হায়বদি মপানগী হকচাং কায়াৎশিং ( ইন্দ্রি ) বু লাকশিনবা হায়বনি। মাসি নাকোং, উনশা, মিৎ, লৈ্যং অমস্থুং নাতোন হায়রিবা ইন্দ্রিশিং অসিনা মখোয় মখোয়গী পোৎ ওইবা মথংশিংনা মখোন, শোকপা, মঙং, অহাউবা চাননবা পোৎ, অমস্থুং মনম মুংশিবা পোৎশিং অসিদগী লৌথোকপবুনি। শম হায়বদি অঙৈংবা হায়বনি, হায়বদি ইন্দ্রিশিংগী মপানগী পোৎশিংবু থনবা পুক্লিংবু খাম্বদগী অমস্থুং ইন্দ্রিশিংগা শমনহন্দবদগী থোরকপা পুক্লিংগী অতপ্পা অমস্থুং অঙৈংবা অদুবুনি।

"সুখম্" : নুঙাইবা। ধর্ম্ম নত্রগা অচুম্বনা মরুওইবগী মরম ওইবা অমস্থুং থবায় পানবা পুন্নমক্তা চানবা ওইবা অদুবু নুঙাইবা হায়বনি। "দুঃখম্" : অধর্মনা মরুওইবা অমস্থুং মাদু থবায় পানবশিংগী চানদবা অদুবু অরাবা হায়বনি। মাঙদা লাক্কুনা লৈবা অদুবু ভব কৌই। সৎ হায়বসি ভবনি। অসৎ হায়বসিনা অভাবনি।

অহিংসা সমতা তুষ্টিস্তপো দানং যশোঽযশঃ।
ভবন্তি ভাবা ভূতানাং মত্ত এব পৃথগ্বিধাঃ ॥৫॥

( অহিংসা ) মাঙনবা-নওবা, ( সমতা ) চাং মান্নবা, ( তুষ্টি ) পেনবা,, ( তপঃ ) তপস্যা ( অরাব খাঙবা ), ( দানম্ ) দান তৌবা, ( যশঃ ) মিংচৎ, ( অযশঃ ) মিং অথিবা, ( ভবন্তি ) থোরকই, ( ভাবাঃ ) গুণশিং, ( ভূতানাম্ ) থবায় পানবশিংগী, ( মত্তঃ ) ঐগীভোন্দগী, ( এব ) মথন্তমক, ( পৃথগ্বিধাঃ ) অতোপ্পা মথলশিংগী।

৫। মাঙহন্দবা, চাংমান্নবা, অপেনবা, ( দান তৌবা ) কৎথোকপা, মিংচৎ, মিং অথিবা, ( মখোয়শিং ) থবায় পানবশিংগী অতোপ অতোপ্পা মথলগী মগুণশিং অসি ঐগীভোন্দগীদা থোরকই।

**অকুপ্পা বারোল :—** অহিংসা হায়বসি রাখল, রাহৈ অমস্থুং থবক্তা হিংদুনা লৈরিবশিং অসিদা মাঙনবা তৌদববুনি। সমতা হায়বসি কনাগুম্বা অমনা নুঙাইবা অমস্থুং নুঙাইতবা পোৎ ফংবা

মতমদা রাগ ( অপাম্বা ) নত্রগা ( দ্বেষ ) পামদবা অনিমক অমত্তা লৈতবা মওং অদুবুনি। কনাগুম্বা অমনা নুঙাইবা পোৎশিং ফংবা মতমদা ( হর্ষ ) হরাওবা নত্রগা নুঙাইতবা পোৎশিং ফংবা মতমদা ( শোক ) নুংনাংবা অনিমক অমত্তা লৈতববুনি। তুষ্টি হায়বসি অপেনবা নত্রগা ওকল-ববুনি। পেল্লবা মী অমা হায়বসি নহালমুক মপোক্পা মরম ওইদুনা ফংবা পোৎ পুম্বদা নুংঙাই। হৌজিক হৌজিক তান্দুনা ফংবশিং অদুনস্ত মহাক নুঙাইদুনা লৈ। মহাক্না করাম্বদগী নান-থোকই অদুনা মহাক্কী পুক্নিং লৈতাবা হায়বত্র লৈ। অপেনবা হায়বদুনা মী অমবু য়াম্না ইনাক খুলহল্লি। মাসিনা করাম্ববু মাঙহল্লি। করাম্বা হায়বসিনা ইনাক খুনবা মী অমবু অনিবশিং ( ভিক্ষারী ) দগী অনিবা অমা ওইহল্লি। করাম্বা মী অমা হায়বসিদি মতমচুপ্পা পোত্থাফম লৈতে ( ইরাঙ লাঙই )। তপ হায়বসি চন্দ্রায়ন অমসুং কৃশ্চর ব্রত ( চরা হেনবা অমসুং তপ্পা তপ্পা চাননবা চিঞ্জাক হন্থহনবা ) তৌদুনা হকচাংবু অরাবা পীদুনা ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনববুনি। চরা হেনবনা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিংগী মপাঙ্গলবু হন্থহল্লি।

দানম্ হায়বদি কৎথোকপবুনি। কনাগুম্বা অমনা লৈজবা পোৎশিং অদুগী মতুংইন্না অতোপ্পশিংগা শরুক য়েন্নববুনি নত্রগা চাক, সনা, ফিনচিবা মফম অমসুং মতমচানা মহাক্না অমুক হন্না্রোইদবা, মতিক চাবা মী অমদা য়েন্থোকপবুনি।

"যশঃ" : অফবা নত্রগা ধর্মগী থবক তৌদুনা মীংচৎ ফংববুনি।

"অযশঃ" : ফত্তবা নত্রগা অধর্মগী থবক তৌদুনা মীংচৎ-অথীবা ফংববুনি।

হিংদুনা লৈরিবা মীওইশিংগী. মাগী মাগী থবক্কী মতুংইন্না অতোপ অতোপ্পা মগুণশিং অসি তাইবং পুম্বগী মপু ওইরিবা ঐঙোন্দগীতা থোরকই।

মহর্ষয়ঃ সপ্ত পূর্বে চত্বারো মনবস্তথা।

মদ্ভাবা মানসা জাতা যেষাং লোক ইমাঃ প্রজাঃ॥৬॥

( মহর্ষয়ঃ ) অচৌবা ঋষিশিং, ( সপ্ত ) তরেৎ, ( পূর্ব ) কুইরবা, ( চত্বারঃ ) মরি, ( মনবঃ ) মনুশিং, ( তথা ) সু, ( মদ্ভাবাঃ ) ঐগুম্বা মপাঙ্গল লৈবা, ( মানসাঃ ) পুক্নিংদগী, ( জাতাঃ ) পোক্লবা, ( যেষাম্ ) মখোয়শিংদগী, ( লোকে ) তাইবং অসিদা ( ইমাঃ ) মখোয়, ( প্রজাঃ ) হিংদুনা লৈরিবশিং ॥৬॥

৬। অচৌবা ঋষি তরেৎ, অকুইবা মরি, অমসুং মনুশিংসু, ( মখোয়গী পুক্নিংশিং অদুনা ঐঙোন্দা লেপ্তুনা লৈবা মরমনা ) ঐগা চপমান্নবা মপাঙ্গল লৈরবশিং অসি ( ঐগী ) পুক্নিংদগী পোকপনি ; তাইবং অসিদা লৈরিবা থরায় পানবশিং অসি মখোয়দগী ওইরকই ॥৬॥

**অকুপ্পা বারোল :** – অহৌবদা ঐ ইতোমতা লৈরমই অমসুং ঐঙোন্দগী পুক্নিং থোরকই ১সুং পুক্নিংদগী ঋষি তরেৎ হায়বদি ভৃগু, বশিষ্ঠ, অমসুং অতৈ অতৈ, কুইরবা কুমার মরি নত্রগা সনক,

সনন্দ, সনৎকুমার অমসুং সন্যসুজাতা হায়বা পুন্সিচুপ্পা ব্রহ্মচারী ওইবা; থাইনগী সবর্নিশিং হায়না খঙনবা, ঐঙোন্দদা মখোয়গী রাখল অদু চিংশিল্লবা অমসুং মরম অদুনা ( দিব্য শক্তি ) লাইগী ওইবা পাঙ্গল অমসুং অথোইবা লৌশিংবু লৈরবা মনু মরি অসি পুরক্লিংদগী থোকপনি।

কুমার মরি, অশেংবা বাল সন্যাসীশিং অসিনা লুহোংউ অমসুং মচা শন্দোকউ হায়বা য়ারমদে। মখোয়না নৈষ্টিক ব্রহ্মচারীশিং ওইনা লৈবা পামলমই অমসুং ব্রহ্ম বিচার তৌদুনা অমসুং ব্রহ্ম নত্ত্রগা পূর্নতা অমদা অচেৎপা ধ্যান তৌদুনা লৈবা পামলমই।

মখোয়শিং অসি ঐনা, পুক্লিংতনা শেমলমই। মখোয়শিং অসি ব্রহ্মাগী পুক্লিংনা পোকপা মচাশিংনি। মখোয়শিং অসি অতৈ শিবা নাইবা মীওইশিংগুম্বা নাওয়োমদগী পোক্লকপা নত্তে। মীশিং, মানবশিং হৌজিক্কী তাইবং অসিদা লৈরিবশিং অসিদি মনুগী মচাশিংনি। মনুশিং অসিদি ঈশ্বরগী পুক্লিংদগী পোকপা মচাশিংনি। অচৎপা চত্তবা থরাই পানবা লৈরিবশিং অসিদি ঋষি তরেৎ অমসুং মনু মরিদগী পোকপা ঙাক্তনি। অচৌবা ঋষিশিং অসিনা ব্রহ্মবিদ্যাগী অমসুং উপনিষদকী পাউতাকশিংবু হৌদোরকপা গুরু ( ওঝা ) ঙাক্তনি। মনুশিং অসিনা মীওইবগী ঙাকশেনবা ( নিংথৌ ) নি। মখোয়না মীওইবগী য়াইফনবগী অমসুং লমজিংনবগীদমক ধর্ম্মগী লীচৎ অমসুং লমচৎকী হৌন-লোনচৎশিংবু শেমলমই।

অচৌবা ঋষি তরেৎ অসি তাইবং তরেৎপুম্ব মক্তৎ শিল্লি। ব্রহ্মাণ্ডদা মহৎ নত্ত্রগা মহাবুদ্ধি অহংকার নত্ত্রগা ব্রহ্মাণ্ডগী ওইবা অহংকার, অমসুং পঞ্চতন্মাত্র নত্ত্রগা মরুগী ওইবা পোৎচঙ মঙা, মাত্রদগী অপোবা পোৎ মঙা হায়বদি লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং অহাঙবা অসি পোকলকলিবা, অসিনা অচৌবা ঋযি তরেৎপুম্ব মক্তৎ শিল্লি। অচৎপা-চত্তবা থরায়পানবশিংগা লোয়নবা অচৌবা তাইবং অমসুং মুংগী অকূপ্পা তাইবং অসি মথক্কী তত্ত্ব নত্ত্রগা হিরম তরেৎ অসিদগী থোরকপনি। ( পৌরানিক ভাষাবিজ্ঞান ) পুরানগী রাহৈশিংদা তত্ত্ব তরেৎ অসি খুদম ওইনা তাকই অমসুং মীওইবগী মমিং ওইনা থোল্লি। ভৃগু, মরিচি, অত্রি, পুলস্ত্য, পুলঃঃ ক্রতু, বশিষ্ঠ অসি অচৌবা ঋষি তরেৎনি।

অপীকপা তাইবং অসিদা ( মন ) পুক্লিং, ( বুদ্ধি ) রাখল, ( চিত্ত ) মুংগী ঐ, অমসুং অহংকার ( ঐ হায়বা রাখল ) মরি অসি খুদম ওইনা মনু মরি হায়না তাকই অমসুং মী ওইবগী মমিং থোল্লি।

অহানবা কাণ্ডলুপ অসিনা অচৌবা ব্রহ্মাণ্ড অসিগী য়ুম্ফম ওই। অনিশুবা কাণ্ডলুপ অসিনা অপীকপা ব্রহ্মাণ্ড ( মী অমদা ওইবা ) গী য়ুম্ফম ওই। কাণ্ডলুপ অনি অসিনা থরায় পানবগী অসিগুম্বা পাকলবা তাইবং অসি শাবনি।

"মদ্ভাব।" : মখোয়গী থরায় অদুনা ঐঙোন্দা লৈবা; ঐগী হৌনখ্রা ওইবগী।

এতাং বিভূতিং যোগং চ মম যো বেত্তি তত্ত্বতঃ।
সোঽবিকম্পেন যোগেন যুজ্যতে নাত্র সংশয়ঃ॥৭॥

( এতাং ) মখোয়শিং, ( বিভূতিং ) ঐগী মখল মখা য়াম্বা শায়োনসি, ( যোগম ) যোগগী পাঙ্গল, ( চ ) অমসুং, ( মম ) ঐগী, ( যঃ ) মহাক, ( বেত্তি ) খঙই, ( তত্ত্বতঃ ) শংশংনা, ( সঃ ) মহাক, ( অবিকম্পেন ) লেঙবা লৈতবা, ( যোগেন ) যোগদা, ( যুজ্যতে ) লেপই, ( ন ) নত্তবা, ( অত্র ) মফম অসিদা, ( সংশয়ঃ ) চিংনবা।

৭। মহাক অদুনা ঐগী অসিগুম্বা মখল মখা য়াম্লবা শায়োনশিং অসিবু শংশংবা ( অচুম্বা মওংদা ) অমসুং ঐগী যোগগী পাঙ্গল অসিবু খঙলবা ( মহাক অদু ) লেঙবা লৈতবা যোগদা লৈতাবা ওই ; মাসিগী মরমদা চিংনবা করিসু লৈতে।

**অকুপ্পা বারোল :—** ঈশ্বরগী অচৌবা মতিক মগুণগী জ্ঞান হায়বসি যোগ ( ফংননবদা ) মতেং চপচানা ওই। সুং-পান ফাওনা শন্দোক্তুনা লৈবা ঈশ্বরগী শক্তম, মহাক অদুনা শায়োনশিং অসি ওইহল্লিবা অমসুং মাগী ( বিভূতিং ) মখল মখা য়াম্লবা শায়োনশিংবু ওইরিবসিবু শংশংনা খঙলবা মহাক অদুনা চোকথবা নাইদ্রবা চেৎলবা যোগদা মহাক্না লোয়ননা তিন্নৈ অমসুং লোইবা নাই-দ্রবা সুংঙাইবা অমসুং মপুং ফাবা অতপ্পবু ফংই। ককচেং অমদগী ব্রহ্মা ফাওবদা ঈশ্বর নত্তবা করিসু লৈতে। ঈশ্বরগী অসিগুম্বা শন্দোকপা শায়োন অসিবু ( বিভূতিম বিস্তারম্ ) অমসুং মহাক্কী যোগবু ( যোগ হায়বনা মফম অসিদদি যোগদগী পোক্লকপা ) হায়বদি পুম্নমকপু খঙবা —যোগৈশ্বর্য্য সামর্থ্যম্ সর্বজ্ঞত্বম্ যোগায়ং যোগ উচ্যতে ) শংশংনা খঙলবা মহাক অদু চেৎলবা লেঙবা নাইদবা যোগগা লোয়ননা লৈতাদুনা লৈ। মহাক্না লোইবা নাইদবা অমদা লৈ অমসুং আত্মাগী খ্বাইদগী রাংলবা থাক্কী জ্ঞান অদু লৈ। অসিগুম্বা অচুম্বা শক্তম অদু ফংলবা মহাক অদু অচৌবা অমসুং মচাগী য়েৎনবা রাখল অদুদগী লাম্হোকই। মাঙোন্দা চপচাবা ( জ্ঞানোদয় ) জ্ঞান ফংবা হায়বদু ওই। মহাক্না ঈশ্বরবু থরায় পানবা পুম্বদা অমসুং থরায় পানবা পুম্ববু ঈশ্বরদা উগনি। মহাক্না লৈপাক অসিদা লৈরিবা থরায় পানবা পুম্ববু কদোউৈদেসু তুকচবা হায়-বদু তৌরোই। মাসি য়াম্না তাঙবা ব্রহ্মাণ্ডগী ওইনা হিংদুনা লৈবা জ্ঞান হায়বদু অসিনি। ঈশ্বর অমসুং মাগী শায়োনশিং অসি অমত্তনি হায়বদু যোগী অদুনা খঙই। মহাক্না অথোইবা লমথুং-ফমবু য়ৌই অমসুং মহাক্কী পুক্নিং পুম্বা লুপ্লবা ভক্তিনা মরম ওইদুনা মহাক্না মঙোন্দা ( ঈশ্বরদা ) লুপশিন্দুনা লৈ। মহাক্না মপুং ফানা মহাক্না অমসুং ঈশ্বর ( পরমাত্মা ) গা অমত্তনি হায়বসি লাইগী ওইবা যোগনা মপুং ফানা খঙই।

মহাক্না করিগুম্বা মখলগী ফিভম অমসুং মওংদা লৈররবদা মহাক্কী পুক্নিং অদু চাং কায়দনা থম্বা ঙমই অমসুং মহাক্না পরমাত্মাগা অমত্তনি হায়বা নত্রগা অথোইবা আত্মা মশামকনি হায়বা মহাক্কী জ্ঞান মাঙবা লৈতনা করিগুম্বা থবক অমা হেক্তা তৌবা ঙমই।

( য়েংগদবা অঃ ৭—২৫ ; ৯—৫ ; ১১—৮ )

"কীদৃশেন অবিকম্পেন যোগেন যুজ্যতে ইতি উচ্যতে।"

লেঙবা নাইদবা যোগদা লেপ্পি হায়বসি করম্বা লেঙবা নাইদবা যোগনো?

পাওখুমদি মখাগী অসিনি।

অহং সর্বস্য প্রভবো মত্তঃ সর্বং প্রবর্ত্ততে।
ইতি মত্বা ভজন্তে মাং বুধা ভাবসমন্বিতাঃ ॥৮॥

(অহং) ঐ, (সর্বস্য) পুম্নমক্কী, (প্রভবঃ) থোরকফম-মরু, (মত্তঃ) ঐঙোন্দগী, (সর্বম্) খুদিংমক, (প্রবর্ত্ততে) থোরকই, (ইতি) অসুম্না, (মত্বা) খঙদুনা, (ভজন্তে) ঈরাংলি, (মাম্) ঐবু, (বুধাঃ) অশিংবশিংনা, (ভাবসমন্বিতাঃ) ধ্যান (পুক্নিং লূপশিনবা) দা হৈরবা ॥৮॥

৮। ঐনা পুম্নমক্কী থোরকফম-মরুনি। খুদিংমক ঐঙোন্দগী থোরকই; অসুম্না খঙলদুনা অশিংবশিংনা ঐবু (ধ্যান) পুক্নিং লূপশিন্না লাংলি ॥৮॥

**অকুপ্পা বারোল ঃ—** ঈথক্না ঈশিংদা হৌরকই, ঈশিংদা তোংই অমসুং ঈশিংদা তিনশিনখি। ঈথক অসিগী ভাকলৌদি ঈশিংদনি। অসিগুম্না তাইবং পুম্বগী অমত্তা ওইবা ভাকলৌদি ঈশ্বরনি। অসুমনা খঙদুনা, ঈশ্বরনা মফম পুম্বদা লৈ হায়বসি খঙদুনা (অনুভব তৌদুনা) অশিংবা মীশিংনা মহাকপু নুংশিবা অমসুং ভক্তিগা লোয়নননা মহাকপু মফম পুম্নমক্তা ঈরাংলি। অথোইবা আত্মা হায়বসি লৈপাক পুম্নমক্তা অমসুং মতম পুম্নমক্তা চপ মাঃদুনা লৈ। মহাক্না পোৎচঙগী ওইবা অমসুং থবক তৌবগী ওইবা (কারন) মরুনি।

মুল প্রকৃতি নত্রগা অব্যক্তগুম্বা ঈশ্বরনা মওং পুম্নমক্কী হৌরকফম্নি। ঈশ্বর হায়বসি কোয়না চৎপা ভাহানবা যুম্ফম্নি মহাক্না মহাক্কী (শক্তি) মপাঙ্গলদা য়েদুনা লৈ। তাইবং পুম্বসি কোয়না লৈ অমসুং মওংশিং অসিনা লেঙই। থোবা অমসুং অকুপ্পা লৌশিং লৈতবা সংসারগী মীওইনা অহোঙবা মওংশিং অদুত্তবু তোঙনা শাবা মীৎশিং অসিনা উই। নুংদা লৈবা মশক, যুম্ফম ওইবা শক্তম, শিনথুংনা লৈরবা খঙবা (চেতনা) নত্রগা নুংঙাইবা-লৈতারব রাখল হায়বদুগী ভাব মহাক্কী লৈতে। মহাকপু হেংংদুনা লৈবা মওংশিং অসিনা ঙাওহল্লি (ভুগাংলি)। মহাক্কী অশিংবা অমসুং নুংঙাইববু অসিগুম্না মতম খরদগী ওইবা মওং (শক্তম) শিং অসিদা লেপ্তুনা থমই। মহাক্না মখোয়গীদমক হিংদুনা লৈ অমসুং থবক তৌই। মহাক্না মহাক্কী সুপী অমসুং মচাশিং মংলগা হরাওই। অসিগুম্বা শক্তমশিং অসি লৈখদ্রবা মতমদা মহাক্না অরাবদা ঈরাকনৈ। তেইগুম্বসুং "বৃদ্ধ" নত্রগা অশিংবশিংনা পুম্নমক্কী পুসি অমসুং হৌরকফম ওইবা পরমাত্মাদা তওনা লৈ অমসুং মখোয়গী অকোয়বদা লৌরবা মওংশিং অসিনা হোংলবসু অমসুং লৈখিদ্রবসু, মখোয় মশাগী অনিশুদবা শঙম শিবা নাইদবা নুংগী আত্মাগী লোইবা নাইদনা নুংঙাইবদু ভোগ তৌদুনা (চাদুনা) লৈ। মখোয়শিং অদু যোগদা লৈতারে। মখোয় অদু লেঙবা

লাইত্রবা যোগদু কংলে। মখোয় যোগগী সিংহাসনদা ফমলে। মহাক্না ধ্যান তৌদুনা পরমাত্মাদু ঊবাৎলি অমসুং নির্বিকল্প সমাধিগী হায়দোকফম লৈত্রবা নুংঙাইবদু (ভোগ তৌই) চায়।

বাসুদেব হায়না খঙলবা, পর-ব্রহ্ম অসি তাইবং পুম্বগী হৌরকফম্নি। মঙোন্দগীভ মাগী অহোংবশিং হায়বদি লৈবা (স্থিতি), মাঙবা (নাশ), (ক্রিয়া) থবক, (ফল) মহৈ অমসুং (ভোগ) চাবা অসিগা লোয়নবা তাইবং পুম্বসি থোরকই। অসুম্না খঙদুনা, অশিংবশিংনা পরমাত্মাদু ঊবাৎলি অমসুং মপুংফাবা শক্তমদা অচেৎপা ধ্যানবু তৌবদা মখোয় মশাশিংবু পীজিয়ে। (য়েংগদবা ৯—১০)

মচ্চিত্তা মদ্গতপ্রাণা বোধয়ন্তঃ পরস্পরম্।
কথয়ন্তশ্চ মাং নিত্যং তুষ্যন্তি চ রমন্তি চ ॥৯॥

(মচ্চিত্তা) মখোয়গী পুক্নিং অদু ঐঙোন্দা পুন্না লৈবা, মদ্গতপ্রাণাঃ) মখোয়গী থরায় অদু ঐঙোন্দা লুপশিন্নবা, (বোধয়ন্তঃ) খঙনহন্দুনা, (পরস্পরম) অমগা অমগা, (কথয়ন্তঃ) ঙাঙনদুনা, (চ) অমসুং, (মাম্) ঐবু, (নিত্যম্) ইতত্তত্তনা, (তুষ্যন্তি) পেল্লি, (চ) অমসুং, (রমন্তি) (মখোয়না) নুংঙাই, (চ) অমসুং ॥৯॥

৯। মখোয়গী পুক্নিং অদুনা ঐঙোন্দা পুন্না লৈয়গা অমসুং মখোয়গী থরায় অদুনা ঐঙোন্দা হাপচিন্দুনা, অমগা অমগা হোদোক্নরগা, অমসুং ঐগী মরমদা মতমচুন্নদা ঙাঙনরগা মখোয়না পেল্লি অমসুং নুংঙাই ॥৯॥

**অকুপ্পা বারোল:—** শ্লোক অসিদা অমত্তা ওইবগী শংশংবা মশক অদু (কংলবা) খঙলবা ভক্ত অমগা (স্বভাব) লৌচৎ-শাজৎ অদু শন্দোক্না হায়রি। ভক্ত অদুনা ঈশ্বরবু তত্তনা খল্লি. মহাকী (প্রাণ) থরায় অদুমক মঙোন্দা হাপচিল্লি। মহাকী পুন্সি পুম্বদু ঈশ্বরদা কখোকই। অতোপ্পা অর্থ অমনা মহাকী ইন্দ্রিশিং (প্রাণ) অদু হায়বদি মাৎশিং অদু মঙোন্দা লুপশিল্লি। মহাক্না মহাকী (ঈশ্বরগী) মরমদা, মহাকী অথোইবা জ্ঞান, পাঙল, থৌনা অমসুং অতৈ অতৈ মতিক মগুণশিং (জ্ঞানবলম্, বীর্য্যাদি ধর্ম্ম) গী মরমদা রারী-রাতাই শাবদা য়ম্না নুংঙাই। মহাক্না ঈশ্বরদা মপুংফানা মশাবু কখোকই।

মহাক্না মহাকী চায়রবশিংগা লৈমিন্নবগুম মহাক্না য়াম্না নুংঙাই অমসুং য়াম্না অপেনবা ফাওই। পুরাণদা হায়: তাইব-পানগী ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পুম্নমক ভিনাশনবগা অমসুং (স্বর্গ) লাইরৈবাকী লাইগী ওইবা নুংঙাইবগুম্ ভিনশিন্নগা অপাম্বা অমসুং অনীংবা মুখৎপদগী থোরকপা নুংঙাইবগী তরাওরুক থোকপগী অমগী মমল ওইদে। (য়েংগদবা অ: ১২-৪)।

তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্বকম্।
দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপযান্তি তে ॥১০॥

( তেষাং ) মখোয়দা, ( সততযুক্তানাং ) মতমচুপ্পা লৈতারবা, ( ভজতাম্ ) ঈরাৎপগী, ( প্রীতিপূর্বকম্ ) নুংশিবগা লোয়ননা, ( দদামি ) ( ঐনা ) পী, ( বুদ্ধিযোগম্ ) অফ-ফত্ত খনবগী যোগ, ( তম্ ) মাদু, ( যেন ) মাদুনা, ( মাম্ ) ঐঙোন্দা, ( উপযান্তি ) লাকই, ( তে ) মখোয় ॥১০॥

১০। নুংশিবগা লোয়ননা ঐবু ঈরাৎলদুনা, মতমচুপ্পা লৈতারবা মখোয় অদুদা ঐনা অফ-ফত্ত খনবা ঙম্বগী যোগ অদু ( মখোয়দা ) পী, ( মাদুনা ) মখোয়না ঐঙোন্দা লাকই ॥১০॥

**অকুপ্পা বারোল :—** ঈশ্বরদা মখোয় মশামকপু পুমকৎ কথোক্লবা, মতমচুপ্পা থোং-মাল্লদুনা লৈরবা অমসুং মশানা মশাদা লৈরবা, মতমচুপ্পা মাবুদা নীংলবা, য়াম্না নুংশিবগা লোয়ননা মহাকপু ইশাগী কান্ননবা অমা ফংননবা তোদনা লাৎপা ভক্তশিং অদুনা ঈশ্বরগী থৌজালবু ফংই। ঈশ্বরনা মখোয়দা লৌশিং অমা হায়বদি রাখলগী যোগ অমা পী মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না আত্মজ্ঞান নত্রগা ব্রহ্মজ্ঞানবু ফংই। মঙোন্দা ( ঈশ্বরদদা ) মখোয়গী রাখল অদু হাপ্পবা অসিগুম্বা ভক্তশিং অসিদা ঈশ্বরনা ( বুদ্ধিযোগ ) অচুম্বা রাখলগী ভক্তি অমা পী, মাদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না মহাকপু ( ঈশ্বরবু ) মরু ওইনা ( সম্যগ-দর্শন নত্রগা সম্যজ্ঞান ) খঙই। মখোয়না পরমেশ্বরবু য়াম্না লুপথোক্লবা ধ্যান্দা জ্ঞানগী মীৎনা মরম ওইদুনা পুম্নমক্তা অমত্তা ওইববু খঙই, আত্মাবু ঙমথৈ য়াওদবা, মশামক্তী আত্মানি ( পরমেশ্বরম, আত্মভূতম্ আত্মনেন ) হায়না খঙই। বুদ্ধি হায়বদি মফম অসিদা নুংগী রাখলগী মীৎ নত্রগা জ্ঞানচক্ষু, মদুনা অমত্তা ওইনা খঙবগা অচৌবা ( অনুভব ) ফাওবা অমবু হায়বনি। বুদ্ধি যোগ হায়বদি জ্ঞান যোগ হায়বনি।

( য়েংগদবা অঃ ৪-৩৯ ; ১২-৬, ৭ )।

ঈশ্বরনা করিগীদমক মহাক্তী ভক্তশিংদা বুদ্ধিযোগ নত্রগা রাখলগী যোগ ( জ্ঞান যোগবু ) পীবগে ? ভক্তশিংগী লম্বীদা বুদ্ধিযোগনা করম্বা য়ৈথায়ববু লোথোকপিবগে ? মথাগী শ্লোক অসিদা ভগবান্না মসিগী পাউখুম পীরি।

তেষামেবানুকম্পার্থমহমজ্ঞানজং তমঃ।
নাশয়াম্যাত্মভাবস্থো জ্ঞানদীপেন ভাস্বতা ॥১১॥

( তেষাম্ ) মখোয়গীদমক, ( এব ) চুম্না, ( অনুকম্পার্থম্ ) নুংশিবদগী, ( অহম্ ) ঐনা, ( অজ্ঞানজম্ ) ( অজ্ঞান ) খঙদবদগী পোকপা, ( তমঃ ) অমম্বা, ( নাশয়ামি ) মাঙহল্লি, ( আত্মভাবস্থঃ ) মখোয়গী মনুংদা লৈদুনা, ( জ্ঞানদীপেন ) লৌশিংগী থাংমৈনা, ( ভাস্বতা ) ঙান্দুনা লৈবা ॥১১॥

১১। ভক্তশিংবু থৌজানবিগে হায়দুনা ঐনা মখোয়গী থম্মোয়দা লৈবিদুনা অজ্ঞান্দগী ( খঙদবদগী ) ওইবা অমম্ববু জ্ঞানগী ঙাল্লবা মৈঙালনা মাঙহল্লি ॥১১॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "জ্ঞানদীপেন ভাস্বতা" :- মঙাল লৈবা লৌশিংগী থাংমৈনা। মহাকপু ( ঈশ্বরবু ) ইতত্তনা খনবা ভক্তশিং অদুগী অন্তকরনদা ভগবান্না লৈ, অমসুং অফ-ফত্ত খনবগী জ্ঞান

লৈতনা মরম ওইদুনা পোকপা, খুণ্ডবা ( অজ্ঞান )গী অমম্বা নত্রগা মায়থল নত্রগা আবরনবু মঙাল লৈবা লৌশিংগী থাংমৈনা; মহাকপু চেৎনা নীংবগী মুংশিংনা হুন্নবা, অশেংবা ভক্তি ( ভক্তি প্রসাদ ) না থাও ওইরবা, অচুম্বা রাখলনা দোশী ওইবা, ব্রহ্মচার্য্য, অচুম্বা অমসুং সংসারগী রাখল লৈতবা থম্মোয়গী কাদা লৈবা, লাইগী ওইবা গুণনা মচাক পীবা, মুংশিং লৈতবা পুক্রিংগী অহাঙবা কাদা থমলবা, ইন্দ্রিশিংগী ওইবা পোৎতগী লৌথোক্লবা, অপাম্বা অমসুং পামদবদা মোৎহন্দ্রবা, তত্তুনা ধ্যান তৌবনা মরম ওইদুনা আত্মজ্ঞানগী মঙালনা ঙাল্লদুনা, ঈশ্বরনা মাঙহল্লি।

থাংমৈনা অমম্ববু মাঙহন্নবগীদমক্তি খুৎলাই নত্রগা পাম্বৈ নত্রগা অতৈ অতোপ্পা সাধনা অমা চঙদে। থাংমৈগী মশানা ঙাম্লোক্লকপা অদুনা অদুমক অমম্বদু কোকচখিবনি। অমম্বদু মঙালনা হেক কোকখিবগা চকু, চৌক্রি, অমসুং অতৈ অতৈ পোৎ পূম্নমকপু উই। অসিগুম্না আত্মজ্ঞাননা থোক্লকপা অদুনা অদুমক অজ্ঞান নত্রগা অপঙবা কোরবগী মতিক ওই। অতোপ্পা কর্ম্ম নত্রগা সাধনা অমা চঙদে।

আত্মজ্ঞাননা অজ্ঞান ( অপঙবা খুণ্ডবা ) বু, মাঙহনগ্রবা মতুংদা ব্রহ্মদনা মহাকী মশাগী ওইনা লোয়নরবা মঙাল ওইনা ঙান্দুনা লৈ।

## অৰ্জ্জুন উবাচ।

পরং ব্রহ্ম পরং ধাম পবিত্রং পরমং ভবান্।
পুরুষং শাশ্বতং দিব্যমাদিদেবমজং বিভুম্॥১২॥

( পরম ) অথোইবা, ( ব্রহ্ম ) ব্রহ্ম, ( পরম ) অথোইবা, ( ধামঃ ) মফম-লৈফম, ( পবিত্রম্ ) শেংদোকহনবা, ( ভবান্ ) নহাক, ( পুরুষম্ ) পুরুষ, ( শাশ্বতম্ ) লোইবা নাইদবা, ( দিব্যম্ ) লাইগী ওইবা, ( আদিদেবম্ ) হৌরকফম মশক ওইবা লাই, ( অজম্ ) পোকপা লৈতবা, (বিভুম) মফম পূম্বদা লৈবা ॥১২॥

## অৰ্জ্জুন্না হায়রমই :—

১২। নহাক্তি অথোইবা ব্রহ্মনি, অথোইবা লৈফম মশক্তি ( নত্রগা অথোইবা মঙালনি ), অথোইবা শেংদোকহনবা মশক্তি, লোইবা নাইদবা, লাইগী ওইবা পুরুষগী মশক্তি, অহৌবা মশক ওইবা পোকপা নাইদবা, মফম পূম্বদা লৈবা লাই ( দেব ) নি ॥১২॥

**অকুপ্পা বারোল :** — "পরং ব্রহ্ম" :— খ্বাইদগী হেন্না রাংবা আত্মা। পরং হায়বা রাহৈ অসিনা অশেংবা, গুণ লৈতবা, নিরুপাধিক, সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মবু খুঙহল্লি। অপর ব্রহ্ম হায়বনা সগুণ ব্রহ্ম নত্রগা ঈশ্বর ( নত্রগা সৌপাধিক-ব্রহ্ম ) ভক্তশিংনা ধ্যানগীদমক খঙবা পোৎশক ওইবা ঈশ্বর অদুবুনি।

"পরং ধাম":— পরং তেজঃ নত্রগা অথোইবা মঙালনি। ব্রহ্মাদিগীনা মাশি মকা অমা কাওমগী ভাকলৌ লেপকম মশক ওইবদি পর-ব্রহ্মনা (অধিষ্ঠান) ওইবনি। মরম অসিনা মহাকপু পরং ধাম নত্রগা অথোইবা লৈকম হায়না খঙনবনি)।

"আদিদেব":— অহৌবগী মশক ওইবা ঈশ্বর নত্রগা লাইশিং অসিনা লৈত্রিডৗগী মমাঙদগী হায়না লৈরবা হৌরকফমগী মশক ওইবা ঈশ্বর (লাই)। আদিদেব অসিমক পর-ব্রহ্মনি। মহাক অসি মতোমতা মঙাল লৈজবনি।

"পবিত্রম্ পরমম্":— অথোইবা শেংদোকহনবা মশক ওইবা। অশেংবা তুরেলশিং অমসুং অশেংবা মফমশিং অসিনা পাপশিংদবু মাঙহল্লি; তৌইগুমমসুং পর-ব্রহ্মনদি পাপ পুম্নমক্কী হৌরকফম মরু ওইবা অজ্ঞান্ অপঙবা অমসুং পাপ পুম্নমকপু মাঙহনবা ঙমই। মরম অসিনা পর-ব্রহ্ম নত্রগা খ্বাইদগী হেন্না রাংবা আত্মা হায়বসি অথোইবা শেংদোকহনবা মশক্নি।

আহুস্ত্বামৃষয়ঃ সর্বে দেবর্ষির্নারদস্তথা।
অসিতো দেবলো ব্যাসঃ স্বয়ং চৈব ব্রবীষি মে ॥১৩॥

(আহুঃ) মখোয়না হায়রমই, (ত্বাম্) নঙবু, (ঋষয়ঃ) ঋষিশিং, (সর্বে) পুম্নমক, (দেবর্ষি) দেবর্ষি, (নারদঃ) নারদ, (তথা) সু, (অসিতঃ) অসিত, (দেবলঃ) দেবল, (ব্যাস) ব্যাস, (স্বয়ম্) মশামক, (চ) অমসুং, (এব) সু, (ব্রবীষি) (নঙনা) হায়, (মে) ঐঙোন্দা ॥১৩॥

১৩। ঋষিশিংনা নঙবু (ঈশ্বরবু) অসুম্না হায়রমই, অদুগা নারদ হায়বা দেবর্ষি অসিনসুনি; অদুগুম্না অসিত, দেবল অমসুং ব্যাসসুনি, অদুগা নঙ নশামকসু ঐঙোন্দা হৌজিক্কি হায়রে ॥১৩॥

অকুপ্পা বারোল:— "ঋষি":— পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিশিংবু লাকশিল্লবা অশেংবা মুনিশিং।

"ঋষিশিং":— বশিষ্ঠনচিংবা।

"দেবর্ষি":— অমদগী য়াম্না হেন্না শায়ওনখ্রবা লাইওইবা মুনি অমা।

সর্বমেতদৃতং মন্যে যন্মাং বদসি কেশব।
ন হি তে ভগবন্ ব্যক্তিং বিদুর্দেবা ন দানবাঃ ॥১৪॥

(সর্বম্) পুম্নমক, (এতৎ) মাসি, (ঋতম্) অচুম্বা, (মন্যে) (ঐনা) খল্লি, (যৎ) মাদু, (মাম্) ঐবু, (বদসি) (নঙনা) হায়, (কেশব) হে কেশব, (ন) নত্তবা, (হি) লেপ্নমক, (তে) মখোয়, (ভগবন্) হে মঙ্গলগী মশক ওইবা ইবুঙো, (ব্যক্তিম্) ফোঙদোকপা মশক, (বিদুঃ) খঙউ, (দেবাঃ) লাইশিং, (ন) নত্তবা, (দানবাঃ) দানবশিং ॥১৪॥

১৪। নঙনা ঐঙোন্দা হায়রিরিবা পুম্বসি ঐনা অচুম্বনি হায়না খাজৈ, হে কেশব,: হে মঙ্গলগী মশক ওইবা ইবুঙো, লেপনমক, দেব (লাই) শিং নত্রগা দানবা (হিংচাবা) শিংনা নঙগী ফোংদোকপা মশক (হৌরকফম) পু খঙদে ॥১৪॥

**অকুপ্পা বারোল :—** ভগবান হায়বদি মহাক অদুদা মগুণ তরুক অসি চপচানা মপুংফানা লৈবা মশক অদুবুনি ; গুণ তরুক হায়বদি জ্ঞান ( লৌশিং ), বৈরাগ্য ( অপাম্বা লৈতবা ), ঐশ্বর্য্য ( শায়ওন য়াম্বা ), ধর্ম্ম ( অচুম্বা ), শ্রী ( লন্-থুম ) অমসুং বল ( পুম্নমক্কা লৈবা )। অদুগা থরায় পানবা পুম্নমক্কী হৌরকফম, লোইশিনফম অমসুং তুংদা ওইরকপবা শক্তম পুম্বসু পুম্নমক খণ্ডবগী মশক ওইবা অদুবু ভগবান কৌই।

"ব্যক্তি" :— হৌরককম। "দানবঃ" : হিংচাবশিং।

অর্জ্জুনা ঈশ্বরবু কেশব হায়না কৌই মরমদি মহাক্না ( ঈশ্বরনা ) পুম্নমক খণ্ডবা মরম্না মহাক্কী পুক্নিংদা করি করি তৌরিবগে হায়বদু মহাক্না খণ্ডই। লাইশিং, হিংচাবশিং অমসুং অতৈ অতৈ পুম্নমক্কী ঈশ্বরনা হৌরকফম মরু ওইবা মরম্না লাই অমসুং হিংচাবশিংনচিংবনা মহাক্কী ( ঈশ্বরগী ) হৌরকফম মরু নত্রগা ( ফোঙদোকপা শক্তম ) বু খণ্ডবা ঙমদে। ( য়েংগদবা অঃ ৪—৬ )

স্বয়মেবাত্মনাত্মানং বেত্থ ত্বং পুরুষোত্তম।
ভূতভাবন ভূতেশ দেবদেব জগৎপতে ॥১৫॥

( স্বয়ম্ ) নশামক ( এব ) তমক, ( আত্মনা ) নশামক্না, ( আত্মানম্ ) নশামকপু, ( বেত্থ ) ( নঙনা ) খঙই, ( ত্বম্ ) নঙ, ( পুরুষোত্তম ) অথোইবা পুরুষ, ( ভূতভাবন ) থরায় পানবগী হৌরকফম, ( ভূতেশঃ ) থরায় পানবগী মপু, ( দেব দেব ) লাইশিংগী লাই, ( জগৎপতে ) তাইবংগী ঙাকশেনবা ॥১৫॥

১৫। লেপ্পমক, নঙ নশামক্না নশামকপু নশামক্না মরম ওইদুনা খঙই, হে অথোইবা পুরুষ। হে থরায় পানবশিংগী হৌরকফম মরু, হে থরায় পানবশিংগী মপু, হে লাইশিংগী লাই, হে তাইবংপানবু ঙাকশেনবা ॥১৫॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "পুরুষোত্তম" : অথোইবা পুরুষ : পুরুষশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী অহেনবা ওইবগী মশক। পুরুষোত্তম হায়বসিনা শক্তম মরিবু লৌই, মদুদি :— থরায় পানবশিংগী হৌরকফম মরু, থরায় পানবশিংগী মপু, লাইশিংগী লাই, তাইবংপান অসিগী ঙাকশেনবা ( নিংথৌ )। অদুনা মহাকপু পুরুষোত্তম কৌই।

"দেব দেব" : ইন্দ্র ( শোরারেন ) অমসুং লাই অতৈ অতৈ অমসুং পুম্নমক্না মহাকপু ঈরাৎলি। মহাক অদু দেবদেবনি নত্রগা লাইশিংগী লাইনি।

"জগৎপতি" : ঈশ্বরনা তাইবংপান অসিবু ঙাকশেল্লি অমসুং বেদশিংদা পীরিবা পাউতাকশিং অদুগী মতুংইন্না মীওইববু লমজিংবী। মরম অসিনা জগৎপতি নত্রগা তাইবংপানবু ঙাকশেনবা মশক হায়বা মিং অসিনি।

বক্তুমর্হস্যশেষেণ দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয়ঃ।
যাভির্বিভূতিভির্লোকানিমাংস্ত্বং ব্যাপ্য তিষ্ঠসি ॥১৬॥

(বক্তুম) হায়ননবা, ( অর্হসি ) ( নঙনা ) তৌগদবা ওই, ( অশেষেণ ) লোইবা নাইদনা, (দিব্যাঃ) লাইগী ওইবা, ( হি ) লেপ্পমক, ( আত্মবিভূতয়ঃ ) নঙগী নতিক-নগুণশিং, ( যাভিঃ ) মখোয়শিং অদুনা, ( বিভূতিভিঃ ) নতিক-নগুণনা, ( লোকান্ ) তাইবংশিং, ( ইমান্ ) মখোয়শিং, ( ত্বম্ ) নঙ, ( ব্যাপ্য ) শীন্থুংনা লৈদুনা, ( তিষ্ঠসি ) লৈ ॥১৬॥

১৬। তাইবং পুম্নমকপু শীন্থুংনা লৈবা নঙগী লাইগী ওইবা নতিক-নগুণ অদুবু, অখাকপা লৈতনা নহাক্না লেপ্পমক হায়গদবা ওই। ( মসি কনা অমত্তনা মাস্থন্না তৌবা ঙমদে ) ॥১৬॥

কথং বিদ্যামহং যোগিংস্ত্বাং সদা পরিচিন্তয়ন্।
কেষু কেষু চ ভাবেষু চিন্ত্যোসি ভগবন্ময়া ॥১৭॥

( কথম্ ) করম তৌনা, ( বিদ্যাম্ ) খঙগনি, ( অহম্ ) ঐ, ( যোগিন্ ) হে যোগী, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( সদা ) মতম লৈবা খিবিক্তা, ( পরিচিন্তয়ন্ ) ( ধ্যান ) থন্দুনা, ( কেষু কেষু ) করি করিদা, ( চ ) অমসুং, ( ভাবেষু ) হিরমশিংদা, ( চিন্ত্যঃ ) খনগদবা ওইবা, ( অসি ) ( নঙনা ) ওই, ( ভগবন্ ) হে ভগবান ( ময়া ) ঐনা ॥১৭॥

১৭। হে যোগী, ইভুগুত্তনা থন্দুনা লৈরগা, ঐনা নঙবু করম্না খঙবা ঙমগদগে? করম্বা পোৎশিং নক্রগা হিরমশিংদা, হে মঙ্গলগী মশক ওইবা ঈশ্বর, ঐনা নঙবু খনগদবা ওইবগে? ॥১৭॥

অকুপ্পা বারোল :— অর্জুন্না হায় :— হে ভগবান, তন্ত্রনা ধ্যান তৌবনা ঐনা নঙবু করম্না খঙবা ঙমগদগে? করম্বা হিরমদা ঐনা নঙবু খনগদগে? ঐনা মপানগী পোৎশিং অসি খল্লবদসু ঐনা নঙগী নতিক-নগুণগী অকুপ্পা শক্তমশিংবু থঙলবদি মখোয়শিংদা ( লৈরিবা ) থোইদোকপা নঙগী শক্তম অদুদা নঙবু ( ঈশ্বরবু ) ঐনা ধ্যান তৌবা ঙমই। মরম অসিনা নঙগী লাইগী ওইবা নতিক-নগুণশিংবু অখাকপা লৈতনা ( বিভূতিশিংবু ) হায়বিয়ু। অদুগদা ঐনা মফম পুম্নমক্তা অমত্তা ওইনা উবা ঙমগনি।

বিস্তরেণাত্মনো যোগং বিভূতিং চ জনার্দন।
ভূয়ঃ কথয় তৃপ্তির্হি শৃণ্বতো নাস্তি মেঽমৃতম্ ॥১৮॥

( বিস্তরেণ ) শন্দোক্না, ( আত্মনঃ ) নঙগী, ( যোগম ) যোগবু ( বিভূতিম্ ) নতিক-নগুণ, ( চ ) অমসুং, ( জনার্দন ) হে জনার্দন, ( ভূয়ঃ ) অমুকহন্না, ( কথয় ) হায়য়ু, ( তৃপ্তিঃ ) অপেনবা, ( হি ) মরমদি, ( শৃণ্বতঃ ) তাবগী, ( ন ) নত্তবা, (অস্তি) লৈ, (মে ঐগী, ( অমৃতম্ ) শিদবা রস ॥১৮॥

১৮। হে জনার্দন, ঐঙোন্দা অমুকহন্না নহাক্কী ( যোগশক্তি ) যোগগী পাঙ্গল অমসুং নতিক নগুণবু কুপ্পা হায়বিয়ু; মরমদি নহাক্কী অমৃতগুম্বা অমসুং পৌগৎপা রাহৈশিং অসি তাবতনদি ঐনা পেন্দ্রে ॥১০॥

অকুপ্পা বারোল :— জনার্দন হায়না কৌই মরমদি মহাক্না অসুর ( হিংচাবশিং ) বু নরক্তা থায় নক্রগা চৎহল্লি; নক্রগা মঙোন্দা ( ঈশ্বরদা ) সংসারগী ওইবা মহৈ য়ানবা, সুংঙাই-য়াইফবা অমসুং

অরান-খুভম ক্বংননবগীদমক খুরুমজনা হায়জে। অর্জুনমসু মাগী যোগগী পাঙ্গল অমসুং (বিভূতি) মতিক-মগুণশিংবু শন্দোক্না তাকপিনবা খুরুমই।

অর্জুনা ভগবান কৃষ্ণদা হায়:— "নঙগী অঙকপগী মশক ওইবা যোগগী পাঙ্গল অমসুং (ঐশ্বর্য্য) অথোইবা পাঙ্গল অমসুং ধ্যান তৌগদবা মশক ওইবা অতৈ অতৈ শক্তমশিংবু ঐঙোন্দা কুপ্না হায়বিয়ু। নঙনা মথক্তা অধ্যায় তরেৎ অমসুং মাপলদা শন্না ফোঙদোকনা তাকখ্রবসু ঐঙোন্দা অমুকহন্না হায়বিয়ু; মরমদি নহাক্কী অমৃতগী মশক ওইবা হারী-রাতাই অমসুং শিবা নাইরোইদবা রাক্কৈশিং অসি তাবগী পেনবা লৈতে। অদুক্কী মতিক তারিবমখৈ ঐনা অডুক্কী মতিক অপেনবা লৈতে; শোয়দনমক মাসি ঐগীদমক্তি শিবা নাইররোইদবগী রস্ (মচাক) নি।

## শ্রীভগবানুবাচ

হন্ত তে কথয়িষ্যামি দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয়:।

প্রাধান্যত: কুরুশ্রেষ্ঠ নাস্ত্যন্তো বিস্তরস্য মে ॥১৯॥

(হন্ত) হৌজিক, ফরে. (তে) নঙোন্দা, (কথায়িষ্যামি) (ঐনা) হায়গনি, (দিব্যা:) লাইগী ওইবা, (হি) অওইবমক, (আত্মবিভূতয়:) ঐগী ইতিক ইগুণশিং, (প্রাধান্যত:) মখোয়গী মরু ওইবশিং, (কুরুশ্রেষ্ঠ:) কুরুশিংদগী অথোইবা, (ন) নত্তবা, (অস্তি) ওই, (অন্ত:] অরোইবা, (বিস্তরস্য) অকুপ্পগী. (মে) ঐগী ॥১৯॥

মঙ্গলগী মশক ওইবা ভগবান্না হায়রমই।

১৯। য়াম্না ফরে, হে কুরুশিংদগী অথোইবা, ঐনা হৌজিক্তি নঙোন্দা ঐগী ইতিক ইগুণগী অথোইবশিংবু নঙোন্দা হায়রগনি; ঐগী অকুপ্পা মশকশিং অদুগীদি অরোইবা নাইদে ॥১৯॥

**অকুপ্পা বারোল:** হৌজিক ঐগী অথোইবগী মশক ওইবা লাইগী ওইবা ইতিক ইগুণশিং অদু ঐনা নঙোন্দা হায়রগনি। ঐগী ইতিক-ইগুন্দি ঙমখৈ নাইদে; মখোয় পুম্নমকপু হায়দুনা তাকপা হায়বসি ওইথোক্তে।

অহমাত্মা গুড়াকেশ সর্বভূতাশয়স্থিত:।

অহমাদিশ্চ মধ্যং চ ভূতানামন্ত এব চ ॥২০॥

(অহম্) ঐ, (আত্মা) আত্মা, (গুড়াকেশ) হে গুড়াকেশ, (সর্বভূতাশয়স্থিত:) থরায় পানবা পুম্বগী থম্মোয়দা লৈবা, (অহম্) ঐ, (আদি:) অহোবা, (চ) অমসুং, (মধ্যম্)ময়ায়, (চ) অমসুং, (ভূতানাম্) থরায় পানবা পুম্বগী, (অন্ত:) অরোইবা, (এব) সু, (চ) ১সুং ॥২০॥

২০। হে গুড়াকেশ, থরায় পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবা আত্মা হায়বদু ঐনি; থরায় পানবা পুম্বগী অহোবা, ময়ায় অমসুং অরোইবা হায়বদুসু ঐনি ॥২০॥

**অকুপ্পা বারোল:** হে গুড়াকেশ, ঐ অসি থরায় পানবশিংগী থম্মোয়দা লৈবা আত্মা (প্রত্য-গাত্মা) হায়বদু ঐনি অমসুং ঐ অসি শেমগৎবা থরায় পানবা পুম্বগী হৌরকফম নত্রগা মরু, হিংদুনা

লৈরিবা নত্রগা ময়ায় অমসুং অরোইবা হায়বসি ঐহাক্নি। ঐনা থরায় পানবা ( জীবশিং ) গী শিবা, হিংবা অমসুং পোকপা ওইবনি। খ্বাইদগী মনুংচনবা আত্মা অদুনি হায়না ঐবু ধ্যান তৌ ( নীংউ )।

"গুড়াকেশ" : হায়বদি তূম্ববু ঊন্নবা ( জয় তৌরবা ) নত্রগা ( গনকেশ ) অশাওবা লৈতবা হায়-ববুনি। ( অভেদ ভাব ) থেন্নবা লৈতবা মওংদা আত্মাবু ধ্যান তৌবা ঙম্বা সাধক ( ভক্ত ) অদু ( অধিকারী ) মতিক চারবা নত্রগা। খ্বাইদগী হেনবা মথলগী মতিক চান্নবা সাধকনি। আত্মাবু নীংবা ( ধ্যান তৌবা ) ঙমদবা সাধকশিং অদুনা মথাদা হায়রিবা পোৎশিং অদুদা ঈশ্বরবু খনগদবা ধ্যান তৌগদবা ওই। অসিগুম্বা মথলগী ( ধ্যান ) নীংবা অসি ময়ায় ওইবা মথলগী অধিকারীশিংনি।

আদিত্যানামহং বিষ্ণুর্জ্যোতিষাং রবিরংশুমান্।
মরীচির্মরুতামস্মি নক্ষত্রাণামহং শশী ॥২১॥

( আদিত্যানাম্ ) আদিত্যশিংগী মরক্তা, ( অহম্ ) ঐ, ( বিষ্ণু ) বিষ্ণু, ( জ্যোতিষাম্ ) মঙাল-শিংগী মরক্তা, ( রবি ) নুমিৎ, ( অংশুমান্ ) অরংবা, ( মরীচি ) মরীচি, ( মরুতাম্ ) মরুৎশিংগী ( নুংশিৎশিংগী ), ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( নক্ষত্রানাম্ ) থরানমিচাকশিংগী মরক্তগী, ( অহম্ ) ঐ, ( শশী ) থা ॥২১॥

২১। আদিত্য ( তরানিথোই ) গী মরক্তা ঐনা বিষ্ণুনি ; মঙাল পীবশিংগী মরক্তা ঐনা অরংবা নুমিৎ অসিনি ; মরূত ( নুংশিৎ ) তরেৎ নত্রগা নিফুমাপলগী মরক্তা ঐ মরীচিনি ; থরানমিচাক-শিংগী মরক্তগী ঐনা থানি ॥২১॥

**অকুপ্পা বারোল :–** আদিত্য তরানিথোইগী মনুংদা বিষ্ণু হায়না খঙনবা আদিত্য অদু ঐনি। ধাতা, মিত্র, অর্য্যমা, রুদ্র, বরুন, ভাগা, সূর্য্য, বিবস্বান্, পূষা, সবিতা, ত্বস্তা অমসুং বিষ্ণু অসি আদিত্য তরানিথোইনি। চহি অমগী থা তরানিথোই অসি আদিত্যশিংনি।

মরুতশিং অসি দেবতাশিং ( নুংশিৎকী শক্তম ওইবা ) লাইশিংনি।

— আদিত্য তরানিথোই, অগ্নি ( মৈ ), নোংথাংনচিংবা, মরুতশিং, থরানমিচাকশিংনচিংবা অসি ঈশ্বরগী ( সামান্য বিভূতি ) অচম্বা শক্তম্নি। বিষ্ণু, নুমিৎ, মরীচি অমসুং থানচিংবা অসি মাগী থোইদোক হেন্দোকপা বিভূতি ( বিশেষ বিভূতি ) নি, মরমদি মথোয়দা থরা হেন্না মহাকী মগুন মঙাল ফোঙদোকই।

নঙনা নুমিৎ অমসুং থাদা ঈশ্বরনি হায়না ( ভাবনা ) খনবা য়াই অমসুং নুমিৎ অমসুং থাদা ঈশ্বরগী মওং ( শক্তম্নি ) হায়না ধ্যান তৌবা য়াই। অধ্যায় অসিগী মথাগী শ্লোকশিংদা হায়রিবা মওং পুম্বা অসিদা অসিগুম্বা মায়বা মথলগী ধ্যান তৌবা য়াই।

বেদানাং সাম বদোঽস্মি দেবানামস্মি বাসবঃ।
ইন্দ্রিয়াণাং মনশ্চাস্মি ভূতানামস্মি চেতনা ॥২২॥

(বেদানাং) বেদশিংগী মরক্তা, (সামবেদঃ) সামবেদ, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (দেবানাং) লাইশিংগী মরক্তা, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (বাসবঃ) বাসব, (ইন্দ্রিয়ানাম্) ইন্দ্রিশিংগী মরক্তা, (মনঃ) পুক্লিং, (চ) অমসুং, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (ভূতানাম্) থরায়পানবশিংগী মরক্তা, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (চেতনা) লৌশিং ॥২২॥

২২। বেদশিংগী মরক্তা ঐ সামবেদনি; লাইশিংগী মরক্তা ঐ বাসবনি; (ইন্দ্রি) হকচাং কায়াৎশিংগী মরক্তা ঐনা পুক্লিংনি; থরায় পানবশিংগী মরক্তা ঐ লৌশিং হায়বদুনি ॥২২॥

**অকুপ্পা ৱারোলঃ** — "বাসব" হায়বসি "ইন্দ্র" শোয়ারেনবুনি। লাইশিং হায়বদি রুদ্রশিং ১সুং আদিত্যশিংনচিংববুনি। "ইন্দ্রিশিং": জ্ঞান ইন্দ্রি মঙা, নত্রগা থঙবদা চঙবা খুৎলাই মঙা হায়বদি নাকোং, ভুনশা, মীৎ, লৈ অমসুং নাতোন অসিনি।

কর্মেন্দ্রি মঙা নত্রগা থবক তৌবা হকচাং কায়াৎ মঙা হায়বদিঃ রাইং, খুৎ, থোঙ ঈশিংথোঙ অমসুং অমাংথোঙ (মথাগী থোঙ অনি) পুক্লিং হায়বসি তরামাথোই শুবা হকচাং কায়াৎ (ইন্দ্রি) অমনি হায়না লৌই। পুক্লিংগী মতেঙ য়াওদনা (ইন্দ্রিশিং) হকচাং কায়াৎশিং অসিনা তৌবা ঙমদে, অদুনা পুক্লিং অসিবু ইন্দ্রিশিংগী মরক্তা মকোক অমনি হায়না লৌই।

"চেতনা": "কার্য কারণ সংঘাত নিত্যাবিভক্তে বুদ্ধি বৃত্তি চেতনা"।

—চেতনা—লৌশিং হায়বসি হকচাং অপুম্বদা অমসুং ইন্দ্রিশিংদা ফোঙদোকপা বুদ্ধিগী মওং অমবু হায়বনি।

(বুদ্ধি) লৌশিংদগীনা খ্বাইদগী অপৌবা পোৎ অদু কাওবা পুম্নমকপু ঙালহনবা অদুবু চেতনা কৌই।

রুদ্রাণাং শঙ্করশ্চাস্মি বিত্তেশো যক্ষরক্ষসাম্।
বসূনাং পাবকশ্চাস্মি মেরুঃ শিখরিণামহম্ ॥২৩॥

(রুদ্রানাম্) রুদ্রশিংগী মরক্তা, (শঙ্করঃ) শঙ্কর, (চ) অমসুং, (অস্মি) (ঐ) ওই, (বিত্তেশঃ) বিত্তেশ নত্রগা কুবের, (যক্ষরক্ষসাম্) যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী মরক্তা, (বসুনাম্) বসুশিংগী মরক্তা, (পাবকঃ) পাবকঃ, (চ) অমসুং (অস্মি) (ঐনা) ওই, (মেরু) মেরু, (শিখরিণাম্) চীংশিংগী মরক্তা, (অহম) ঐ ॥২৩॥

২৩। অদুগা রুদ্রশিংগী মরক্তা ঐ শঙ্করনি; যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী মরক্তা ঐ কুবের (লনগী মপু) নি; বসুশিংগী মরক্তা ঐ পাবক (অগ্নি) মৈনা; অদুগা চীংজাও তরেৎকী মনুংদা ঐ মেরুনি ॥২৫॥

**অকুপ্পা ৱারোলঃ** "রুদ্রশিং": হায়বসি মশীং তরামাথোই শুই। মরুওইবা খুংশিৎ (প্রাণ) তরা অমসুং পুক্লিং অসিবু রুদ্র তরামাথোই হায়বনি। মখোয়শিং অসিবু অহুম্মা কৌই মরমদি মখোয়না হকচাংদগী চৎলমদাইদা অরাবা পোকহল্লি। মখোয়শিং অসি পুরান্দা মথাগী অহুম্মা

খূদম ওইনা তাকই মাদুদ :— বীরভদ্র, শঙ্কর, গিরিশ, অজয়কপাৎ, ভুবনাধিশ্বর, অহিরভুজা, পিনাকি, অপরাজিত, কাপালি, স্থানু অমসুং ভাগা অসিনি। রুদ্রশিংগী মরক্তা শঙ্কর হায়বসিনা মকোক্নি হায়না লৌই।

"বসুশিং" :— হায়বদি নৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অহাঙবা, মুমিৎ, থা অমসুং থৱানমিচাকশিং অসিবুনি। মখোয়শিং অসিবু অসুম্না কৌই মরমদি মখোয়শিং অসিগী মনুংদা লৈরিবা তাইবংপান পুম্নসি য়াওনা মখোয় অসিনা শায়। মখোয়শিং অসি মখাগী অসুম্না পুরান্দা খূদম ওইনা তাকই, মাদুদি :— আপ, ধ্রুব, সোম, ধর, অনিল, অনল, প্রত্যুষ, প্রভাস। মখোয়শিং অসিগী অনল নত্রগা মৈনা মকোকনি।

পুরোধসাং চ মুখ্যং মাং বিদ্ধি পার্থ বৃহস্পতিম্।
সেনানীনামহং স্কন্দঃ সরসামস্মি সাগরঃ ॥২৪॥

(পুরোধসাম্) য়ুমপানবা পুরোহিৎশিংগী মরক্তা, (চ) অমসুং, (মুখ্যম্) মকোক, (মাম্) ঐবু, (বিদ্ধি) খঙউ, (পার্থ) হে পার্থ, (বৃহস্পতিম্) বৃহস্পতি (শগোলশেল), (সেনানীনাম্) লান্মী-মকোকশিংগী মরক্তা, (অহম্) ঐ, (স্কন্দঃ) স্কন্দ, (সরসাম্) পাৎশিংগী, মরক্তা, (অস্মি) (ঐনা) উই, (সাগরঃ) সমুদ্র ॥২৪॥

২৪। হে পার্থ, ইমুং ইমুংগী ওইবা পুরোহিৎশিং (নিংথৌশিংগী) গী মরক্তগী ঐহাক অসি মকোক ওইবা বৃহস্পতি হায়বসিনি; লান্মীশিংগী মকোকশিংগী মরক্তগী ঐ স্কন্দনি; পাৎশিংগী মরক্তগী সমুদ্র হায়বদু ঐনি ॥২৪॥

**অকুপ্পা বারোল :—** বৃহস্পতি হায়বসি লাইশিংগী অথোইবা পুরোহিৎ (রাজ পুরোহিৎ) নি; মহাক অসি ইন্দ্র (শোরারেনগী) ইমুং-মনুংগী পুরোহিৎনি।

স্কন্দ হায়বসি কার্ত্তিক নত্রগা ভগবান সুব্রমন্যবুনি। মহাক অসিনা লাইশিংগী (সেনাপতি) মকোক্নি। লাইনা শেম্বা ঈশিং তুংফমশিং হায়বদি পাৎশিংগী মনুংদগী সমুদ্র হায়বদু ঐহাক্নি।

মহর্ষীণাং ভৃগুরহং গিরামস্ম্যেকমক্ষরম্।
যজ্ঞানাং জপযজ্ঞোঽস্মি স্থাবরাণাং হিমালয়ঃ ॥২৫॥

(মহর্ষীণাং) অচৌবা ঋষিশিংগী মরক্তা, (ভৃগুঃ) ভৃগু, (অহম্) ঐ, (গিরাম্) ৱাহৈশিংগী মরক্তা, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (একম্) অমা, (অক্ষরম্) খোন্থোক, (যজ্ঞানাম্) (যজ্ঞ) ঈরাৎপশিংগী মরক্তা, (জপযজ্ঞঃ) তুমিন্না হন্না হন্না শোনবা যজ্ঞ, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (স্থাবরানাম্, (লেঙদবা পোৎশিংগী মরক্তা, (হিমালয়ঃ) হিমালয় ॥২৫॥

২৫। অচৌবা ঋষিশিংগী মরক্তা ভৃগু হায়বসি ঐনি। ৱাহৈশিংগী মরক্তা খোন্থোক অমত্তা ওইবা মশক "ওঁ" হায়বসি ঐনি। যজ্ঞশিংগী মরকতা তুমিন্না হন্না হন্না শোনবা (জপযজ্ঞ) হায়বসি ঐনি। লেঙদবা পোৎশিংগী মরক্তা হিমালয়না ঐনি ॥২৫॥

**অকুপ্পা বারোল :**— মমুনা হায়খ্রে : "ব্রাহ্মণ অমনা করিগুম্বা থবক ( যজ্ঞ ) অমা তৌবম্ব যাই নত্রগা তৌদবম্ব যাই, তৌইগুম্বম্বুং মহাক্না ( জপ-যজ্ঞ ) তুমিন্না শোনবতনা অয়ান-খুভম অদুম ফংই।"

"ভৃগুঃ" :— তাইবংবু শেম্বা ব্রহ্মাগী পূক্লিংনা পোকপা মচানি। "হিমালয়" :—তাইবং অসিদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা চীং।

"জপ-যজ্ঞঃ" :— যজ্ঞ অসিদা কনাগুম্বা থরায় পানবা অমগী অরাবম্ব নত্রগা থরায় মাঙবম্ব লৈতে। মরম অসিনা, মাসিবু যজ্ঞ পুম্বদগী খ্বাইদগী হেন্না ফবনি হায়না লৌই।

অশ্বত্থ সর্ববৃক্ষানাং দেবর্ষীণাং চ নারদঃ।

গন্ধর্বাণাং চিত্ররথঃ সিদ্ধানাং কপিলো মুনিঃ ॥২৬॥

( অশ্বত্থঃ ) খোংনাং, ( সর্ববৃক্ষানাং ) উ পুম্বগী মরক্তা, ( দেবর্ষীনাম্ ) লাইগী ঋষিশিংগী মরক্তা, ( চ ) অমস্থুং, ( নারদঃ ) নারদ, ( গন্ধর্বাণাং ) গন্ধর্বশিংগী মরক্ত, ( চিত্ররথঃ ) চিত্ররথ, ( সিদ্ধানাম্ ) সিদ্ধশিং ( মপূং ফারবশিং ) গী মরক্তা, ( কপিলঃ ) কপিল, ( মুনি ) মুনি ॥২৬॥

২৬। উশিংগী মরক্তা ঐ খোংনাং পাম্বীনি ; লাইগী ঋষিশিংগী মরক্তা নারদ ঐনি ; গন্ধর্বশিংগী মরক্তা চিত্ররথ ঐনি ; মপূং ফারবা ( সিদ্ধ ) শিংগী মরক্তা কপিল মুনি হায়বসি ঐহাক্নি ॥২৬॥

**অকুপ্পা বারোল :**— "দেবর্ষিশিং" :— মখোয়শিং অসি লাইনি অমস্থুং মুনিস্থুনি নত্রগা খঙবশিংনি।

"সিদ্ধশিং" :— মপূং ফারবা ; অমুক হোৎনরুবা লৈতনা হেক পোক্লকপদা ধর্ম্ম, জ্ঞান, বৈরাগ্য, অমস্থুং ঐশ্বর্য্যবু ফংলবশিং অদুনি।

"মুনি" :— মনন তৌবা, ধ্যান তৌবা নত্রগা ৱাখল খনবশিং অদুবু মুনি কৌই।

উচ্চৈঃশ্রবসমশ্বানাং বিদ্ধি মামমৃতোদ্ভবম্।

ঐরাবতং গজেন্দ্রণাং নরাণাং চ নরাধিপম্ ॥২৭॥

( উচ্চৈঃশ্রবসম্ ) উচ্চৈঃশ্রব, ( অশ্বানাং ) শগোলশিংগী মরক্তা, ( বিদ্ধি ) খঙউ, ( মাম্ ) ঐবু, ( অমৃতোদ্ভবম্ ) শিদবদগী পোকপা, ( ঐরাবতম্ ) ঐরাবত, ( গজেন্দ্রাণাম্ ) লাইগী ওইবা শামুশিংগী মরক্তা, ( নরাণাং ) মীশিংগী মরক্তা, ( চ ) অমস্থুং, ( নরাধিপম্ ) নিংথৌ ॥২৭॥

২৭। শগোলশিংগী মরক্তা ঐবু অমৃতদগী পোকপা উচ্চৈঃশ্রবনি হায়না খঙউ, লাইগী ওইবা শামুশিংদগী ঐরাবতনি, অমস্থুং মীশিংগী মরক্তা নিংথৌনি ॥২৭॥

**অকুপ্পা বারোল :**— অমৃতরস হায়বসি লাইশিংনা শঙ্গোমগী সমুদ্র নৈবদগী ফংখি। অসিগুম্বা অমৃত অসিগীদমক নৈবা মতমদা শঙ্গোমগী সমুদ্রদগী পোকপা শগোল, নিংথৌ উচ্চৈঃশ্রব হায়না কৌবা অসিনি।

"ঐরাবত" :— উচ্চৈঃশ্রবগা লোয়ননা সমুদ্র নৈবদা থোরকপা শোরারেনগী শামু ঐরাবতকী মচানি।

আয়ুধানামহং বজ্রং ধেনূনামস্মি কামধুক্ ।
প্রজনশ্চাস্মি কন্দর্পঃ সর্পাণামস্মি বাসুকিঃ ॥২৮॥

( আয়ুধানাম্ ) খুৎলাইশিংগী মরক্তা, ( অহম্ ) ঐ, ( বজ্রম্ ) নোংমৈ শিংজং, ( ধেনূনাম্ ) যনশিংগী মরক্তা, ( অস্মি ) ( ঐ ) ওই, ( কামধুক্ ) কামধুক, ( সুরভি ), অনীংবা পূম্বা পীবা স্বর্গগী যন, ( প্রজনঃ ) থোকহনবা, ( চ ) অমসুং, ( অস্মি ) ( ঐ ) ওই, ( কন্দর্পঃ ) কন্দর্প, (কামদেব) ( সর্পাণাম্ ) লিনশিংগী মরক্তা, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( বাসুকি ) বাসুকি ॥২৮॥

২৮। খুৎলাইশিংগী মরক্তা ঐনা নোংমৈ শিংজংনি ; যনশিংগী মরক্তা ঐ কামধুকনি ; ঐহাক কন্দর্প হায়বা পোকহনবা হায়বত্রুনি ; লিনশিংগী মরক্তা ঐনা বাসুকনি ॥২৮॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "বজ্রম্" :— দধিচিগী শরূনা শাবা নোংমৈ শিংজং বজ্র হায়বত্রুনি ; যজ্ঞ চামথক তৌগ্রবা ( ইন্দ্র ) শোরারেম্না লান্দা পায়বা খুৎলাই অমা।

"কামধুক" :— সমুদ্রদগী ঐরাবত অমসুং উচ্চৈঃশ্রবগা লোয়ননা থোরকপা, অনীংবা পূম্বা পীবা বশিষ্ঠ মহামুনিগী কামধেনু হায়বা যন অত্রুবুনি।

"কন্দর্পঃ" :—কামদেব নত্রগা অঙাং পোকনীংবগী লাই।

"বাসুকিঃ" :— মতোক য়াওদবা নত্রগা অচম্বা লিনশিংগী ( মপু ) মকোক। সর্প নত্রগা লিন হায়বসি মকোক অমত্তা মপাল্লি। বাসুকি হায়বসিদি নাপু মচুনি। নাগশিংদি মকোক য়াম্না পাল্লি। অনন্ত হায়বসিনা মৈগী মচুনি।

শ্রীধরনা হায় মাত্রুদি ( সর্প ) লিনশিং অসিদি হু য়াওই, অমসুং ( নাগ ) লিনশিং অসিনা হু য়াওদে। শ্রীরামানুজনা হায় মাত্রুদি (সর্প) লিনশিং আস মকোক অমত্তা পাল্লি অমসুং (নাগ) লিনশিং অসিনা মকোক য়াম্না পাল্লি।

অনন্তশ্চাস্মি নাগানাং বরুণো যাদসামহম্।
পিতৃণামর্যমা চাস্মি যমঃ সংযমতামহম্ ॥২৯॥

( অনন্তঃ ) অনন্ত, ( চ ) অমসুং, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( নাগানাম্ ) নাগশিংগী মরক্তা, ( বরুণ ) বরুণ, ( যাদসাম্ ) ঈশিংগা মরী লৈনবা লাই মচাশিংগী মরক্তা, ( অহম্ ) ঐ, (পিতৃণাম্) ইপা ইপু-অপোকপাশিংগী মরক্তা, ( অর্যমা ) অর্যমা, ( চ ) অমসুং, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( যমঃ ) যম, ( সংযমতাম্ ) লাকাশনবা মীশিংগী মরক্তা, ( অহম্ ) ঐ ॥২৯॥

২৯। নাগশিংগী মরক্তা ঐ অনন্তনি ; ঈশিং লাইশিংগী মরক্তা ঐ বরুণনি ; অপোকপা-ইপা-ইপুশিংগী মরক্তা ঐ অর্যমানি ; লাকাশনবাশিংগী মরক্তা ঐ যমনি ॥২৯॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "অনন্তঃ" :— মতোক পানবা লিনশিংগী মরক্তা নাপু মচু ওইবা অনন্ত হায়বসি ঐনি।

"বরুণঃ" :— ঈশিং লাইশিংগী নিংথৌ।

"বাদসাম্" :— ঈশিংগা মরী লৈবা দেবতাশিং ( লাইশিং )।

"অর্যমা" :— ইপা ইপু-অপোকপা ( পিতৃ ) শিংগী নিংথৌ।

থরায় পানবশিংগী থবক পুন্নমকপু য়েংহনা লৈবা মশক, মীওইবশিংনা তৌরিবা অফবা-ফত্তবা থবক পুন্নমক্কী হিসাব থম্বা যম হায়বদু ঐনি।

প্রহ্লাদশ্চাস্মি দৈত্যানাং কালঃ কলয়তামহম্।
মৃগাণাং চ মৃগেন্দ্রোঽহং বৈনতেয়শ্চ পক্ষীনাম্ ॥৩০॥

( প্রহ্লাদঃ ) প্রহ্লাদ, ( চ ) অমসুং, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( দৈত্যানাং ) দৈত্যশিংগী মরক্তা, ( কালঃ ) মতম, ( কলয়তাম্ ) মশীং শীবশিংগী মরক্তা, ( অহম্ ) ঐ, ( মৃগাণাম্ ) শাশিংগী মরক্তা, ( চ ) অমসুং, ( মৃগেন্দ্রঃ ) শাশিংগী নিংথৌ ( নোংশা ), ( অহম্ ) ঐ, ( বৈনতেয়ঃ ) বিনতাগী মচা, গরুড়, ( চ ) অমসুং, ( পক্ষীণাম্ ) উচেকশিংগী মরক্তা ॥৩০॥

৩০। অদুগা দৈত্যশিংগী মরক্তা ঐ প্রহ্লাদনি; মশীং অথীবশিংগী মরক্তা ঐ মতম্নি; শাশিংগী মরক্তা ঐ শা পুম্বগী নিংথৌ ( নোংশা ) নি; অমসুং উচেকশিংগী মরক্তা ঐ বৈনতেয় ( গরুড় ) নি ॥৩০॥

অকুপ্পা ৱারোল :— শাশিংগী নিংথৌদি নোংশানি।

"বৈনতেয়" : বিনতাগী মচা, গরুড়। "দৈত্যশিং" : দিতিগী মচাশিং।

পবনঃ পবতামস্মি রামঃ শস্ত্রভৃতামহম্।
ঝষাণাং মকরশ্চাস্মি স্রোতসামস্মি জাহ্নবী ॥৩১॥

( পবনঃ ) নুংশিৎ, ( পবতাম্ ) শেংদোকপশিং নত্রগা অয়াঙবশিংগী মরক্তা, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( রামঃ ) রাম, ( শস্ত্রভৃতাম্ ) খুৎলাই পায়বশিংগী মরক্তা, ( অহম্ ) ঐ, ( ঝষাণাম্ ) ঙাশিংগী মরক্তা, ( মকর ) মকর ( ঈশিং কৈ ), ( চ ) অমসুং, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( স্রোতসাম্ ) ঈচেনশিংগী মরক্তা, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( জাহ্নবী ) গঙ্গা ॥৩১॥

৩১। শেংদোকপা ( নত্রগা অয়াঙবা খোঙচৎ ) শিংগী মরক্তা নুংশিৎ অসি ঐনি; লান্মীশিং ( খুৎলাই পায়বশিং ) গী মরক্তা রাম হায়বদু ঐনি; ঙাশিংগী মরক্তা ঈশিং কৈ হায়বদু ঐনি; ঈচেলশিংগী মরক্তা গঙ্গা হায়বসি ঐনি ॥৩১॥

অকুপ্পা ৱারোল :— স্বর্গদগী ভগীরথনা গঙ্গা অসিবু পুথরকপা মতমদা জাহ্নুনা মহাকপু য়োৎশিনখিরমই। অদুনা গঙ্গাগী মমিংবু জাহ্নবী কৌই।

সর্গাণামাদিরন্তশ্চ মধ্যং চৈবাহমর্জ্জুন।
অধ্যাত্মবিদ্যা বিদ্যানাম্ বাদঃ প্রবদতামহম্ ॥৩২॥

( সর্গাণাম্ ) শেম্বশিংগী মরক্তা, ( আদিঃ ) অহৌবা, ( অন্তঃ ) অরোইবা, ( চ ) অমসুং, ( মধ্যম ) ময়ায়, ( চ ) অমসুং, ( এব ) সু, ( অহম ) ঐ, ( অর্জ্জুন ) হে অর্জ্জুন, ( অধ্যাত্মবিদ্যা )

আত্মবিজ্ঞান, (বিদ্যানাম্) মহৈ মশিংগী মরক্তা, (বাদঃ) য়েৎনবা, (প্রবদতাম্) রাখল খেন্নবশিংগী মরক্তা, (অহম্) ঐ ॥৩২॥

৩২। হে অর্জ্জুন, শেম্নক্লবশিংগী মরক্তা ঐনা অহৌবনি, ময়ায়নি অমসুং অরোইবসুনি; বিজ্ঞানশিংগী মরক্তা আত্মবিজ্ঞান ঐনি, অমসুং রাখল খেন্নবশিংগী মরক্তা ঐ ন্যায় শাস্ত্রনি ॥৩২॥

**অকুপ্পা ৱারোল :—** বিজ্ঞানশিংগী মনুংদা হকচাংগী বিজ্ঞানগী য়ুক্ষম অদু ঐনি। লৌশিং পুম্বগী মরক্তা ঐনা আত্মবিজ্ঞান ঐবু ইশানা শংশংবা মশক্তা উবা বিজ্ঞান অদু ঐনি। মরৈ য়েৎনবশিংগী মরৈশিং অদু ঐনি। ঐহাক খৎনবশিংগী বাদ হায়বদু ঐ'ন। রাঙাং হৈবশিংগী রাহৈশিং অদু ঐনি। মথক্কী শ্লোক ২০ শুবদা ভগবান্না হায়খি: "থরায় পানবশিংগী ঐনা হৌরকফম, ময়ায় অমসুং অরোইবসুনি।" মহাক্না হৌজিক্কি হায়: "অচৎপা অমসুং চত্তবা শেম্নক্লবশিং অসিগী অহৌবা ময়ায় অমসুং অরোইবা ঐনি।" মফম অসিদা "সৃষ্টি" শেম্নক্লবা পুম্ববু পুম্নমক ওইনা পল্লি।

আত্মজ্ঞানতনা পুন্সিগী অরোইবা মপুংফাবা ফংবদা নল্লগা অরানবা ফংবদা চীংশিনবা মরম্না, জ্ঞান পুম্নমক্কী মরক্তা মাসিনা মকোক্নি।

"প্রবদতাম্: রাখল খেন্নবশিং হায়বনা, মফম অসিদা ঐখোয়না ন্যায় শাস্ত্রগী বাদ, জল্প ১সুং বিতণ্ডা হায়বা মরৈ ময়েৎ অদুবু খণ্ডনগনি। জল্প হায়বনা কন্নিগুম্বা রাফম অমগী অচুম্বা মশক ফংননবা য়েৎপা মরৈ অদুবু খণ্ডনৈ। অপাম্বা কল্লকপা অমসুং য়েংথীবা য়াওদ্রবা সাধকশিংনা মখোয় মশেলগী মরক্তা অমগা অমগা রাহং হংনদুনা অমসুং পাউখুম পীনদুনা অমসুং অচুম্বা রাফম অমগী স্বভাবপু খণ্ডননবা অমসুং লেপ্পনবগী দার্শনিক ওইবা রাফমশিংবু নৈনৈ। মখোয়না অমবু ঙম্নবা মরৈ য়েত্তে। মাসিনা বাদ কৌই। জল্প হায়বসিনা কনাগুম্বা অমনা মাগী রাখল অদুবু কন্না থাঙৎলি অমসুং মাগী লাম্বাশিংগী রাখল অদুবু ককথৎননবা মরৈ কন্না য়েৎলি। বিতণ্ডা হায়বসিনা মহাক্কী লাম্বাশিং অদুগী মরৈদা নাকোইগী সমালোচনা তৌবা মরৈ ময়েৎ অদুবুনি। রাফম অদুগী ওন্ন-তৈনবা নাকল অদুগী রাফম অদু লেপ্পনবা হোৎনদে। জল্প অমসুং বিতণ্ডাদদি অত্তোপ্পা মী অদুবু মায়থীবা পীননবা কন্না হোৎনৈ। মাসিদা ঙম্নবগী অপাম্বা অমা কন্না লৈ।

অক্ষরাণামকারোঽস্মি দ্বন্দ্বঃ সামাসিকস্য চ।
অহমেবাক্ষয়ঃ কালো ধাতাহং বিশ্বতোমুখঃ ॥৩৩॥

(অক্ষরাণাম্) ময়েকশিংগী মরক্তা, (অকারঃ) অ-ময়েকসি, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (দ্বন্দ্বঃ) অনি নৈবা (সামাসিকস্য) তিন্নবশিংগী মরক্তা, (চ) ১সুং, (অহম্) ঐ, (এব) লেপনমক, (অক্ষয়ঃ) লোইবা নাইদবা, মতমচুপ্পা নৈবা, (কালঃ) মতম, (ধাতা) অশেম্বা মশক, (অহম্) ঐ, (বিশ্বতোমুখঃ) মমায় য়াম্বা (মায়কৈ পুম্বদা মমায়শিং নৈবা) ॥৩৩॥

৩৩। "অ" হায়বা ময়েক অসি ময়েকশিংগী মরক্তা ঐনি অমসুং তিনশিন্নবশিংগী মরক্তা

অনি তিন্নবা হায়বদু ঐনি ; ঐ অসি লোইবা নাইদবা নত্রগা মতমচুপ্পা লৈবা মতম হায়বদু ঐনি ; মায়কৈ পুম্বদা মমায় পানবা থবক্কী মহৈব্ য়েনবা মীওই হায়বদু ঐনি ॥৩৩॥

**অকুপ্পা বারোল :**— ময়েকশিংগী মরক্তা "অ" হায়বা ময়েক অদু ঐনি।

সংস্কৃতকী তিন্নবা হায়দুনা লৈরিবশিং অসিগী মনুংদা, উভয়পদ প্রধান হায়বদি ( দ্বন্দ্ব ) হায়বা অনি তিন্নবা হায়বদুনি।

"মতম" : হায়বসি মফম অসিদা "ক্ষণ" মিৎকুপপু হায়বনি। মতমগী অয়োইবা মচাক নত্রগা ( কালস্য অপি কাল ) অথোইবা মপুগী মশক ওইবা পরমেশ্বরগী মচাক ওইবা, মতমগীসু মতম ওইবা মশক অদুবু তাকপীবনি।

অথোইবা মশক ওইবা পরমেশ্বর অদুনা মফম পুম্বদা শীন্থুংনা লৈবা মরম্না মায়কৈ খুদিংদা মমায় পানবনি।

মৃত্যুঃ সর্বহরশ্চাহমুদ্ভবশ্চ ভবিষ্যতাম্।
কীর্তিঃ শ্রীর্বাকচ নারীণাং স্মৃতির্মেধাধৃতিঃ ক্ষমা ॥৩৪॥

( মৃত্যুঃ ) অশিবা, ( সর্বহরঃ ) পুম্নমক য়োৎপা, ( চ ) ১মসুং, ( অহম, ) ঐ, ( উদ্ভবঃ ) সুংঙাই-য়াইফবা, ( চ ) ১মসুং, ( ভবিষ্যতাম্ ) ইনাক-কৈরাক খুনগদবা মীওইশিংগী, ( কীর্তি ) মীংচৎ, ( শ্রীঃ ) ইনাক-কৈরাক খুনবা, ( বাক ) ৱাহৈ, ( চ ) ১মসুং ( নারীণাম্ ) নুপীশিংগী, ( স্মৃতিঃ ) নীংশিংবা, ( মেধা ) লৌশিং, ( ধৃতিঃ ) চেৎপা, ( ক্ষমা ) ঙাকপীহৈবা ॥৩১॥

৩৪। অদুগা ঐদি পুম্নমকপু য়োংশিনবা অশিবা হায়বদুনি, ১মসুং ইনাক-কৈরাক খুনগদবা ওইবগী ইনাক খুনবা হায়বদু ঐনি ; নুপীগী ওইবা মগুণশিংগী মরক্তা মীংচৎ, ইনাক খুনবা, ৱাহৈ, নীংশিংবা, লৌশিং, অচেৎপা ১মসুং ঙাকপি হৈবা হায়বশিং অসি ঐনি ॥৩৪॥

**অকুপ্পা বারোলঃ** – পুম্নমকপু মুন্দুনা লোবা ১মসুং খুদিংমকপু মাঙহনবা অশিবা হায়বদুসু ঐনি ; অশিবা হায়বসি মথল অনি শুই মাঠুদি :– ( ধনাদি হর ) লনথুম্নচিংবা ফাজিনখিবা অমসুং ( প্রানহর ) থরায় ফাজিনখিবা অমা। মখোয়শিং অসিগী মরক্তা থরায় ফাজিনখিবা হায়-বসিনা পুম্নমক ফাজিনখিবনি। ঐহাক্কি মাসিনি।

"অথবা পরমেশ্বর প্রলয়ে সর্বহরস্তু সর্বহর সোঽহম্"— প্রলয়গী নত্রগা পুম্নমক মাঙবগী মতমদা ঐনা খুদিংমকপু মাঙহল্লি অদুনা ঐ অসিনা পুম্নমক্কী অথোইবা মপু পুম্নমকপু ফাজিনবা ঙম্বা মশক অদু ওই। মতুংদা পোক্কদবা পুম্নমক্কী হৌরকফম অদু ঐনি নত্রগা ঐ অসি সুংঙাই-য়াইফবা মশক ১মসুং মাদু ফংবদা মতিক চারবা মখোয়শিং অদুগী লনথুম ফংননবগী পাম্বৈশিং অদুসু ঐহাক্নি। ফজববু শ্রী কৌই। মঙাল লৈববুসু শ্রী কৌই। ঐদি মীংচৎ হায়রিবা খ্বাইদগী ফরজবা নুপী ওইবগী গুণ অদুসু ঐনি। মীওইবশিংনা মমিং খজিক্তং চৎলকপা ( অভাস মাত্র কীর্তি ) মতমদা মখোয় ৱাম্না চাউরে অমসুং পুক্নিংগী অচৌবা মহৈ য়াল্লে হায়না খল্লি। অচুম্বা কীরেপকী

ফমফমমাংবু লৈতেংবা য়াহৈ হায়বদু ঐহাকনি। পোৎশিংবু অমম্নুং হৌখিবা মুংঙাইবশিংবু অমুকহন্না কৌবা, নীংশিংবা হায়বদু ঐহাক্নি।

শাস্ত্রশিংনা তাক্লিবা পাউতাকশিংবু ফাদুনা থম্বা ঙম্বা পুক্নিংগী পাঙ্গল অদুবু মেধা কৌই।

মথল মথা অয়াম্বা অরাবশিংগী মরক্তসু হকচাং ১সুং ( ইন্দ্রিশিং ) হকচাং কায়াৎশিংবু লৈত্তানা থম্বা ঙম্বগী পাঙ্গল অদুবু লৈতাবা নত্রগা ধৃতি কৌই। থবকশিং তৌরিঙৈদসু ( থবক অদুগা ) শম্নদনা থম্বা ঙম্বা কনাগুম্বগী পাঙ্গল অদুবু ধৃতি কৌই। ধৃতি হায়বনা থৌনাবুসু খঙনৈ। খাঙববুসু ক্ষমা হায়না খঙনৈ।

মীংচৎ, ইনাক খুনবা, নীংশিংবা, লৌশিং, লৈতাবশিং অসি ক্ষমাগী মচানুপীশিংনি। মখোয়শিং অসি ধর্ম্মদা লুহোংদুনা পীথোকই অদুনা মখোয়শিং অসি ধর্ম্মপত্নিশিং কৌই।

বৃহৎসাম্ তথাসাম্নাং গায়ত্রী ছন্দসামহম্।

মাসানাং মার্গশীর্ষোঽহমৃতূনাং কুসুমাকরঃ ॥৩৫॥

( বৃহৎসাম ) বৃহৎসাম, ( তথা ) সু, ( সাম্নাম্ ) সাম-ঈশৈশিংগী মরক্তা, ( গায়ত্রী ) গায়ত্রী, ( ছন্দসাম্ ) ছন্দশিংগী মরক্তা, ( অহম্ ) ঐ, ( মাসানাম্ ) থাশিংগী মরক্তা, ( মার্গশীষ ) মার্গশীর্ষ, ( অহম্ ) ঐ, ( ঋতূনাম্ ) ঋতুশিংগী মরক্তা, ( কুসুমাকরঃ ) ( বসন্ত ) লৈ য়াম্না শাৎপা মতম ॥৩৫॥

৩৫। ঈশৈশিংগী মরক্তসু ঐনা বৃহৎসামনি ; ছন্দশিংগী মরক্তা ঐনা গায়ত্রী ( ছন্দ ) নি ; থাশিংগী মরক্তা ঐনা মার্গশীর্ষনি ; মতমশিংগী মরক্তা ঐনা ( বসন্ত ) লৈ শাৎপা মতম অদুনি ॥৩৫॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "বৃহৎসাম" : সামশিংগী অথোইবনি। "বৃহৎ" হায়বদি অচৌবা হায়বনি।

"মার্গশীষ" : নবেম্বর ১সুং ডিসেম্বর থা হায়বদি হিয়াঙৈ ১সুং পোইন্সু থাগী মচেৎ মচেৎ খর খরনি। মসি চাং নাইনা ময়ায় ওইবা অঙৈং-অশা লৈ। থাইনা মমাঙঙৈদদি থাগী মকোক অসি মার্গশীর্ষনা ওইরমই। চহিগী থা থীখিবসি মার্গশীর্ষগী হৌনা শীরমই। থা অসিদা অহানবা মফম পীরমই।

"কুসুমাকরঃ" : ( বসন্ত ) ফজরবা লৈ শাৎপা মতম্নি।

দ্যূতং ছলয়তামস্মি তেজস্তেজস্বিনামহম্।

জয়োঽস্মি ব্যবসায়োঽস্মি সত্ত্বং সত্ত্ববতামহম ॥৩৬॥

( দ্যূতম্ ) শেন-থানদুনা শান্নবা, ( ছলয়তাম্ ) মীনম্বশিংগী, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( তেজঃ ) মতিক-মঙাল, ( তেজস্বিনাম্ ) অঙানবা-অচৌবশিংগী, ( অহম্ ) ঐ, ( জয়ঃ ) ঙম্বা, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ব্যবসায় ) নীংদুনা লেপ্পা, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( সত্ত্বম্ ) অফবা, ( সত্ত্ববতাম্ ) অফবশিংগী, ( অহম্ ) ঐ ॥৩৬॥

৩৬ মীনম্বশিংগী মরক্তা শেন-থানদুনা শান্নবা হায়বদু ঐনি ; অচৌবশিংগী মরক্তা ঐনা মঙাল হায়বদু ঐনি : ঐহাক অঙম্বা হায়বদুনি, ঐহাকপু চেৎনা নীংবা ( চেৎনা নীংবা মখোয়শিংগী ) হায়বদু ঐনি ; অফবা মীশিংগী অফবা হায়বদু ঐহাক্নি ॥৩৬॥

**অকুপ্পা ৱারোল ঃ—** মীনম্বশিংগী পান্মেশিংগী মরক্তা চৌবর শান্নবগুম্বা শেন থানদুনা শান্নবা হায়বদু ঐনি। অার শান্নবা হায়বসি ঐগী শায়োননি। মপাঙ্গল কনবশিংগী পাঙ্গল হায়বদু ঐনি, (তেজ তেজস্বিনাম্)। অঙম্বা মীশিংগী ঙম্বা হায়বদু ঐনি। হোৎনবা মীশিংগী হোৎনবা হায়বদু ঐনি।

ধর্ম্ম, জ্ঞান, বৈরাগ্য, ঐশ্বর্য্যগী শক্তম লৌরিবা সত্ব হায়বা (ধর্ম্ম চেনবা অক্ষবা) সাত্বিক পুরুষশিংগী ওইবা সত্ব (অক্ষবা) হায়বদু ঐনি।

বৃষ্ণীনাং বাসুদেবোঽস্মি পাণ্ডবানাং ধনঞ্জয়ঃ।
মুনীনামপ্যহং ব্যাসঃ কবীনামুশনা কবিঃ ॥৩৭॥

(বৃষ্ণীনাম্) বৃষ্ণীশিংগী মরক্তা, (বাসুদেবঃ) বাসুদেব, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (পাণ্ডবানাম্) পাণ্ডবশিংগী মরক্তা, (ধনঞ্জয়ঃ) ধনঞ্জয়, (মুনীনাম্) মুনিশিংগী মরক্তা, (অপি) সু, (অহম্) ঐ, (ব্যাসঃ) ব্যাস, (কবীনাম্) কবিশিংগী মরক্তা, (উশনা) উশনা, (কবি) কবি ॥৩৭॥

৩৭। বৃষ্ণী (যাদব) গী মরক্তা ঐ বাসুদেবনি; পাণ্ডবশিংগী মরক্তা ঐনা ধনঞ্জয়নি; মুনিশিংগী মরক্তসু ঐনা ব্যাসনি; কবিশিংগী মরক্তা উশনা হায়বা কবি অদু ঐনি ॥৩৭॥

**অকুপ্পা ৱারোল ঃ-** "বৃষ্ণীশিং" ঃ যাদবশিং নত্রগা যদুগী মচামচুশিং ঐনা যাদবশিংগী মকোক্নি।
"মুনিশিং" ঃ— মনন্ তৌবা মখোয়শিং, ৱাখল খনবা নত্রগা ধ্যান তৌবা মীশিং।
"উশনা" ঃ - শুক্রাচার্য্য, দৈত্যশিংগী পুরোহিত।

দণ্ডো দময়তামস্মি নীতিরস্মি জিগীষতাম্।
মৌনং চৈবাস্মি গুহ্যানাং জ্ঞানং জ্ঞানবতামহম্ ॥৩৮॥

(দণ্ডঃ) ৱায়েনচৈ, (দময়তাম্) ৱায়েনবশিংগী মরক্তা, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (নীতিঃ) থৌরম শীনবা হৈবা, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (জিগীষতাম্) ঙম্নীংবা মীশিংগী মরক্তা, (মৌনম্) তুমিন্না লৈবা, (চ) অসুং, (এব) সু, (অস্মি) (ঐনা) ওই, (গুহ্যানাম্) অথুপ্পশিংগী মরক্তা, (জ্ঞানম্) লৌশিং, (জ্ঞানবতাম্) অখঙবা মীশিংগী মরক্তা, (অহম্) ঐ ॥৩৮॥

৩৮। ৱায়েনবা মীশিংগী মরক্তা ৱায়েনচৈ হায়বদু ঐনি; ঙম্নীংবা মীশিংগী মরক্তা থৌরম-শীনবা হৈশিংবা হায়বদু ঐনি; অমসুং অথুপ্পশিংগী মরক্তসু তুমিন্না লৈবা হায়বদু ঐনি; অখঙবা মীশিংগী মরক্তা খঙবা (জ্ঞান) হায়বদু ঐনি ॥৩৮॥

**অকুপ্পা ৱারোল ঃ -** "নীতি" ঃ শান্দোক শীঞ্জিনগী থবক; রাজনৈতিক বিদ্যা।
"মৌন" ঃ ব্রহ্ম নত্রগা আত্মাদু ঙঙনা ধ্যান তৌবনা ওইবা তুমিন্না লৈবা।
"জ্ঞানম্" ঃ আত্মজ্ঞান - ঐ ঈশাবু শংশানা খঙবগী জ্ঞান।

যচ্চাপি সর্বভূতানাং বীজং তদহমর্জুন।
ন তদস্তি বিনা যৎস্যান্ময়া ভূতং চরাচরম্ ॥৩৯॥

( যৎ ) মাদু, ( চ ) অমসুং, ( অপি ) সু, ( সর্বভূতানাম্ ) থরায় পানবশিংগী মরক্তা, (বীজম্) মরু, ( তৎ ) মাদু, ( অহম্ ) ঐ, ( অর্জুন ) হে অর্জুন, ( ন ) নত্তবা, ( তৎ ) মাদু, ( অস্তি ) ওই, ( বিনা ) য়াওদনা, ( যৎ ) মাদু, ( স্যাৎ ) ওইবা য়াই, ( ময়া ) ঐনা, ( ভূতম্ ) থরায়পানবা, ( চরাচরম্ ) অচৎপা নত্রগা চত্তবা ॥৩৯॥

৩৯। অদুগা হে অর্জুন, থরায় পানবশিংগী হৌরকফম হায়দুনা হেক লৈবা খিবিক অদুসু ঐনি ; ঐ য়াওদনা লৈবা ঙম্বা অচৎপা নত্রগা চত্তবা থরায় পানবশিং অমত্তা লৈতে ॥৩৯॥

**অকুপ্পা ৱারোল :—** মাদুদগী শেয়ক্লিবা পুম্নমক্তা লৈরিবা অহানবা হৌরকফম মরু অদু ঐনি। ঐ খুদিংমক্কী মরুনি। ঐ খুদিংমক্কী আত্মানি। ঐ য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা লৈবা ঙমদে। খুদিংমক অসি ঐগী স্বভাবকী ওইবা মশক্তি। ঐহাক্তা খুদিংমক্কী মচং ওইবা মশক্তি। ঐ য়াওদনদি পোৎ পুম্নমক অসি ইচম চম্বা অহাত্তবগুম্বা ওইরমগনি। ঐনা পোৎ খুদিংমক্কী আত্মানি।

নান্তোঽস্তি মম দিব্যানাং বিভূতীনাং পরন্তপ।
এষ তূদ্দেশতঃ প্রোক্তো বিভূতের্বিস্তরো ময়া ॥৪০॥

( ন ) নত্তবা, ( অন্তঃ ) অরোইবা, ( অস্তি ) লৈ, ( মম ) ঐগী, ( দিব্যানাম্ ) লাইগী ওইবা, ( বিভুতীনাম্ ) শায়োনশিং, ( পরন্তপ ) হে পরন্তপ, ( এষ ) মাসি, ( তু ) লেপ্পমক, ( উদ্দেশতঃ ) অশম্বা ৱাঙাঙ, ( প্রোক্তঃ ) হায়ত্রে, ( বিভূতেঃ ) শায়োনগী, ( বিস্তর ) শন্দোকপা, ( ময়া ) ঐনা ॥৪০॥

৪০। হে পরন্তপ, ঐগী লাইগী ওইবা শায়োনশিং অসিগী অরোইবা লৈতে ; তোইগুম্বসুং, মাসিদি ঐগী লাইগী ওইবা শন্দোকপা শায়োনশিংগী ঐনা হায়বা অশম্বা ৱাহৈ অদু অসিনি ॥৪০॥

**অকুপ্পা ৱারোল :—** ঈশ্বরগী লাইগী ওইবা শায়োনশিংডগী চপচাবা চাং নত্রগা ঙমখৈবু কনাগুম্বা অমনা খঙবা নত্রগা তাকপা হায়বসি ওইথোক্তবান। মহাক্কী পাঙ্গল নত্রগা শায়োনশিংগী ঙমখৈ লৈতে। মহাক্কী মরমদা খরা হায়বা ঙমলিবা অসিদি মহাক্কী মপান নাইদবা শায়োনগা চাং তম্নরুরবদি করিস্ত লৈতবনি।

"পরন্তপ" : য়েক্লববু চাকথেকপা : মহাক অদুমা সুংগী য়েক্লবা, অপাম্বা অশাউবা, করাম্বা, ঙুক্ষাৎপনচিংববু চাকথেকপা।

যদ্যদ্বিভূতিমৎসত্ত্বং শ্রীমদূর্জিতমেব বা।
তত্তদেবাবগচ্ছ ত্বং মম তেজোঽংশসংভবম্ ॥৪১॥

( যদ্যৎ ) করিগুম্বা, ( বিভূতিমৎ ) মতিক মগুণ লৈবা, ( সত্ত্বম্ ) থরায় পানবা, ( শ্রীমৎ ) ইনাক কৈরাক খুনবা, ( ঊর্জিতম্ ) মপাঙ্গল কনবা, ( এব ) সু, ( বা ) নত্রগা, ( তত্তৎ ) মাদু, ( এব ) ভমক, ( অবগচ্ছ ) খঙউ, ( ত্বম্ ) নঙ, ( মম ) ঐগী, ( তেজোঽংশসভবম ) ঐগী ইতিক্কী শরুক অমগী ফোঙদোকপা মশক ॥৪১॥

৪১। মতিক মগুণ লৈবা, ইনাক কৈরাক থুনবা নত্রগা মপাঙ্গল কনবা হায়বতুনা থরায় পানবা হেক লৈরিবশিং, অসিবু নঙনা ঐগী ইতিক্কী শরুক অমগী ফোঙদোকপা শায়োন্নি হায়না খঙউ ॥৪১॥

**অকুপ্পা ৱারোল :**— মতিক মঙাল লৈরিবা, অফবা, ফজবা অমসুং মপাঙ্গল কনবা হায়রতুনা করিগুম্বা অমা লৈরিবসি মহাক্কী মচেৎ অমনি নত্রগা মহাক্কী ভমথৈ নাইদবা মতিক্কী শরুক অমনি।

অথবা বহুনৈতেন কিং জ্ঞাতেন তবার্জুন।
বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্নমেকাংশেন স্থিতো জগৎ ॥৪২॥

হরি ওঁ তৎ সৎ
ইতি শ্রীমদ্ভাগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং
যোগ শাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জুনসংবাদে
বিভূতি যোগো নাম দশমোঽধ্যায়ঃ ॥

( অথবা ) নত্রগা, ( বহুনা ) ময়াম্না, ( এতেন ) মাসিনা, ( কিম্ ) করি, ( জ্ঞাতেন ) খঙবনা, ( তব ) নঙগী, ( অর্জুন ) হে অর্জুন, ( বিষ্টভ্য ) ভাকলো ওইরনা, ( অহম্ ) ঐ, (ইদম) মাসি, ( কৃৎস্নম্ ) পুম্নমক, ( একাংশেন ) শরুক অমনা, ( স্থিতঃ ) লৈরবা, ( জগৎ ) তাইবঙপান ॥৪২॥

৪২। হে অর্জুন, তোইগুম্বসুং, অকুপ্পশিং অসি খঙবনা নতোন্দা করি কান্নরিবগে? তাইবঙপান পুম্ব অসিবু ঐগী শরুক অমত্তনা ভাকলো শাহুনা ঐনা লৈ ॥৪২॥

**অকুপ্পা ৱারোল :**— ভগবাননা ৱারোইশিল্লি : "তাইবঙপান পুম্বসিদা ঐনা শীঙ্গুংনা ঐগী শরুক অমনা লৈত্তনা অমসুং শন্দোক্তুনা, ঐনা লৈ।"

শ্লোক অসি ( ঋক বেদ ১০—৯০—৩ ) পুরুষ শুক্তগী "পাদোস্য বিশ্ব ভূতানি ত্রিপাদস্যামৃতম্ দিবি" হায়বা মন্ত্র অসিদা যুম্ফম ওইবনি।

তাইবঙপান পুম্বসি শরুক অমনা, ভমথৈ অমনা, খোঙ অমনা ( একাংশেন, একাবয়বেণ, একপাদেন ) পুত্তনা ঐনা লৈ। ঐগী শরুক অমনা থরায় পানবা পুম্বসি শাবনি।

"পাদোস্য বিশ্ব ভূতানি" : মহাক্কী মখোঙদগী থরায় পানবা পুম্বা; (তৈত্তরীয় আরন্যক ৩-১২)। তাইবঙপান পুম্বসি পাদ অমা নত্রগা মহাক্কী মখোঙ নামনি। অংশ নত্রগা পাদ ( শরুক নত্রগা খোঙ ) হায়বসি অবিদ্য নত্রগা উপাধিনা মরম ওইহুনা ( চুন্না নীংবা ) কল্পনা তৌবদনি। অওইবা শক্তমদি ব্রহ্ম হায়বসি 'নিরবয়ব'নি, 'নিরাকার'নি ( হকচাং কায়াৎ নত্রগা মওং লৈতবা মশক্তি )।

হৌজিক ভগবানগী শায়োনশিংগী জ্ঞান অমা অর্জুনগী লৈরে। মহাক ভগবানগী অচৌবা শক্তম অহু ( বিরাট দর্শন নত্রগা বিশ্বরূপ দর্শন ) তৌবদা মতিক চারে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী শাযোনগী অমসুং মতিকশিংগী শায়োনগী শন্দোকপা মওং অমবু তাক্তুনা মাগী অচৌবা শক্তম অহুবু (উননবগীদমক) অর্জুনবু শেম শাজলমই।

অর্জ্জুন্না হায়রমই : "ঐনা হৌজিক্তি খঙলে মাদুদি তাইবংপান পুম্বসি নঙনা থন্দুনা লৈবগুমই, ঐনা হৌজিক্তি তাইবংপান পুম্বসি নঙোন্দা ঐগী লাইগী ওইবা মিৎ নত্রগা শংশংনা উবা মিৎনা ( দিব্য চক্ষুনা ) উগে হায়না নীংই।"

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী ৱারী-ৱাতাইগী লোইবা নাইদবা বিজ্ঞান, যোগ শাস্ত্র, ভগবদগীতাগী মতিক মগুণ লৈরিবা উপনিষদ হায়বা তরাশুবা তাঙ্কক অসি লোইরে।

লাইগী ওইবা শক্তম শায়োন ফোঙদোকপা যোগ।

# অথ একাদশোঽধ্যায়ঃ

## তরামাথোইশুবা তাঙ্কক।

## বিশ্বরূপ দর্শন যোগ।

নুং-পানগী ( শক্তম ) উবগী যোগ।

অর্জ্জুন উবাচ।

মদনুগ্রহায় পরমং গুহ্যমধ্যাত্মসংজ্ঞিতম্।

যৎত্বয়োক্তং বচস্তেন মোহোঽয়ং বিগতো মম ॥১॥

( মদনুগ্রহায় ) ঐবু নুংশিবদগী, ( পরমম্ ) খ্বাইদগী ৱাংবা, ( গুহ্যম্ ) অথুপ্পা, (অধ্যাত্মসংজ্ঞিতম্) অধ্যাত্ম-কৌবা, ( যৎ ) মাত্র, ( ত্বয়া ) নঙনা, ( উক্তম্ ) হায়গ্রবা, ( বচঃ ) ৱাহৈ, ( তেন ) মাহুনা, ( মোহঃ ) শুক্সাংপা, ( অয়ম্ ) মাসি, ( বিগতঃ ) কৌগ্রবা, ( মম ) ঐগী ॥১॥

অর্জ্জুন্না হায়রমই :—

১। ঐবু নুংশিবিবদগী নঙনা আত্মাগা মরী লৈনবা খ্বাইদগী অথুপ্পবু হায়বিখ্রবা ৱাহৈশিং অসিনা ঐগী শুক্সাংপা ( খঙদবা ) পুম্বা মাঙহনখ্রে ॥১॥

অকুপ্পা ৱারোল :— ঈশ্বরগী মতিক মগুণশিংবু তারবা মতুংদা অর্জ্জুন্না মশামক্কী মমিৎনা ভগবানগী ( বিশ্বরূপ ) নুং-পানগী ওইবা অচৌবা শক্তমবু উনীংবগী য়াম্না কন্না থৌরাংবা অমা লৈরমই। মথাক্কী চোইজাইনবা অমসুং শুক্সাংপা পুন্না হৌজিক্তি মাঙখ্রে।

"অধ্যাত্ম" : আত্মা অমসুং অনাত্মাগী মরক্তা খেন্নবা তাকপা অদুবুনি : হকচাংগী ৱাংমগী হীরম।

ঐগী মরীমত্তা অমসুং গুরুশিংবু হাৎপগী পাপকী মরমদা ঐ থরায় ৱারমই। মখোয়বু হাৎপদা "ঐনা খুৎলাইদা ওইবনি" হায়বসি খঙলে। মখোয়বু ঐনা হাৎকদবা ওই।

অসিগুম্বা ( মোহ ) শুক্সাংপা অঙকপা অসি নহাক্কী মমল য়াম্রবা অমসুং লুরবা পাউতাকশিং অসি তারবা মতুংদা হৌজিক্তি মাঙখ্রে। অসিগুম্বা অপঙবা খঙদবগী শুক্সাংপা অসি ঐত্তোন্দগী নহাক্না তানথোকপিখ্রে।

বিশ্বরূপ দর্শন হায়বদি ঈশ্বরগী মুং-পানগী শক্তমবু উবা হায়বসিনা অরোইবা থুংকম য়ৌবা নত্তে। মাদুদা অয়োইবা ওইরবদি গীতা শাস্ত্র অসি অধ্যায় অসিদা লোইশিন্নমগদবনি। বিশ্বরূপ দর্শন অসিমু য়াম্না চাউরবা অভিজ্ঞতা ( খঙজিনহৌবা ) অমনি। অদুগা মাসি অকিবগী মশক ওইবা অমান মথল অমসুনি। মরম অসিনা অর্জুননা অকিবনা মরৈ লোমদুনা ভগবান্দা হায়রমই, "নহাক অসি করাদা অকিবগী মশক ওইবা শক্তম্নো ? কনাগুম্বা অমত্তনসু মমাঙতৌদা উখিদ্রিবা অদু ঐনা উরে। ঐগী থম্মোয়দা য়াম্না হরাওমুংঙাইবা পোকই অদুবু ঐ কিবনা পুবা ওমদ্রে ; হে ভগবান, অমুক হন্না নঙগী অতোপ্পা শক্তম অদুবু ঐখোন্দা উহনবিয়ু। হে লাইশিংগী লাইওইবা, তাইবঙশিংগী মযুম ওইবা, লুহুপ, গদা অমসুং চক্র থুত্তা পায়বা! ঐ অমুকহন্না মমাঙতৌগুম্না নঙবু উবা পায়ে। হে ভগবান, পাম্বোম লিশিং অমা পানবা, মশীং নাইদবা শক্তম ওইবা, নহাকী খুৎ মরি পানবা মওং অদু অমুকহন্না উত্‌লবিয়ো।"

অর্জুননা ভগবানগী মখাগী য়াহৈসিবু তারমই, মাদুদি, "ঐগী শরুক মচেৎ অমনা তাইবঙপান পুম্বা শন্দোকুম্না লৈরগা, ঐনা লৈবনি।" মাসিনা অর্জুনবু মহাকী ( ঈশ্বরগী ) মুং-পানগী শক্তম অদুবু উহননীংলমই। মহাক্না হায়রমই, "হে মুমশিবা-থৌজাল হৈবগী মপু! বেদদা য়াওদ্রবা ( অধ্যাত্মবিদ্যা ) হকচাংগী রাংমদা লৈরবা হীরমবু নঙনা ঐখোন্দা তম্বীরে। নঙনা ঐবু কনখিরে। ঐগী অঙকপা মাঙদ্রে। নঙনা ঐখোন্দা পর-ব্রহ্মগী স্বভাব প্রকৃতিগী অথুম্বশিং অমসুং নঙগী লাইগী ওইবা মতিক মগুণশিংবু ঐখোন্দা উহনবিরে। থুদক অসিদা ঐগী খ্বাইদগী চাউরবা পুক্নিংদি, ঐগী ইমিৎমক্না নঙগী মুঙ-পানগী শক্তম অপুম্বদু উবনি।

ভবাপ্যয়ৌ হি ভূতানাং শ্রুতৌ বিস্তরশো ময়া।
ত্বত্তঃ কমলপত্রাক্ষ মাহাত্ম্যমপি চাব্যয়ম্ ॥২॥

( ভবাপ্যয়ৌ ) হৌরকপা অমসুং লোইশিনবা, ( হি ) লেপ্নমক, ( ভূতানাম্ ) থম্বাম পানবশিংগী, ( শ্রুতৌ ) তাখ্রবা, ( বিস্তরশঃ ) অকুপ্পা ওইনা, ( ময়া ) ঐনা, ( ত্বত্তঃ ) নঙোন্দগী, ( কমলপত্রাক্ষ ) থম্বাল মানবা মিৎ পানবা, ( মাহাত্ম্যম্ ) অচৌবা, ( অপি ) সু, ( চ ) অমসুং, ( অব্যয়ম্ ) লোইবা নাইদবা ॥২॥

২। থবায় পানবশিংগী হৌরকপা অমসুং লোইশিনকমবু লেপ্নমক তাইরবা, হে থম্বাল মানবা মিৎ পানবা, অমসুং নঙগী লোইবা নাইদবা মগুণবু ঐনা নঙোন্দগী য়াম্না কুপ্না তারে ॥২॥

অকুপ্পা বারোল : — "কমলপত্রাক্ষ" : থম্বাল মনা মানবা মিৎ পানবা, কমলপত্রাক্ষ হায়বসি আত্মজ্ঞানবুসু খঙই। আত্মজ্ঞাম্না ফংবা ওম্বা মহাক অদুবুসু কমলপত্রাক্ষ হায়না খঙই।

এবমেতদ্যথাত্থ ত্বমাত্মানং পরমেশ্বর।
দ্রষ্টুমিচ্ছামি তে রূপমৈশ্বরং পুরুষোত্তম ॥৩॥

( এবম্ ) অসুম্না, ( এতৎ ) মাসি, ( যথা ) গুম্না, ( আত্থ ) হায়খ্রে, ( ত্বম্ ) নঙ, ( আত্মানম্ ) নশামক্না, ( পরমেশ্বর ) হে অথোইবা ঈশ্বর, ( দ্রষ্টুম্ ) উননবা, ( ইচ্ছামি ( ঐনা ) নীংই, ( তে ) নঙগী, ( রূপম্ ) মওং, ( ঐশ্বরম্ ) অথোইবা পাঙ্গল, ( পুরুষোত্তম ) হে অথোইবা পাঙ্গল ॥৩॥

৩। ( হৌজিক ) হে অথোইবা ভগবান! নঙনা নশামকপু অসুম্না মওং অদুম্না তাকপীবা মরম্না, হে অথোইবা পুরুষ! ঐনা নঙগী লাইগীওইবা মওংবু শংশংনা উবা পামই ॥৩॥

অকুপ্পা বারোল :— টিকাকার খরনা শ্লোক অসিগী তঙ্খায় অনিবু মরী লৈনদবা রাহৈ পরেং অনি ওইনা লৌই অমসুং মথাগী অসুম্না অর্থ তৌই :—

হে অথোইবা ভগবান! নঙনা অসুম তৌই হায়না হায়বিবা মরম্না, মাদু অদুমক ওইরে, ( অদুম ওইনমক )! ঐনা নঙগী ( শক্লমবু ) ঈশ্বর ওইনা ওইবা শক্লবু উবা পামই, হে অথোইবা পুরুষ।

"রূপমৈশ্বরম্" : নঙগী ঈশ্বর-মওং, ঙমখৈ লৈতবা জ্ঞান, পাঙ্গল, মতিক-মগুণ, থৌনা, মঙাল লৈরবা বিষ্ণুগী মওং-মশক।

মন্যসে যদি তচ্ছক্যং ময়া দ্রষ্টুমিতি প্রভো।
যোগেশ্বর ততো মে ত্বং দর্শয়াত্মানমব্যয়ম্ ॥৪॥

( মন্যসে ) ( নঙনা ) খল্লি, ( যদি ) বদি, ( তৎ ) মাদু, ( শক্যম্ ) ওইবা য়াবা, ( ময়া ) ঐনা, ( দ্রষ্টুম্ ) উননবা, ( ইতি ) অসুম্না, ( প্রভো ) হে ( মপু ) ভগবান, ( যোগেশ্বর ) হে যোগীশিংগী মকোক, ( ততঃ ) অদুগী মতুংদা, ( মে ) ঐবু, ( ত্বম্ ) নঙ, ( দর্শয় ) উৎলু, ( আত্মানম্ ) নঙ নশাবু, ( অব্যয়ম্ ) অমাঙবা লৈতবা ॥৪॥

৪। হে ভগবান! মাদুবু, ঐনা উবদা ওইথোকপা য়াই হায়না নঙনা খল্লবদি, হে যোগীশিংগী মপু, নঙনা নঙগী অমাঙবা লৈত্রবা শক্লম অদুবু ঐঙোন্দা উহনবিয়ু ॥৪॥

অকুপ্পা বারোল :— অর্জুন্না ভগবানগী মুং-পানগী ওইবা অচৌবা শক্লমবু উনীংবগী য়াম্না খৌরাংবা অমসুং লাঙতক্লবা ফাওরমই। মহাক্না শক্লম অদু পীবিনবগীদমক মঙোন্দা খুরুম্লমই। অসিগুম্বা অথোইবা শক্লম অসি মহাক্কী থৌজালদনা উবা ফংবা ঙমই।

"যোগেশ্বর" : যোগগী মপুবুসু খঙই। যোগী হায়বদি ( সিদ্ধি ) মপাঙ্গল নিপাল ( অষ্টসিদ্ধি ) লৈবা মহাক অদুবুনি- অনিমা, মহিমা, ঘরিমা, লঘিমানচিংববুনি। যোগগী মপুবু যোগেশ্বরনি। যোগ হায়বদি জীব অমসুং ব্রহ্ম অনিনা অমত্তা ওইববুনি। অসিগুম্বা অমত্তা ওইববু মতিক চাবা ( সাধক-ভক্ত ) লাইনিঙবা অমদা পীবা ঙম্বা মহাক অদুবু যোগেশ্বর হায়রবনি।

মহাক অদুনা শেম্বা, লেঙদনা থম্বা, মাঙহনবা, থুমহৎপা অমসুং ফহনবা ঙম্বা অদুবু ভগবান হায়রবনি। খবক মখল মঙা হায়বদি, ( সৃষ্টি ) শেম্বা ( স্থিতি ) লেঙদনা থম্বা, ( সংহার ) মাঙহনবা, ( তিরোধান নত্রগা তিরোভাব, থুপচিনখিবা, অমসুং ( অনুগ্রহ ) থৌজাল পীব অসিবুনি।

## শ্রীভগবানুবাচ।

পশ্য মে পার্থ রূপাণি শতশোঽথ সহস্রশঃ।
নানাবিধানি দিব্যানি নানাবর্ণাকৃতীনি চ ॥৫॥

( পশ্য ) য়েংউ, ( মে ) ঐগী, ( পার্থ ) হে পার্থ, ( রূপাণি ) মওংশিং, ( শতশঃ ) চাম-চামশিংনা, ( অথ ) অদুগা, ( সহস্রশঃ ) লিশিং লিশিংনা, ( নানাবিধানি ) তোঙান তোঙানবা মখলশিংগী, ( দিব্যানি ) লাইগীওইব', ( নানাবর্ণাকৃতীনি ) মথল মথলগী মচু অমসুং মওংগী, (চ) ১সুং ॥৫॥

## মঙ্গলগী মশক ওইরবা ভগবান্না হায় :—

হে পার্থ, লাইগী ওইরবা, মখল মখা য়ায়বা মচুশিং ১সুং মওংশিংগী, অতোপ অতোপ্পা মখলশিংগী চাম-চাম ১সুং লিশিং-লিশিংনা ওইবা ঐগী মওংশিংবু য়েংউ ॥৫॥

অকুপ্পা বারোল : "দিব্যানি" : লাইগী ওইবা, প্রকৃতিগী বাখল লৈবা।

"শতশঃ, সহস্রশঃ ;" : চাম-চাম লিশিং-লিশিংগী ওইনা মশীং থীবা ঙমদবা।

হে অর্জ্জুন, ঐনা নঙবু মশীং য়ায়বা মওংশিং অসিবু উহন্নী ই। থরায় পানবা পুম্বা ১সুং শক্তমশিংসু মফম অদুদা লৈরে। অনোয়বা ১সুং অকংবশিং, অতেনবা ১সু অরাংবা, অঙাঙবা ১সুং অমুবা, থবক তৌবা ১সুং তৌদবা, ইনাক খুনবা ১সুং লাইরবশিং, মশা ফবা ১সুং তনাবশিং, অনিনবা ১সুং ভুমিন্না লৈবশিং, কৌগত্তুনা লৈবশিং ১সুং অতুম্বশিং, ফজবা অমসুং অথীবশিং, তোঙান তোঙানবা খুদমগী থরায় পানবা থাক পুম্নমক মফম অদুদা পুম্নমক লৈরে অতিয়াগী হিগোক মচু, পিতম্বর ( মুগা ) গী নাপু মচু, সুমিদাংরাইগী অঙাঙবা, মৈতানগী অমুবা, উনগী অঙৌবা, উশিংগী অশংবা, পুম্নমক নঙনা উরগনি। নঙনা মওং মখল মখলগী পোৎশিংসু উরগনি।

পশ্যাদিত্যান বসূন রুদ্রানশ্বিনৌ মরুতস্তথা।
বহূন্যদৃষ্টপূর্বাণি পশ্যাশ্চর্য্যানি ভারত ॥৬॥

( পশ্য ) য়েংউ, ( আদিত্যান্ ) আদিত্যশিং, ( বসূন্ ) বসূশিং, ( রুদ্রান্ ) রুদ্রশিং, (অশ্বিনৌ) অশ্বিন অনি, ( মরুতঃ ) মরুতশিং, ( তথা ) সু, ( বহূনি ) ময়ামশিং, ( অদৃষ্টপূর্বাণি ) মমাঙদা কদৌঙৈদসু উখিদ্রিবা, ( পশ্য ) য়েংউ, ( আশ্চর্য্যানি ) অঙকপশিং, ( ভারত ) হে ভারত ॥৬॥

৬। আদিত্যশিং, বসূশিং, রুদ্রশিং, অশ্বিন অনি ১সুং মরুত ( নিকুমাপল ) বু য়েংউ ; হে ভারত, মমাঙঙৈদা অমুক্তা উখিদ্রিবা অঙকপশিং অসিবু য়েংউ ॥৬॥

অকুপ্পা বারোল :— আদিত্যশিং অসি মশীং তরানিখোইনি ১সুং বসূনা মশীং নিপালনি। রুদ্রশিংনা মশীং তরামাথোইনি। কনাগুম্বগী মতুংইন্না মরুতশিং অসি তরেৎনি। অতৈ থল্লগী মতুংইন্না নিকু মাপলনি।

"ন কেবলম্ এতাবদেব" : অসিত্তা নত্তনা। নঙনা নল্লগা কনাগুম্বা অতোপ্পা অমত্তনা তাইবঙপান অসিদা মমাঙঙৈদসু কদৌঙৈদা উখিদ্রিবা অতৈ অঙকপা ময়ামশিং অসিসু য়েংউ।

ইহৈকস্থং জগৎকৃৎস্নং পশ্যাদ্য সচরাচরম্।
মম দেহে গুড়াকেশ যচ্চান্যদ্ দ্রষ্টুমিচ্ছসি ॥৭॥

( ইহ ) মাসিদা, ( একস্থম্ ) অমদা পুনশিনবা, ( জগৎ ) তাইবঙ, ( কৃৎস্নম্ ) মপুম, ( পশ্য ) য়েংউ, ( অদ্য ) ঙসি, ( সচরাচরম্ ) অয়েঙবা ১স্নং লেঙদবা, ( মম ) ঐগী, ( দেহে ) হকচাংদা, ( গুড়াকেশ ) হে গুড়াকেশ, ( যৎ ) মাহ্র, ( চ ) ১স্নং, ( অন্যৎ ) অতোপ্পা, ( দ্রষ্টুম্ ) উননবা, ( ইচ্ছাসি ) ( নঙনা ) নীংই ॥৭॥

৭। হে গুড়াকেশ, অয়েঙবা ১স্নং লেঙদবা য়াওনা- অমত্তুদা পুনশিল্লবা তাইবঙপান পুম্বসি অমস্নং অতৈ অতৈ নঙনা উনিংবশিং অদুম্ম ঐগী ওইবা হকচাং অসিদা হৌজিক্তি ( নঙ ) য়েংউ ॥৭॥

অকুপ্পা বারোল :- "গুড়াকেশ" : তুম্ববু ঙয়বা (জয় তৌয়বা) নত্রগা মশম কুংনা হৌবশিংবু খঙই।

"অন্যৎ" : অতোপ্পা ; অতৈ অতোপ্পা করিগুম্বা অমা। নঙনা লান্দা মহৈ য়ানবা নত্রগা মায়থীবা কারবা নঙনা চিংনবা অমা লৈপ্রিবা অদুগী মরম। ( অধ্যায় ২—৬ )।

ন তু মাং শক্যসে দ্রষ্টুমনেনৈব সচক্ষুষা।
দিব্যং দদামি তে চক্ষুঃ পশ্য মে যোগমৈশ্বরম্ ॥৮॥

( ন ) নত্তবা, ( তু ) তৌইগুম্বস্নং, ( মাম্ ) ঐবু, ( শক্যসে ) ( নঙনা ) ঙমই, ( দ্রষ্টুম্ ) উবা, ( অনেন ) মাসিনা, ( এব ) স্নু, ( সচক্ষুষা ) মাগী মমিৎমক্রা, ( দিব্যম্ ) লাইগী ওইবা, ( দদামি ) ( ঐনা ) পী, ( তে ) নঙোন্দা, ( চক্ষুঃ ) মিৎ, ( পশ্য ) য়েংউ, ( মে ) ঐগী, ( যোগম্ ) যোগবু, ( ঐশ্বরম্ ) মপু ওইরবা ॥৮॥

৮। তৌইগুম্বস্নং নঙনা নঙগী নমিৎ অদুতনদি ঐবু য়েংবা ঙয়োই ; ঐনা নঙোন্দা লাইগী ওইবা মিৎ পীরি। ঐগী লাইগী ওইবা যোগ অসিবু য়েংউ ॥৮॥

অকুপ্পা বারোল :- ঐদি-ঐগী স্নং-পানগী ওইবা অপুনবা শক্তম নত্রগা বিশ্বরুপনি। অসিগুম্বা বিশ্বরুপ অসি তোংগী ওইবা মিৎ অসিনদি য়েংবা ঙমদে। অসিগুম্বা স্নং-পানগী ওইবা শক্তম অসি লাইগী ওইবা মিৎ ( দিব্য চক্ষুঃ অপ্রাকৃত ) গী পাম্বৈতনা উবা ঙমই।

ভগবান কৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা হায় : "ঐনা নঙোন্দা লাইগী ওইবা মিৎ অসি পীরি, মাসিনা নহাক্না ঐগী ( বিশ্বরুপ ) স্নং-পানগী ওইবা শক্তম অসিবু উবা ঙমগনি। মাসিনা ঐগী অঙকপগী মশক ওইরবা যোগগী পাঙ্গলবুস্নু য়েংউ।

"মসি" : প্রাকৃতচক্ষুঃ ঈ-তোংগী মিৎ। প্রাকৃত - প্রকৃতিগী ( লৈপাক্কী ), ( য়েংনজবগী — অধ্যায় ৭—২৫ ; ৯—৫, ১০—৭ )।

সঞ্জয় উবাচ

এবমুক্ত্বা ততো রাজন্মহাযোগেশ্বরো হরিঃ।
দর্শয়ামাস পার্থায় পরমং রূপমৈশ্বরম্ ॥৯॥

( এবম্ ) অসুম্না, ( উক্ত্বা ) হায়রদুনা, ( ততঃ ) অদুগী মতুংদা, ( রাজন্ ) হে নিংথৌ, ( মহাযোগেশ্বরঃ ) যোগগী অথোইবা মপু, ( হরিঃ ) হরি, ( দর্শয়ামাস ) উৎলমই, ( পার্থায় ) পার্থদা, ( পরমম্ ) অথোইবা, ( রূপম্ ) মওং, ( ঐশ্বরম্ ) অথোইবা অচৌবা ॥৯॥

সঞ্জয়না হায়রমই।

৯। হে নিংথৌ ! অসুম্না হায়রদুনা যোগগী মপু হরিনা, মহাক্কী ঈশ্বরগী মশক ওইবা অথোইবা শক্তমবু পার্থদা উৎলমই ॥৯॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "নিংথৌ" : ধৃষ্টরাষ্ট্র।

"মওং" : মুং-পানগী শক্তম নত্রগা বিশ্বরূপ।

অনেকবক্ত্রনয়নমনেকাদ্ভুতদর্শনম।
অনেকদিব্যাভরণং দিব্যানেকোদ্যতায়ুধম্ ॥১০॥

( অনেকবক্ত্রনয়নম্ ) মখল মখা অয়াম্বা মচীন মুং মমিৎকা লোয়নননা, ( অনেকাদ্ভুতদর্শনম্ ) মশীং য়াম্লবা অঙকপা শক্তমশিংগা লোয়নননা, (অনেকদিব্যাভরণম্) য়াম্লবা, লাইগী ওইবা ফিজেৎশিংগা লোয়নননা, (দিব্যানেকোদ্যতায়ুধম্) য়াম্লবা লাইগী ওইবা পায়দুনা লৈরবা থুৎলাইশিংগা লোয়নননা ॥১০॥

১০। মশীং য়াম্লবা মচীন ১মুং মমিৎশিং, য়াম্লবা অঙকপা শক্তমশিং, য়াম্লবা লাইগী ওইবা ফিজোনশিং য়াম্লবা লাইগী ওইবা পায়খৎলবা থুৎলাইশিংগা লোয়নরবা ( শক্তমবু মহাক্না উৎলমই ) ॥১০॥

**অকুপ্পা বারোল :—** মশীং থীবা ঙমদবা মমায়শিংনা মকম অদুদা লৈরমই। মুং-পানগী ওইবা অচৌবা মগুণ লৈরবা শক্তম অদুদা অর্জ্জুনা য়েংলমই। মহাক্না ঈশ্বরবু মকম খুদিংদা অমমুং পোৎ খুদিংদা উরমই। ফেঙদোকপা শক্তম পুম্নমক্কু, ঈশ্বরগী চাউরবা হকচাং অমা ওইনা উরমই।

দিব্যমাল্যাম্বরধরং দিব্যগন্ধানুলেপনম্।
সর্বাশ্চর্যময়ং দেবমনন্তং বিশ্বতোমুখম্ ॥১১॥

( দিব্যমাল্যাম্বরধরং ) লাইগী ওইবা লৈপরেংশিং ( লৈপরেং ) ১মুং ফিজোনবু শেৎলদুনা, ( দিব্যগন্ধানুলেপনম্ ) লাইগী ওইবা মনম মুংশিবা চন্দনশিংনা তৈরবা ( সর্বাশ্চর্যময়ং ) পুম্নমক ঙক্লবা, ( দেবম্ ) ঙাল্লবা, ( অনন্তম্ ) লোইবা লৈতবা, ( বিশ্বতোমুখম্ ) ময়াকৈ পুম্বদা মমায়গা লোয়নবা ॥১১॥

১১। লাইগী ওইবা লৈপরেংশিং (লীকশিং) অমমুং ফিজোল শেৎলদুনা, লাইগী ওইবা চন্দনশিং তৈরবা, পুম্নমক অঙকপা ওইবা, মঙাল লৈরবা, লোইবা লৈতবা মায়কৈ পুম্বদা মমায়গা লোয়নবা ॥১১॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "বিশ্বতোমুখম" : মায়কৈ পুম্বদা মমায় লৈবা ; থরায় পানবা পুম্নমকী আত্মা অদু মহাক্না ওইবা মরম্না ( সর্বতোমুখম্ সর্বভূতাত্মত্বৎ )।

"দেবম্": লাই, মঙাল লৈববুস্ত খঙই।

"অনন্তম্": লোইবা লৈতবা; মখল অহুমগী ওমথৈদগী লাম্থোক্লবা মহাক অদু হায়বদি দেশ-কাল-বস্তু পরিচ্ছেদ ( মফম-মতম-পোৎ অহুমগী ওমথৈ ) অনন্তনি। মহাক অদু ব্রহ্মনি।

চফু অদু মফম অসিদা লৈরে। মাসি দেশ পরিচ্ছেদনি। চফু অদু হৌজিক্কা ( মফম অসিদা ) লৈরে। মাসি কাল পরিচ্ছেদনি। চফু অদু ফি অদুদা লৈতে। মাসি বস্তুপরিচ্ছেদনি। কাশ্মিরদদা শেফ্রোন্-লৈশিং ফংবা ওমগনি। মাসি বস্তু অমস্তুং দেশ পরিচ্ছেদনি। নঙনা সেপটেম্বর থাদদা লৈতুপ (লৈ) ফংই। মাসি বস্তু অমস্তুং কাল পরিচ্ছেদনি। তৌইগুম্বস্তুং ব্রহ্মদি মফম খুদিংদা লৈ মরমদি মহাক পুম্নমক্কা শন্দোক্লুনা লৈ। মহাক্কা হোৌখিবা, হৌজিক ওইরিবা অমস্তুং তুংগী ওইগদবা অহুমগী মনুংদা লৈ। মহাক্কা শরুক পুম্বদা লৈ।

দিবি সূর্য্যসহস্রস্য ভবেদ্যুগপদুত্থিতা।

যদি ভাঃ সদৃশী সা স্যাদ্ভাসস্তস্য মহাত্মনঃ ॥১২॥

( দিবি ) অতিয়াদা, ( সূর্য্যসহস্রস্য ) নুমিৎ লিশিং অমগী, ( ভবেৎ ) ওইরম্বা, ( যুগপৎ ) খুদক অদুদা ( চপমান্ননা ) মতম অমত্তদা, ( উত্থিতা ) থোরক্লবা, ( যদি বদি, ( ভাঃ ) মঙাল, ( সদৃশী ) মান্বা, ( সা ) মাদু, ( স্যাৎ ) ওইরবদি, ( ভাসঃ ) মঙাল, ( তস্য ) মদুগী, ( মহাত্মনঃ ) অথোইবা মশক ( ভগবান ) অদুগী ॥১২॥

১২। নুমিৎ লিশিং অমগী মঙালনা ( অমুক্তদা ) মতম অমত্তদা অতিয়াদা ঙানবা তারবদি, অদুগুম্বা মঙাল অদু অথোইবা মশক ( মহাত্মা ) অদুগী মঙাল ওইগনি ॥১২॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "দিবি": অন্তরিক্ষ নত্রগা অতিয়া।

"মহাত্মা": অথোইবা আত্মা নত্রগা অচৌবা পুরুষ নত্রগা (বিশ্বরূপ) নুং-পানগী ভগবানগী শক্তম।

তত্রৈকস্থং জগৎকৃৎস্নং প্রবিভক্তমনেকধা।

অপশ্যদ্দেবদেবস্য শরীরে পাণ্ডবস্তদা ॥১৩॥

( তত্র ) মফম অদুদা ( একস্থম্ ) অমদা লৈদুনা, ( জগৎ ) তাইবঙপান, ( কৃৎস্নম্ ) পুম্নমক, ( প্রবিভক্তম্ ) থাইদোক্লবা, ( অনেকধা ) কাঙলুপ ময়ামদা, ( অপশ্যৎ ) উরমই, ( দেবদেবস্য ) লাইশিংগী লাইগী ওইবা ( শরীরে ) হকচাংদা, ( পাণ্ডবঃ ) পাণ্ডুগী মচা, ( তদা ) অদুগী মতুংদা ॥১৩॥

১৩। মফম অদুদা, লাইশিংগী লাইগী ওইবা হকচাংদা, পাণ্ডব (পাণ্ডুগী মচা) না মহাক্কী কাঙলুপ ময়ামগা লোয়ননা, জগৎ পুম্নমক্কা অমরোমদা লৈদুনা, অদুগী মতুংদা তাইবঙপান পুম্ববু উরমই ॥১৩॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "তত্র": মফম অদুদা, ( বিশ্বরূপ ) মওং অদুদা।

"অনেকধা": কাঙলুপ ময়াম ; দেব, পিতৃ, মীশিং অমস্তুং অতৈ মখলগী পোৎশিং।

অর্জ্জুনা শক্তম পুম্নমকপু ভগবানগী শক্তম ওইনা উরমই, কোক পুম্নমকপু ভগবানগী কোক ওইনা, মিৎ পুম্বা মাগী মিৎ ওইনা, খুৎ পুম্বা মাগী খুৎ ওইনা, খোঙ পুম্বা মাগী খোঙ ওইনা,

হকচাং খুদিংগী হকচাং কায়াৎশিংবু ভগবানগী হকচাং কায়াৎকী লাইগী ওইবা মওং ওইনা উরমই। মহাক্না স্নেংউ য়েংউবা মকম খুদিংদা মহাক্না ভগবান নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা উরমদে। মহাক্না অঙকপা লাইগী ওইবা জ্ঞানবু ফংই।

ততঃ স বিস্ময়াবিষ্টো হৃষ্টরোমা ধনঞ্জয়ঃ।
প্রণম্য শিরসা দেবং কৃতাঞ্জলিরভাষত ॥১৪॥

( ততঃ ) অদুগী মতু'দা, ( সঃ ) মহাক্না, ( বিস্ময়াবিষ্টঃ ) অঙকপনা থল্লদুনা, ( হৃষ্টরোমা ) তু চুংবগা লোয়ননা, ( ধনঞ্জয়ঃ ) অর্জ্জুন, ( প্রণম্য ) খুরুমদুনা, ( শিরসা ) মকোক্না লোয়ননা, ( দেবম্ ) লাই, ( কৃতাঞ্জলি ) খুবাং লোম্নদুনা, ( অভাষত ) ঙাঙলমই ॥১৪॥

১৪। অদুগী মতুংদা, তু চুংলবা, ওক্লবা ( অর্জ্জুন ) ধনঞ্জয়না লাই অদুদা মকোক্না (নোন্দুনা) খুরুমলমই অমসুং খুবাং লোম্নদুনা ঙাঙলমই ॥১৪॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "ততঃ" : অদুদগী, ( বিশ্বরূপ ) তাইবঙ পুম্নগী শক্তম উরবা তুংদা। লাই : সুং-পানগী ওইবা শক্তমবু।

অর্জ্জুন্না বিশ্বরূপ অদুদা খুরুম্নবগীদমক খুবাং লোম্নরমই—( নমস্কারার্থম সম্পুতি কৃতহস্তঃ )।

## অর্জ্জুন উবাচ

পশ্যামি দেবাংস্তব দেব দেহে
সর্বাংস্তথা ভূতবিশেষসঙ্ঘান্।
ব্রহ্মাণমীশং কমলাসনস্থমৃষীংশ্চ
সর্বানুরগাংশ্চ দিব্যান্ ॥১৫॥

( পশ্যামি ) ( ঐনা ) উই, ( দেবান্ ) লাইশিং, ( তব ) নঙগী, ( দেব ) হে লাই, ( দেহে ) হকচাংদা, ( সর্বান ) পুম্নমক, ( তথা ) সু, ( ভূতবিশেষসঙ্ঘান্ ) মখল মখা অয়াম্বা থরায় পানবা কাঙবুগী মপৈশিং, ( ব্রহ্মাণম্ ) ব্রহ্মাবু, ( ঈশম্ ) ভগবান, ( কমলাসনস্থম্ ) থম্বাল মথক্তা ফম্বা, ( ঋষীন্ ) ঋষিশিং, ( চ ) অমসুং, ( সর্বান্ ) পুম্নমক, ( উরগান্ ) লিনশিং, ( চ ) সমসুং, (দিব্যান্) লাইগী ওইবা ॥১৫॥

## অর্জ্জুন্না হায়রমই :—

১৫। ঐনা লাইশিংবু উই, হে ভগবান! নঙগী নশাদা অমসুং মখল মখা অয়াম্বা থরায় পানবা কাঙবু কাঙবুগী মপৈশিং, ব্রহ্মা, থম্বাল মথক্তা ফম্বা ভগবান, ঋষি পুম্বা অমসুং লাইগী লিনশিং ( পুম্নবুসু উই ) ॥১৫॥

**অকুপ্পা বারোল :—** শ্লোক অসিদা অমসুং মখাগী শ্লোকশিং ( ১৫—৩১ ) দা অর্জ্জুন্না মহাকী মশামক্না উরুবা ভগবানগী সুং-পানগী ওইবা শক্তম অদুগী মশাগী জ্ঞান ( স্বানুভাব ) অদু মসিদা ফোঙদোকলি।

"ভূত, বিশেষ-সঙ্ঘান্" : মখল মখা অয়াম্বা থরায় পানবা কাঙবুগী মপেন্সিং, থরায় পানবা ১মুং পান্দবা অনিমক ( স্থাবর-জঙ্গমম্ ) মী অমগী হকচাংদা হোৱা তুঙ্গুম্না শকতম পুম্বসি নঙগী মুং-পানগী ওইবা মওং ( বিশ্বরূপ ) অসিদা লৈ।

থরায় পানবা পুম্বগী মপু ওইবা, মমায় মরী পানবা ব্রহ্মা হায়বসি, লৈপাক্কী হোৱা থম্বালগী তেঙ্গোৎকুম্না কুৎপা মেরুগী মথক্তা লৈপাক্কী হোৱা থম্বালগী ময়ায়দা ফমদুনা লৈ ( ব্রহ্মানম্ চতুরমুখম্ ইশম্-কমলাসনস্থম্ — পৃথ্বী পদ্ম মধ্য কর্নিকাসনস্থম্ )।

"ঋষিশিং" : বশিষ্ঠগুম্বা : লিনশিং হায়বদি বাসুকিগুম্বা।

অনেকবাহূদরবক্ত্রনেত্রম্

পশ্যামি ত্বাং সর্বতোঽনন্তরূপম্

নান্তং ন মধ্যং ন পুনস্তবাদিং

পশ্যামি বিশ্বেশ্বর বিশ্বরূপ ॥১৬॥

( অনেকবাহূদরবক্ত্রনেত্রম্ ) মখল মখা য়াম্বা পাম্বোম, পুক, চীনশিং অমসুং মিৎশিং, (পশ্যামি) ( ঐনা ) উই, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( সর্বতঃ ) মায়কৈ খূদিংদা, ( অনন্তরূপম্ ) ঙমখৈ লৈতবা মওং, ( ন ) নত্তবা, ( অন্তম্ ) অরোইবা, ( ন ) নত্তবা, ( মধ্যং ) ময়ায়, ( ন ) নত্তবা, ( পুনঃ ) অমুক-হন্না, ( তব ) নঙগী, ( আদিম্ ) হৌরকফম, ( পশ্যামি ) ( ঐনা ) উই, ( বিশ্বেশ্বর ) তাইবঙপানগী মপু, ( বিশ্বরূপ ) মুং-পানগী শকতম ॥১৬॥

১৬। ঐনা নঙবু মায়কৈ খূদিংমক্তা মপান নাইদবা মওংগী পাম্বোমশিং, পুকশিং, চীনশিং অমসুং মিৎশিংগা লোয়ননা উই ; ঐনা অরোইবা, ময়ায় নত্রগা অহৌবস্তু উদে হে তাইবঙপানগী মপু, হে মুং পানগী ওইবা শকতম ( বিশ্বরূপ ) ॥১৬॥

অকুপ্পা বারোল : – ( দেশ ) মফম অমসুং ( কাল ) মতম্না ঙমখৈ নাইবা পোৎশিং অসিগী অরোইবা, ময়ায় অমসুং অহৌবা লৈ তৌইগুম্বসুং ভগবান্দি পুম্বদা লৈ। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা লৈ, হৌখিবা, হৌজিক অমসুং মতুংদা লৈবনি। মহাকপু মফম অমসুং মতম্না ঙমখৈ নাইহন্দে। মরম অসিনা মহাকী অহৌবা, ময়ায় অমসুং অরোইবা লৈতে। "( কিংচ ) : অমুকন্তু ঐনা নঙবু লুহুপ্পচিংবগা লোয়ননা উই।

কিরীটিনং গদিনং চক্রিনং চ

তেজোরাশিং সর্বতোদীপ্তিমন্তম্।

পশ্যামি ত্বাং দুর্নিরীক্ষ্যং সমন্তা –

দীপ্তানলার্কদ্যুতিমপ্রমেয়ম্ ॥১৭॥

( কিরীটিনং ) লুহুপকা লোয়নবা মহাক, ( গদিনম্ ) গদাগা লোয়নবা, ( চক্রিনম্ ) চক্রগা লোয়নবা, ( চ ) অমসুং, ( তেজোরাশিম্ ) মঙালগী মপৈ, ( সর্বতঃ ) মফম খুদিংদা ( দীপ্তিমন্তম্ )

ঙান্দুনা, ( পশ্যামি ) ( ঐনা ) উই, ( ত্বাম্ ) নঙ, ( দুর্নিরীক্ষ্যম্ ) য়েংবদা য়াম্না রাবা, ( সমন্তাৎ ) অকোয়বদা, ( দীপ্তানলার্কদ্যুতিম্ ) অচাকপা মৈ অমসুং সুমিৎকুম্না ঙান্দুনা, ( অপ্রমেয়ম্ ) চাং ওনবা ঙমদনা ॥১৭॥

১৭। ঐনা নঙবু লুহুপ, গদা অমসুং চক্রগা লোয়ননা উই ; মক্ষম খুদিংদা ঙান্দুনা লৈবা মঙাল মপুন অমা, য়েংবদা য়াম্না রাবা, অচাকপা মৈ অমসুং সুমিৎকুম্না অকোয়বদা ঙান্দুনা, অমসুং চাং-ওনবা ঙমদবা ( মওং উই ) ॥১৭॥

অকুপ্পা বারোল :— "কিরীটম্" : কিরীটম্ নাম শিরোভূষনম্ বিশেষ— কোক্তা উপননবা লৈতেং মখল অমা হায়বদি লুহুপ।

"তেজোরাশিম্" : লাইগী ওইবা সুংগী শংশংবা মিৎ য়াওদনা উবা ঙমদবা মঙাল মপৈ অমা।

"অপ্রমেয়ম" : চাং-ওনবা ঙমদবা ; ঙমথৈ লেপ্পা ঙমদবা।

"ইতঃ এব যোগশক্তি দর্শনাৎ অনুমিনোমি"—নহাক্কী যোগগী পাঙ্গল অসি উবদগী ঐনা নহাকপু মাঙবা নাইদবনি, অসিনচিংবসি ওই হায়না খঙই।

ত্বমক্ষরং পরমং বেদিতব্যং
ত্বমস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্।
ত্বমব্যয়ঃ শাশ্বতধর্মগোপ্তা
সনাতনস্ত্বং পুরুষো মতো মে ॥১৮॥

( ত্বম্ ) নঙ, ( অক্ষরং ) অমাঙবা লৈতবা, ( পরমং ) অথোইবা, ( বেদিতব্যম্ ) খঙগদবা ওই, ( ত্বম্ ) নঙ, ( অস্য ) মাসিগী, ( বিশ্বস্য ) তাইবঙপানসিগী, ( পরম্ ) অচৌবা, ( নিধানম ) পুকৈ, ( ত্বম্ ) নঙ, ( অব্যয়ঃ ) মাঙবা লৈতবা, ( শাশ্বতধর্মগোপ্তা ) লোইবা নাইদবা ধর্ম্মবু ঙাকপা ( সনাতনঃ ) কুইরবা, ( ত্বম্ ) নঙ, ( পুরুষ ) পুরুষ, ( মতঃ ) খল্লে, ( মে ) ঐগী ॥১৮॥

১৮। নঙ অসি অমাঙবা লৈতবা মশক্তি, অথোইবা খঙবদা মতিক চাবনি। নঙ অসি তাইবঙপান অসিগী অচৌবা পুকৈনি ; নঙ অসি লোইবা নাইদবা ধর্ম্মবু অমাঙবা লৈতনা ঙাকপা মশক্তি। নঙ অসি কুইরবা পুরুষনি হায়না খল্লি ॥১৮॥

অকুপ্পা বারোল :— "বিশ্বস্য নিধানম্" : তাইবঙপান অসিগী পুকৈ ; হায়বদি "তুংকম" নত্রগা "লৈফম" তাইবঙপান অসিগী "অধিষ্ঠান্"।

"শাশ্বতধর্মগোপ্তা" : মপু নত্রগা লোইবা নাইদবা ধর্ম্মবু ঙাকপা মশক।

"বেদিতব্যম্" : জ্ঞাতব্যম মুমুক্ষুভিঃ" : সাধকশিং নত্রগা অরান-খুভম ফংগে তাক্লিবশিংনা শ্রবণ, মনন, নিদিধ্যাসননা মরম ওইদুনা (শ্রুতিশিং তাদুনা, ধ্যান তৌদুনা, অমসুং থন্দুনা) খঙগদবা ওইবা।

—অব্যয় হায়বদি মহেং তাবা লৈতবা, হোংবা লৈতবা, শিবা লৈতবা। "কিংচ" (অমুকহন্না) ঐনা নঙবু অহোবা য়াওদনা উই।

অনাদিমধ্যান্তমনন্তবীর্য্য—
মনন্তবাহুং শশিসূর্য্যনেত্রম্।
পশ্যামি ত্বাং দীপ্তহুতাশবক্ত্রম্
স্বতেজসা বিশ্বমিদং তপন্তম্ ॥১৯॥

( অনাদিমধ্যান্তম্ ) অহৌবা, ময়ায় নন্ত্রগা অরোইবা য়াওদবা, ( অনন্তবীর্য্যম্ ) পাঙ্গলদা ঙমখৈ লৈতবা, ( অনন্তবাহুম্ ) অরোইবা লৈতবা পাম্বোম, ( শশিসূর্য্যনেত্রম্ ) থুমিৎ অমসুং থা ( নঙগী ) নমিৎশিং, ( পশ্যামি ) উই, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( দীপ্তহুতাশবক্ত্রম্ ) নঙগী নচীনগী অচাকপা মৈ, ( স্বতেজসা ) নঙগী মঙালগা লোয়ননা, ( বিশ্বম্ ) তাইবঙপান, ( তপন্তম্ ) চাক্‌হনা ॥১৯॥

১৯। ঐনা নঙবু অহৌবা, ময়ায় নন্ত্রগা অরোইবা য়াওদনা, ঙমখৈ লৈতবা পাঙ্গল, অরোইবা লৈতবা পাম্বোমশিং, থুমিৎ অমসুং থানা নঙগী নমিৎ ওইনা, অচাকপা মৈনা নঙগী নচীন ওইনা : নঙগী নঙালনা তাইবঙপান পুম্বা শাহন্দুনা—( নঙবু ) উই ॥১৯॥

অকুপ্পা বারোল :— "অনন্তবাহু" : ঙমখৈ লৈতবা পাম্বোম : মহাক্কী হকচাং কায়াৎ পুম্বা অরোইবা লৈতে হায়বসি মসিনা খঙহল্লি ( উপলক্ষনা )।

দ্যাবাপৃথিব্যোরিদমন্তরং হি
ব্যাপ্তং ত্বয়ৈকেন দিশশ্চ সর্ব্বাঃ।
দৃষ্ট্বাঽদ্ভুতং রূপমুগ্রং তবেদং
লোকত্রয়ং প্রব্যথিতং মহাত্মন্ ॥২০॥

( দ্যাবাপৃথিব্যোঃ ) লৈবাক অমসুং লাইরৈবাক্কী, ( ইদম্ ) অসি, ( অন্তরম্ ) ময়ক্কী লম, ( হি ) লেপ্পমক, ( ব্যাপ্তম্ ) থল্লবা, ( ত্বয়া ) নঙনা, ( একেন ) তমক, ( দিশঃ ) মায়কৈশিং, ( চ ) অমসুং, ( সর্বাঃ ) পুম্নমক, ( দৃষ্ট্বা ) উরদুনা, ( অদ্ভুতম্ ) অঙকপা, ( রূপম্ ) মওং, ( উগ্রম্ ) অকিবগী মশক ওইবা, ( তব ) নংগী, ( ইদম্ ) মসি, ( লোকত্রয়ম্ ) মরোল ( সংসার ) অহুম ( প্রব্যথিতম্ ) অকিবনা নীক্লবা, ( মহাত্মন্ ) হে মহাত্মা ॥২০॥

২০। হে মহাত্মা, লৈবাক ( পৃথিবী ) অমসুং লাইরৈবাক ( স্বর্গ ) অনিগী ময়ক্কা লৈবা লম অমসুং মায়কৈ পুম্নমক নঙ নত্তোমতনা থল্লে ; নহাক্কী ঙক্লবা অমসুং অকীবা ওইবা মওং অসি উরদুনা তাইবঙপান মরোল অহুম অসি কিবনা নীক্লি ॥২০॥

অকুপ্পা বারোল :— "নঙ" : নঙগী থুং-পান উৎপা শক্তম অদুদা।

"মক্কম অমসুং মায়কৈশিং" : থরায় পানবা অমসুং পান্দবগী তাইবঙ পুম্বসি ভগবাননা থন্দুনা লৈ হায়বসি মসিনা খঙহল্লি ( উপলক্ষনা )।

"যদ্বা জয়েম যদিবা ন জয়েয়ুঃ" :—( অধ্যায় ২—৬ ) পাণ্ডবশিং লান ঙমগনি ঙম্মোইদ্রা হায়বগী চিংনবা অমা অর্জ্জুন্দা লৈরিবা অদু কোকহনগে হায়বগীদমক ভগবান কৃষ্ণনা মহাকপু খঙহল্লি মদুদি—পাণ্ডবশিংনা ঙম্বা হায়বসি শোয়দবনি হায়না।

অমী হি ত্বাং সুরসঙ্ঘাঃ বিশন্তি
কেচিদ্ভীতাঃ প্রাঞ্জলয়ো গৃণন্তি।
স্বস্তীত্যুক্ত্বা মহর্ষিসিদ্ধসঙ্ঘাঃ
স্তুবন্তি ত্বাং স্তুতিভিঃ পুষ্কলাভিঃ ॥২১॥

(অমী) মখোয়শিং অসি, (হি) লেপনা, (ত্বাম্) নঙবু, (সুরসঙ্ঘাঃ) লাই মপৈশিং (বিশন্তি) চঙই, (কেচিৎ) খরনা, (ভীতাঃ) কিদুনা, (প্রাঞ্জলয়ঃ) খুৎ লোয়দুনা, (গৃণন্তি) থাগৎলি, (স্বস্তি) অফবা ওইসনু, (ইতি) অসুম্না, (উক্ত্বা) হায়দুনা, (মহর্ষিসিদ্ধসঙ্ঘাঃ) অচৌবা ঋষিশিং অমসুং সিদ্ধশিংগী কাঙবুশিং, (স্তুবন্তি) থাগৎলি, (ত্বাম্) নঙবু, (স্তুতিভিঃ) শৈরেংশিংনা, (পুষ্কলাভিঃ) মপুঙ ফারবা ॥২১॥

২১। লেপ্নমক, লাইশিং অসিগী মপৈশিংনা নঙোন্দা চঙশিল্লি; খরনা মখুৎ লোয়দুনা কিবদগী নঙবু থাগৎলি।

"অফবা ওইসনু": অসুম্না হায়দুনা, অচৌবা ঋষিশিং অমসুং সিদ্ধিশিংগী কাঙবুশিংনা মপুং ফাবা শৈরেংনা (সম্পুর্নাভিঃ) নঙবু থাগৎলি ॥২১॥

**অকুপ্পা বারোল :**— "পুষ্কলাভিঃ": হায়বদি মপুং ফাবা নত্রগা ফজবা রারেংগী ওইবা থাগৎপা নত্রগা (রহস্যপুর্ন) অরুবা অর্থ লৈবা থাগৎ শৈরেং।

নারদ গুম্বা অচৌবা ঋষিশিং, কপিলগুম্বা অচৌবা সিদ্ধশিংনা নঙবু মপুংফাবা শৈরেংনা থাগৎলি।

রুদ্রাদিত্যা বসবো যে চ সাধ্যা
বিশ্বেঽশ্বিনৌ মরুতশ্চোষ্মপাশ্চ।
গন্ধর্ব্বযক্ষাসুরসিদ্ধসঙ্ঘা—
বীক্ষন্তে ত্বাং বিস্মিতাশ্চৈব সর্ব্বে ॥২২॥

(রুদ্রাদিত্যাঃ) রুদ্রশিং অমসুং আদিত্যশিং, (বসবঃ) বসুশিং, (যে) মখোয়, (চ) অমসুং (সাধ্যাঃ) সাধ্যাশিং, (বিশ্বে) বিশ্বে (হায়বা লাই) শিং, (অশ্বিনৌ) অশ্বিন (অনি), (মরুতঃ) মরুতশিং, (চ) অমসুং, (উষ্মপাঃ) পিতৃশিং, (চ) অমসুং, (গন্ধর্বযক্ষাসুরসিদ্ধসঙ্ঘাঃ) গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, অসুর অমসুং সিদ্ধশিংগী মপৈশিং, (বীক্ষন্তে) য়েংই, (ত্বাম্) নঙবু, (বিস্মিতাঃ) ঙকনা, (চ) অমসুং, (এব) সু, (সর্বে) পুম্নমক ॥২২॥

২২। রুদ্রশিং, বসুশিং, সাধ্যাশিং, বিশ্বেদেবশিং, অশ্বিন অনি, মরুতশিং, উষ্মপাশিং অমসুং গন্ধর্বশিং, যক্ষশিং, অসুরশিং অমসুং সিদ্ধশিংগী মপৈশিং—মখোয় পুম্বনা নঙগী পুম্নমকপু য়াম্না ঙকনা য়েংলি ॥২২॥

**অকুপ্পা বারোল :**— "সাধ্যশিং": ব্রহ্মানা মকোক ওইবা লাই কাঙবু অমা।

"বিশ্বেদেবশিং": অসি লাই ঙরাথকনি মখোয়শিং অসিনা বৈদিক মতমদা মীওইবশিং অসিবু

ঙাকপনি হায়না খল্লমই। মখোয়শিং অসি তাইবঙপান অসিগী মপা হায়না কৌনরমই। মখোয়না মীওইবশিংদা মরাংকায়না পীবশিং ওইরমই। মখোয়গী মমিংদি ক্রিতু, দক্ষ, বসু, সত্য, কাম, কাল, ধ্বনি রোচক, অদ্রব অমসুং পুরুরব হায়না কৌই। অশ্বিন অনি হায়বসি লাইশিংগী মাইবা ওইবা, মুমিৎ অমসুং তুম্ভাগী মচা মুপী প্রভা (মঙাল) গনা পোকপা মচানি।

"মরুতশিং" : মুশিৎ নিফুমাপলবু খঙনবা লাই কাঙবু।

"উষ্মপাশিং" : পিতৃ কাঙবু অমা নত্রগা ইপা ইপু পোকপা। উষ্মপাশিং অসিনা অশীবগী শ্রাদ্ধ নত্রগা ফীরোইদা কৎপা চাননবশিং অদু শারিঙৈগী মতমদা লৌই। অদুনা মখোয়বু উষ্মপাশিং কৌই। পিতৃশিং অসি কাঙলুপ তরেৎ থোকই।

"গন্ধর্বশিং" : লাইরৈবাক্কী 'হাহা' অমসুং 'হুহু' গুম্বা ঈশৈ শকপশিং।

"যক্ষ" : হায়বদি কুবেরগুম্বা। "অসুরশিং" : হায়বদি বিরোচনগুম্বা। "সিদ্ধশিং" : হায়বদি কপিলগুম্বনি।

রূপং মহত্তে বহুবক্ত্রনেত্রম্
মহাবাহো বহুবাহূরুপাদম্।
বহূদরং বহুদংষ্ট্রাকারালং—
দৃষ্ট্বা লোকাঃ প্রব্যথিতাস্তথাহম্ ॥২৩॥

(রূপম্) মওং, (মহৎ) ওনবা ঙমদবা, (তে) নঙগী, (বহুবক্ত্রনেত্রম্) মচীন অমসুং মমিৎ ময়ামগা লোয়নবা, (মহাবাহো) হে পাঙ্গল কনবা, (বহুবাহূরুপাদম্) পাম্বোম, ফৈবোম অমসুং খোঙ ময়ামগা লোয়ননা, (বহূদরম্) পুক ময়ামগা লোয়নবা (বহুদংষ্ট্রাকারালম্) ময়া ময়াম্না কিরবা, (দৃষ্ট্বা) উরদুনা, (লোকাঃ) তাইবঙপান পুম্বা, (প্রব্যথিতাঃ) কিহল্লে, (তথা) মসু, (অহম্) ঐ ॥২৩॥

২৩। হে পাঙ্গল কনবা, মচীন অমসুং মমিৎ ময়ামগা লোয়নবা, পাম্বোম, ফৈবোম অমসুং খোঙ ময়ামগা লোয়নবা, পুক ময়াম অমসুং য়া ময়াম্না অকিবা ওইরবা নঙগী ওনবা ঙমদ্রবা শক্তম অদুবু উরদুনা—তাইবঙপান পুম্নমক কীহল্লে অদুগা ঐবুসু নি ॥২৩॥

**অকুপ্পা বারোল** :— "লোকাঃ" : তাইবঙপান পুম্বা হায়বদি তাইবঙপান অসিগী থরায় পানবা পুম্বা। (লৌকিকাঃ প্রানিনাঃ)।

"তত্র ইদম্ কারণম্" : ঐনা কিবগী মরম অসিনি। অর্জুন্না মহাকী থম্মোয়দা মদুনা বহাকপু কিবা পীবা বিশ্বরূপকী মতেং অদু মখাদা শন্দোক্লা হায়রি।

নভঃস্পৃশং দীপ্তমনেকবর্ণং
ব্যাত্তাননং দীপ্তবিশালনেত্রম্।
দৃষ্ট্বা হি ত্বাং প্রব্যথিতান্তরাত্মা
ধৃতিং ন বিন্দামি শমং চ বিষ্ণো ॥২৪॥

( নভঃস্পৃশং ) অতিয়া পকপা, ( দীপ্তম্ ) ঙাল্লবা ( অনেকবর্ণং ) মচু ময়াম্না, ( ব্যাত্তাননম্ ) ময়া লাওনা কাথোক্লবা, ( দীপ্তবিশালনেত্রম্ ) মৈগুম্না লাওরবা মিৎ পাল্লবা, ( দৃষ্ট্বা ) উরদুনা, ( হি ) লেপ্পমক, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( প্রব্যথিতান্তরাত্মা ) থম্মোয়দা কিরবা, ( ধৃতিম্ ) থৌনা, ( ন ) নত্তবা, ( বিন্দামি ) ( ঐনা ) ফংই, ( শমম্ ) লৈতাবা, ( চ ) অমসুং, ( বিষ্ণো ) হে বিষ্ণু ॥২৪॥

২৪। অতিয়া পকপা, মচু ময়াম্না ঙাল্লবা, নয়া লাওনা কাথোক্লবা, মৈগুম্না লাওরবা মিৎ পাল্লবা নঙবু (নঙগী শক্তমবু) উরদুনা, ঐগী থম্মোয়দা কিরে, অমসুং লৈতাবা অমসুং থৌনা পুম্বা ফংবা ঙমদে, হে বিষ্ণু ॥২৪॥

**অকুপ্পা বারোল :**— "ধৃতি" : থৌনা : খাঙবা কনবা, পাঙ্গলবুসু খঙনৈ।

"শমম্" : লৈত্তাবা : ( সংযম ) লাকশিনববুসু খঙই।

—অনৌবা পুং-পানগী শক্তম ( বিশ্বরূপ ) অসিনা অর্জ্জুনবু য়াম্না কিহল্লে।

দংষ্ট্রাকরালানি চ তে মুখানি
দৃষ্টৈব কলানলসন্নিভানি।
দিশো ন জানে ন লভে চ শর্ম
প্রসীদ দেবেশ জগন্নিবাস ॥২৫॥

( দংষ্ট্রাকরালানি ) য়াশিংনা কিরবা, ( চ ) অমসুং, ( তে ) নঙগী, ( মুখানি ) চীন ময়াম, ( দৃষ্ট্বা ) উরদুনা, ( এব ) সু, ( কালানলসন্নিভানি ) প্রলয়গী মৈগুম্না চাক্লবা, ( দিশঃ ) মায়কৈ মরি, ( ন ) নত্তবা, ( জানে ) খঙই, ( ন ) নত্তবা, ( লভে ) ( ঐনা ) ফংই, ( চ ) অমসুং ( শর্ম ) অঙৈংবা, ( প্রসীদ ) থৌজানবিয়ু, ( দেবেশ ) লাইশিংগী হে মপু ওইবা, ( জগন্নিবাস ) হে তাই-বঙপানগী ময়ুম ওইবা ॥২৫॥

২৫। নয়ানা অকিবা ওইরবা নঙগী নচীন, প্রলয়গী মৈগুম্না চাক্লবা নঙগী নচীনশিং অদু উরগা ঐনা মায়কৈ মরিবু খঙদ্রে অদুগা ঐনা লৈতাবা—অঙৈংবসু ফংবা ঙমদ্রে ; থৌজানবিয়ু, লাইশিংগী হে মপু তাইবঙপানগী হে ময়ুম ॥২৫॥

**অকুপ্পা বারোল :**— "দেবেশ" : শোরারেন ( ইন্দ্র ) অমসুং অতৈ অতৈ লাই কাঙবুশিংগী মপু ওইবা।

"জগন্নিবাস" : অধিষ্ঠান নত্রগা তাইবঙপানগী য়ুম্ফম ওইবা।

"প্রলয়গী মৈ" : তাইবঙপানগী পুং-পানবু মাঙবা মতমদা চাকপা মৈশিং নত্রগা তাইবঙ-পান অসি পুম্নাও মাঙবা মতমদা চাকপা মৈশিং। মতম হায়বসিনা হেক ফোঙদোকপা পুম্ন-মকপু তুমহনবা মশক্তি।

"দিশঃ ন জানে" : ঐনা মায়কৈ মরি খঙদ্রে, ঐনা নোংপোক্তা নোংচুপকা, অরাংগা মখাগা কদায়নো লেপ্পা ঙমদ্রে।

অমী চ ত্বাং ধৃতরাষ্ট্রস্য পুত্রাঃ
সর্বে সহৈবাবনিপালসঙ্ঘৈঃ।
ভীষ্মোদ্রোণঃ সূতপুত্রস্তথাঽসৌ
সহাস্মদীয়ৈরপি যোধমুখ্যৈঃ ॥২৬॥

( অমী ) মখোয়শিং, ( চ ) অমস্মুং, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( ধৃতরাষ্ট্রস্য ) ধৃতরাষ্ট্রগী, ( পুত্রাঃ ) মচাশিং, ( সর্বে ) পুম্নমক, ( সহ ) লোয়ননা, ( এব ) স্মু, ( অবনিপালসঙ্ঘৈঃ ) লৈবাক্কী ( মপু ) নিংথৌশিংগী মপৈশিং, ( ভীষ্ম ) ভীষ্ম, ( দ্রোণঃ ) দ্রোণ, ( সূতপুত্রঃ ) সূতপুত্র, ( তথা ) স্মু, ( অসৌ ) মাসি, ( সহ ) লোয়ননা, ( অস্মদীয়ৈঃ ) ঐখোয়গা লোয়ননা, ( অপি ) স্মু, ( যোধমুখ্যৈঃ ) লান্‌গী মকোক ওইবশিংগা লোয়ননা ॥২৬॥

২৬। ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং পুম্নমক লৈবাক্কী নিংথৌশিংগী মপৈশিংগা লোয়ননা, ভীষ্ম, দ্রোণ, সূতপুত্র, ঐখোয়গী লান্মী মকোকশিংগা লোয়ননা ॥২৬॥

অকুপ্পা বারোল : — "মচাশিং" : দুর্যোধনম্নচিংবা। "ঐখোয়গী" : ধৃষ্টদ্যুম্নম্নচিংবা।

"সূতপুত্রঃ" : হায়বদি কর্ণবুনি ( দোলাই থৌবগী মচা )।

বক্ত্রাণি তে ত্বরমাণা বিশন্তি
দংষ্ট্রাকরালানি ভয়ানকানি।
কেচিদ্বিলগ্না দশনান্তরেষু
সংদৃশ্যন্তে চূর্ণিতৈরুত্তমাঙ্গৈঃ ॥২৭॥

( বক্ত্রাণি ) মচীন ময়াম, ( তে ) নঙগী, ( ত্বরমাণাঃ ) থুনা চেনশিন্দুনা, ( বিশন্তি ) চঙই, ( দংষ্ট্রাকরালানি ) অকিবা মশক ওইবা ময়া পানবা, ( ভয়ানকানি ) য়েংবদা অকিবা ওইবা, ( কেচিদ্ ) খরনা, ( বিলগ্নাঃ ) নপশিল্লবা, ( দশনান্তরেষু ) য়াগী অহোবদা, ( সংদৃশ্যন্তে ) উই, ( চূর্ণিতৈঃ ) মকূপ ওইনা তকখায়বগা লোয়ননা, ( উত্তমাঙ্গৈঃ ) ( মখোয়গী ) মকোকশিং অদুগা লোয়ননা ॥২৭॥

২৭। য়েংবদা কিরবা অমস্মুং অকিবগী মশক ওইবা নঙগী নচীন মমুংদা মখোয় য়াম্না থুনা চঙশিল্লি। খরনা মখোয়গী মকোকশিং অদু কুপ্পা তকখায়বগা লোয়ননা য়ারক্কা পন্দুনা লৈবদু উই ॥২৭॥

অকুপ্পা বারোল : — "কথম্ প্রবিশন্তি মুখানি ইতি আহ" : মখোয়না করম্না মচীনদা চঙবগে ? অর্জুন্না হায় :

যথা নদীনাং বহবোঽম্বুবেগাঃ
সমুদ্রমেবাভিমুখাঃ দ্রবন্তি।
তথা তবামী নরলোকবীরাঃ
বিশন্তি বক্ত্রাণ্যভিবিজ্বলন্তি ॥২৮॥

( যথা ) গুম্না, ( নদীনাং ) তুরেলশিংগী, ( বহবঃ ) মযাম, ( অম্বুবেগাঃ ) ঈশিং ঈচেল, (সমুদ্রম) সমুদ্রদা, ( এব ) লেপ্নমক, ( অভিমুখাঃ ) তম্না, ( দ্রবন্তি ) চেল্লি, ( তথা ) অদুনা, ( তব ) নঙগী, ( অমী ) মখোয়শিং, ( নরলোকবীরাঃ ) মীশিংগী তাইবঙগী অথোবশিং, ( বিশন্তি ) চঙই, (বক্ত্রানি) মচীনশিং, ( অভিবিজ্বলন্তি ) ( মৈরী ওইনা ) চাক্লুনা লৈরিবা ॥২৮॥

২৮। লেপনমক তুরেলশিংগী ঈশিং ঈচেলশিংনা সমুদ্র তয়না চেনবা অদুগুম্না মীশিংগী তাই-বঙপানগী অথোবশিংনা নঙগী চাক্লুনা লৈরবা নচীন তম্না চঙশিল্লি ॥২৮॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "অমী" : ভীষ্মগুম্না মখোয়শিং ।

অর্জুনম্না হৌজিক মহাক্না হাৎনীংদবা রথী পুম্নমক অসি অশিবা তম্না চেনশিনবদু উরি। মহাক্না গুক্কৎপা অদু মাঙখ্রে। মহাক্না হৌজিক খল্লি : "লান অসি থিংবা ঙম্মরোই। মসি ভগবান্না য়ারবনি।"

ঐনা শোয়দনা থোক্লগদবা অসিগীদমক করিগী রাগদগে ? রথীশিং অসি হান্নানা ভগবান্না মাঙহনখ্রে। ঐদি মহাক্না মখুৎতা লৈবা খুৎলাই অমত্তনি। ঐনা মখোয়শিংবু হাৎপা তারবদম্ব পাপ অমত্তনা ঐবু শোকপা ঙমলরোই। মসি মরম অচুম্বমুনি।

"তে কিমার্থম্ প্রবিশন্তি কথম্ চ ইতি আহু" : করিগী অমত্তুং করম তৌনা মখোয়না চঙই ? অর্জুনা হায় :—

যথা প্রদীপ্তং জ্বলনং পতঙ্গা
বিশন্তি নাশায় সমৃদ্ধবেগাঃ ।
তথৈব নশায় বিশন্তি লোকা—
স্তবাপি বক্ত্রাণি সমৃদ্ধবেগাঃ ॥২৯॥

( যথা ) গুম্না, ( প্রদীপ্তম্ ) চাক্লিবা, ( জ্বলনম্ ) মৈ, ( পতঙ্গা ) মৈরানবীশিং; ( বিশন্তি ) চঙই, ( নাশায় ) মাঙননবদা, ( সমৃদ্ধবেগাঃ ) অথুবা খোঙজেলগা লোয়ননা, ( তথা ) অদুগুম্না, ( এব ) লেপনমক, ( নাশায় ) মাঙননবগীদমক, ( বিশন্তি ) চঙই, ( লোকাঃ ) থরায় পানবশিংনা, ( তব ) নঙগী, (অপি) সু, ( বক্ত্রানি ) নচীনশিং, ( সমৃদ্ধবেগাঃ ) অথুবা খোঙজেনগা লোয়ননা ॥২৯॥

২৯। মৈরানবীশিংনা অচাকপা মৈদা মাঙননবগীদমক থুনা পাইশিনবগুম, অদুগুম্না থরায় পানবশিং অসিনা মাঙননবগীদমক নঙগী নচীনশিং অদুদা থুনা চেনশিল্লি ॥২৯॥

লেলিহ্যসে গ্রসমানঃ সমন্তা—
ল্লোকান্সমগ্রান্বদনৈর্জ্বলদ্ভিঃ ।
তেজোভিরাপূর্য্য জগৎসমগ্রং
ভাসস্তবোগ্রাঃ প্রতপন্তি বিষ্ণো ॥৩০॥

( লেলিহ্যসে ) ( নঙনা ) লেকই, ( গ্রসমানঃ ) য়োৎশিল্লদুনা, ( সমন্তাৎ ) মায়কৈ খুদিংদা,

( লোকান্ ) তাইবঙশিং, ( সমগ্রান্ ) পুম্নমক, ( বদনৈঃ ) মচীনশিংগা লোয়ননা, ( জ্বলদ্ভিঃ ) চাক্লুনা, ( তেজোভিঃ ) মঙালগা লোয়ননা, ( অপূর্য্য ) থল্লদুনা, ( জগৎ ) তাইবঙ, ( সমগ্রম্ ) পুম্নমক, ( ভাসঃ ) মঙাল, ( তব ) নঙগী, ( উগ্রঃ ) অকিবগী মশক ওইবা ( তমথীবা ), (প্রতপন্তি) চাকলি, ( বিষ্ণো ) হে বিষ্ণু ॥৩০॥

৩০। নহাক্না মায়কৈ খুদিংদা তাইবঙপুম্নবু য়োৎশিন্দুনা নঙগী মৈ চাক্লুনা লৈবা নচীনশিং অদুনা লেকশিল্লি। নহাক্কী তমথিরবা মঙালশিংনা, তাইবঙ পুম্নবু মঙালনা থল্লগা, চাকল্লি হে বিষ্ণু! ॥৩০॥

য়েংগদবা :— "বিষ্ণু" : পুম্নদা শন্দুনা লৈবা ( ব্যাপনশীল )।

আখ্যাহি মে কো ভবানুগ্ররূপো
নমোঽস্তু তে দেববর প্রসীদ।
বিজ্ঞাতুমিচ্ছামি ভবন্তমাদ্যং
ন হি প্রজানামি তব প্রবৃত্তিম্ ॥৩১॥

( আখ্যাহি ) হায়য়ু, ( মে ) ঐবু ( ঐঙোন্দা ), ( কঃ ) কনানো, ( ভবান্ ) নঙ, ( উগ্ররূপ ) তমথিরবা মওং, ( নমঃ ) খুরুম্বা, ( অস্তু ) ওইসনু, ( তে ) নঙোন্দা, ( দেববর ) হে ভগবান অথোইবা, ( প্রসীদ ) থৌজালনিবিয়ু, ( বিজ্ঞাতুম্ ) ( খঙননবা ), ( ইচ্ছামি ) ( ঐনা ) নীংই, ( ভবন্তম্ ) নঙবু, ( আদ্যম্ ) অহৌবা থরায় পানবা, ( ন ) নত্তবা, ( হি ) লেপনমক, ( প্রজানমি ) ( ঐনা ) খঙই, ( তব ) নঙগী, ( প্রবৃত্তিম্ ) থবক মতৌ ॥৩১॥

৩১। তমথিরবা শকওংগী ওইবা নঙ অসি কনানো ঐঙোন্দা হায়রিবিয়ু। হে অথোইবা ভগবান, নঙবু খুরুম্বা ওইসনু; থৌজালবিয়ু। ঐনা অহৌবা থরায় ওইবা নঙবু খঙবা পামই। নঙগী থবক মতৌ করিনো ( হায়রবসি ) লেপনমক ঐনা খঙদে ॥৩১॥

শ্রীভগবানুবাচ

কালোঽস্মি লোকক্ষয়কৃৎপ্রবৃদ্ধো
লোকান্সমাহর্তুমিহ প্রবৃত্তঃ।
ঋতেঽপি ত্বাং ন ভবিষ্যন্তি সর্বে
যেঽবস্থিতাঃ প্রত্যনীকেষু যোধাঃ ॥৩২॥

( কালঃ ) মতম, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( লোকক্ষয়কৃৎ ) তাইবঙ মাঙহনবা, ( প্রবৃদ্ধঃ ) চাউরবা, ( লোকান্ ) তাইবঙশিং, ( সমাহর্তুম্ ) মাঙননবা, ( ইহ ) অসিদা, ( প্রবৃত্তঃ ) থবক তৌরবা, ( ঋতে ) য়াওদনা, ( অপি ) সু, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( ন ) নত্তবা, ( ভবিষ্যন্তি ) লৈগনি, ( সর্বে ) পুম্নমক, ( যে ) মখোয়শিং অসি, ( অবস্থিতাঃ ) লৈন্দুনা লৈরবা, ( প্রত্যনীকেষু ) য়েংথিরবা লান্মী মপৈশিংদা, ( যোধাঃ ) লান তৌবা মীশিং ॥৩২॥

মঙ্গলগী মশক ওইবা ভগবান্না হায়রমই :—

৩২। ঐহাক হৌজিক তাইবঙ অসিবু মাঙহনবগী থবক্তা তৌরবা, তাইবঙ অসিবু মাঙহনবা চাউরবা মতম হায়বদু ঐহাক্নি। নঙ (অর্জ্জুন) য়াওদ্রবসু শেমলদুনা থমগ্রবা য়েঙথিনরবা লান্মী মপৈশিং অসিগী লান্মীশিং অসিন্দি কনা অমত্তসু হিংদুনা লৈররোই ॥৩২॥

অকুপ্পা বারোল :— "লান্মীশিং" : ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ অমসুং অতৈ অতৈশিং।

"নঙ য়াওদ্রবসু" : হে অর্জুন, নঙমা লান তৌদ্রবসু, লান্মীশিং অসিদি ঐগী থৌশীনগী অনুংদা মথোয় পুম্বা শিবা তারবনি। পুম্নমকপু মাঙহনবা মতম হায়বদু ঐনি। ঐনা মথোয়বু হান্নমা হাত্তোকখ্রবনি। নঙনা মথোয় ময়াম্না শিরিবদু উথ্রে।

মরম অসিনা নঙনা খুৎলাই ওইবা হায়বসি অচৌক য়াম্না মরু ওইবা (রাফম) নত্তে।

"যস্মাৎ এবম্" : (মখং অসিদা) মরম অসিনা হৌগৎলো অমসুং মিংচৎ ফংহো।

তস্মাত্ত্বমুত্তিষ্ঠ যশো লভস্ব
জিত্বা শত্রূন্ ভুঙ্ক্ষ্ব রাজ্যং সমৃদ্ধম্।
ময়ৈবৈতে নিহতাঃ পূর্বমেব
নিমিত্তমাত্রং ভব সব্যসাচিন্ ॥৩৩॥

(তস্মাৎ) মরম অসিনা, (ত্বম্) নঙ, (উত্তিষ্ঠ) হৌগৎলো, (যশঃ) মিংচৎ, (লভস্ব) ফংউ, (জিত্বা) (লান) ঙমদুনা, (শত্রূন্) য়েক্লববু, (ভুঙ্ক্ষ্ব) চাও, (রাজ্যম্) লৈবাক, (সমৃদ্ধম্) মপা লৈতবা, (ময়া) ঐনা, (এব) সু, (এতে) মথোয়শিং (নিহতাঃ) হাৎখ্রে, (পূর্বম্) হান্নমা, (এব) সু, (নিমিত্তমাত্রম্) খুৎলাই অমত্তা ওইনা, (ভব) ওইয়ু, (সব্যসাচিন্) হে ওয়না-হৈবা মীওই ॥৩৩॥

৩৩। মরম অসিনা, হৌগৎলো! অমসুং মিংচৎ ফংউ। য়েক্লবশিংবু জয় তৌদুনা মপা-লৈত্রবা লৈবাকপু ফংউ। লেপ্নমক ঐ ইশামক্তা মথোয়শিং অসিদি হান্নমা হাত্তোকখ্রবা ওাক্তনি; নঙনা চুম্নগী খুৎলাই অমত্তা ওইয়ু, হে ওয়না-হৈবা অর্জ্জুন ॥৩৩॥

অকুপ্পা বারোল :— নহাক্না চুম্নগী মমিংত ওইবা নত্রগা মপানগী ওইবা মরম ওইয়ু। ঐনা মথোয়শিং অসি হান্নমা হাৎখ্রবনি। য়াম্না মমাঙদা মথোয়শিংবু ঐনা মাঙহনখ্রবনি।

"মিংচৎ" : লাইমরুসু হাৎপা ঙমদ্রবা ভীষ্ম, দ্রোণ অমসুং অতৈ অতৈ লান্মীশিং (অতিরথীশিং) অসিবু অর্জ্জুনা মায়থীবা পীরে হায়না মীশিংনা খনগনি অমসুং অদুনা নঙনা মিংচৎ অচৌবা ফংগনি। অসিগুম্বা মিংচৎ অসি ধর্ম্মগী ওইবা থবক্তনা ফংফম থোকই।

"য়েক্লবা" : দুর্যোধনচিংবগুম্বা।

"সব্যসাচিন্" : অর্জ্জুন : খুৎ ওয়নানা তেন শীজিন্নবা ঙম্বা মীওই।

দ্রোণং চ ভীষ্মং চ জয়দ্রথং চ
কর্ণং তথাহন্যানপি যোধবীরান্ ।
ময়াহতাংস্ত্বং জহি মা ব্যথিষ্ঠা
যুধ্যস্ব জেতাসি রণে সপত্নান্ ॥৩৪॥

( দ্রোণম্ ) দ্রোনবু, ( চ ) অমসুং ( ভীষ্মং ) ভীষ্মবু, ( চ ) অমসুং, ( জয়দ্রথং ) জয়দ্রথবু, ( চ ) অমসুং, ( কর্ণং ) কর্ণবু, ( তথা ) সু, ( অন্যান ) অতৈশিংসু, ( অপি ) সু, ( যোধবীরান্ ) থৌনা ফরবা লাম্মীশিংবু, ( ময়া ) ঐনা, ( হতান্ ) হাৎখ্রবা, ( ত্বম্ ) নঙ, ( জহি ) হাৎলু, ( মা ) নত্তবা, ( ব্যথিষ্ঠা ) অকিবনা রাহল্লবা, ( যুধ্যস্ব ) লান তৌ, ( জেতাসি ) লান ভমগনি, ( রণে ) লান্দা, ( সপত্নান্ ) য়েক্লবশিংবু ॥৩৪॥

৩৪। দ্রোণ, ভীষ্ম, জয়দ্রথ, কর্ণ অমসুং অতৈ অথৌবা লাম্মীশিং অসি ঐনা হান্নানা হাৎ-তোকখ্রবা ওাক্তনি ;·নঙনা হাৎলু ; অকিবনা অরাবা ওইগনু ; লান তৌ অমসুং নঙনা নঙগী য়েক্লবশিংবু লানফমদা ( শোয়দনা ) লান ভমগনি ॥৩৪॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "ঐনা হান্নানা হাৎখ্রবা" : মরম অসিনা, হে অর্জ্জুন! নঙনা ভীষ্ম, দ্রোণ অমসুং অতৈ অতৈশিং হাৎপনা পাপ পুগনি হায়বসিগী কিনিংঙাই লৈতে।

দ্রোণগী লাইগীওইবা থুৎলাইশিং লৈ। তেনগী মহৈদা মহাক অসি অর্জ্জুনগী ওঝা (গুরু) নি। মহাক অসি অর্জ্জুনগী মুংশিন্নবা অমসুং চাউরবা গুরুনি। ভীষ্মগীসু লাইগী ওইবা থুৎল ইশিং লৈ। মহাক্কী নীংবা মতুংইন্না মহাক্কী শিবা হায়বদু ওইগনি (স্বেচ্ছা মৃত্যুঃ)। মহাক্না মতোমতনা পরশুরামগা লান তৌরমই অমসুং মায়থীখিদে।

জয়দ্রথগী মপানা অনিঙবা অমগা লোয়ননা তপস্যা তৌরমই মদুদি: "ঐগী ইচাগী মকোকপু লৈপাক্তা তাহনবা মহাক অদুগী মকোক অদুসু লৈপাক্তা তাহনগদবনি।

সুমিৎকী মচানিপা, কর্ণনা শোরারেন্দগী, শোয়ব লৈত্রবা থুৎলাই ( তা ) অমা ফংখিরমই। "য়েক্লবা" : দুর্য্যোধন গুম্বা।

সঞ্জয় উবাচ :—

এতচ্ছ্রুত্বা বচনং কেশবস্য
কৃতাঞ্জলির্বেপমানঃ কিরীটী।
নমস্কৃত্বা ভূয় এবাহ কৃষ্ণং
সগদ্গদং ভীতভীতঃ প্রণম্য ॥৩৫॥

( এতৎ ) মাদু, ( শ্রুত্বা ) তারদুনা, ( বচনম্ ) ৱাহৈ, ( কেশবস্য ) কেশবগী, ( কৃতাঞ্জলিঃ ) লোন্নরবা খুবাংগা লোয়নবা, ( বেপমানঃ ) নীক্লদুনা ( কিরীটী ) লুহুপ উম্না, ( নমস্কৃত্বা ) মখা তিংথোক্লুনা খুরুমদুনা, ( ভূয়ঃ ) অমুকহন্না, ( এব ) সু, ( আহ ) হায়রমই, ( কৃষ্ণম্ ) কৃষ্ণদা,

( সগদগদম্ ) ফুনগৎপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা, ( ভীতভীতঃ ) অকিবনা খুজাৎলবা, ( প্রণম্য ) খুরুমজুনা ॥৩৫॥

### সঞ্জয়না হায়রমই :—

৩৫। কেশবগী ৱাহৈ অদু তারদুনা, লুহুপ উপ্পা অদুনা ( অর্জ্জুন্না ), লোন্নবা খুবাংগা লোয়ননা, থকথক নীক্লদুনা ; মশাগক ভিংখোক্লুনা খুরুমলদুনা. কৃষ্ণদা অমুকহন্না অকিবনা খুজাৎলদুনা, ফুনগৎপা ৱাহৈদা, খুরুমলদুনা হায়রমই ॥৩৫॥

**অকুপ্পা ৱারোল :—** কনাগুম্বা অমনা ৱাম্না য়োনা কিরবা নত্রগা হরাওরবা মতমদা অনাবা নত্রগা থরায় সুংঙাইবা হেনগৎপদুনা মরম ওইদুনা পি তারকই। অদুদগী মহাক্কী খৌনাও অদু ফুনগৎলকই অমসুং মহাক্না মরৈ লোমই নত্রগা ময়েক শেংদনা নত্রগা ফুনগৎপা অরুম্বা ৱাহৈনা ৱা ঙাঙই। অর্জ্জুন্না বিশ্বরূপ উবা মতমদা লময়োনা কিহল্লমই অমসুং মহাক্না মদুনা মরম ওইদুনা মরৈলোম্বা খোম্লোক্তা ৱা ঙাঙলমই।

সঞ্জয়গী ৱাহৈ অসি অচোৌবা মনুংগী অর্থ লৈ। মহাক্না খল্লমই মদুদি ভীষ্ম, দ্রোণ অমসুং কর্ণবু অর্জ্জুন্না হাৎখ্রবদা মাগী মচাগী ঙাক্লো লৈত্রবনা শোয়দনা হাৎখ্রগনি হায়বসি খঙবা মতমদা ধৃতরাষ্ট্রনা লৈতাবা ফংলমগনি হায়না। অদুদগী অমুকন্থু মহাক্না নীংলমই মদুদি মসিনা অনিমক্তা সুংঙাইবা অমসুং অঙাংবা ওইরগনি হায়না। তৌইগুম্বসুং ধৃতরাষ্ট্র অসি অখোইবা মী ওইরমই ; অদুনা মহাক্না লাইবকী অইনবনা মরম ওইদুনা মহাক্না পুক্নীং চঙনা ভাখিরমদে।

### অর্জ্জুন উবাচ

স্থানে হৃষীকেশ তব প্রকীর্ত্যা
জগৎ প্রহৃষ্যত্যনুরজ্যতে চ।
রক্ষাংসি ভীতানি দিশো দ্রবন্তি
সর্বে নমস্যন্তি চ সিদ্ধসঙ্ঘাঃ ॥৩৬॥

( স্থানে ) মসি মতীকচাই ( ওইথোকই ), ( হৃষীকেশ ) হে হৃষীকেশ, ( তব ) নঙগী. (প্রকীর্ত্যা) থাগৎপদা, ( জগৎ ) তাইবঙপান্না, ( প্রহৃষ্যতি ) হরাওই, ( অনুরজ্যতে ) সুংঙাই, ( চ ) অমসুং, ( রক্ষাংসি ) হিংচাবশিংনা, ( ভীতানি ) কিবদা, ( দিশঃ ) মায়কৈ পুম্বদা, ( দ্রবন্তি ) চেল্লি, (সর্বে) পুম্নমক, ( নমস্যন্তি ) খুরুমই ( নঙোন্দা ), ( চ ) অমসুং, ( সিদ্ধসঙ্ঘাঃ ) সিদ্ধ মপৈশিংনা ॥৩৬॥

### অর্জ্জুন্না হায়রমই :—

৩৬। হে হৃষীকেশ ! নঙবু থাগৎপদা তাইবঙপাননা সুংঙাই অমসুং হরাওই হায়বসি মতীক চাই [ ওইথোকই ]; হিংচাবশিংনা মায়কৈ পুম্বদা কিদুনা চেল্লি, অমসুং সিদ্ধশিংগী কাঙবুশিংনা নঙোন্দা খুরুমই ॥৩৬॥

অকুপ্পা বারোল :— "থাগৎপা" : ঈশ্বরগী মতীক মগুণবু শন্দোক্লা হায়বনি। ঈশ্বর অসি লাৎপা, সুংশিবা অমসুং সুংঙাইবদা মতীকচাবা মশক্লি, মরমদি মহাক অসিনা থরায় পানবা পুম্বগী মরুপ অমসুং আত্মানি ( সর্বাত্মা সর্বভূত সুহৃৎ )। "সিদ্ধ" : কপিল ( মুণি ) গুম্বা।

মথাগী মরমশিং অসিনা মরম ওইদুনসু ঈশ্বর অসি লাৎপা, সুংশিবা অমসুং সুংঙাইবগী পোৎশক অমা ওই। মহাক অসি লাইশিংগী মপু, তাইবঙপান অসিগী লৈকম ওইবা ব্রহ্মাগী হৌরকফম মরুসু ওই।

কস্মাচ্চ তে ন নমেরন্মহাত্মন্

গরীয়সে ব্রহ্মণোঽপ্যাদিকর্ত্রে।

অনন্ত দেবেশ জগন্নিবাস

ত্বমক্ষরং সদসত্তৎপরং যৎ ॥৩৭॥

( কস্মাৎ ) করিগী, ( চ ) অমসুং, ( তে ) মখোয়, ( ন ) নত্তবা, ( নমরেন্ ) খুরুম্বা য়াই, ( মহাত্মন্ ) হে পুকচেল চাওবা, ( গরীয়সে ) হেন্না চাওবা, ( ব্রহ্মণঃ ) ব্রহ্মাগী, ( অপি ) সু, ( আদিকর্ত্রে ) হৌরকফম মরু ( অনন্ত ) অমথৈ লৈতবা ওইবা থরায় পানবা মশক, ( দেবেশ ) লাইশিংগী মপু, ( জগন্নিবাস ) হে তাইবঙপানগী লৈফম, ( ত্বম্ ) নঙ, ( অক্ষরম্ ) অমাঙবা লৈতবা, ( সৎ ) লৈবা, ( অসৎ ) লৈতবা, ( তৎ ) মাদু, ( পরম্ ) অখোইবা, ( যৎ ) মাও ॥৩৭॥

৩৭। হে অচৌবা আত্মা, অদুগা মখোয়না করিগীদমক নঙোন্দা খুরুমলোইদগে ? ব্রহ্মাগীসু হৌরকফম মরু ওইবা, ( অতৈ পুম্বদগী হেন্না চাউবা ), হে অমথৈ লৈতবা মশক, হে লাই পুম্বগী মপু, হে তাইবঙপানগী লৈফম, নহাক্তি মাঙবা লৈতবা (লৈবা অমসুং লৈতবা) সৎ অমসুং অসৎ মশক্লি। মহাক অদুনা অখোইবা ওইবা ( মহাক অদুনা সৎ অমসুং অসৎকী রাংমদা লৈবা মশক ওইবা ) ॥৩৭॥

অকুপ্পা বারোল :— "ব্রহ্মা" : হিরন্যগর্ভ।

ভগবান অসি মহাত্মা ( অখোইবা আত্মা ) নি। মহাক্লা অতৈ অতোপ্পশিংদগী হেন্না চাওই। মহাক অসি মাঙবা লৈতবা মশক্লি। মরম অসিনা মহাক অসি লাৎপা, সুংশিবা অমসুং সুংঙাইবগী মতীক চাবা শকখি। মতমগী শক্তম অহুম্মক্তা ( লৈবা ) ওইবা অদুবু সৎ হায়বনি। ব্রহ্ম অসি সৎনি। মতমগী শক্তম অহুমদা লৈতবা অদুবু অসৎ হায়বনি। তাইবঙপান অসি অসৎনি। হকচাং অসি অসৎনি।

"সৎ অমসুং অসৎ" হায়বা অসি মফম অসিদা "ব্যক্ত" ( ফোঙদোক্লবা ) মাত্রনা অক্ষর ( মাঙবা নাইদবা মশক ) অমগী উপাধি ( মশাগী নত্তবদা থোঞ্জিনবা ) হায়বদু খঙনৈ।

অওইবমক্তি মাঙবা লৈতবা মশক হায়বসিদি সৎ অমসুং অসৎ অনিমক্কী রাংমদা লৈবনি। "অক্ষর" হায়বা রাহৈ অসি গীতা শাস্ত্রদা করিগুম্বা মতমদা অব্যক্ত নত্রগা প্রকৃতি অমসুং করিগুম্বা মতমদা পর-ব্রহ্মবু খঙনবা পীজিন্নে।

—"অনন্ত" : পরিচ্ছেদ মথল অন্থম ( মফম, মতম অমসুং পোৎ ) দগী নত্ৰগা ভমখৈ নাইবদগী লানথোক্লবা মহাক অদুবুনি।

অৰ্জুননা ভগবানবু অসুম্না অমুকহন্না থাগৎলি।

ত্বমাদিদেব পুরুষঃ পুরাণ-

স্ত্বমস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্।

বেত্তাসি বেদ্যং চ পরং চ ধাম

ত্বয়া ততং বিশ্বমনন্তরূপ ॥৩৮॥

( ত্বম্ ) নঙ, ( আদিদেবঃ ) অহৌবা ওইবা লাই, ( পুরুষঃ ) পুরুষ, ( পুরাণঃ ) কুইরবা, ( ত্বম্ ) নঙ, ( অস্য ) মসিগী, ( বিশ্বস্য ) তাইবঙপানসিগী, ( পরম্ ) অথোইবা, ( নিধানম্ ) ংফম, ( বেত্তা ) অখঙবা মীওই. ( অসি ) ( নঙনা ) ওই, ( বেদ্যং ) খঙগদবা ওইবা, ( চ ) ১মসুং, ( পরম্ ) অথোইবা, ( চ ) অমসুং, ( ধাম ) লৈফম. ( ত্বয়া ) নঙনা, ( ততম্ ) শন্দোক্লুনা লৈবা, ( বিশ্বম্ ) তাইবঙপান, ( অনন্তরূপ ) মশীং নাইদবা মওংশিংগী শক্লম ওইবা ॥৩৮॥

৩৮। নঙনা হৌরকফম ওইবা লাইনি, কুইরবা পুরুষনি, তাইবঙপান অসিগী অথোইবা ংনফমনি, নঙনা অখঙবা মশক্লি, ( খঙগদবা ওইবা মশক্লি ) অমসুং অথোইবা লৈফম্নি। হে ভমখৈ লৈতবা মওংশিংগী শক্লম ওইবা, নহাক্লা তাইবঙপান অসিদা শীস্থংনা শন্দুনা লৈ ॥৩৮॥

অকুপ্পা বারোল :— "আদিদেব" : মরমদি ঈশ্বরনা তাইবঙপান অসিগী অশেম্বনি (সৃষ্টিত্বাৎ)।

"পুরুষ" : মরমদি ঈশ্বরনা হকচাং অসিদা হীপ্পুনা লৈ ( পুরি শয়নাৎ )।

"নিধানম্" : মহাপ্রলয় ( তাইবঙ পুম্নাঙ মাঙবা মতমদা ) গী মতমদা তাইবঙ অসিনা পোথাদুনা লৈবা মফম।

চফুনা লৈখোমদগী থোরকই অমসুং লৈখোমদা অমুক হঞ্জিনখি। অসিগুম্না তাইবঙ অসি ঈশ্বরদগী থোরকই অমসুং ঈশ্বরদা থুপচিনখি নত্ৰগা লোইশিনখি। মরম অসিনা ঈশ্বরনা তাই-বঙপান অসিগী উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা থোরকফম মরুনি )। অদুনা মহাক অসি হৌরক-ফম মরু অমসুং পরং নিধানমনি।

"বেত্তা" : খঙগদবা পোৎপু খঙবা মীওই। ঈশ্বরনা পুম্নমক খঙবা মরম্না মহাক্লা তাইবঙ অসিগী মরম পুম্নমক খঙই, অমসুং মহাক অসিনা তাইবঙপান অসিগী থৃৎলাইগী মশক ওইবা নত্ৰগা ( নিমিত্তকারণ ) থবক পাঙনবগী মরম্নি।

"পরং ধাম" : বিষ্ণুগী অথোইবা লৈফম। থৌরিনা লিনগী মশা পুম্বদা শীস্থংনা লৈবা ( লিনগী মথক্তা থোক্তিনবা অধিষ্ঠান ) অদুগুম্না, অসিগুম্না ব্রহ্ম নত্ৰগা বিষ্ণুনা মহাক্কী সৎ-চিৎ-আনন্দ স্বরূপ ( অস্তি-ভাতি-প্রিয় ) অসিনা তাইবঙ পুম্বসি শীস্থংনা শন্দুনা লৈ।

"কিংচ" : অমুকসু।

বায়ুর্যমোঽগ্নির্বরুণঃ শশাঙ্কঃ
প্রজাপতিস্ত্বং প্রপিতামহশ্চ।
নমো নমস্তেঽস্তু সহস্রকৃত্বঃ
পুনশ্চ ভূয়োঽপি নমো নমস্তে ॥৩৯॥

( বায়ুঃ ) বায়ু ( নুংশিৎ ), ( যমঃ ) যম ( অশিবগী লাই ), ( অগ্নিঃ ) অগ্নি ( মৈ ), ( বরুণঃ ) নোংগী লাই, ( শশাঙ্কঃ ) থা, ( প্রজাপতিঃ ) প্রজাপতি, ( ত্বম্ ) নঙ, ( প্রপিতামহঃ ) ইপুবু পোকপা, ( চ ) অমসুং, ( নমঃ ) খুরুম্না, ( তে ) নঙোন্দা, ( অস্তু ) ওইসনু, ( সহস্রকৃত্বঃ ) লিশিংলক, (পুনঃ) অমুকহন্না, (চ) অমসুং, (ভূয়ঃ) অমুকহন্না ( অপি ) সু, ( নমঃ ) খুরুম্না, (তে) নঙোন্দা ॥৩৯॥

৩৯। নহাক্না বায়ু, যম, অগ্নি, বরুণ, থা, প্রজাপতি অমসুং ইপুবু পোকপনি, খুরুমজরি, খুরুমজরি নঙোন্দা লিশিং অমরক অমসুং হন্না হন্না নঙোন্দা খুরুমজরি ॥৩৯॥

**অকুপ্পা বারোল :–** "প্রজাপতি" : মরিচি অমসুং অতৈশিং ব্রহ্মাগী পুরিংদগী পোকপা মচা তরেৎনি। কাশ্যপ হায়বসিনা মরিচিনা পোকপনি অমসুং কাশ্যপতগী মচা অতৈ অতৈ পোক্লকই। মরম অসিনা মরিচি, কাশ্যপ অমসুং অতৈশিং অসিবু "প্রজাপতিশিং" হায়না নত্রগা অঙাং পোকপগী লাই হায়না খল্লৈ। প্রজাপতি হায়বা রাহৈ অসি থরনা "কাশ্যপ" নি হায়না অর্থ তৌনৈ অমসুং অতৈনা প্রজাপতিশিং ( মক্ষমচিংবা ) বু হায়নৈ। তৌইগুম্বসুং প্রজাপতি হায়বা রাহৈ অসি মশাং অমত্তা খঙনবা ( একবচন ) ওইনা শীজিন্নবা মরম্না ব্রহ্মাবু প্রজাপতিনি হায়না লৌবা চপ চায়। ব্রহ্মা হায়বসি কাশ্যপকী মপা পোকপা মপু ( পিতামহ ) নি। ব্রহ্মা নত্রগা হিরন্যগর্ভ হায়বসি কার্য ব্রহ্মনি ( থবক )। ঈশ্বর হায়বসিনা কারণ ব্রহ্মনি ( ব্রহ্মা হিরন্যগর্ভগী মরম ) নি। মরম অসিনা ঈশ্বর হায়বসিনা ইপুবু পোকপনি ( প্রপিতামহ ) নি। মহাক অসি ব্রহ্মাগীসু মপা ( অপোকপনি )।

ঈশ্বরগী মায়া হায়বসি ( উপাধি ) থোক্লিনবা ওইনা লৈ। মায়া হায়বসি মহাক্কী অকুপ্পা হকচাংনি। ঈশ্বরগী তাইবঙ ( লোক ) লৈতে। মায়া হায়বসি খায়দোক্লবা মওংদা লৈ। মহাক ( মায়া অসি সাম্যবস্থা চপ মান্নবা মওং ) দা লৈ। হায়বদি গুণশিং অসি চাং মান্নবা মওংদা লৈ। ঈশ্বরগী অনিচ্ছবা ( ইচ্ছাশক্তি ) না মরম ওইদুনা চাং মান্নবা অসি কায়রবা মতমদা গুণ অহুম অমসুং ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব ওইনা ফোঙদোকই।

"নহাক্না থানি" : মসি ওমিংকী উপলক্ষকনি। মসিনা তাকই মচুদি "নঙ ওমিংসু ওই"।

"পুনঃ ভূয় " : অমুকহন্না। লিশিং অমরক খুরুমজৈ অমসুং অমুক হন্না খুরুমজৈ। মসিনা তাকই মচুদি অর্জুনা ভগবান কৃষ্ণদা থৌনা খাজবা অমসুং ভয়গী লৈতবা ভক্তি লৈ। মহাক্না "লিশিং অমরক" খুরুমজরবসু মহাক পেনবা লৈতে।

নমঃ পুরস্তাদথ পৃষ্ঠতস্তে

নমোঽস্তু তে সর্বত এব সর্ব।

অনন্তবীর্য্যামিতবিক্রমস্ত্বং

সর্বং সমাপ্নোষি ততোঽসি সর্বঃ ॥৪০॥

( নমঃ ) খুরুম্বা, ( পুরস্তাৎ ) মমাঙদগী ( হৌনা ), ( অথ ) সু, ( পৃষ্ঠতঃ ) তুংলোমদগী, ( তে ) নঙোন্দা, ( নমঃ ) খুরুম্বা, ( অস্তু ) ওইসনু ( তে ) নঙোন্দা, ( সর্বতঃ ) মায়কৈ খুদিংদা ( এব ) সু, ( সর্ব ) হে অপূনবা, ( অনন্তবীর্য্য ) পাঙ্গলদা ঙমথৈ লৈতবা, ( অমিত বিক্রমঃ ) কনবশিংদা ঙমথৈ লৈতবা, ( ত্বম্ ) নঙ, ( সর্বম্ ) পুম্নমক, ( সমাপ্নোষি ) শীন্থুংনা লৈ, ( ততঃ ) মদুদগী, ( অসি ) ( নঙনা ) ওই, ( সর্ব ) পুম্নমক ॥৪০॥

৪০। নঙোন্দা খুরুমজে, মাঙ অমসুং তুং ( ওইনা ) মায়কৈ খুদিংমক্তা লৈবা নঙোন্দা খুরুমজে। হে ( অপূন্না ) পুম্নমক ওইবা ! নঙদি ঙমথৈ লৈতবা পাঙ্গলনি অমসুং ঙমথৈ লৈতবা নতিক নঙাল ওইবনি, পুম্নমক্তা শীন্থুংবনি ; মদু পুম্নমকসু নঙনা ওই ॥৪০॥

অকুপ্পা বারোল : "ঐনা ইশামক্তা নঙগী মমাঙদা, নঙগী মতুংদা অমসুং মায়কৈ খুদিংদা খুরুমজে" হায়বা বাহৈ অসিনা ঈশ্বরগী পুম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবগী মতৌ অদু তাকই। পুম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবা আত্মা অদুনা করম্না মতুং অমসুং মমাঙ হায়বা মায়কৈ লৈগদগে ? অর্জুন্না ঈশ্বরগী মমাঙ অমসুং মতুংদা লৈ হায়না ( বল্লনা ) খল্লমই অমসুং মহাক্কী অয়োধী শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তিগা লোয়নননা খুরুমজরমই

"হে সর্ব : সর্বস্বাকরূপ ব্রহ্মন্"। নঙ য়াওদনা করিমতম্ম লৈতে। আত্মা হায়বসিনা পুম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবা মরম্না মহাকপু সর্ব কৌই। আত্মা নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে।

"সর্বতঃ" : মায়কৈ খুদিংদা : নহারা মফম পুম্বদা থুংনা লৈবনা নত্রগা মফম খুদিংদা লৈবনা।

মী অমনা মপাঙ্গল য়াম্না কনবা য়াই তৌইগুম্বসুং য়েক্নবা হাৎপা ঙম্বগী মথৌনাদি লৈতবসু য়াই নত্রগা মহাক য়াম্না নৌবা মওংগী থৌনা ( মন্দ-পরাক্রমঃ ) লৈবা য়াই ; তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরদি পাঙ্গল অমসুং থৌনাদা লোইবা নাইদনা লে।

"সমাপ্নোষি" : শীন্থুংনা লৈ মহাক্কী আত্মা মশা অদুতনা।

সখেতি মত্বা প্রসভং যদুক্তং

হে কৃষ্ণ, হে যাদব হে সখেতি।

অজানতা মহিমানং তবেদং

ময়া প্রমাদাৎপ্রণয়েন বাপি ॥৪১॥

( সখা ) মরূপ, ( ইতি ) গুম্না, ( মত্বা ) খল্লুনা, ( প্রসভম্ ) হেক্তিনবা, ( যৎ ) মদু, ( উক্তম্ ) হায়রগা, ( হে ! কৃষ্ণ ) হে কৃষ্ণ, ( হে ! যাদব ) হে যাদব, ( হে ! সখা ) হে মরূপ, ( ইতি ) অমুম্না,

( অজানতা ) খঙদতুনা, ( মহিমানং ) অচৌবা মতৌ, ( তব ) নঙগী, ( ইদম্ ) মসি, ( ময়া ) ঐনা, ( প্রমাদাৎ ) চোককিশিন্দবদগী. ( প্রণয়েন ) নুংশিবনা, ( বা ) নত্রগা, ( অপি ) সু ॥৪১॥

৪১। নঙগী অচৌবা ( নগুণ ), মসিবু খঙদতুনা নহাকপু চুম্নগী মরূপ অমনি হায়না খন্দুনা “হে কৃষ্ণ, হে যাদব, হে মরূপ” অসুম্না থওইদবদগী নত্রগা নুংশিবদগী ঐনা করিগুম্বা অমা হেক্লিম্না হায়খিবা অদু ॥৪১॥

যচ্চাবহাসার্থমসৎকৃতোঽসি—
বিহারশয্যাসনভোজনেষু।
একোঽথবাপ্যচ্যুত তৎসমক্ষং
তৎক্ষাময়ে ত্বামহমপ্রমেয়ম ॥৪২॥

( যৎ ) ( করিগুম্বা ) অমত্তবু, ( চ ) অমসুং, ( অবহাসার্থম্ ) নুঙাইবা ( কুম্মৈ ) গীদমক্তা. ( অসৎকৃতঃ ) ইকাই খুম্নবা রাত্তুনা, ( অসি ) ( নঙনা ) ওই, ( বিহারশয্যাসনভোজনেষু ) শান্নরিডৈদা, হিপলিডৈদা, ফমলিডৈদা নত্রগা চারিডৈদা. ( একঃ ) অমনা, ( অথবা ) নত্রগা. (অপি) সু, ( অচ্যুত ) হে অচ্যুত, ( তৎ ) অদুনা, ( সমক্ষম্ ) লোয়নবদা, ( তৎ ) মাদু, ( ক্ষময়ে ) ঙাকপিনবা হায়জবা, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( অহম ) ঐ, ( অপ্রমেয়ম্ ) চাং-ওনবা ঙমদবা ॥৪২॥

৪২। নুঙাইনবা ( কুম্মৈ ) গীদমক, শান্নরিডৈদা, পোথারিডৈদা, ফমলিডৈদা নত্রগা চারিডৈদা ইতোম্মতা ( নঙগা লোয়ননা ) লৈরিডৈদা, ঐনা করিগুম্বা মওং তাদা নঙবু ইকাইহনখিবা য়াই, হে অচ্যুত, নত্রগা ( ময়াম ) লোয়ননা লৈরিডৈদা ওইরবসু, মাদুবু ঙাকপিনবগীদমক হে ওনবা ঙমদবা মশক, ঐনা হায়জরি ॥৪২॥

**অকুপ্পা বারোল ঃ—** অর্জুন্না ভগবানগী অনিগুম্বা বিশ্বরূপ অসি উরদুনা মহাক্কী মমাঙগী হঙ্গোইদবদগী থোকখিবা লীচৎ শাজৎকী মরমদা ঙাকপিনবা হায়জ-মই। মহাক্না হায়: “ঐ পঙলুরে। ঐনা নঙগী অচৌবা ( নগুণ ) বু খঙদনুনা হঙ্গোইদনা তৌরুরে। ঐনা ওন্ন-তৈননা খল্লুবদগী ( বিপরীত বুদ্ধি ) নঙবু ঐগী মরূপ অমা ওইনা লৌরুরে। ঐনা নঙোন্দা ফজদবা লমচৎ চৎলুরে। নঙদি তাইবঙ অসিগী হৌরকফমনি, অদুম ওইনমক নঙোন্দা ঐনা করেম্নরমই। ঐনা তৌফম থোক্কবা খবকশিং নঙোন্দা তৌরমই। নুংশিবিদুনা ঐবু ঙাকপিয়ু হে ভগবান”।

“তৎ”ঃ তরানবা পুম্নদু। “অচ্যুত”ঃ অহোংবা লৈতবা মহাক অদু ( নির্বিকার )।

“সমক্ষং”ঃ অতৈশিংগী মমাঙদা।

“অপ্রমেয়ম্”ঃ ওনবা ঙমদবা ঃ (অচিন্ত্য প্রভাব) খনবা ঙমদবা মতিক মঙান লৈবা মহাক অদু।

পিতাসি লোকস্য চরাচরস্য
ত্বমস্য পূজ্যশ্চ গুরুর্গরীয়ান্
ন ত্বৎসমোঽস্ত্যভ্যধিকঃ কুতোঽন্যো
লোকত্রয়েঽপ্যপ্রতিমপ্রভাব ॥৪৩॥

( পিতা ) ইপা, ( অসি ) ( নঙনা ) ওই, ( লোকস্য ) তাইবঙগী, ( চরাচরস্য ) অচৎপা ১স্নুং চত্তবগী, ( ত্বম্ ) নঙ, ( অস্য ) মসিগী, ( পূজ্যঃ ) লাৎকদবা ওইবা, ( চ ) অমস্নুং, ( গুরুঃ ) গুরু, ( গরীয়ান্ ) হেন্না লুমই, ( ন ) নত্তবা, ( ত্বৎসমঃ ) নঙগা মান্নবা, ( অস্তি ) লৈ, ( অভ্যধিকঃ ) লানথোকপা, ( কৃতঃ ) কদাইদা, ( অন্যঃ ) অতেপ্পা, ( লোকত্রয়ে ) তাইবঙ অহুমদা, ( অপি ) সু, ( অপ্রতিম প্রভাব ) মান্নবা লৈতবা পাঙ্গলগী মশক ॥৭৩॥

৪৩। নহাক্না অচৎপা অমস্নুং চন্নবা তাইবঙ অসিগী মপানি। নহাক তাইবঙ অসিনা লাৎকদবা ওইবা মশক্নি। নঙ, খ্বাইদগী চাওবা গুরুনি ; ( মরমদি ) নঙগা মান্নবা কনামত্তা লৈতে; করম তৌনা ( কদাইদা ) নঙোন্দগী হেনবা অতোপ্পা অমা তাইবঙ অহুম অসিদা লৈবা ঙমগদগে ; মান্নবা লৈতবা পাঙ্গলগী মশক ওইবা ॥৪৩॥

**অকূপ্পা বারোল :** – নঙগা মান্নবা কনা অমত্তা লৈতে। ঈশ্বরসি অনি নত্রগা হেন্না লৈবা য়াদে, করিগুম্বা লৈরম্লবদি হৌজিক লৈরিবা তাইবঙ মওং অমুম তৌনা লৈরম্লোই। ঈশ্বর পুন্নমক পুক্নিং অমত্তা ওইরোই, মখোয়না অমগা অমগা মনীং তম্নবা ঙাক্না ওইগদবা মরম্না। ঈশ্বর অমনা শেমগৎনীংবা ( সৃষ্টি তৌনীংবা ) মতমদা অমনা থুগায়নীংবা ( সংহার নত্রগা প্রলয় তৌনীংবা ) য়াই।

নঙগা মান্নবা ফাওবদসু লৈত্রবদা, নঙোন্দগী হেনবা অমা করম্না লৈবা য়াগদগে ?

"পিতা" : মপা : অশেম্বা মী, ঈশ্বরনা তাইবঙ অসি শেম্বা ওইবনা মহাকপু লাৎপদা মতিক চায়। মহাক অসি খ্বাইদগী চাউবা গুরু (গুরুবার) নি। মরম অসিনা ঈশ্বরগা মান্নবা কনাসু লৈতে।

তস্মাৎপ্রণম্য প্রণিধায় কায়ং
প্রসাদয়ে ত্বামহমীশমীড্যম্।
পিতেব পুত্রস্য সখেব সখ্যুঃ
প্রিয়ঃ প্রিয়ায়াহসি দেবসোঢুম্ ॥৪৪॥

( তস্মাৎ ) মরম অসিনা, ( প্রণম্য ) খুরুমজুনা, ( প্রণিধায় ) নোম্জনা, ( কায়ম্ ) হকচাংবু, ( প্রসাদয়ে ) ঙাকপিবা নিজরি, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( অহম্ ) ঐনা, ( ঈশম্ ) ঈশ্বর, ( ঈড্যম ) লাৎকদবা ওইবা, ( পিতা ) মপা, ( ইব ) গুম্না, ( পুত্রস্য ) মচাগী, ( সখা ) মরূপ, ( ইব ) গুম্না, ( সখ্যুঃ ) মরূপকী, ( প্রিয়ঃ ) মরুপ্না, ( প্রিয়ায় ) নুংশিবা মীগীদমক, ( অর্হসি ) তৌগদবা ওই, ( দেব ) হে ঈশ্বর, ( সোঢুম্ ) খাঙবা ॥৪৪॥

৪৪। মরম অসিনা, খুরুমজুনা, ঐগী হকচাং নোম্জনা, নঙগী ঙাকপিববু ঐনা নিজরি, হে লাৎকদবা ওইবা ঈশ্বর! মচা অমবু মপানা ঙাকপিবা, মরূপ অমবু অমনা, নুংশিবা অমনা নুংশিবা মী অমবু, হে ( ঈশ্বর ) দেব, অসিগুম্না ঐবুসু নঙনা ঙাকপিগদবা ওই ॥৪৪॥

**অকূপ্পা বারোল :**– হে ঈশ্বর, মমা অমনা মহাক্কী মচাবু তৌবগুম্না ঐবু নঙগী নথাদা লৌশিনবিয়ু। ঐহাক্না মকম মফমদা ঙাওখিবা নত্রগা তৌখিবা পুম্বা ঙাকপিয়ু। ঐগী হরান

ঙাকপিয়ু। ঐনা হান্না লানখিবা পুম্বা লৌবিগনু। ঐনা পুম্নমক অসি পঙবা খঙদবদগী তৌরু-বনি, ঐ হৌজিক্তি নঙোন্দা পুম্নমক কপ্লোকচরে। ঐনা হৌজিক নঙগী ঙাকপিববু নিজরি।

অদৃষ্টপূর্ব্বং হৃষিতোঽস্মি দৃষ্ট্বা
ভয়েন চ প্রব্যথিতং মনো মে।
তদেব মে দর্শয় দেব রূপং
প্রসীদ দেবেশ জগন্নিবাস ॥৪৫॥

( অদৃষ্টপূর্ব্বম্ ) মমাঙৈদা অমুক্তা উখিদ্রিবা, ( হৃষিতঃ ) নুঙাইরবা, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( দৃষ্ট্বা ) উরদুনা, ( ভয়েন ) কিবগা লোয়ননা, ( চ ) অমসুং, ( প্রব্যথিতম্ ) বাহল্লবা, ( মনঃ ) পুক্নিং, ( মে ) ঐগী, ( তৎ ) মাদু, ( এব ) তমক, ( মে ) ঐঙোন্দা, ( দর্শয় ) উৎলু, ( দেব ) হে ঈশ্বর, ( রূপম্ ) মওংবু, ( প্রসীদ ) থৌজানবিয়ু, ( দেবেশ ) হে লাইশিংগী মপুঙ, (জগন্নিবাস) হে তাইবঙগী লৈফম ওইবা ॥৪৫॥

৪৫। মমাঙৈদা অমুক্তা উখিদ্রিববু উবদা ঐ য়াম্না হরাওরে; অমসুং ( অদুগ্দি ওইরগা ) ঐগী পুক্নিং অসি অকিবনা বাহল্লে। মমাঙগী শক্তম অদু ঐঙোন্দা উৎপিয়ু, হে দেব, থৌজানবিয়ু হে লাইশিংগী লাই ওইবা, তাইবঙগী লৈফম ওইবা ॥৪৫॥

**অকুপ্পা বারোল:—** অচম্বা মী অমদদি বিশ্বরূপ উবা ঙায়বসি অকিবগী মশক ওইবা অমসুং য়াম্না ঙকপা মতৌ অমনি, তৌইগুম্বসুং যোগী অমদদি মসি থোগৎপা, পান্ঙল হাপ্পা অমসুং থম্মোয় চাওখৎপা থৌওং অমনি।

অর্জ্জুন্না হায়: "নুং-পানগী শক্তম ( বিশ্বরূপ ) অসি ঐনা মমাঙৈদা কদৌঙৈদা উখিদ্রি। ঐঙোন্দা নঙনা ঐগী মরূপ অমা ওইনা লৈবিবগী মওং অদুতমক ঐঙোন্দা উৎপিয়ু।"

কিরীটিনং গদিনং চক্রহস্ত—
মিচ্ছামি ত্বাং দ্রষ্টুমহং তথৈব।
তেনৈব রূপেণ চতুর্ভুজেন
সহস্রবাহো ভব বিশ্বমূর্ত্তে ॥৪৬॥

( কিরীটিনম্ ) লুহুপ উপ্পা, ( গদিনম্ ) গদা পায়বা, ( চক্রহস্তম্ ) মখুত্তা চক্র লোয়নবা, ( ইচ্ছামি ) ( ঐনা ) নীংই, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( দ্রষ্টুম ) উবা, ( অহম ) ঐনা, ( তথৈব ) মমাঙৈগুম্না, ( তেনৈব ) মদুমক, ( রূপেণ ) মওং, ( চতুর্ভুজেন ) পাম্নোম মরি পানবা, ( সহস্রবাহো ) হে পাম্নোম লিশিং অমা পানবা, ( ভব ) ওইয়ু, ( বিশ্বমূর্ত্তে ) হে বিশ্বমূর্ত্তি ॥৪৬॥

৪৬। ঐনা নঙগী লুহুপ উপ্পা, গদা পায়বা, খুত্তা চক্র অমা লোয়নবা নঙগী মমাংঙৈগী পাম্নোম মরি পানবা শক্তম অদুহবু ঐনা মমাঙৈগুম্না উবা পামই, হে পাম্নোম লিশিং অমা পানবা, হে তাইবঙ পুম্বগী শক্তম ওইবা ॥৪৬॥

**অকুপ্পা বারোল :**— অর্জ্জুন্না হায় : "হে ঈশ্বর। বিশ্বরূপতদি ঐ কদোমদা লৈহনগদগে অমসুং কদাইদা ইশাবু হংজিঙ্গগদগে হায়বা কন্নিমতা খঙদে। ঐবু কিহল্লি। ঐনা নঙবু মোইবুং, চক্র, গদা অমসুং থম্বালগা লোয়নবদু উবা পামলি · মহাক্কী বিশ্বরূপ ( মুং-পানগী ওইবা শক্তম ) অসি লৌথোকপিগ্নো। নঙগী পান্মোম মরি পানবা ( শক্তম ) অদুমক ওইবিয়ু। "হে পান্মোম লিশিং অমা পানবা": মসিনা বিশ্বরূপ অদুবু হায়বনি।

**শ্রীভগবানুবাচ**

ময়া প্রসন্নেন তবার্জ্জুনেদং—
রূপং পরং দর্শিতমাত্মযোগাৎ।
তেজোময়ং বিশ্বমনন্তমাদ্যং—
যন্মে ত্বদন্যেন ন দৃষ্টপূর্বম্ ॥৪৭॥

**(** ময়া ) ঐনা, ( প্রসন্নেন ) পেন্নবিরবা, ( তব ) নঙগী, ( অর্জ্জুন ) হে অর্জ্জুন, ( ইদম্ ) অসি, ( রূপম্ ) মওং, ( পরম্ ) অথোইবা, ( দর্শিতম্ ) উৎলবা, ( আত্মযোগাৎ ) ঐগী যোগগী পাঙ্গলনা, ( তেজোময়ম্ ) মঙাল্লা থল্লবা, ( বিশ্বম ) তাইবঙবু, ( অনন্তম ) অরোইবা নাইদবা, ( আদ্যম্ ) অহোবা মশক ওইবা, ( যৎ ) মদু, ( মে ) ঐগী, ( ত্বৎ ) নঙোন্দগী, ( অন্যেন ) অতোপ্পা অমনা, ( ন ) নত্তবা, ( দৃষ্টপূর্বম্ ) মমাঙদা উত্রবা ॥৪৭॥

য়াইফব ( মঙ্গল ) গী মশক ওইরবা ভগবান্না হায়রমই :—

৪৭। হে অর্জ্জুন, ঐনা থৌজান্দুনা, ঐগী মঙালনা থল্লবা, হৌরকফম মশক ওইবা, লোইবা নাইদবা, তাইবঙ মশক ওইবা ঐগী যোগগী পাঙ্গলনা নঙ নত্তনা মমাঙদৈদা কনা অমত্তনসু উখিদ্রিবা, অসিগুম্বা অথোইবা শক্তমবু নঙোন্দা উৎপ্রবনি ॥৪৭॥

**অকুপ্পা বারোল :**— ভগবান কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায় : "কনামত্তনা খুদক অসিফাওবদা নঙনা উখিবসি উদ্রিবনি।"

ভগবান কৃষ্ণনা অসিগুম্বা বিশ্বরূপ অসি থাগৎলি মরমদি বিশ্বরূপ অসি উরদুনা অর্জ্জুন মহাক্না ফংগদবা অরোইবা পুম্বা ( ফংলে ) পাঙথোক্লে হায়না লৌগদবা ওই।

ন বেদযজ্ঞাধ্যায়নৈর্ন দানৈ—
র্ন চ ক্রিয়াভির্ন তপোভিরুগ্রৈঃ।
এবং রূপঃ শক্য অহং নৃলোকে
দ্রষ্টুং ত্বদন্যেন কুরুপ্রবীর ॥৪৮॥

( ন ) নত্তবা, ( বেদযজ্ঞাধ্যায়নৈঃ ) বেদবু নৈনবা অমসুং যজ্ঞ তৌদুনা ঈরাৎপনা, ( ন ) নত্তবা, ( দানৈঃ ) কখোকপনা, ( ন ) নত্তবা, ( চ ) অমসুং, ( ক্রিয়াভিঃ ) যাগ-যজ্ঞ তৌবগী লাইনিং মওংনা, ( ন ) নত্তবা, ( তপোভিঃ ) ( তপস্যানা ) হকচাং য়াহন্দুনা লাইনীংবনা, ( উগ্রৈঃ ) অকনবা,

( এবংরূপঃ ) অসিগুম্বা শক্তমদা, ( শক্যঃ ) ওইথোকপা য়াবা, ( অহম্ ) ঐ, ( নৃলোকে ) মীশিংগী, তাইবঙদা, ( দ্রষ্টুম্ ) উননবা, ( ত্বৎ ) নঙোন্দগী, ( অন্যেন ) অতোপ্পনা, ( কুরুপ্রবীর ) হে কুরুশিং মরক্তা অচৌবা অথৌবা ॥৪৮॥

৪৮। হে কুরুশিংগী মরক্তা অথোইবা অথৌবা, বেদশিংবু নৈনবনা অমসুং যজ্ঞ তৌবনা, কৎথোকপশিংনা, যাগ-যজ্ঞ তৌবনা, অকনবা তপস্যা তৌবনা, নঙ নত্তবা কনাগুম্বা অতোপ্পা অমনা মীগী তাইবঙ অসিদা অসিগুম্বা শক্তম অসিবু উবা ঙমদে ॥৪৮॥

**অকুপ্পা বারোল :—** বেদশিংবু ইচম চম্না অর্থ খঙদনা পারোইদবা ওই। যজ্ঞ তৌবগী থবকশিংবু নৈনগদবসু ওই। অর্থ য়াওনসু খঙগদবা ওই।

"দান" : তুলা পুরুষ" গুম্বা ( মী অমগী মরক্ত অদুগা চপমান্নবা লুম্বা সনা কথোকপা ); "কন্যাদান" ( নৈশাবী অমা কথোকপা ); যৎ, সনা অমসুং চারুচিংবা কৎপা।

"ক্রিয়া" : অগ্নিহোত্রগুম্বা যজ্ঞগী থবক।

"তপঃ" : "চন্দ্রায়ন" গুম্বা। ( মসি ব্রত মখল অমনি )। পুর্ণিমা অমদগী হৌদুনা থাখায় অমা ( সুমিৎ তরামঙানি ) থাশিরকপদা সুমিৎ খুদিংগী চারিবা চিঞ্জাক অদু চথোম অমমম্ হন্দরকপনি। অদুদগী থা পানথৎলকপদা শুক্লপক্ষদা চথোম অমমম্ হেনগৎলকপদুনি। ব্রত অসি পুক্নিং য়াম্না শেংদোকই। মসিনা পাপ মাঙহল্লি )।

মা তে ব্যথা মা চ বিমূঢ়ভাবো
দৃষ্ট্বা রূপং ঘোরমীদৃঙ্মমেদম্।
ব্যপেতভীঃ প্রীতমনাঃ পুনস্ত্বং
তদেব মে রূপমিদং প্রপশ্য ॥৪৯॥

( মা ) নত্তবা, ( তে ) নঙবু, ( ব্যথা ) কিবা, ( মা ) নত্তবা, ( চ ) অমসুং, ( বিমূঢ়ভাবঃ ) ইঙাও ঙাওবা মওং, ( দৃষ্ট্বা ) উরদুনা, ( রূপং ) মওং, ( শক্তম ) ( ঘোরম্ ) তমথীরবা, ( ঈদৃক্ ) অসিগুম্বা, ( মম ) ঐগী, ( ইদম ) মসি, ( ব্যপেতভীঃ ) ( নঙগী ) অকিবা পুম্বা তাহোকপগা লোয়নবা, ( প্রীতমনাঃ ) হরাওবা থম্মোয়গা লোয়নবা, ( পুনঃ ) অমুকহন্না, ( ত্বম্ ) নহ, ( তৎ ) মত্, ( এব ) সু, ( মে ) ঐগী, ( রূপম্ ) মওং, ( ইদম্ ) মসি, ( প্রপশ্য ) য়েংউ ॥৪৯॥

৪৯। ঐগী অসিগুম্বা তমথীরবা শক্তম অসি উরগা কিগনু নত্রগা ইঙাও ঙাওগনু ; হরাওবা থম্মোয় অমসুং অকিবা য়াওদবগা লোয়ননা, হৌজিক অমুকহন্না ঐগী মমাঙগী ওইরম্বা শক্তম অদু য়েংদুনা উরো ॥৪৯॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "মমাঙগী শক্তম" : পাম্বোম মরি পানবা, মোইবুং, চক্র, গদা অমসুং থম্বালগা লোয়নবা শক্তমবুনি। ভগবান্না অর্জুনবু য়ান্না কিরে হায়না উরে। মরম অসিনা, মহাক্না বিশ্বরূপপু লোথোক্লমই অমসুং মহাক্কী মকোশাগী ওইবা অঙৈবা শক্তম অদু অমুক লৌরমই। মহাক্না অর্জুনবু থেমজিল্লমই অমসুং অথুম্বা সুংশিবা ব্রাহৈশিংনা ডাঙলমই।

## সঞ্জয় উবাচ

ইত্যর্জুনং বাসুদেবস্তথোক্ত্বা
স্বকং রূপং দর্শয়ামাস ভূয়ঃ
আশ্বাসয়ামাস চ ভীতমেনং
ভূত্বা পুনঃ সৌম্যবপুর্মহাত্মা ॥৫০॥

( ইতি ) অসুম্না ( অর্জুনম ) অর্জুন্দা, ( বাসুদেবঃ ) বাসুদেবনা, ( তথা ) অদুগুম্না, ( উক্ত্বা ) হায়রদুনা, ( স্বকম্ ) মহাক্কী ওইবা. ( রূপম্ ) শক্তমবু. ( দর্শয়ামাস ) উৎলমই, ( ভূয়ঃ ) অমুক-হন্না, ( আশ্বাসয়ামাস ) থেমজিল্লমই, ( চ ) অমসুং, ( ভীতম ) কিগল্লবা মীওই, ( এনম্ ) মহাকপু, ( ভূত্বা ) ওইরক্লদুনা, ( পুনঃ ) অমুকহন্না, ( সৌম্যবপুঃ ) অনৌবা হকচাং, ( মহাত্মা ) অচৌবা পুবচেল চেনবা ॥৫০॥

### সঞ্জয়না হায়রমই :—

৫০। অসুম্না অর্জুন্দা ঙাঙলদুনা বাসুদেবনা অমুকহন্না মহাক্কী মশাগী শক্তম অদু উৎলমই অমসুং মহাত্মা ( ভগবান ) না, মহাক্কী অনৌবা হকচাং অদু অমুক ওইরদুনা, কিরম্লবা ( অর্জুনবু ) মহুবু থেমজিল্লমই ॥৫ ॥

অকুপ্পা বারোল :— "মহাক্কী মশাগী শক্তম" : ( স্বকং বাসুদেবগৃহেজাতম্ রূপম্ ) ( বাসুদেবগী ইমুংদা পোকখিবা মহাক্কী ( ভগবানগী ) মশাগী শক্তম )।

## অর্জুন উবাচ

দৃষ্ট্বেদং মানুষং রূপং তবসৌম্যং জনার্দন।
ইদানীমস্মি সংবৃত্তঃ সচেতাঃ প্রকৃতি গতঃ ॥৫১॥

( দৃষ্ট্বা ) উরদুনা, ( ইদম্ ) মসি, ( মানুষম্ ) মীওইবগী, ( রূপম্ ) মশক, ( তব ) নঙগী, ( সৌম্যম্ ) অনৌবা, জনার্দন ) হে জনার্দন, ( ইদানীম্ ) হৌজিক, ( অস্মি ) ( ঐনা ) ওই, ( সংবৃত্তঃ ) শারবা, ( সচেতাঃ ) পুক্নিংগা লোয়নবা, ( প্রকৃতিম্ ) হৌনশাদা, ( গতঃ ) ( ওই-শিল্লবা ) হজিল্লবা ॥৫১॥

### অর্জুন্না হায়রমই :—

৫১। হে জনার্দন, নঙাক্কী অসিগুম্না অনৌবা মীওইবগী ওইবা শক্তম অসি উরদুনা, ঐ হৌজিক্তি ঐগী ইশাগী হৌনশাদা শাজিল্লে অমসুং হজিল্লে ॥৫১॥

অকুপ্পা বারোল :— অর্জুন্না ভগবান কৃষ্ণদা হায়, "হে ভগবান, ঐনা হৌজিক্তি নঙগী মীওইবগী ওইবা শক্তমবু উরে। হৌজিক্তি ঐগী থাখল পুম্বা থোমজিল্লে অমসুং ঈংলে। ঐ ম্না ঙাঙবা ঙমলে। ঐগী ইন্দ্রিয়শিং অসি মাগী মাগী মথৌ তৌরে। ঐগী অকিবা মাঙখ্রে। মমা অমনা মরাল লৈবা মচা অমবু কোনবা অমসুং তম্বীবা অদুগুম্না নহাক্না ঐবু মমা অমনা তৌবিবগুম্না

তৌবিরে। যন্নাও মচা অমনা মহাক্কী মাওথিবা মমাবু অমুক ফংবদা হরাওবগুন্না, নওগী অনৌবা শক্তম অসি উবা মতমদা হৌজিক ঐ মুওাইরে। ঐনা অমৃতরস থক্লে। ঐহাক হৌজিক্তি হিংলে।

### শ্রীভগবানুবাচ

সুদুর্দর্শমিদং রূপং দৃষ্টবানসি যন্মম।
দেবা অপ্যস্য রূপস্য নিত্যং দর্শনকাংক্ষিণঃ॥৫২॥

( সুদুর্দর্শম্ ) উবদা য়াম্না রাবা, ( ইদম্ ) মসি, ( রূপম্ ) মশক, ( দৃষ্টবানসি ) নওনা উরে, ( যৎ ) মদু, ( মম ) ঐগী, ( দেবাঃ) লাইশিং, ( অপি ) সু, ( অস্য ) অসিগী, ( রূপম্ ) শক্তমগী ( নিত্যম্ ) অস্মম ওইদুনা লৈবা, ( দর্শনকাংক্ষিণঃ ) উনীংবা ॥৫২॥

**মঙ্গলগী মশক ওইরবা ভগবান্না হায়রমই :—**

৫২। নহাক্না উথ্রিবা ঐগী শক অসি, উবদা লেপ্নমক য়াম্না রাবা শক্তম্নি। লাইশিং ফাওবনা শক্তম অসি উনীংদুনা তত্তনা খৌরাংদুনা লৈরি ॥৫২॥

**অকুপ্পা বারোল :—** ভগবান কৃষ্ণনা হায় : "লাইশিংনা ঐগী বিশ্বরূপ অসি উনীংদুনা লৈ অদুবু নওনা উথ্রিবা অসিগুম্না মখোয়না মসি উদে। মখোয়না উবস্থ কদৌদৈদা ওমলোই"।

নোংগৌবী হায়বা উচেক অদুনা মহাক্কী মমিৎ অদুনা লৈচিল্লোমদা য়াম্না খৌরাংনা য়েংথত্তুনা নোংগী ঈশিং মরীক অমত্তং য়াম্না খৌরাংবগুম্না, লাইশিংনা বিশ্বরূপ অসি উননবগীদমক খৌরাংই, তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মমওশিংদা ফাওবনা মখোয়না উদুনা পেনবা ওইদে। নহাক্না ইরায় লায়না উথ্রিবা শক্তম অসি অস্নুক য়াম্না ওকপ্রবা শক্তম্নি।

নাহং বেদৈর্ন তপসা ন দানেন ন চেজ্যয়া।
শক্য এবংবিধো দ্রষ্টুং দৃষ্টবানসি মাং যথা ॥৫৩॥

( ন ) নত্তবা, ( অহং ) ঐ, ( বেদৈঃ ) বেদশিংনা, ( ন ) নত্তবা, ( তপসা ) তপস্যানা, ( ন ) নত্তবা, ( দানেন ) কৎথোকপনা, (ন) নত্তবা, (ইজ্যয়া) যজ্ঞ তৌবনা, (শক্য) ওইথোকপা, (এবংবিধঃ) অসিগুম্বা, ( দ্রষ্টুম্ ) উননবা, ( দৃষ্টবানসি ) ( নওনা ) উথ্রে, ( মাম্ ) ঐবু, ( যথা ) গুম্না ॥৫৩॥

৫৩। নহাক্না য়াম্না লায়না ঐবু উথ্রিবা অসিগুম্না ঐগী শক্তম অসিবু বেদশিংনা, তপস্যানা, কথোকপনা নত্রগা যজ্ঞ তৌবনা উবা ওমলোই ॥৫৩॥

**অকুপ্পা বারোল :—** নহাক্না য়াম্না লায়না উথ্রিবা বিশ্বরূপ অসি বেদ পাদুনা নৈনবনা অমসুং দর্শন মথল তরুক্না, তপস্যা মথল মথল তৌবনা, দান তৌবনা, মথল মথা অয়াম্বা যজ্ঞ তৌবনা ফংবা ওমলোই।

বিশ্বরূপ অসি উবা হায়বসিদি অর্জ্জুন অসি য়াম্না মরাহবক ফবনি।

ঈশ্বরবু করম তৌনা উবা ওম্বগে? তাও! ঈশ্বরগী ভক্তিনা থম্মোয় অসি পাথোক্না চেনগদবনি। ( য়েংগদবা অঃ ১১—৪৮ )।

ভক্ত্যা ত্বনন্যয়া শক্যমহমেবংবিধোঽর্জুন।
জ্ঞাতুং দ্রষ্টুং চ তত্ত্বেন প্রবেষ্টুং চ পরন্তপ ॥৫৪॥

( ভক্ত্যা ) ভক্তিনা, ( তু ) লেপ্পমক, ( অনন্যয়া ) পুক্লিং অমত্তা ওইনা, ( শক্যঃ ) ওইথোকই, ( অহম্ ) ঐ, ( এবংবিধঃ ) শক্তম অসিগী, ( অর্জুন ) হে অর্জুন, ( জ্ঞাতুম্ ) খঙগদবা ওইবা, ( দ্রষ্টুম্ ) উগদবা ওইবা, ( চ ) অমসুং, (তত্ত্বেন) অওইবা মশক্তা, ( প্রবেষ্টুম্ ) চঙগদবা ওইবা, ( চ ) অমসুং, ( পরংতপ ) হে পরংতপ ( হে য়েক্লববু চাকথেকপা ) ॥৫৪॥

৫৪। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা শক্তমগী ঐবু, পুক্লিং অমত্তা ওইবা ভক্তিত্তনা ঐগী অওইবা মশক খঙগদবা ওই, উগদবা ওই অমসুং চঙগদবা ওই, হে পরন্তপ ( নঙগী য়েক্লববু চাকথেকপা ) ॥৫৪॥

**অকুপ্পা বারোল:—** বিশ্বরূপ ( কংননবা ) উননবগী অমত্তা ওইবা পাম্বৈদি ভক্তিত্তনি।

"অনন্য ভক্তি" : পুক্লিং অমত্তা ওইবা ভক্তি। মচীন অমত্তা ওইবা কায়দবা ভক্তি; ভক্তি হায়বদি ঈশ্বরতা নত্তনা অতৈ অত্তোপ্পা পোৎ অমবু ফংগে হায়না থিদবা। অসিগুম্বা মথলগী ভক্তি অসিনা বাসুদেব নত্তবা অতৈ পোৎ অমা ইন্দ্রিশিংগী মরক্তা অমনা খঙবা লৈত্তে। 'ঐ' হায়বা রাখল অমসুং অনি লৈ হায়বগী রাখলশিং পুম্নাঙ মাঙই।

"শক্তম অসিগী" : মুং-পানগী ওইবা শক্তম ( বিশ্বরূপ )। অমত্তা ওইবা পুক্লিংগী ভক্তিনা শাস্ত্রদা হায়খিবা ঐবু খঙবা ঙমই ( ওইথোকই ) হায়বা অদুতা নত্তনা, ঐবুসু ফংবা ঙমই হায়বদি অরান-খুভমসু ( মোক্ষ ) সু ফংবা ওইথোকই।

ভক্ত অদুনা পুম্নমক অসি ভগবান বাসুদেবনি অমসুং মহাক অসিত্তনা অরোইবা মশক (সৎ) নি হায়না খঙই। মহাক্না অসিগুম্বা মঙাল অসি ফংলবা মতমদা মঙোন্দা মহাক্না লুপশিনখি (ত্তিনশিনখি)। ( য়েংগদবা ( কারণ য়েংগদবা ) : অধ্যায় ১০–১০ ; ৮–২২ )।

মৎকর্মকৃন্মৎপরমো মদ্ভক্তঃ সঙ্গবর্জিতঃ।
নির্বৈরঃ সর্বভূতেষু যঃ স মামেতি পাণ্ডব ॥৫৫॥

হরি ওঁ তৎ সৎ

ইতি শ্রীমদ্ভগবদগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে
বিশ্বরূপ-দর্শনযোগ নাম একাদশোধ্যায়ঃ ॥

( মৎকর্মকৃৎ ) ঐগীদমক থবকশিং তৌই, ( মৎপরমঃ ) ঐবু অখোইবনি হায়না য়েংই, ( মদ্ভক্তঃ ) ঐঙোন্দা ভক্তি তৌই, ( সঙ্গবর্জিতঃ ) অপাম্বদগী নাম্থোকই, ( নির্বৈরঃ ) য়েক্লবা লৈতবা, ( সর্বভূতেষু ) থরায় পানবা পুম্বদা, (যঃ) কনানো, (সঃ) মহাক, (মাম্) ঐবু, (এতি) ফংই, (পাণ্ডব) হে পাণ্ডব ॥৫৫॥

৫৫। ঐগীদমক্তা থবকশিং তৌবা, ঐবু অখোইবনি হায়না উবা, ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবা, অপাম্বা লৈতবা, থরায় পানবদা য়েক্লবা লৈতবা, মহাক অদুনা ঐঙোন্দা লাকই, হে পাণ্ডব ॥৫৫॥

**অকুপ্পা বারোল :**— মসিনা গীতাগী পাউত্তাক পুম্নমকী মচংনি। পাউত্তাক অসিবু থবক ওইনা ইন্দুনা চৎপা মহাক অদুনা অথোইবা ( অঈংবা ) মুণ্ডাইবা অমসুং শিদবা ফংগনি। শ্লোক অসিদা গীতাগী রাখল পুম্বগী অশন্বা রারী য়াওবনি।

মহাক অদুনা ভগবানগীদমক্তা থবকশিং ( মথৌশিং ) তৌবা, মহাক অদুগী থবকশিং অদু মথোন্দা ভগবান্দা কথোকই, থম্মোয় অমসুং আত্মা য়াওনা ভগবানবু লাৎপা, মহাকী অথোইবা পান্দমফম্নি হায়না ভগবানবু লৌবা, ভগবানগীদমক্তা মহাক্না হিংবা, মহাক্কীদমক্তা থবক তৌবা, খুদিংমক্তা ভগবানবু উবা, তাইবঙপান পুম্বা ভগবানগী ( মশক ) স্বরূপনি হায়না উবা অমসুং মরম অসিনা মথোন্দা অতোপ্পা অমনা য়াম্না মাঙননবা তৌররবদসু থরু য় পানবা অমদনা য়রুবা অমসুং হক্সোইবা লৈতবা, লন-থুম, মচাশিং, মুপী, মরুপশিং অমসুং মরী মতাশিংবু মুংশিবা নত্রগা অপাম্বা লৈত্রবা অমসুং ভগবান নত্তুনা অতৈ অতোপ্পা অমবু থিত্রবা মহ ক অদুনা মহ কপু ( ঈশ্বরবু ) ফংই অমসুং মহাক্কী ( ঈশ্বরগী ) মশাদা চঙই নত্রগা মহাকা কমক্তা ওই।

অসুম্না মতীক মগুণ লৈরবা গীতাগী উপনিষদশিং, লোইবা নাইদবা বিজ্ঞান, যোগশাস্ত্র কৃষ্ণ অমসুং অর্জুন অনিগী মরক্তা রারী-রাতাইগী মশক ওইবা, তরামাথোইশুবা তাঙ্কক অসিদা লোইরে।

মুংপান ( বিশ্বরূপ ) উবগী যোগ।

# অথ দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ

## তরানিথোইশুবা তাঙ্কক

### ভক্তি যোগ।

পুক্নিং চঙনা নীংবগী যোগ।

**অর্জুন উবাচ**

এবং সততযুক্তা যে ভক্তাস্ত্বাং পর্য্যুপাসতে।
যে চাপ্যক্ষরমব্যক্তং তেষাং কে যোগবিত্তমাঃ ॥১॥

( এবম্ ) অসুম্না, ( সততযুক্তা ) তত্তনা চেৎনা লৈরবা, ( যে ) মখোয়, ( ভক্তাঃ ) ভক্তশিং, ( ত্বাম্ ) নঙবু, ( পর্য্যুপাসতে ) লাৎলি, ( যে ) মখোয়, ( চ ) অমসুং, ( অপি ) সু, ( অক্ষরম্ ) মাঙবা নাইদ্রবা, ( অব্যক্তম্ ) ফোঙদোক্তবা, ( তেষাম্ ) মখোয়গী, ( কে ) কনা, ( যোগবিত্তম্ ) যোগদা হেম্না হৈবা ॥১॥

## অর্জ্জুন্না হায়রমই :—

১। ভক্তশিং অদুনা তত্তনা চেৎনা নৈরদুনা, অসুম্না নঙবু (পুজা তৌবা) লাৎপা অমসুং মাঙবা নৈতবা, ফোংদোক্তববু লাৎপা মথোয়শিং—মথোয়শিং অসিগী মরক্তা যোগদা করম্বনা হেন্না হৈবগে॥১॥

**অকুপ্পা ৱারোল :** তরানিথোই শুবা ৱারী অসিনা ভক্তিযোগ নত্রগা নীংবগী যোগ হায়বসিনা জ্ঞানযোগ নত্রগা খঙবগী যোগদগী য়াম্না হেন্না লায় হায়বসি উৎননবনি। ভক্তি যোগদদি ভক্ত অদুনা ভগবানগী য়াম্না নকপা মরী অমা লিংখৎলি। মহাক্না তপনা তপনা মহাক্কী মপাঙ্গল, পুক্নিংগী চাং অমসুং মহাওগী মতুংইন্না ভাব মঙা অসি নৈনৈ। ভাব মঙা হায়বদি শান্তভাব, দাস্য ভাব (মপু অমসুং মনাই), সখ্য ভাব ভগবানগা মরুপ ওইবা), বাৎসল্য ভাব (মপা মচাগী মরী) (পিতা পুত্র সম্বন্ধ), মাধুর্য্য ভাব (নুংশিবা মী অমসুং নুংশিরুবিবা মী)। অরোইবা ভাব অসিনা ভক্তিগী অরোইবনি। মসি ভগবান্দা লূপশিনবা নত্রগা তিনশিনবনি।

ভক্ত অদুনা ভগবানবু লাৎলি। মহাক্না মহাকপু তত্তনা নীংশিংই (স্মরণ)। মহাক্না মাগী মমিংবু ঈশৈ শকই (কীর্ত্তন)। মহাক্না মহাক্কী মতীক মগুণবু ঙাঙই। মহাক্না মহাক্কী মমিংবু হন্না হন্না শোল্লি। মহাক্না মহাক্কী মন্ত্রবু থী। মহাক্না খুরুমই অমসুং তিংথোক্তুনা খুরুমই। মহাক্না মহাক্কী লিলাশিংবু তায়। মহাক্না পুম্নমক চিংনবা নৈতনা হমসুং হদুনা ফংনীংবা য়াওদনা মশাবু কথোকই মাগী খোজালবু ফংই, মহাকা লোয়ননা অমত্তা ওইনা তিন্নে অমসুং মতুংদা মঙোন্দা মশাবু লূপশিল্লি।

"অসুম্না" : মহাক্কী তাঙ্কক্কী অরোইবা শ্লোক্তা হায়খিবা "মহাক অদুনা ঐগীদমক থবকশিং তৌবা মহাক অদুনা" অমসুং অসিনচিংবা অঃ ১১—৫৫।

### শ্রীভগবানুবাচ

ময্যাবেশ্য মনো যে মাং নিত্যযুক্তা উপাসতে।
শ্রদ্ধয়া পরয়োপেতাস্তে মে যুক্ততমা মতাঃ ॥২॥

(ময়ি) ঐঙোন্দা, (আবেশ্য) লেপ্তুনা, (মনঃ) পুক্নিং, (যে) কনা, (মাম্) ঐবু, (নিত্যযুক্তা) চেৎনা তত্তনা লেপ্পা, (উপাসতে) লাৎলি, (শ্রদ্ধয়া) থাজবগা লোয়নবা, (পরয়া) অথোইবগা লোয়নবা, (উপেতাঃ) পী, (তে) মখোয়, (মে) ঐগী, (যুক্ততমাঃ) যোগদা হৈশিংলবা, (মতাঃ) (ঐগী) ৱাখল্লি ॥২॥

### মঙ্গলগী মশক ওইরবা ভগবান্না হায়রমই : —

২। মখোয়গী পুক্নিংশিং অদুনা ঐঙোন্দা লেপ্তুনা, তত্তনা অচেৎপগা লোয়ননা অমসুং অথোইবা থাজবগা লোয়ননা ঐবু লাৎপা মখোয়শিং অদুনা, ঐগী ৱাখলদদি যোগনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ ॥২॥

**অকুপ্পা ৱারোল :** (বিশ্বরূপ) নুং-পানগী ওইবা শক্তমগী (পরমেশ্বর) অথোইবা লাই, ঐঙোন্দা মখোয়গী মপুক্নিংশিং অদু লেপ্পা অমসুং তত্তনা ঐবু অচেৎপা অমসুং অয়োবা থাজবদা চান্নবগা লোয়ননা যোগগী মপু পুম্বগী মপুগুম্না, (সর্ব-যোগেশ্বরানাম্ অধীশ্বরম্), পুম্নমক খঙবা অপাম্বা নৈতবা

অমস্তুং অতৈ ফত্তবা অপাম্বশিংদগী লাম্বোক্লবা মশক ঐবু লাৎপা মখোয়শিং অসিনা ঐগী রাথলদদি যোগনা থ্বাইদগী হেন্না ফৈ।

মখোয়না অহিং অমস্তুং শুংথিলদা ঐবু লাৎতুনা লেল্লি। ঐগী নত্তুনা মখোয়গী রাথল অতৈশিং লৈতে। মখোয়না ঐগীদমক্তা হিংই। মরম অসিনা মখোয়শিং অসিনা থ্বাইদগী হেন্না ফবা যোগীনি হায়না হায়বদা মতীক চায়।

অক্ষর নত্রগা নিরাকার, নির্গুণ, নির্বিশেষ, পরব্রহ্মবু নীংবা মখোয়শিং অদুদি থ্বাইদগী ফবা যোগী নত্তবরা? মখোয়গী মরমদা ঐনা করি হায়বগে হায়বদু হৌজিক তাও।

যে ত্বক্ষরমনির্দেশ্যমব্যক্তং পর্য্যুপাসতে।
সর্বত্রগমচিন্ত্যং চ কূটস্থমচলং ধ্রুবম্ ॥৩॥

(যে) বনা, (তু) লেয়মক, (অক্ষরম্) অমাংবা লৈতবা, (অনির্দেশ্যম্) মশক লেপ্পা উমদবা, (অব্যক্তম্) ফোঙদোক্তবা, (পর্য্যুপাসতে) লাৎলি, (সর্বত্রগম্) পুম্নদা লৈবা, (অচিন্ত্যম্) খনবা উমগদবা, (চ) অমস্তুং, (কূটস্থম্) হোংবা লৈতবা, (অচলম্) লেঙবা লৈতবা, (ধ্রুবম্) লেঙদবা ॥৩॥

৩। মাঙবা লৈতবা, মশক লেপ্পা উমগদবা, ফোঙদোক্তবা, পুম্নদা লৈবা, খনবা উমদবা, পুম্নমক খঙবা, লেঙবা লৈতবা অমস্তুং মতম চুপ্পা লৈববু লাৎপা মখোয়শিং নচু ॥৩॥

**অকুপ্পা বারোল :—** "অনির্দেশ্যম্" : চপচাবা লেপ্পা উমদবা : সচ্চিদানন্দ পর ব্রহ্ম নত্রগা অক্ষর হায়বসি রাহৈনা ১দি খোঙ্গেলনা য়েংবা উমদবনা মখোয়শিং অসি মশক লেপ্পা উমদে (অশব্দ গোচরম্ অবাচ্যম্)। অক্ষর ব্রহ্ম অসি করিগীদমক মশক লেপ্পা উমদ্রিবনো? মরমদি মহাক অসি ফোঙদোক্তবা মশক্নি। মহাক অসি খম্ম মরি অসি লৈতে হায়বদি জাতি (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়), গুণ (মঙ্গলশিং, হিগোক, অতোবনচিংবা), ক্রিয়া (থবক তৌব), সম্বন্ধ (জনক-জন্য সম্বন্ধ)—নপা মচাগুম্বা।

"ফোঙদোক্তবা" : খঙ্ঙনবা (ইন্দ্রি) হকচাং নায়াংশিংগী অমনা (য়েংবা) খঙবা উমদবা ; জ্ঞানগী হকচাং কায়াৎ অমত্তদা ফোঙদোক্তবা।

"উপাসনা" : (লাৎপা — হায়বদি "নাক্তা ফমদুনা" ঙখনবা লমন্নুংক্তম নত্রগা লাৎনবা পোৎ অমবু, গুরু অমস্তুং শাস্ত্রনা তাকপা পান্দৌকী মতুংইন্না অমস্তুং চক্ত অমদগী হৈদোরকপা থাউগী তৎনবা লৈতবা মরী (তৈলধারাবৎ) অদুগুম্না, রাথল অমগী ঈচেল অদুদা লৈতানা লেঙুনা ধ্যান (নীংবা) তৌদুনা চত্তশিনবনি।

"অক্ষরসা বিশেষনম আহু" : অমাঙবা লৈতবা ব্রহ্ম গুণবু অস্নম্না (উপাধি) মিংথোল কাপচিল্লি। মহাক অসি আকাশগুম্না (ব্যোমবৎ সর্বব্যাপী) মফম পুম্নদা শীংদুনা লৈ। মহাক ফোঙদোক্তবা মরম্না মহাক অসি খনবদা উমদবনি অব্যক্তত্বাৎ অচিন্ত্যম্) (হকচাং কায়াৎ) ইন্দ্রিশিংনা উবা ঙম্বা পোৎ পুম্নমক পূক্নিংনস্তু খনবা উমই। জ্ঞান ইন্দ্রিশিংনা তৌশিনবা লাকশিনবা উম্বশিং অদু পূক্নিংনস্তু খনবা উমই (যৎ হি কারণ গোচরম তৎ মনসা অপি চিন্ত্যম্) : তৌগুম্নস্তুং অক্ষর হায়বসি ইন্দ্রিশিংনা উবা উমদে অমস্তুং জ্ঞানগী ইন্দ্রিশিংনস্তু লাকশিনবা উমদে অদুনা খনবদা উমদবনি।

মহাক অসি কূটস্থ (হোংবা নাইদবা)। "কূটস্থ" হায়বদি "মপৈ নত্রগা মপুন ওইনা লৈদ্রনা" হায়বনি। মরম অসিনা মহাকসি হোংবা নাইদে অমসুং লোইবা নাইদে। নুংশাল অমগী মথক্তা থৈরবা য়োং মচেৎ মচেৎশিংনা মওং হোংলবসু নুংশাল অদুনা হোংবা লৈতে। অদুগুম্না মক্তমশিং অসিনা হোংলহরসু ব্রহ্মদি হোংবা লৈতে। অদুনা ব্রহ্মবু কূটস্থ কৌই। "কূট" হায়বদি মপান্দদি অফব-গুম্না উবা অদুগা মনুংদদি ফত্তবনা পীক থনবা (দৃশ্যমান গুণম্ অন্তরদোষম্ বস্তু কূটম্)। —অদুনা মফম অসিদা (সংসার) তাইবংগী, মাদুবু (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদতা হায়বা) অব্যাকৃত (খাইদোক্তবা) নত্রগা মনুংদা ফত্তবনা পীক থল্লবা অবিদ্যাগী মরুবু পন্দুনা তাকই (অঃ ৯ - ১০)।

মায়াম তু প্রকৃতিম্ বিদ্যাৎ
মায়িনম তু মহেশ্বরম্"।

অদুগা গীতাদা "মম মায়া দুরত্যয়া" —ঐগী অসিগুম্বা মায়া অসি থুগাইবদা য়াম্না য়াবনি (অঃ ৭ — ১৪)।

কূটস্থগী অতোপ্পা অর্থ অমনা "থুদিংমক্কী মরুদা লৈবা মহাক"। মহাক অদুনা মায়াবু য়েংদুনা; মাগী মপুগুম্না লৈবা অদুবু কূটস্থ কৌই।

"অচল" — লেংবা নাইদবা, বিকার (অহোংবা) লৈদবা। অদুনা অক্ষর ব্রহ্ম অসি (ধ্রুব) লেঙদবা হায়বদি লোইবা লৈতবনি। (য়েংগদবা অঃ ৮—২১)।

সংনিয়ম্যেন্দ্রিয়গ্রামং সর্বত্র সমবুদ্ধয়ঃ।
তে প্রাপ্নুবন্তি মামেব সর্বভূতহিতে রতাঃ ॥৪॥

(সংনিয়ম্য) লাকশিল্লদুনা, (ইন্দ্রিয়গ্রামম্) হকচাং কায়াৎকী অপুনবা পুন্নমক, (সর্বত্র) মফম থুদিংদা, (সমবুদ্ধয়ঃ) পুক্নিং থোং মান্নবা, (তে) মখোয়, (প্রাপ্নুবন্তি) ফংই (মাম্) ঐবু, (এব) তমক, (সর্বভূতহিতে) থরাইপানবা পুন্নমক্কী য়াইফনবদা, (রতাঃ) তরাও-নুঙাইবা ॥৪॥

৪। ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিল্লদুনা, মফম থুদিংদা পুক্নিং থোং মান্নরদুনা, থরাইপানবা পুন্নমক্কী ফনবদা নীংদুনা, লেপনমক মখোয় অদুনসু ঐঙোন্দা লাকই ॥৪॥

**অকুপ্পা হায়েং :—** (চিংশিনবা ১সুং ইস্লোকপা) রাগ = দ্বেষদগী লানথোক্লবা মীশিং অদুতনা পুক্নিং থোং মান্নবা (সমবুদ্ধিঃ) ওইবা ঙমই। আত্ম বিচারনা মরম ওইদুনা (হর্ষ) নুঙাইবা ১সুং (শোক) অৱাবগী মরু ওইরিবা অবিদ্যা মাঙহল্লবা, ইন্দ্রিয়গী নুঙাইবদা লৈরিবা ফত্তবশিং অদুবু তদুনা থনবদগী থডলদুনা ইন্দ্রিয়গী খোয়াংবা পুম্নদগী লানথোক্লবা, মখোয়শিং অদুতনা পুক্নিং-থোং মান্নবা (সমবুদ্ধিঃ) ওইবা ঙমই। অপাম্বা নত্রগা পামদবা পোৎ অনিমকপু ফংবা মতমদা নুঙাইবা নত্রগা অৱাবা লৈত্রবা মখোয় অদুনা পুক্নিং থোং-মান্নবা হায়বত্র ওইবা ঙমই।

অতোপ্পা অমবু (হিংসা) মাঙনবা তৌবগী মরুদি রাগ-দ্বেষনি; অসিগুম্বা অপাম্বা ১সুং পামদবগী ঈচেল অসি অসিবু, আত্মবিচার নত্রগা আত্মাবু ধ্যান তৌবনা মরম ওইদুনা, মাঙহল্লবা মতমদা, য়োগী অদুনা, অতোপ্পাশিংগী ফনবা তৌনীংই। মহাক্না মীওইবগী সেবা তৌবদা নুঙাই। মহাক্না অতোপ্পগী

সেবা তৌবদা মশামকপু লুপশিল্লি। মহাক্সা তাইবঙপান অসিগী য়াইফনবা অমসুং মরা চেৎননবগী-দমক্তা থবক তৌই ( লোকসংগ্রহ )। মহাক্সা পুন্নমক্তা অভয়দান ( অকিবা লৈতবা পীবা ) তৌই। জীব থরায়পানবা অমত্তনা মহাকপু কিবা লৈতে। মহাক্সা পুন্নমকপু চঙজক্কম পীবা পরমহংস সন্যাসী অমা ওই। মহাক্সা মশাবু শংশংনা খঙবা ( আত্মসাক্ষাৎকার ) হায়বদু ওই। মহাক্সা তত্ত্ববিৎ নত্রগা ব্রহ্মবু খঙবা মীওই হায়বদু ওই। ব্রহ্মবু খঙবা হায়বদু ব্রহ্মনি।

ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনবগী পাম্বৈনা যোগী অদুনা থোঙ মাপনবু থিংজিল্লি অমসুং ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিংদগী ইন্দ্রিশিংবু লৌথোকই অমসুং থাইদগী মনুং চন্না লৈবা আত্মাদা পুক্লিং অদু থিংজিন্দুনা লৈ। ইন্দ্রিশিংবু লাকশিন্দুনা নত্রগা নমথন্তুনা, খুদিংমকপু চপমান্নবা লৌগনা, থরায় পানবা পুন্ন-মক্কী য়াইফবদা নুঙাইদুনা, ( রাংমদা লৈবা ওইবা নিগু'ণ ব্রহ্ম ) মাঙবা লৈতবা নত্রগা অক্ষরবু ধ্যান তৌবা মখোয় অদুনা ঐঙোন্দা লাকই। মখোয়না ঐঙোন্দা লাকই হায়বসি অমুক হাংরুবগী কান্নবা লৈতেঃ মরমদি ( জ্ঞানী ) অখঙবা মীওই হায়বসি লেপ্পমক ঐনি হায়না ঐনা য়াই; ( জ্ঞানী তু আত্মৈব মে মতম্ )। অঃ ৭-১৪।

অদুদগী অমুক মখোয়না ব্রহ্ম মশামক্তা অমত্তা ওইবা মরম্না মখোয় অদুনা থাইদগী ফরবা যোগীশিংনি হায়বসি অমুক হায়রুদুনা কাগ্নদে। ( য়েংদবা অঃ ১১ — ৫৫ ; ৫ — ২৫ )।

"কিন্তু" ( তৌইগুম্বসুং )।

ক্লেশোঽধিকতরস্তেষাং অব্যক্তাসক্তচেতসাম্
অব্যক্তা হি গতির্দুঃখং দেহবদ্ভিরবাপ্যতে ॥৫॥

(ক্লেশঃ) অরাবা, (অধিকতরঃ) হেন্না চাউবা, (তেষাম্) মখোয়গী, (অব্যক্তাসক্তচেতসাম্) ফোংদোক্তবা শক্তমদা পুক্লিং অদু হাপ্পা মখোয়শিং, (অব্যক্তাঃ) ফোংদোক্তবা, (হি) মরমদি, (গতিঃ) লমথুংক্কম, (দুঃখম্) অনাবগা (লোয়নবা), (দেহবদ্ভিঃ) হকচাং লৈবশিংগীদমক, (অবাপ্যতে) থুংই ॥৫॥

৫। ফোঙদোক্তবা মশক্তা পুক্লিং অদু থম্বা মখোয়গীনা হেন্না অরাবা ওই; ফোঙদোক্তবদা, লমথুংক্কম ওইবগীদমক্তা, হকচাং পানবশিং অসিগীদমক্তি য়োবদা য়াম্না অরুবা ওই ॥৫॥

**অকুপ্পা বারোলঃ**—সগুণ ব্রহ্ম অমসুং নিগু'ণ ব্রহ্ম (মিংথোল লৈবা অমসুং মিং নাইদবা) বু লাৎপ-শিংনা চপমান্নবা লমথুংক্কমদা থুংই। তৌইগুম্বসুং অকোনবগী লম্বী অসিদি য়াম্না লুই ১সুং রাই, মরমদি সাধক অদুনা ইথান হান্না হেক সাধনা তৌবদা হৌনা মহাক্সা হকচাংবু পাম্বা হায়বদু থাদোকপা তাই।

"হকচাং পানবা" : হকচাংশিং অদুগা অমত্তনি হায়না লৌবশিং (হকচাংবু ঐনি হায়না খনবশিং)। হকচাংগা অমত্তা ওইবা হায়বসি দেহাভিমানান। অক্ষর নত্রগা মাঙবা লৈতবা হায়বসি হকচাংদা অপাম্বা লৈরিবশিংগীদমক্তি ফংবা য়াম্না লুই। অমুকসু মিংথোল লৈতবা অমসুং মওং লৈতবা ব্রহ্মদা পুক্লিং থম্বা হায়বসিসু খম থেংনা লুই। অক্ষর নত্রগা নিগু'ণ ব্রহ্মদা (ধারনা) পুক্লিং থম্বা হায়বসিনা য়াম্না থৌগ্রবা, মচীন তুন্নবা অমসুং কুপলবা বুদ্ধি (রাখল) চঙই। শ্রুতিনা হায় :—

"দৃশ্যাতে তু আগ্রয়া বুদ্ধ্যা সুক্ষ্ময়া সুক্ষ্মদর্শিভিঃ" : অকুপ্পা উবশিংনা মখোয়গী কুপ্পবা অমসুং থৌরবা বুদ্ধিনা মতুবু উই ।

ফোঙদোক্লবা (শক্তম) দা ধ্যান তৌবশিং অদুনা অরান-খুভম ফংনবগী পাম্বৈ মরি অসি লৈগদবনি, বিবেক (খন্দোক-খক্সিন), বৈরাগ্য (পামদবা), ষদ-সম্পাদ (শম, দম-নচিংবগুম্বা গুণ তরুক) অমসুং মুমক্ষ ত্ব (অরান-খুবম ফংনীংবগী অকনবা থৌরাংবা)। অদুগী মতুংদা মহাক্না ব্রহ্মশ্রোত্রী ১সুং ব্রহ্মনিষ্ঠা গুরু অমদা চঙগদবনি। মহাক্না মঙোন্দগী শ্রুতিশিং তাগদবনি, অদুদগী খনগদবনি ১সুং ধ্যান তৌগদবনি।

নির্গুণ ব্রহ্মবু ফংলবা মীওই অদুনা অবিদ্যা ১সুং মাগী পরিনামবু মাঙবনা মাঙওইনরবা কৈবল্য মোক্ষ নত্রগা মশাবু মশানা খঙবা (আত্মদর্শন) নত্রগা লোইবা নাইদ্রবা অঙৈংবা, লৈতানা নুঙাইবা হায়বদু ফংই। (কার্য্য প্রপঞ্চ সহিত অবিদ্যা নিবৃত্তি পূর্বক নির্বিশেষ পরমানন্দ প্রাপ্তি) সগুন ব্রহ্মবু ফংবা মীওই অদুনা ব্রহ্মলোক্তা চংলি অমসুং মদুদা ভগবানগী ওইবা ঐশ্বর্য্যশিং (লাইগী ওইবা গুণশিং) বু ভোগ তৌই। অদুগী মতুংদা মহাক্না হিরন্যগর্ভদগী (গুরুপদেশ) কৈবল্যগী অথুপ্পশিং অদুদা লাইমিং লৌবা ফংই অমসুং অমসুং অমুক হোৎনরুবা লৈতনা, শ্রবন, মনন অমসুং নিদিধ্যাসন তৌরুবা লৈতনা ঈশ্বরগী থৌজালনা মরম ওইনা, বেদান্তিশিংনা ফংবা কৈবল্য মোক্ষবু ফংই। (তত্বজ্ঞান) আত্মাগী মরমদা শংশংনা খঙবা জ্ঞানা মরম ওইদুনা, মাগী পরিনামগা লোয়নবা অবিদ্যা (কার্য্য সহিত অবিদ্যা) হায়বসিসু সগুণ উপাসকশিং অসিগীসু মাঙই।

যে তু সর্বাণি কর্মাণি ময়িসংন্যস্য মৎপরাঃ।
অনন্যেনৈব যোগেন মাং ধ্যায়ন্ত উপাসতে ॥৬॥

(যে) কনা, (তু) তৌইগুম্বসুং, (সর্বাণি) পুম্নমক, (কর্মাণি) থবকশিং, (ময়ি) ঐঙোন্দা (সংন্যস্য) কথোক্লুনা, (মৎপরাঃ) ঐবু অথোইবা লমথুংফম্নি হায়না খন্দুনা, (অনন্যেন) পুক্লিং অতোপ্পা অমা খন্দনা, (এব) সু, (যোগেন) যোগ লোয়নবা, (মাম) ঐবু, (ধ্যায়ন্তঃ) খন্দুনা, (উপাসতে) লাৎলি ॥৬॥

৬। ঐঙোন্দা থবক পুম্ববু কথোক্লুনা, তৌইগুম্বসুং ঐবু অথোইবা লমথুংফম্নি খন্দুনা, পুক্লিং অমত্তা ওইবা যোগগা লোয়ননা ঐবু ধ্যান তৌদুনা, মখোয়শিং অদুনা ঐবু লাৎলি ॥৬॥

**অকুপ্পা বারোল :**— "অনন্যেনৈব যোগেন" : লেংদবা যোগগা লোয়নবা ; অদুতা ওইবা, ঈশ্বর নত্তনা অতৈ অতোপ্পা পোৎ অমা অমুক নত্রগা ঙাকলো ( আলম্বন ) অমা লৈ হায়বসু য়েংলুদবা ; সমাধি।

ভক্তি যোগদা ফাওবদসু থবকশিংবু মী অমনা থাদোক্লোইদবনি। মহাক্না থবকশিং তৌগদবনি তৌইগুম্বসুং মহৈশিং অদুদি ঈশ্বরদা কথোকদবনি। (য়েংগদবা অঃ ৯ – ২৭)।

তেষামহং সমুদ্ধর্ত্তা মৃত্যুসংসারসাগরাৎ।
ভবামি ন চিরাৎ পার্থ ময্যাবেশিতচেতসাম্ ॥৭॥

(তেষাম্) মখোয়গীদমক, (অহম্) ঐনা, (সমুদ্ধর্ত্তা) লানবীবা মী, (মৃত্যুসংসারসাগরাৎ) শিবা নাইবা সংসারগী সমুদ্রদগী, (ভবামি) (ঐনা) ওই, (ন চিরাৎ) থোন্দনা, (পার্থ) হে পার্থ, (ময়ি) ঐঙোন্দা, (আবেশিতচেতসাম্) মহাক্কী পুক্নিংশিং অদু ঐঙোন্দা থম্লবা ॥৭॥

৭। হে পার্থ! ঐনা থোন্দনা মখোয়শিং অদুগী পুক্নিংশিং অদুনা ঐঙোন্দা হাপ্লবা মখোয়শিং অদুগীদমক্তি, শিবা নাইবা সংসার সমুদ্র অসিদগী লানবীবা মশক ওই ॥৭॥

**অকুপ্পা বারোল : —** "শিবা নাইবা সংসার" : পোকপা অমসুং শিবগী চক্র। অপুনবা ওইনা, সর্ব্ব য়াওদনা, মলোম য়াওদনা, ঈশ্বরদা মশাবু কৎলবা ; ঈশ্বরগী থোঙাজলদা মশাবু মপুংফানা থম্লবা অমসুং মহাক্কী মপুক্নিং অদুনা ঈশ্বরতদা লেপ্লবা, থবক পুম্নমগী মহৈশিং অদু ঈশ্বরদা কথোক্কুনা মৈ থাদোক্লবা অমসুং অস্তুম্না মহৈ পুরক্কদবা থবকশিংগী মপাঙ্গল অদু মাংহল্লবা অমসুং অরান-খুভম ফংনীংবগী রাখল অদু ফাওবা থাদোক্লবা ভক্ত অদুবু ভগবান্না শিবা নাইবা তাইবঙদগী শিদবগী লৈকমদা থাংগৎলি।

"মাচিত্ত" : ঐঙোন্দা পুক্নিং অমত্তা ওইনা তিল্লবা অসিগুম্বা মীওইশিং অসি, শিবা নাইবা তাইবঙগী সমুদ্র নত্রগা (সংসার-জীবন) দগী থোন্দনা লাম্থোকপি। (য়েংগদবা অঃ ১০-১০,১১ ; ১২-৬,৭)।

ময্যেব মন আধৎস্ব ময়ি বুদ্ধিং নিবেশয়।
নিবসিষ্যসি ময্যেব অত ঊর্দ্ধং ন সংশয়ঃ ॥৮॥

(ময়ি) ঐঙোন্দা, (এব) তমক, (মনঃ) পুক্নিং, (আধৎস্ব) লেপ্পু, (ময়ি) ঐঙোন্দা, (বুদ্ধিম্) (নঙগী) বুদ্ধি (রাখল), (নিবেশয়) থম্মু (নিবসিষ্যসি নঙনা হিঙ্গনি, (ময়ি) ঐঙোন্দা, (এব) মতোমতা, (অতঃউর্দ্ধম্) অসিদগী, (ন) নত্তবা, (সংশয়ঃ) চিংনবা ॥৮॥

৮। নঙগী নপুক্নিং অদু, নঙগী বুদ্ধি (রাখল) অদু ঐঙোন্দতা থম্মু, (অদুগী মতুংদদি) নঙনা ঐ ইতোমতদা চিংনবা লৈতনা নঙনা অসিদম্নীদি লৈরগনি ॥৮॥

**অকুপ্পা বারোল : —** নঙগী পুক্নিং ( পাম্বৈশিং ) – নঙগী থৌরমশিং অমসুং রাখলশিং অদু ঐঙোন্দা, মুং-পানগী ওইবা ভগবান্দা থম্মু। ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিংগী রাখলশিং অদু পুমথা থাদোকউ। (সংকল্প-বিকল্প) নীংব, খনবগী মপাঙ্গল লৈরিবা নঙগী বুদ্ধি অদু ঐঙোন্দা হাপ্পু।

অদুগী মতুংদা করি মহৈ ওইরকনি? নঙনা চিংনবা লৈতনা ঐঙোন্দা ঐগুম্না লৈরগনি। হে অর্জ্জুন! মাসিগীদমক করিগুম্বা মখল অমগী চিংনবা লৈতে।

(ময়ি এব বিশ্বরূপে ঈশ্বরে ; মনঃ সংকল্প বিকল্পাত্মকম ; আধৎস্ব, স্থপব )। ( ময়ি এব অধ্যাবসায়াম্ কুর্বতিম্ বুদ্ধিম্ আধৎস্ব নিবেশয়)।

ধ্যানযোগ নত্রগা খনবগী যোগ অদু শ্লোক অসিদা শন্দোক্লি।

( য়েংগদবা অঃ ৮—৭ ; ১১—৩৪ ; ১০—৯ ; ১৮—৬৫ )।

অথ চিত্তং সমাধাতুং ন শক্নোষি ময়ি স্থিরম্।
অভ্যাসযোগেন ততো মামিচ্ছাপ্তুং ধনঞ্জয় ॥৯॥

(অথ) বদি, (চিত্তম্) পুক্লিং অদু, (সমাধাতুম্) থম্বা, (ন) নস্তবা (শক্লোষি) (নঙনা) ঙমই, (ময়ি) ঐঙোন্দা, (স্থিরম্) লৈত্তাবা, (অভ্যাসযোগেন) তত্তনা সাধনা তৌবা যোগনা, (ততঃ) অদুদগী, (মাম্) ঐবু, (ইচ্ছ) নীংউ, (আপ্তুম্) ফংননবা, (ধনঞ্জয়) হে ধনঞ্জয় ॥৯॥

৯। নহাক্না নঙগী পুক্লিংবু লৈত্তানা ঐঙোন্দা থম্বা ঙমদ্রবদি, হে ধনঞ্জয়! অদু ওইরবদি তত্তনা সাধনা তৌবা যোগনা ঐবু থুংননবা (ফংননবা) থিয়ু ॥৯॥

**অকুপ্পা বারোল ঃ—** "অভ্যাস যোগ" ঃ অভ্যাস হায়বসি পুক্লিং অসি লৈত্তাহনবা অমসুং পোৎ অমত্তদা লেপ্পুনা লৈননবা সাধনা (হোৎনবা) তৌবা ; ইন্দ্রিশিংগী ওইবা মথল মথা অয়াম্বা পোৎশিংদগী লোথোক্লবা হন্না হন্না হোৎনবা অমসুং করিগুম্বা অকক্লবা পোৎ অমদা নত্রগা আত্মাদা হন্না হন্না লেপ্পা অদুবুনি। মায়াগী ওইবা কুয়োম মঙাদগী মশাবু থাইদোক্লবা অমসুং আত্মাগা লোয়ননা মশা অমত্তা ওইনবা তত্তনা হোৎনবা অদু অভ্যাসনি। নঙনা নঙগী পুক্লিং অমসুং বুদ্ধি অপুম্ববু ঈশ্বরদা মতম পুম্বা হাপ্পুনা থম্বা ঙমদ্রবসু, মতম থরদং ওইরবসু য়ামদ্রবদা মাদু তৌ। নঙগী নপুক্লিং অদুনা য়াম্না কোইথোক্লবদি তত্তনা মাবু (ঈশ্বরবু) নীংশিংবনা (নাম স্মরণা) মাঙোন্দা নপননবা হোৎনৌ। মূর্ত্তিবু (শল্লিগ্রাম্) শোয়দনা লাৎলু।

ভগবান কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু মফম অসিদা করিগীদমক ধনঞ্জয় কৌরিবনো? শোয়দনমক করিগুম্বা মনুংগী অর্থ খরা লৈ। অর্জ্জুনা মী য়াম্না জয় তৌরমই অমসুং যুধিষ্ঠিরনা তৌবা রাজসূয় যজ্ঞগীদমক লন-থুম য়াম্না পুরক্লমই। অসিগুম্বা পাঙ্গল কনবা অমসুং মতীক লৈবা মী অমগীদমক্তি য়েক্লবা ওইবা পুক্লিংবু জয় তৌবা অমসুং আত্মজ্ঞান নত্রগা মশাবু শংশংনা খঙবা হায়বা ধর্ম্মগী লন (অধ্যাত্মিক সম্পদ) অসি ফংবদা অরুবা ওইরোই। অর্জ্জুনবু ভগবান কৃষ্ণনা ধনঞ্জয় হায়না কৌবা মতমদা ভগবান কৃষ্ণনা নীংলম্বদি অসিনি।

অভ্যাসেঽপ্যসমর্থোঽসি মৎকর্মপরমো ভব।
মদর্থমপি কর্মানি কুর্বান্সিদ্ধিমবাপ্স্যসি ॥১০॥

(অভ্যাসে) থবক তৌবদা, (অপি) সু, (অসমর্থঃ) মত্তীক-চাদবা, (অসি) (নঙনা) ওই, (মৎকর্মপরমঃ) ঐগীদমক্তা থবক তৌগে নীংবা, (ভব) ওইয়ু, (মদর্থম্) ঐগীদমক, (অপি) সু, (কর্মাণি) থবকশিং, (কুর্বন্) তৌদুনা, (সিদ্ধিম্) মপুংফাবা, (অবাপ্স্যসি) নঙনা ফংগনি ॥১০॥

১০। নঙনা অভ্যাস যোগ তৌবা ঙমদ্রবসু, নহাক্না ঐগীদমক্তা থবক তৌগে হায়না নীংউ ; নঙনা ঐগীদমক্তা থবকশিং তৌদুনা নঙনা মপুংফাবা ফংগনি ॥১০॥

**অকুপ্পা বারোল ঃ—** নহাক্না যোগ তৌরুদনা ইচম-চম্না ঐগীদমক্তা থবকশিং তৌরবদি, নঙনা মপুংফাববু (মোক্ষবু) ফংগনি। নঙনা ইহান হানবদা পুক্লিং শেংবা, অদুগী মথংদা, যোগ (ধারনা, ধ্যান্) অদুদগী জ্ঞান, অদুদগী মপুংফাববু (মোক্ষবু নত্রগা অয়ান-থুমব) ফংগনি। মীওইববু নারায়ণ ভাবকা লোয়ননা সেৱা তৌবা অমবসিসু ঈশ্বরগীদমক্তা থবক তৌবনি।

নহাক্না শ্লোকতা হায়রিবা অভ্যাস যোগগী শ্লোক নিপালদা হায়রিবা ধ্যান যোগ অদু তৌবা ঙমদ্রবস্থ ভাগবত কথাশিংবু তাবা য়াওহুনা ভগবানগী লীলাশিংবু তাও, কীর্ত্তণ নত্রগা সঙ্কীর্ত্তন তৌ অমসুং ভগবানবু থাগৎপা ঈশৈ শকউ।

ভক্তি মখল মাপন নত্রগা মখল মাপনগী ভাগবৎধর্ম্মবু চৎলু, মাহুদি ১। ভগবানগী লীলাশিংবু তাবা (হরি কথা শ্রবণ), ২। মাগী মমিংবু শকপা (কীর্ত্তণ), ৩। ভগবানবু ইত্তত্তনা নীংশিংবা (স্মরন) মাগী মমিংশিংবু নত্রগা মন্ত্রশিংবু হন্না হন্না তত্তনা (হায়বা) শোনবা, ৪। মহাক্কী মখোঙ সেবা তৌবা (পাদ সেবা); ৫। লৈনচিংবা কৎপা (অর্চণ), ৬। ভগবান্দা হকচাং তিংথোক্লুনা খুরম্বা (বন্দনা), ৭। মহাক্কী মনাই ওইবা (দাস্যম্), ৮। মাগা লোয়নবা মরু ওইবা (সাখ্যম); ৯। আত্মানিবেদন (ভগবান্দা পুম্নমক পুমকৎ কথোকপা) (য়েংগদবা অঃ ৩—১৯; ১১—২৫)।

অথৈতদপ্যশক্তোঽসি কর্ত্তুং মদ্যোগমাশ্রিতঃ।
সর্বকর্মফলত্যাগং ততঃ কুরু যতাত্মবান্ ॥১১॥

(অথ) বদি, (এতৎ) মাসি, (অপি) সু, (অশক্তঃ) ঙমদবা, (অসি) নঙনা ওইবা, (কর্ত্তুম্) তৌবা, (মদ্যোগম্) ঐগী যোগ, (আশ্রিতঃ) চঙজরবা, (সর্বকর্মফলত্যাগম্) থবকপুম্বগী মহৈ অদু থাদোকপা, (ততঃ) অদুগী মতুংদা, (কুরু) তৌ, (যতাত্মাবান্) আত্মাবু লাকশিনবা ॥ ১১ ॥

১১। নহাক্না অসি ফাওবদসু তৌবা ঙমদ্রবদি, ঐগা লোয়ননা অমত্তা ওইদুনা ঐঙোন্দা চঙজফম লৌরগা থবকশিংগী মহৈশিংবু, ইন্দ্রিশিং লাকশিনবগা লোয়ননা ঐঙোন্দা কথোকউ ॥১১॥

**অকুপ্পা বারোল**:—মসিনা থ্বাইদগী লায়বা লম্বীনি। নহাক্না ঐগীদমক্তা থবকশিং তৌবা ঙমদ্রবসু, নহাক্না ঐগী সেবা তৌগে হায়না নীংবা ঙমদ্রবসু, নহাক্না ভাগবৎ ধর্ম্ম চৎপা ঙমদ্রবসু, নুহক্না নঙগী নরম্নাইগী ওইবা অপাম্বা চিংদুনা থবক তৌরবসু, অদু ওইরবদসু নঙনা নঙগী তৌদবা য়াদবা নথৌ তৌবনি হায়না খন্দুনা, ঐঙোন্দা পুম্নমক কথোক্লুনা থবকশিংবু তৌ অমসুং ইন্দ্রিশিংবু লাকশিল্লগা থবকশিংগী মহৈশিংবু থাদোকউ। শ্লোক ৮ শুবদা ধ্যানযোগ তাকলিবসি খরহেন্না চঙশিল্লবা সাধকশিং দমক্তি; শ্লোক মাপল শুবদা অভ্যাস যোগনি; কনাগুম্বা অমনা মাহু য়াম্না লুনা থোক্লবদি, ঈশ্বরগীদমক্তদা থবকশিং তৌবা হায়বসি তাকলিবনি; মাসি ফাওবা তৌবা ঙমদ্রবদসু, থবকশিংগী মহৈশিংবু থাদোকনবা হায়রি।

"মদ্যোগম্": ঐগী যোগঃ থবকপুম্বা অমসুং মখোয়গী মহৈশিংবু ঐঙোন্দা কথোকপা হায়বসি ঐগী যোগনি।

"যতাত্মবান্": অচুম অরান খনবা ঙম্বা ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চল্লবা, মহাক অত্তুনা খোঙ্গেল, শোকপা, মওং, মহাও অমসুং মনমদগী মহাক্কী ইন্দ্রিশিং অদু লোথোকপ্রবা মী অদু।

হৌজিক ভগবান্না থবকশিংগী মহৈশিংবু থোইদোকপা যোগবু সাধকশিংবু থৌগৎপিননবা থবকশিংগী মহৈশিংবু থাদোকপগী যোগবু সাধন তৌননবগীদমক থাগৎলি।

শ্রেয়ো হি জ্ঞানমভ্যাসাৎ জ্ঞানাদ্‌ধ্যানং বিশিষ্যতে।

ধ্যানাৎ কর্মফলত্যাগস্ত্যাগাচ্ছান্তিরনন্তরম্ ॥১২॥

(শ্রেয়ঃ) হেন্না ফবা, (হি) লেপনমক, (জ্ঞানম্) জ্ঞান, (অভ্যাসাৎ) অভ্যাসদগী (জ্ঞানাৎ) জ্ঞানদগী, (ধ্যানম্) ধ্যানবু, (বিশিষ্যতে) থোইদোকই, (ধ্যানাৎ) ধ্যানদগী, (কর্মফলত্যাগঃ) থবকশিংগী মহৈশিংবু কৎথোকপা, (ত্যাগাৎ) কৎথোকপদগী (শান্তিঃ) নৈতাবা, (অনন্তরম্) খুদক্তা। ॥১২॥

১২। অভ্যাসদগী জ্ঞান্না হেন্না ফৈ হায়বসি লেপলবনি : জ্ঞানদগী ধ্যান্না হেন্না ফৈ; ধ্যানদগী থবকশিংগী মহৈশিং কথোকপনা হেল্লি। কথোকপবু খুদক্তা নৈতাবনা মতুং ইল্লি। ॥১২॥

**অকুপ্পা বারোল :—** শাস্ত্রগী জ্ঞান নত্রগা ব্রহ্মগী অকোইবা জ্ঞান (লাইরিকী জ্ঞান—পরোক্ষ ব্রহ্মজ্ঞান) হায়বসিনা অবিদ্যা (অপঙবা খঙদবা) গা লোয়নবা অভ্যাসদগী হেন্না ফৈ—(অভ্যাস হায়বদি চিত্তবৃত্তি নিরোধ নত্রগা পুক্লিংগী মওং পুম্ববু লাকশিনবা নত্রগা মূর্ত্তিবু লাৎপা নত্রগা পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিশিংবু লাকশিন্‌নবা হকচাং রাহনবা সাধনাশিং)। শাস্ত্রগী জ্ঞানদগী ধ্যান্না হেন্না ফৈ। ধ্যানদগী থবকশিংগী মহৈশিংবু কথোকপনা অমুক হেন্না ফৈ। মোক্ষ নত্রগা অথোইবা নৈতাববু ফংননবগী পান্থৈ অমগুম্না মক্কম অসিদা অমনা অমদগী হেন্না ফৈ হায়না হায়বসিনা, অর্জুন্ন অমসুং অতোপ্পা সাধকশিংনা নিষ্কাম্য কর্মযোগ তৌননবা, মশাগী কান্নবা থাদোকপা থবক তৌবগী লম্বীবু লৌখত্তনবগী অকনবা খৌরাংবা পোকননবা, ইচম চম্না থাগৎলি; মসিদি অসিগুম্বা মওংগা মান্নবনি মাদুদি আগস্ত্য হায়বা ব্রাহ্মন মুনি অহুনা সমুদ্রবু থকচিনখি হৌজিক মতমগী ব্রাহ্মনশিং অসিবুস্থ মখোয়না ব্রাহ্মন ওইবা মরমনা থাগৎলি।

অপাম্বা হায়বসিদি নৈতাবগী য়েকনবনি। অপাম্বনা পুক্লিংগী পোথাবা নৈতবা হায়বদু থোকহনলি মীওইবগী অরাবা, অনাবা অমসুং খুদোংথীবা থোরকনবগী মরুদি অপাম্বনি। অচুম অরানগী খন্দোক খঞ্জিন, পামদবা অমসুং আত্মবিচার (আত্মা করিনো হায়না হ জিনবা থিজিনবা) অসিনা মরম ওইদুনা অপাম্বগী পায়ম্বা পুম্বদু লেপহল্লু; অদুগী মতুংদা নংনা মপুং ফাবা নৈতাবা হায়বদু ফংগনি।

থবকশিংগী মহৈ থাদোকপা হায়বসি অপঙবা মপুক্তা অমোৎপা নৈরিবা মী অমদগীদমক্ত, থবকশিং তৌদুনা নৈরিবা অমসুং শ্লোক ৮, ৯, ১০দা তক্নীরিবা লম্বী অদু ইনবা ঙমদ্রিবা মীওইশিং অদুগীদমক্তা তাকপনি।

অদ্বেষ্টা সর্বভূতানাং মৈত্রঃ করুণ এব চ।

নির্মমো নিরহংকারঃ সমদুঃখসুখঃ ক্ষমী ॥১৩॥

(অদ্বেষ্টা) তুকচদবা, (সর্বভূতানাম্) থরাই পানবশিংগী, (দা) (মৈত্রঃ) মরুপ ওইবগী মওং,

(করুণ) থৌজাল হৈবা, (এব) সু, (চ) অমসুং (নির্মমঃ) ঐগী হায়বা য়াওদবা, (নিরহংকার) ঐ হায়বা লৈতবা, (সমদুঃখসুখঃ) নুংঙাইবা অমসুং অরাবদা থোং মান্নবা, (ক্ষমী) ঙাকপিহৈবা ॥১৩॥

১৩। থরায় পানবশিংবু তুকচদবা, পুম্নমক্তা মরুপ ওইবা অমসুং নুংশি হৈবা, অপাম্বা অমসুং ঐ হায়বা রাখল অদুদগী লানথোক্লবা, নুংঙাইবা অমসুং অরাবদা থোং মান্নবা অমসুং ঙাকপিহৈবা, মহাক অদু ॥১৩॥

অকুপ্পা বারোলঃ—ভগবান কৃষ্ণনা ভাগবত নত্রগা মুনি অমগী স্বভাবপু শন্দোক্লনা মথাগী শ্লোক নিপাল অসিদা তাকপিরি। শ্লোক নিপাল অসিবু "অমৃতাষ্টকম্" কৌই।

ভগবান্দা লেপপ্রবা ভক্ত অদুনা কনাগী ফত্তনবা নীংবা লৈতে। মহাক্না পুম্নমক্তা নুংশিবা অমসুং থৌজালগা লোয়নবা মীৎয়েং য়েংই। মহাক্না থরায় পানবা পুম্নমকপু মশায়ককুম্না লৌই। মহাক্না করিগুম্বা থরায় পানবা অমা ফাওবদসু, মঙোন্দা য়াম্না অনাবা পীরবদসু তাথীবা তৌদে। অরাবা তারবা থরায় পানবশিংদা থৌজালহৈবা শাজৎ চৎপা অমসুং মাগী অরাবা অদু কোকননবা হোৎনবা মহাক অদুবু (করুনাময়) থৌজালগী মী কৌই। মহাক্না অরাবা তারিবা মী অদুগী ফীভমদা মশাবু থমই অমসুং মশানা রাবনি হায়না ফাওই। থৌজালহৈবা হায়বসি লাইগী ওইবা মগুণনি। ঈশ্বর হায়বসি থৌজাল হৈদুনতা লৈ। নহাক্না ঈশ্বরগা লোয়ননা অমত্তা ওইনা তিন্নবা পামলবদি, নহাক্না ঈশ্বরবু ফংবা পামলবদি নহাকসু থৌজালদা হৈবা তাই।

মপুংফারবা ভক্ত অমনদি থরায়পানবা পুম্বগী থরায় ঙাকননবা পী (অভয়দান)। মহাক অদু পরমহংস সন্যাসীনি। ভক্তশিংদন ঈশ্বরগী অঙকপা লম্বীশিং অদুবু চপচানা খঙবা ঙমই। মহাক্না ঈশ্বরবু মফম খুদিংদা উই। মহাক্না থরায়পানবা পুম্বদা ঈশ্বরবু উই। মসিগী মরমনা মহাক্না পুম্বদা মান্নবা মীৎয়েং লৈ। মহাক অসি নুমিৎ নত্রগা তুরেলগুম্বনি। নুমিৎনা মহাকী মঙাল অসি খাংপোক নত্রগা কোনুংদা চপমান্নবা তাই। কনাগুম্বা অমনা তুরেলগী ঈশিং হেক্তা থকপা ঙমই। তুরেল অমনা মী, শন নত্রগা নোংশা নত্রগা কৈগীসু খৌরাংবা কোকহল্লি। "ঐগী" নত্রগা "ঐ" হায়বা ভাব অসি ভক্ত অমগী পুক্নিংদা খক থোরক্তে। "ঐগী" অমসুং "নঙগী" হায়বা রাখল অসি মহাকী লৈতে। অরাবা অমসুং নুংঙাইবদা মহাক্না থৌওইদে। মহাক্না নুংঙাইবা পোত্তা নপশিন্দুনা লৈতে। অরাবা পীবা পোৎশিং অদুবু তাথীবা লৈতে। লৈপাককুম্না মহাক্না ঙাকপি হৈ। কনাগুম্বা অমনা মাবু ঈকাইবা পীরবা, চৈরবা নত্রগা ফুরবা মতমদা মহাকপু করিগুম্বা মচেৎ অমফাওবনা মহাকপু শোক্তে।

সন্তুষ্টঃ সততং যোগী যতাত্মা দৃঢ়নিশ্চয়ঃ।
ময্যর্পিতমনোবুদ্ধির্যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৪॥

(সন্তুষ্টঃ) পেল্লবা, (সততম্) ধান্দা মতমচুপ্পা লৈতারবা, (যোগী) যোগী, (যতাত্মা) ইন্দ্রি লাকশিনলবা, (দৃঢ়নিশ্চয়ঃ) য়াম্না চেৎনা থাজবা লৈরবা, (ময়ি অর্পিতমনোবুদ্ধিঃ) পুক্নিং অমসুং লৌশিংবু ঐঙোন্দা কত্থোকপগা লোয়নবা, (য) কনা, (মদ্ভক্তঃ) ঐগী ভক্ত, (সঃ) মহাক, (মে) ঐঙোন্দা, (প্রিয়ঃ) নুংশিবা অচানবা ॥১৪॥

১৪। মতমচুপ্পা পেল্লবা, খ্যান্দা লৈতাব্রবা, ইন্দ্রি খুদুম চল্লবা, ময়া চেৎনা থাজবা লৈরবা, পুক্লিং অমস্তুং লৌশিংবু ঐঙোন্দা কৎথোকলবা, ঐগী ভক্ত মহাক অদু ঐনা চাল্লি ॥১৪॥

**অকুপ্পা বারোল :-** মহাক্না থওই মদুদি মঙোন্দা লাকপা পুম্নমক অসি মহাক্না মমাংঙৈদা তৌখিবা থবকশিংগী মহৈনি হায়না থওই অদুনা মহাক্না মতমচুপ্পদা পেন্দুনা লৈ। মহাক্না মাঙবা নাইবা অমস্তুং ভুমখৈ লৈবা পোৎশিংবু ফংননবা হোৎনদে। মহাক্না মহাক্কী পুক্লিং অমস্তুং লৌশিং অসি অথোইবা পুরুষ নত্রগা ঈশ্বরদা নপশিন্দুনা লৈ, মতমচুপ্পা অপেনবা (নিত্যতৃপ্তি) ফংই অমস্তুং মতমগী অওনবা ওন্নতৈনবা মওং মরক অসিদা, অসিদা লৈবা চৌংতুমগুম্না লেঙদনা লেপ্তুনা লৈ।

ঐগী ভক্তগী থম্মোয়দা অপেনবা হায়বদু মতমচুপ্পদা লৈ। মতমচুপ্পা সমুদ্রনা থন্দুনা লৈবগুম্না, অপাম্বা লৈতবা মরমনা মহাক্কী থম্মোয় অদু মতমচুপ্পা থন্দুনদা লৈ। মহাক মতমচুপ্পা হরাওই অমস্তুং মুংঙাই। মহাক্না মহাক্কী হকচাং অদু লৈবা ময়াননবা পাম্বৈশিং ফংলবস্তু নত্রগা ফংদ্রবদস্তু মহাক্কী অপেনবা-অথনবগী রাখল অমদি অদুমক লৈ। করবস্তু ফংদ্রবস্তু পোৎ খজিক্তংনা মহাক পেল্লি। মহাক্না কদৌঙৈদস্তু চাননবা নত্রগা মশাগী হকচাংগী কি লৈননবা ফংদ্রবা মতমদা শাওদে, ভুংদে নত্রগা রা ঙাঙদে। মহাক্কী মপুক্লিং অদু মতমচুপ্পদা তত্তবা অমস্তুং লৈতাবা খ্যান্না ঐগা লোয়ননা থন্দুনা লৈ।

"যোগী"—সমাহিত চিত্ত নত্রগা থোং মান্নবা পুক্লিং মতমচুপ্পদা লৈবা মীওই অদুবুনি। মহাক্কী ইন্দ্রিশিং অমস্তুং অমস্তুং অপাম্বশিং অদুবু খুদুম চনখ্রে। মহাক্না ময়া চেৎপা অনীংবগা লোয়ননা, মহাক্কী পুক্লিং অমস্তুং লৌশিং অদু মপুংফানা কথোকলবা থম্মোয় অমদা ঐঙোন্দা নপশিন্দুনা লৈরে। আত্মাগী মরীদা চঙদবা য়াদ্রবা হোৎনশা অদুগী মরমদা য়াম্না চেৎনা থাজবা অমা লৈখ্রে। "ঐহাক অসঙ্গনি, অকর্ত্তা শুদ্ধ সচ্ছিদানন্দ স্বয়ং প্রকাশ অদ্বীতিয় ব্রহ্মনি" হায়না আত্মদর্শননা মরম ওইদুনা জ্ঞান লৈরবা মুনি অদুগী ময়া চেৎলবা থাজবা অদু লৈরে। মহাক্কী "সংকল্প বিকল্পাত্মকম মন" অমস্তুং অমস্তুং অধ্যাবসায় লক্ষনা বুদ্ধি (নীংবা অমস্তুং চিংনবা অমস্তুং লেপ্পা হায়বা রাখল) অদু ঐঙোন্দা পুমপ্পী পীথোকলে। মহাক অসি পুম্নি মশাগুম্না ঐঙোন্দদি অচানবনি। অসিগুম্বা চাংদমনবসি চান্নবদগীদি য়াম্না হেন্না রাংলি।

ভগবান কৃষ্ণনা অসিগা চপ মান্নবা পোৎ অসি অধ্যায় ৭,—১৭ তা হায়খ্রে "ঐনা জ্ঞানীশিংবু য়াম্না চাল্লি অমস্তুং মহাক্না ঐবুসু চাল্লি" হায়বসিগী মফম অসিদা কুপ্পা শন্দোকনা তাকলি।

যস্মান্নোদ্বিজতে লোকো লোকান্নোদ্বিজতে চ যঃ।
হর্ষামর্ষভয়োদ্বেগৈর্মুক্তো যঃ স চ মে প্রিয়ঃ ॥১৫॥

(যস্মাৎ) মীঙোন্দগী, (ন) নত্তবা, (উদ্বিজতে), লাওহল্লি (রাহল্লি), (লোকঃ) তাইবং, (লোকাৎ) তাইবংদগী, (ন) নত্তবা (উদ্বিজতে) (রাহল্লি) লাওহল্লি, (চ) অমস্তুং, (যঃ) মহাক, (হর্ষামর্ষভয়োদ্বেগৈঃ) নুংঙাইবা, কল্লকপা, অকিবা লাওতক্লবদগী (না), (মুক্তঃ) কোকলবা, (যঃ) মহাক, (সঃ) মহাক, (চ) অমস্তুং (মে) ঐঙোন্দা, (প্রিয়ঃ) অচানবা ॥১৫॥

১৫। মহাক অদু, মহাক অদুনা তাইবংপান অসি লাওহন্দবা (য়াহন্দবা), অমসুং মহাক অদুবু তাইবংপান অসিনা লাওহনবা (য়াহনবা) ওমদবা, নুংঙাইবা, কল্লকপা, অকিবা অমসুং লাওতকনবদগী লানথোক্লবা— মহাক অদু ঐঙোন্দা অচানবনি ॥১৫॥

অকুপ্পা ৱারোল :—"হর্ষ"— হরাওবা— অপাম্বা পোৎ অমা ফংলবা মতমদা পুক্নিং অদু মকা লাম্বা অদুবুনি। মাসি তু-চুংবা পি-তাবা অসিনচিংবগী খঙহনল্লি।

"আমর্ষ"—"কল্লকপা" খরনা মসি অশাওবা হায়না অর্থ হল্লি। খরনা হায় মদুদি মসি কল্লকপা অমসুং অশাওবগা য়ানখাইনবনি।

"উদ্বেগঃ"—লাওতকপা, অৱাবা, নুংনাংবা, নুংঙাইতবা! ব্রহ্মবু খঙবা মীওই নত্রগা তত্ত্ববিৎ অমনা নত্রগা ভাগবত অমনা য়াহৈনা, য়াথলদা নত্রগা থবক্তা অতোপ্পা থরাম্নপানবা অমবু কদৌঙৈদসু মাঙন-নবা তৌদে। মহাক্না জীব পুম্নমক্কী মথৱায় ঙাকননবা হোৎনৈ। মরম অসিনা জীব অমত্তনা মাবু কিবা নৈতে। মুনি অদুনা তাইবং অসি মাগী হকচাংনি, মাগী মশামকনি হায়না ফাওই। অদুনা মহাক্না করম্না তাইবং অসিবু কিগদগে? মহাক্না অথোপ্পশিংবু কদৌঙৈদসু নাহন্দে অমসুং অতোপ্পগী থবকশিং অমসুং য়াহৈশিংনা মহাকপু নাহন্দে।

শা অমসুং উচেকশিংনা মৈ চাকলবা উমংবু মতোমদা থাদোকলম্বগুম্না, নুংঙাইবা, অৱাবা, লাওতকনবা অমসুং অকিবনা মুনি অদুবু, মশা মতোমদা থাদোকলমই।

অসিগুম্বা মুনি নত্রগা ভক্ত অদু ঐঙোন্দা অচানবনি, ঐনা মাবু করম্না শন্দোক্কদগে?

অনপেক্ষঃ শুচির্দক্ষ উদাসীনো গতব্যথঃ।
সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৬॥

(অনপেক্ষঃ) অৱাৎপদগী লানথোকলবা, (শুচিঃ) অশেংবা, (দক্ষঃ) হৈশিংবা, (উদাসীনঃ) থওইদবা, (গতব্যথঃ) নুঙাইতবা নৈতবা, (সর্বারম্ভপরিত্যাগী) করিগুম্বা থবক তৌবা পুম্নমক কথোক্লুনা, (যঃ) মহাক, (মদ্ভক্তঃ) ঐগী ভক্ত, (সঃ) মহাক, (মে) ঐঙোন্দা, (প্রিয়ঃ) অচানবনি ॥১৬॥

১৬। মহাক অদুনা অৱাৎপা নৈতবা, অশেংবা, হৈশিংবা, থওইদবা, অৱাবা নত্তবা, থবকশিংবু পুম্নমক কথোক্লুনা, ঐবু (অসুমনা) নীংবা, মহাক অদু ঐঙোন্দা অচানবনি ॥১৬॥

অকুপ্পা ৱারোলঃ— মহাক অদুনা মখাপোনবদগী লানথোকই। মহাক্না হকচাং ইন্দ্রিশিং, ইন্দ্রিশিংগী পোৎশিং অমসুং মথোয়গী অমগা অমগা নৈনবা মরীশিংদগী লানথোকই। মহাক্কী নুং অমসুং পানগী অশেংবা লৈ। মপানগী অশেংবনা (বাহ্য শৌচ) লৈপাক অমসুং ঈশিংনা মরম ওইনা ফই। নুংগী অশেংবদি অন্ত শৌচ) রাগ-দ্বেষ, অপাম্বা (কামদৃষ্টি), অশাওবা, কল্লকপনচিংবা মুখৎতুনা (ধর্মাচরন) অফবা ধর্মশিং তৌরগা ফংই। মৈত্র (মরুপ ওইবগী মতৌ)। করুনা (থৌজাল হৈবা)। মুদিত (নুঙাইথোকপা)।

"দক্ষ" য়াওশিনবা, থুবা অমসুং থবকশিংদা হৈশিংবা; হৈশিংবা মী। য়াম্না থুনা য়েংবা অমসুং তৌগদবা ওইবা থৌদোকশিং অদুদা চুম্না অমসুং খুদক্তা তৌগদবা লেপ্পা মহাক্না ওমই।

"উদাসীন" : মহাক অদুনা মরুপ অমগী অমসুং অদুগুম্বগী মীচং লৈতবা ; করিগুম্বা থোক্লবা অমদা থওইদবা।

"গতব্যথ:" : অকিবগী লাম্লোক্লবা মহাক অদু। করুবা মী অমনা মহাকপু ফুত্নবদসু মহাক্না অরাবা মুঙাইতবা লৈতে। মহাকপু করিগুম্বা ঈকাইবা নত্রগা থোদোক অমত্তুনা য়াবন্দে।

"সর্বারম্ভপরিত্যাগী" : মহাক্না হৌনশা ওইনা আইবং অসিগী নত্রগা মতুংগী ওইরবসু অপাম্বা পোৎশিং ফংননবা তৌবা থবকশিংবু থাদোকই। মহাক্না থবক পুম্বদা ঐগী ওইবা, লনাই, পুক্লিংগী ওইনা থবক লৌখৎপা হায়বদু পুক্লিং অমসুং হকচাংনা তৌবা লৈতে। মহাক্না মহাক্কী অনীংবা অদু ভগবানগী ওইবা অচৌবা অনীংবদা তিমশিনখ্রে। লাইগী ওইবা অনীংবা অদুনা মপোন্দা থবক তৌবা য়াহল্লি। মহাক্না মহাক্কী অপাম্বা নত্রগা মশাগী অনীংবা অমত্তা লৈত্রে অদুনা মহাক থুরে, খীংলে অমসুং থবক পুম্বদা হৈশিংলে। লাইগী ওইবা অনীংবা অদুনা য়াম্না থুনা হোংবা মওংদা মানা মরম ওইদুনা থবক তৌই।

অসিগুম্বা ভক্ত অসি ঐগী আত্মা-ইশামক্তি অদুনা মহাক অসি ঐহোন্দা অচানবনি।

যো ন হৃষ্যতি ন দ্বেষ্টি ন শোচতি ন কাঙ্ক্ষতি।
শুভাশুভপরিত্যাগী ভক্তিমান্ যঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৭॥

(যঃ) মহাক, (ন) নত্তবা, (হৃষ্যতি) হরাওই, (ন) নত্তবা, (দ্বেষ্টি) তাথী, (ন) নত্তবা, (শোচতি) রাই, (ন) নত্তবা, (কাঙ্ক্ষতি) পামই, (শুভাশুভপরিত্যাগী) অফবা অমসুং ফত্তববু কথোক্লুনা, (ভক্তিমান্) ভক্তিনা থল্লবা, (যঃ) মহাক, (সঃ) মহাক, (মে) ঐহোন্দা, (প্রিয়ঃ) অচানবা ॥১৭॥

১৭। মহাক অদুনা হরাওদবা নত্রগা তাথীদবা, নত্রগা রাদবা, নত্রগা পামদবা, ভক্তিনা থনবা, অফবা অমসুং ফত্তববু কথোকপা, মহাক অদু ঐহোন্দা অচানবনি ॥১৭॥

**অকুপ্পা বারোল :**— শ্লোক ১৩ দা হায়খিবা অদু শ্লোক অসিদা অমুক থরা শাংনা হায়বনি। মহাক্না অপাম্বা পোৎশিং ফংলবা মতমদা (ইচ্ছাপ্রাপ্তি) হরাওদে। মহাক্না পামদবা পোৎশিং ফংলবা (অনিচ্ছাপ্রাপ্তি) মতমদা তাথীবা তৌদে। মহাক্না নুংশিজবা পোৎশিং অদুগা কায়নবা মতমদা অরাবা লৈতে (প্রিয়বিয়োগ)। ফংদ্রিবা পোৎশিংবু ফংননবা নীংদে (অপ্রাপ্তানি)।

"শুভাশুভ পরিত্যাগী" (শ্লোক ১৬ কী) "সর্বারম্ভ পরিত্যাগী" হায়বসিগী মফম অসিদা অমুক হেন্না শন্দোকপা রাকমনি। মহাক অদুনা মুত্নাইবা অমসুং অরাববু থোকহনবা অফবা অমসুং ফত্তবা থবকশিংবু কৎথোক্লবা মহাক অদু

অসিগুম্বা ব্রহ্মবিদ (ব্রহ্মবু খঙলবা) নত্রগা ভক্ত অদু ঐহোন্দা অচানবনি।

(য়েংগদবা অ: ৭—১৭ ; ৯—২৯)।

সমঃ শত্রৌ চ মিত্রে চ তথা মানাপমানয়োঃ।
শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু সমঃ সঙ্গ বিবর্জিতঃ ॥১৮॥

(সমঃ) (মহাক অদুনা) চপমান্নবা, (শত্রৌ) য়েক্লবদা, (চ) অমসুং (মিত্রে) মরুপ্তা, (চ) অমসুং, (তথা) সু, (মানাপমানয়োঃ) ইকাইখুম্নবা অমসুং খুম্নদবদা, (শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু) অঙৈংবা অমসুং অশাবা, নুঙাইবা অমসুং অৱাবদা, (সমঃ) মান্নবা, (সঙ্গবিবর্জিতঃ) অপান্নদগী লানথোক্লবা ॥১৮॥

১৮। মহাক অদুনা য়েক্লবা অমসুং মরুপ্তা চপমান্নবা, অমসুং ইকাইখুম্নবা অমসুং খুম্নদবদসু, মহাক অদুনা অঙৈংবা অমসুং অশাবদা চপমান্নবা অমসুং নুঙাইবা অমসুং অৱাবদা, মহাক অদুনা অপান্নদগী লান্থোক্লবা ॥১৮॥

অকুপ্পা বারোল :—তাইবংপানগী অচম্বা মী অসিদি ওম্ন-তৌনবা অনি, ইকাইখুম্নবা অমসুং খুম্নদবা, অঙৈংবা অমসুং অশাবা, অমসুং নুঙাইতবা অমসুং অৱাবা অসিনা ভাক-শেন্দুনা লৈবনি ; তৌইগুম্বসুং যোগী নত্রগা মুনি নত্রগা ভাগবত অমদি থোং মান্নবা পুক্নিং লৈ (সমত্ব), মহাকী চাং মান্নবা নত্রগা থোং মান্নবা লৈ। মহাক অসি চিংশিনবা অমসুং ইন্দ্রোকপগী মমিৎ তাঙবা খোঙচৎ অসিনা হুমদুনা পুদে।

মহাক অদুনা অতোপ্পশিংদা কত্তনবা তৌবা অদু য়েক্লবনি। মহাক অদুনা অতোপ্পশিংদা ফননবা তৌবা অদুনা মরুপ্নি।

ভক্ত নত্রগা মুনি অমনা করিগুম্বা মখল অমগী পোৎশিংগী অপাম্বা লৈতে।

তুল্যনিন্দাস্তুতির্মৌনী সন্তুষ্টো যেন কেনচিৎ।
অনিকেতঃ স্থিরমতির্ভক্তিমান্মেপ্রিয়ো নরঃ ॥১৯॥

(তুল্যনিন্দাস্তুতি) তাথীবা অমসুং থাগৎপসি মঙোন্দা চপমান্নবা, (মৌনী) তুমিন্না লৈবা, (সন্তুষ্টঃ) পেন্নবা, (যেনকেনচিৎ) করিগুম্বা অমগা লোয়ননা, (অনিকেতঃ) য়ুম লৈতবা, (স্থিরমতিঃ) লৈতাবা পুক্নিং, (ভক্তিমান) ভক্তি লৈবা মীওই, (মে) ঐঙোন্দা, (প্রিয়ঃ) অচানবা, (নরঃ) মী (অদু) ॥১৯॥

১৯। মহাক অদুদা তাথীবা অমসুং থাগৎপসি চপমান্নবা, তুমিন্না লৈবা করিগুম্বা অমগা লোয়ননা হেক্তা পেনবা, য়ুম লৈতবা, পুক্নিং লৈতাবা, ভক্তিনা পীক থনবা, মী অদু ঐঙোন্দা অচানবনি ॥১৯॥

অকুপ্পা বারোল ঃ- মহাক অদু থাগৎপনা হরাওদে নত্রগা তাথীবনা ৱাদে। মহাক্না থোং মান্নবা পুক্নিং অমা থমই। মহাক্না ৱা ঙাঙবগী ইন্দ্রি অসি লাকশিনগ্রে অদুনা মহাক্না তুমিন্না লৈ। মহাকী ৱাখল অদু লাকশিনগ্রবা মরমনা মহাকী পুক্নিং অদুসু মরা ঙপ্লে অমসুং তুমিন্না লৈরে। মহাক্না মহাকী হকচাংদং হিংননবা খজিক্তং চপচানা কংবা অদুনা মহাক ৱান্না পেন্লে।

মহাভারত্তা অসুম্না হায়রি ঃ—করিগুম্বা অমনা হেক্তা শেৎপা মহাক, করিগুম্বা মখল অমগী চিজাক হেক্তা চাবা মহাক, করিগুম্বা মফম অমদা হেক্তা তীপ্পা মহাক, লাইশিংনা মহাক অদুবু ব্রাহ্মন, নত্রগা লান্থোক্লবা মুনি নত্রগা "জীবন মুক্ত" অমা কৌই। শান্তি পর্ব্ব মোক্ষ ধর্ম্ম ২৪৫, ২।

মহাক্না মফম অমদা লৈতে। মহাকী লেপ্লবা লৈফম লৈতে। মহাক য়ুম লৈতবনি। মহাক্না

তাইবং অসিবু মহাকী লৈফম্বি হায়না লৌই। মহাকী মপুক্সিং অদু মতমচুম্না ব্রহ্মদা নপুনা থিংজিন্দুনা লৈ। ( য়েংগদবা অঃ ৭—১৭ ; ৯—২৯ ; ১২—১৭ )।

যে তু ধর্ম্যামৃতমিদং যথোক্তং পর্য্যুপাসতে।
শ্রদ্ধধানাঃ মৎপরমা ভক্তাস্তেঽতীব মে প্রিয়াঃ ॥২০॥

হরি ওঁ তৎসৎ
ইতি শ্রীমদ্ভগবৎগীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং
যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে ভক্তিযোগো
নাম দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ॥

(যে) মথোয়, (তু) অওইবমক, (ধর্ম্যামৃতম্) শিবা নাইদবা ধর্ম্ম (চৎনবী), (ইদম্) অসি, (যথোক্তম্) মথক্তা হায়খ্রিবা অসুম্না, (পয্যুপাসতে) মতুং ইল্লি, (শ্রদ্ধধানা) থাজবগা লোয়নবা মীওই, (মৎপরমাঃ) ঐহাকপু অথোইবনি হায়না খন্দুনা, (ভক্তাঃ) ভক্তশিং, (তে) মথোয়, (অতীব) য়াম্না হেন্না, (মে) ঐগীদমক্তা, (প্রিয়াঃ) অচানবা ॥২০॥

২০। মথোয়দুনা লেপনমক, মথক্তা হায়রিবা শিদবা ধর্ম্ম (ধর্ম্মগী পাওতাক) শিং অসিবু থাজবগা লোয়নননা, ঐবু অথোইবা লমথুংফমনি হায়না লৌদুনা, মতুংইন্না চৎলবা মথোয়, ভক্তশিং, মথোয় অদু ঐগীদমক্তা য়াম্না হেন্না অচানবনি ॥২০॥

অকুপ্পা ৱারোল :—শ্লোক অসিদা য়াইফবা (মঙ্গল) গী মশক ওইরবা ভগবান্না মহাক্কী অহেনবা ভক্তগী শন্দোকপা হিরম পীরে।

"অমৃত ধর্ম্ম"—অমৃত হায়বদি পুন্সি পীবা রস্। ধর্ম্ম হায়বদি অচুম্বা নত্রগা অশিংবা। ধর্ম্ম হায়বদি মদুবু সাধনা ( থবক ওইনা তৌরগা ) শিদবদা চিংশিনবা অদুবুনি। অচুম্বা ভক্তশিং অদুনা ঐবু অরোইবা নত্রগা অথোইবা ফংফমনি হায়না লৌই।

"মথক্তা" : আঃ ১২ —১৩ না হৌদুনা।

"প্রিয়োহি জ্ঞানীনোত্যর্থ" :—"ঐনা অশিংবা মীশিংদদি য়াম্না হেন্না অচানবনি"। (অঃ ৭—১২—শন্দোক্লা হায়গ্রে অমসুং মফম অসিদা অসুম্না লোইশিল্লে ) :-

"মথোয় অদুনা ঐগীদমক্তা য়াম্না হেন্না অচানবনি।"

মথক্তা হায়খ্রিবা অসুম্না মহাক অদুনা অমৃতগী মশক ওইবা ধর্ম্মগী সাধনাশিং শিদবা ধর্ম্মবু মতুংইন্না চৎলবা মহাক অদু অথোইবা ভগবান, শ্রীবিষ্ণুদা য়াম্না হেন্না অচানবা ওইরকই। মরম অসিনা, অয়ান-খুভমবু খোৱাংলিবা, বিষ্ণুগী অথোইবা লৈফমবু ফংননবা খোৱাংলিবা সাধক থুদিংনা, অসিগুম্বা শিদবা ধর্ম্ম অসিবু অচেৎপা থাজবা অমসুং থৌনাগা লোয়নননা মতুং ইনগদবনি।

অসুম্না কৃষ্ণার্জ্জুনগী মরক্তা য়ারী য়াতাই ওইবা, যোগ শাস্ত্র, লোইবা নাইদবগী বিজ্ঞান, মতিক মগুণ চাউরবা ভগবদ্গীতাগী উপনিষদ তরানিথোইশুবা তাক্কক অসিদা লোইরে মমিংদি :—

ভক্তি যোগ ( নীংবগী যোগ ) নি।

# অথ ত্রয়দশোঽধ্যায়ঃ

## তরাহুমদোইশুবা ( রারী-রাতাই ) ঃ তাক্ষক

### ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞবিভাগযোগঃ

( লৌকম অমসুং লৌকম-খঙবগী মরক্তা খেন্নবগী যোগ )।

### অর্জ্জুন উবাচ

প্রকৃতিং পুরুষং চৈব ক্ষেত্রং ক্ষেত্রজ্ঞমেব চ।
এতদ্বেদিতুমিচ্ছামি জ্ঞানং জ্ঞেয়ং চ কেশব॥

( প্রকৃতিম্ ) প্রকৃতি ( মচাক ), ( পুরুষম্ ) পুরুষ ( থব্বাই নত্রগা আত্মা ) ( চ ) অমসুং, ( এব ) সু, ( ক্ষেত্রম্ ) লৌকম্, ( ক্ষেত্রজ্ঞম্ ) লৌকমবু খঙবা, ( এব ) সু, ( চ ) অমসুং, ( এতৎ ) মাসি, ( বেদিতুম্ ) খঙননবা, ( ইচ্ছামি ) ( ঐনা ) নী·ই, ( জ্ঞানম্ ) জ্ঞানবু, ( জ্ঞেয়ম্ ) ( শোয়দনা ) খঙগদবা ওইবা, ( চ ) অমসুং, ( কেশব ) হে কেশব।

### অর্জ্জুন্না হায়রমই :—

প্রকৃতি (মচাক) অমসুং পুরুষ (থব্বাই), ক্ষেত্র (লৌবুক) অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ (লৌবুকপু অখঙবা মীওই)। খঙবা অমসুং খঙগদবা ওইবা—ঐনা মখোয়শিং অসি তমগে নীংই হে কেশব।

**অকুপ্পা বারোল :**—লাইরিক খরদদি শ্লোক অসি কংলোই। শ্লোক অসি য়াওরবদি ভগবদ গীতাগী শ্লোক অসি ৭০১ ওইগনি। টিকাকার খরনা শ্লোক অসিবু কোম্না হাপচিনলকপনি হায়না লৌই।

ঐথোয়না হৌজিক গীতাগী অহুমশুবা শরুকী অহোবদা য়ৌরে। শরুক অসিদসু মরুওইনদি চপন্নাব়বা জ্ঞান অমত্ত অদুমক তম্বীরি তৌইগুম্বসুং হেন্না শন্দোকপা মরমদনি।

প্রকৃতি অনি হায়বদি অ: ৭ – ৪,৫,দা ভগবান্না শন্দোক্লা তাকথিবা পরা অমসুং অপরা প্রকৃতি হায়বা অনিগী মপু ওইবা মশক অদুগী স্বভাবপু লেপননবগীদমক ক্ষেত্র ( মচাক ) গী রারী-রাতাই অসি হৌবনি।

মথক্কী অধ্যায় ( তরানিথোইশুবদা ) শ্লোক ১৩ দগী লোইবা ফাওবদা ভগবান্না চ'নব' ভক্ত অদুগী মরমদা শন্দোক্লা হায়খ্রে। হৌজিক য়াহং অমা লাকই : মহাক্না করম্বা মখলগী অচুম্বগী জ্ঞান অসি নৈগদগে? মাসিগী পাউথুগদি অধ্যায় তরাহুমদোই শুবগী রারী রাতাই অসিদা পীরি।

প্রকৃতি হায়বসি গুণ অহুম্না শাবনি ( ত্রিগুণাত্মিকা )। পুরুষগী থৌরম অনি পাঙথোকননবগীদমক হায়বদি ভোগ (চাবা) অমসুং অপবর্গ ( মোক্ষ ) ল'নথোকপা অসিগী পাঙননবগীদমক প্রকৃতি অসিনা হকচাং, ইন্দ্রিশিং অমসুং ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিং অসি মশান্না ওননি।

সাম্নবেদকী "তত্বমসি" "নঙনা ওই মাদু" হায়বা মহাকাব্য ( অচৌবা ৱারেং ) গী ৱাহৈ অহুম অসি খুদমগা লোয়ননা তারুনবগীদমক গীতা অসি কাঙলুপ অহুম থোকনা খায়দোকই।

মীয়েং অসিগী মতুংইন্না অহানবা অধ্যায় তরুক অসি কর্ম্মযোগ নক্রগা থবকী লম্বীগী মরমদা অমসুং "নঙ"গী স্বভাব নক্রগা "ত্বম পদ" বু তাকই। মতুংগী অধ্যায় তরুক অমনা "তৎপদ" "তৎ" "মাদু" গী স্বভাবপু অমসুং ভক্তিযোগ নক্রগা "নীংবগী যোগ" বু শন্দোক্লা তাকই। অরোইবা অধ্যায় তরুক অমনা "অসিপদ" নক্রগা "অসি" "ওই" হায়বা ময়ায়থংবা ৱাহৈগী স্বভাব অমসুং জ্ঞানযোগ নক্রগা লৌশিং-খঙবগী যোগ, মাদুনা "নঙ"-"ত্বম" অমসুং "তৎ"-"মাদু" অনিগী মশা অমত্ত ওইবা (জীব ব্রহ্ম ঐক্যম) জীব অমসুং ব্রহ্মগা অমওনি হায়বা তাকননবা হায়।

অর্জুননা হৌজিক প্রকৃতি অমসুং পুরুষ ( মচাক অমসুং থরাই ) অনি অসিগী খেন্নববু য়াম্না কুপ্না খঙগে নীংই। মহাক্না প্রকৃতি অমসুং পুরুষগী খেন্নবা খঙবা জ্ঞানবু লৈবা পামই।

### শ্রীভগবানুবাচ

ইদং শরীরং কৌন্তেয় ক্ষেত্রমিত্যভিধীয়তে।
এতদ্যো বেত্তি তং প্রাহুঃ ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি তদ্বিদঃ ॥ ১ ॥

( ইদম্ ) মাসি, ( শরীরম্ ) হকচাং, ( কৌন্তেয় ) হে কৌন্তেয়, ( ক্ষেত্রম্ ) লৌবুক, ( ইতি ) অসুমনা, ( অভিধীয়তে ) কৌই, ( এতৎ ) মাসি, (যঃ) মহাক, ( বেত্তি ) খঙই, (তম্) মহাকপু, ( প্রাহুঃ ) ( মখোয়না ) কৌই, ( ক্ষেত্রজ্ঞঃ ) লৌবুকপু খঙবা মীওই, ( ইতি ) অসুমনা, (তদ্বিদঃ) মাদুবু খঙবা মীওই ॥ ১ ॥

( য়াইফবা ) মঙ্গল মশক ওইরবা ভগবান্না হায়রমই :—

১। হকচাং অসি, হে কৌন্তেয় ( কুন্তিগী মচা ) ( ক্ষেত্র ) লৌবুক কৌই ; ( হকচাং ) অসিবু খঙবা মহাক অদুবু ( ক্ষেত্রজ্ঞ ) লৌবুকপু খঙবা কৌই ( অসুমনা ) ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী (মরম) খঙবা হায়বদি মুণিশিংনা ( অসুম্না কৌই ) ॥ ১ ॥

অকুপ্পা ৱারোল :—"ক্ষেত্রঃ" চপচাবা অর্থদি লৌবুক হায়বনি। হকচাং অসিবু অসুমনা কৌই মরমদি লৌবুক্তা তৌবগুম্না থবকশিং ( মুঙাইবা অমসুং অরাবা ) বু হম্না হম্না থোক্লুনা লৈ। ক্ষেত্র নক্রগা লৌবুক অসিগী অপুনবা শকতমদি হকচাং (অপোবা), পুক্লিং অমসুং মরুগী ওইবা ( কারণ শরীর) হকচাং অসিনা শাবনি। মপান থংবা অপোবা হকচাং অসিদনা ( ক্ষেত্র ) লৌবুক শাবা নত্তে।

মহাক অদুনা ক্ষেত্রবু নক্রগা লৌবুকপু খঙব, জ্ঞান্না নরম ওইদুনা মহাক অদুনা মহাক মশাদগী মাসিনা ( লৌবুক অসিনা ) অতোপ্পনি হায়না উবা মহাক অদু ক্ষেত্রজ্ঞনি নক্রগা লৌবুকপু নক্রগা মচাকপু খঙবা মীওইনি।

ক্ষেত্রজ্ঞং চাপি মাং বিদ্ধি সর্বক্ষেত্রেষু ভারত।
ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োর্জ্ঞানং যত্তজ্জ্ঞানং মতং মম ॥ ২ ॥

(ক্ষেত্রজ্ঞঃ) লৌবুকপু খঙবা মীওই, (চ) অমসুং, (অপি) সু, (মাম) ঐবু, (বিদ্ধি) খঙউ, (সর্বক্ষেত্রেষু) লৌবুকপুম্বদা, (ভারত) হে ভারত, ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োঃ, লৌবুকী অমসুং লৌবুকপু খঙবা মীওইগী, (জ্ঞানম্) জ্ঞান, (যজ্ঞ) মাদু, (তৎ) অদু, (জ্ঞানম্) জ্ঞানবু, (মতম্) ওই হায়না খল্লবা, (মম) ঐগী ॥ ২ ॥

২। হে ভারত, লৌবুকপুম্বদা লৌবুকপু খঙবা মীওইনি হায়না নঙনসু ঐবু খঙউ। লৌবুকী অমসুং লৌবুকপু খঙবা মীওই অসিগী জ্ঞান অসিবু ঐনা জ্ঞানি হায়বসি ঐগী রাখলনি ॥ ২ ॥

অকুপ্পা বারোল :—লৌবুকশিং অসি খেন্নবা লৈ তৌইগুম্বসুং লৌবুকপু খঙবা মীওইদি অমত্তনি। জীবাত্মাদি খেন্নৈ তৌইগুম্বসুং পরমাত্মাদি অমত্তনি পুক্লিং লৈবা মকম অদুদা প্রানশিং, অহংকার অমসুং জীবচৈতন্য নত্রগা মমি ওইবা বুদ্ধি, নত্রগা অভ্যাস চৈতন্য অসিগা লোয়নলোয়ননা লৈ। (দ্বৈতভাব) মহাক অদুনা অনিনি হায়বগী রাখল হেক লৈরিবা মখৈ হন্না হন্না লোকনি। (ভেদভ্রান্তি) অসিগুম্বা অনিনি হায়বগী অরানবা রাখল অসি জীব অমসুং ব্রহ্ম অমত্তনি হায়বগী শংশংনা খঙবা জ্ঞানতনা কোকহনবা ঙমই। "অহং সুখী" "ঐ নুংঙাইরে," "অহং দুখী" "ঐ রারে," "অহং কর্ত্তা" "ঐনা পাঙথোকপা মীনি" "অহং ভোক্তা" ঐনা চায়" হায়বশিং অসি মীওইবশিংনা খল্লিবনি। মরম অসিনা জীবাত্মাশিং অসিদি তোঙান তোঙানবা হকচাংদা তোঙান তোঙান্না লৈ। অদুগা পরমাত্মানা অরাবা-নুঙাইবগা শম্নদে। মহাক্তি অসংসারীনি। মহাক মতমচুপ্পা নীংতম্বনি। মহাক অমত্তনি।

হকচাং পুম্নমক্তা লৈরিবা জীবাত্মা অসিনা অমত্তা ওইরবদি, পুম্নমক্তা মতম অমতদা চপমান্নবা (অভিজ্ঞতা) খঙবা হায়বদু লৈগদবনি। রাম্না পুক থিনবা মতমদা কৃষ্ণনসু মতম অদুমক্তদা অনাবা অদু ফাওগদবনি। চাউবনা নুঙাইরবদি তোম্বসু চপমান্নবা নুঙাইবদু ফাওগদবনি। শ্যামবু বৃশ্চিকনা চীক্লবদি কালিসু হু কাগদবনি। তৌইগুম্বসুং থোদোক অসিদি ওইদে। রামনা রাবা মতমদা কৃষ্ণনা নুঙাই। চাউবনা নুঙাইবা মতমদা তোম্বনা রায়। শ্যামবু বৃশ্চিকনা চীকপা মতমদা কালিদি চাক হাওনা চারি। লৌবুকশিং অসি তোঙান তোঙানলি, হকচাংশিং অসি তোঙান তোঙানলি, পুক্লিং অসি তোঙান তোঙানলি, অমসুং জীবাত্মাশিং নত্রগা মী খুদিংগী আত্মা অসি তোঙান তোঙানলি। তৌইগুম্বসুং অখণ্ডবা মশক নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা পরমাত্মা হায়বা লৌবুকশিং অসিদা লৈরিবসিদি অমত্তনি। অরাবা অমসুং নুঙাইবা হায়বসিদি পুক্লিংগী ধর্মনি। জীবাত্মা হায়বসি মরুদদি পরব্রহ্মগা মশা অমত্তনি।

ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা আত্মা হায়বসি অরাবা নুঙাইবা অমসুং পাপ পুন্যনা শোক্তে। মহাক অসিদি তুমিন্ন য়েংদুনতা মশক (সাক্ষীস্বরূপ) নি।

অরাবা নুঙাইবা হায়বসিদি পুক্লিংতগী ধর্মনি। মখোয়শিং অসি খঙদবদগী (অবিদ্যানা মরম ওইদুনা) আত্মাদা পানশিনবনি। খঙদবা অখঙবা মীওইনা হকচাং অসিবু আত্মানি হায়না লৌই। মহাকপু রাগ-দ্বেষগী ইচেল অনিনা হুমদুনা পুই, অকবা অমসুং ফত্তবা থবকশি বু তৌই, অরাবা অমসুং নুঙাইবা হায়বা থবকশিং অসিগী মহৈশিংবু চায় অমসুং কল্লা হন্না পোকই। তৌইগুম্বসুং ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা

আত্মা হায়বসিদি হকচাংগগী তোঙানবনি হায়না খঙবা মুণি অদুবু রাগ দ্বেষনা খুদুম চন্দে। মহাক্না মশাবু অশেংবা, লোইবা নাইদবা ব্রহ্মগা অমত্তা ওইহল্লি অমসুং মীওইবগী য়াইফনবগীদমক থবকশিং তৌরবসু, মহাক্না মতমচুপ্পা থবক তৌদে অমসুং সুংঙাই। •

অচুম্ববু ওন্না তৈননা খঙবগী মরম ওইনা তিমির হায়বা অনাবা অসি মিৎকীনি তৌইগুম্বসুং অখণ্ড-অউবা মীগীদি নত্তে। তিমির হায়বা অনাবা অসি চপচাবা লায়য়েং অমনা লৌথোকপ্রবদি মহাক অদুনা পোৎশিংবু মখোয়গী চপচাবা মওংদা উই। অসিগুম্না অপঙবা, চিংনবা, সুঙাইবা অমসুং অরাবা, পুণ্য অমসুং পাপ, রাগ-দ্বেষ ওন্না তৈননা খঙবা অমসুং মখোয়গী মরুশিং অসি পুক্লিংগী খুৎলাইগী মশক ওইবা ঙাক্তনি তৌইগুম্বসুং ক্ষেত্রজ্ঞ হায়রিবা তুমিন্ন য়েংবা মশক ওইবা অদুগীদি নত্তে।

(মনোনাশ) পুক্লিং মাঙথ্রবা অরান-খুভমগী (অবস্থা) ফিভমদা লৈবদা অবিদ্যা হায়বদু লৈত্রে, রাগ-দ্বেষগী ইচেল অনি অদু লৈখিদ্রে। লান্না খঙবা, অপঙবা খঙদবা, অরাবা ১সুং সুঙাইবা, চিংনবা, অপুনবা শুদ্ধাৎপা, অরাবনচিংবা অসিনা আত্মা নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞগী লৈতবা য়াদবা মচাকশিং, অশাবনা মৈগী লৈতবা য়াদবা পোৎচঙ ওইবগুম্না, ওইরবদি, মখোয়না করিগুম্বা মতমদা নানথোকপা ( থা-নবা ) য়ারোই। তৌইগুম্বসুং মমাংদৌদা শ্রীশঙ্কর, শ্রীদত্তাত্রেয়, জড় ভরত,যজ্ঞবল্ক্য গুম্বা অরান-খুবম ফংলবা ইন্দ্রিশিংগী মথক্তা লৈপ্রবা নত্রগা শংশংনা খঙবগী মশক ওইবা জ্ঞান লৈরবা, লান্না খঙবা, চিংনবা, অকিবা, শুদ্ধাৎপা, অরাবনচিংব লৈতবা, মুণিশিং লৈরমই। মখোয়না সংসারগী রাখল অসি লৈরমদে, তৌইগুম্বসুং মখোয়না আত্মাবুদি শংশংনা খঙলমই। মরম অসিনা, ঐখোয়না লেপ্পা য়াই মাদুদি ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা আত্মা হায়বসি মতম চুপ্পদা নীংলমই, শেংই, মপুং ফায়, লোইবা নাইদে অমসুং অবিদ্যা (খঙদবা-অপঙবা) হায়বসি খুৎলাই মশক ওইবা পুক্লিংগী থা-নবা য়াদবা মচাকনি তৌইগুম্বসুং আত্মাগী নত্তে।

তম গুণদগী পোকপা অবিদ্যা নত্রগা খঙদবা হায়বসিনা মায়খুমগুম্না থবক তৌই অমসুং মীওই-ববু মহাকী মশাগী ওইবা ব্রহ্ম সচ্চিদানন্দ মশকপু খঙহন্দে। মাসিনা অচুম্বদগী ওন্না তৈম্নবা মওংদা খঙননবা মরম ওই নত্রগা চিংনবা পোকহল্লি নত্রগা অচুম্ববু মশক খঙহন্দে। আত্মাগী জ্ঞান্না মঙাল ফাওরক্লবা মতমদা অবিদ্যাগী মওং অহুম অদু পুম্মাঙ মাঙখি। মরম অসিনা অবিদ্যাগী মওং অহুম অসি আত্মাগী মগুণ নত্তে। মখোয়শিং অ'স পুক্লিং হায়বা, খুৎলাইগী মশক ওইরিবা অসিগীনি। পুক্লিং হায়বসি অবিদ্যাগী পোৎখোক নত্রগা মহৈগী মশক্রি।

অবিদ্যানা মরম ওইদুনা (সৃষ্টিক্রম) তাইবঙগী থৌরম পরেং নত্রগা সংসার চক্র অসি লৈবনি। মানি (সংসারসি) খঙদবা অপঙবা মীদদা মঙোন্দা উবা অদু মায়না অহুম্মক লৈবনি। লানথোকলবা মুণি অমদদি সংসারসি লৈত্তে। মিৎকী অনাবা মখল অমত্তনা সুমিৎপু শোকহনবা ঙমদে। চফু অহু কায়বনা চফু মনুংদগী অহাঙবা অদু করিগুম্বা মওং অমদা শোকলোই। মরিচিনা শাবা ঈশিং অদুনা লৈপাকপু চোৎহনবা ঙমলোই। অসিগুম্না অবিদ্যা অমসুং মাদুগী পোৎখোক্না মগুণ লৈতবা, অশেংবা

অকুপ্পা, মওং লৈতবা, হকচাং কায়াৎ লৈতবা, শরুক-মচেৎ লৈতবা, অমসুং মতোমদা ঙানব ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা আত্মাদা থজিক্কং ফাওব শোকপা ঙমদে। অবিদ্যানা ক্ষেত্রজ্ঞদা করিমত্তা তৌবা ঙমদে।

( য়েংগদবা অঃ ১০-২০ ; ১৩-৩২ ; ১৮-৬১ )।

তৎক্ষেত্রং যচ্চ যাদৃক চ যদ্বিকারি যতশ্চ যৎ।
স চ যো যৎপ্রভাবশ্চ তৎসমাসেন মে শৃণু ॥৩॥

(তৎ) মাদু, (ক্ষেত্রম) লৌবুক, (যৎ) মাদু, (চ) ১মসুং, (যাদৃক) মাদুগুম্বা, (চ) ১মসুং, (যদ্বিকারি) মাগী মওং ওন্থোকপশিং, (যতঃ) মতম কদায়দগী, (চ) অমসুং, (যৎ) করি, (সঃ) মহাক, (চ) ১মসুং, (যঃ) মহাক, (যৎপ্রভাব) মহাক্কী করি পাঙ্গল, (চ) ১মসুং, (তৎ) মদু, (সমাসেন) শম্না, (মে) ঐ:ঙোন্দগী, (শৃণু) তাও ॥৩॥

৩। লৌবুক অসি করিনো অমসুং করম্বা স্বভাব মওংনো, মহাক্কী অওনবা মওংশিং অদু করি করিনো ; অমসুং মদু করম্বা মতমদগীনো অমসুং মহাক অদুনা কনা কনানো অমসুং মহাক্কী মপাঙ্গলনা করি করিনো ; মদু ঐঙোন্দগী অশম্বদা তাও ॥৩॥

**অকুপ্পা বারোল :—** হে অর্জ্জুন! লৌবুক অসি করিনো, হকচাং অসিবু করিগী লৌবুক কৌরিবনে, মহাক্কী অহোংবা শক্তমশিং অদু করি করিনো, রাহৈ অমবোমদা মহাক করি করি মওংদা ওনবগে, মহাক্কী মচাকশিংনা করি করিনো, করম্বা মরমদগী করম্বা পোথোক ওইরমই, মাদুনা কনাগীনো, মাদু নৈনদুনা থোকপরা নত্রগা মশানা ইঙাও ঙাওনা হৌজরকপরা হায়বসি ঐনা নঙোন্দা হায়গনি।

"ক্ষেত্র অদু" মসিনা অধ্যায় ১৩গী ১বা শ্লোক্তা পনখিবা লৌবুক অদুবু তাকই।

"মহাক কনা ওইবগে" : ক্ষেত্রজ্ঞ হায়বদু কনানো? (উবা ১মসুং তাবনচিংবা পাঙ্গলগুম্না প্রভাবশিং, শক্তিশিং) (মিৎশিং, নাকোংশিং) গুম্বা উপাধিশিংদগী থোরকপা পাঙ্গলশিং অসিন করি করিনো? অসিগুম্বা অককনবা মওংশিং অসিদা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অচুম্বা স্বভাববু শন্দোক্না হায়রিবা ঐগী রাশিং অসিবু নঙনা তাও।

হে অর্জ্জুন, ঐনা শোয়দনা থঙই মাহুদি ঐগী রা অসি তারগা নঙনা শেংনা থঙলগনি।

হকচাং অসিনা লৌবুকনি। ইন্দ্রি তরা অসিনা যগলাবা তরাবু মহুৎ শিল্লি। যগলাবশিং অসিনা মুংথিল ১মসুং মুংদাং চূপ্না অরেপ্পা লৈতনা ইন্দ্রিশিংগী পোৎশিংগী লৌবুক্তা থবক তৌই। পুক্রিং হায়বসিনা থবক য়েংবা মশক্রি। জীব অসিনা লৌ শানবা মীওইনি। প্রাণ মঙা অসিন লৌ-শূবা মীওই মঙানি। মুল প্রকৃতি অসিনা লৌবুক অসিগী মবেন্মনি।

লৌবুক অসিনা মাগী মরলনি। মহাক মশামক্না লৌবুক অসি য়াম্না মুম্না য়েংশিল্লি। মহাক অসিগী গুণ অহুমথক লৈ। রজ (হায়বা গুণসিনা) মরু হুনলি। সত্ব (হায়বা গুণসিনা) ঙাকশেল্লি। তম (হায়বা গুণসিনা) লৌ লোকই। মহা তত্ব হায়বা রৈন-ফক্কী মথক্তা মতম হায়বা যগলাবগী মতেনা মহাক্না মহৈ-মরোং অদু য়েথোকই। জীব অসিনা ফত্তবা থবকশিং তৌরবদি মহাক্না পাপকী

মরু হুনলি, কত্তবগী হার হাপই, পাপকী মহৈমরোং লোকই অমসুং সংসারগী অনাবা নংই হায়বদি পোকপা, শোম্বরকপা, অহন ওইবা, অনাবা অমসুং মথল অহুমগী ভাপ নংই। মহাত্মা ধর্মগী ওইবা অকবা থবকশিং তৌরবদি মহাত্মা ধর্মগী ওইবা অকবা মরু হুনলি অমসুং অঈংবা লৈত্তাবা-মুত্তাইবা মহৈ মরোং লোকই।

ভগবান কৃষ্ণনা হৌজিক মথাগী শ্লোকতা অতাবা মীবু থোগৎনবগীদমক ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অচুম্বা স্বভাবপু য়াম্না য়াংনা হায়রি।

ঋষিভির্বহুধা গীতংছন্দোভির্বিবিধৈঃ পৃথক্।
ব্রহ্মসূত্রপদৈশ্চৈব হেতুমদ্ভির্বিনিশ্চিতৈঃ॥ ৪॥

(ঋষিভিঃ) ঋষিশিংনা, (বহুধা) মথল মথা অয়াম্বা মওংদা (গীতম্) শকলকপা, (ছন্দোভিঃ) থীমদা, (বিবিধৈঃ) মথল মথা অয়াম্বা, (পৃথক) তোঙানবা, (ব্রহ্মসূত্রপদৈঃ) ব্রহ্মবু খঙনবা তাকপা রাহৈশিংদা, (চ) অমসুং, (এব) সু, (হেতুমদ্ভিঃ) মরম চাবনা থল্লবা, (বিনিশ্চিতৈঃ) লেপ্লবা॥ ৪ ॥

৪। ঋষিশিংনা মথল মথা অয়াম্বা লম্বীদা, মথল মথা য়াম্বা ইতোপ তোপ্পা ছন্দদা অমসুং ব্রহ্মবু খঙনবা তাকপা রাহৈশিংদসু, অরেপ্পা অমসুং মরম চাবনা থল্লবা (ঈশৈ) শকই॥ ৪॥

**অকুপ্পা বারোল :**—"ঋষিশিং" বশিষ্ঠগুম্বা। থাইনদগী হৌনা ঋষি ময়াম্বা (ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অচুম্বা স্বভাব) গী মরমদা রারী তৌরে। ঋগকুম্ব থাইনগী ঈশৈশিংদা মাসিগী মরমদা মথল মথা অয়াম্বা মওংদা শন্দোক্লা হায়খ্রে।

ব্রহ্মসূত্র হায়বা রাহৈ অসিনা মাম্নদবা রারেংশিং অদু চাশিন্নবা শ্রীব্যাস নত্রগা বাদারায়ণনা ইরম্বা বেদান্ত সূত্রশিং অদুবু তাকই। উপনিষদকী মসুংগী অরুবা অর্থশিং অদু খঙননবগীদমক ব্রহ্ম-সূত্রশিং তম্বসি য়াম্না কান্নবনি। ব্রহ্মসূত্রশিং অসিবু "শরিরক সূত্র" হায়বা মিং অসিনসু খঙনৈ মরমদি অনিশুবা অধ্যায়গী পাদ অহুমগুবদা শ্লোক তরা মঙাদি হকচাং নত্রগা ক্ষেত্রগী মরমদা হায়বনি। আত্মা-তেবোপাসিত" গুম্বা ব্রহ্মগী মরমদা ইবা ব্রহ্মসূত্রশিংদা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অচুম্বা স্বভাব অসিবু তম্বীরি। "মী অমনা মাবু আত্মাগুম্বদা ধ্যান তৌসনু" (বৃহৎ আরন্যক উপনিষদঃ ১—৪-৭)

মথোয়শিং অদু মরম চাবমা পীকথল্লি, খঙহননীংঙাই অমসুং অরেপ্পা রাকম ওই। ব্রহ্মবু তাকপা রাহৈ অমসুং রারেংশিং অদুদা চিংনবা অমত্তা লৈতে।

মহাভূতান্যহঙ্কারো বুদ্ধিরব্যক্তমেব চ।
ইন্দ্রিয়াণি দশৈকং চ পঞ্চ চেন্দ্রিয়গোচরাঃ॥ ৫॥

(মহাভূতানি) পোৎচঙ অচৌবশিং, (অহঙ্কার) ঐ হায়বা রাখল, (বুদ্ধি) বুদ্ধি, (অব্যক্তম্) ফোঙ-দোক্তবা (মুলপ্রকৃতি), (এব) সু, (চ) অমসুং (ইন্দ্রিয়াণি) হকচাং কায়াৎশিং, (দশ) তরা, (একম্) অমা, (চ) অমসুং (পঞ্চ) মঙা, (চ) অমসুং, (ইন্দ্রিয় গোচরাঃ) ইন্দ্রিশিংগী পোৎশিং॥ ৫॥

৫। অচৌবা পোৎচঙশিং, ঐ-হায়বা রাখল, বুদ্ধি অমসুং ফোঙদোক্তবা (মুলপ্রকৃতি) সু, ইন্দ্রি তরা অমসুং অমা, (পুক্নিং) ইন্দ্রিশিংগী পোৎ মঙা॥ ৫॥

**অকুপ্পা হায়োগ :**—শ্লোক অসিদা ক্ষেত্র অমস্তুং মহুগী ওন্থোকপা শকতমশিং (বিকারশিং) মু শন্দোক্লা তাকলি। তত্ত কুনমরি (চতুরবিংশতি তত্ত্ব) নত্রগা সাংখ্যগী সূত্রবু অসিদা পল্লি। "অচৌবা পোচঙশিং;" (মহাভূতানি) লৈপাক ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অহাঙবা অসিবু অস্থমনা কৌই মরমদি পোৎচঙ পুম্নমক্কী হোঙদোকপা শক্তমপুম্বদা মখোয়না শীন্থ্ংনা লৈ (সর্ববিকার-ব্যাপকত্বাৎ। মকম অসিদা হায়রিবা পোৎচঙ অসি (সূক্ষ্মভূত) পোৎচঙগী অকুপ্পা মশক অহুবুনি পোৎচঙগী (স্থূলভূত) অপোবশিং অসিবু নত্তে।

অহঙ্কারো মহাভূতকারনম অহং প্রত্যয় লক্ষনম্; অহঙ্কার কারনম্ বুদ্ধি; অধ্যবসায় লক্ষনম, তৎ কারনম্ অব্যক্তমেব চ। অব্যাকৃতম ঈশ্বর শক্তি "মম মায়া দুরত্যয়া ইতি উক্তম্।"

(অহঙ্কার) "ঐ-হায়বা রাখল" অসি অচৌবা পোচঙ অসি ওইরকপগী মরূনি। মাসি মশানা থোকচরকপা থৌরমনি। বুদ্ধি হায়বসিনা অহঙ্কারগী মরূনি। বুদ্ধিগী থবকতি লেপ্পা হায়বসিনি। লেপ্পা ঙম্বগী পাঙ্গল অহুবু বুদ্ধি। (করিগুম্বা পোৎ নত্রগা রাফম অমা খন্দোক থঞ্জিন তৌদুনা নৈনরগা অসিনি হায়না লেপ্পা ঙমলিবা পাঙ্গল অহুবু বুদ্ধি হায়বনি)। বুদ্ধি অসিগী মরূদি অব্যক্ত (মুল প্রকৃতি) ফোংদোক্তবা মশক নত্রগা (অব্যাকৃত) খেন্নবা লৈত্রিবা মশক, ঈশ্বর শক্তি) ভগবানগী ওইবা পাঙ্গল মথল অমনি। (য়েংগদবা অঃ৭ –১৪) দেবীহ্যেষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যয়া।" গুণশিংনা পোকপা অসিগুম্বা লাইগী ওইবা ঐগী মায়া (শুমহৎপা) অসি লানবদা লুই। মথক্কী প্রকৃতি অসি নিপাল থোকই (অষ্টধা ভিন্না প্রকৃতি) অধ্যায় ৭—৪। ইন্দ্রি তরা হায়বদি জ্ঞান- ইন্দ্রি মঙা নত্রগা খঙননবগী থৃৎলাই হায়বদি নাকোং, উনশা, মিৎ, লৈম্নেং অমস্তুং নাত্তোন অসিনি, মরমদি মখোয়শিং অসিনা জ্ঞান পোক্কই। মপানগী তাইবংগী জ্ঞান অসি জ্ঞান ইন্দ্রিশিং অসিনা মরম ওইদুনা ফংই। অহুগা কর্মেন্দ্রিয় মঙা হায়বদি নত্রগা থবক তৌবগী থৃৎলাইশিং হায়বদি খোঙ, খুৎ, চীন, অমাংথোঙ ঈশিংথোঙ মখোয়না থবক তৌবা মরমনা মখোয়বু অস্নম্না কৌই। "একম:" "অমত্তা"; মাসি মন নত্রগা পুক্লিংবুনি; মাসিনা তরামাথোইগুবা ইন্দ্রিনি। মাগী থবক্তি (সংকল্প-বিকল্প) খনবা অমস্তুং চিংনবা হায়বসিনি। ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিংনা মখোল, শোকপা, মওং (নত্রগা মচু), মহাও অমস্তুং মনম পোৎ মঙা অসিনি।

প্রলয় (অচৌবা থুগায়বা) মতমদা অচৌবা পোচঙশিং হায়বদি অহঙ্কার, বুদ্ধি ইন্দ্রিশিং অমস্তুং, পুক্লিং (মন) পুম্নমক অসি অব্যক্ত (কোঙদোক্তবা মশক) দা লুপশিনথি।

পুক্লিং অসি মায়ানি। পুক্লিং অসি অবিদ্যানি পুক্লিং অসিনা থবকপুম্বগী মরূনি। মাসিনা অপাম্বশিংদা মপাঙ্গল পী, অকিববু য়োকখৎলি অমস্তুং (অকাশ) অতিয়াদা য়ুম শাই) মাসিনা অহঙ্কারদা মপাঙ্গল পী অমস্তুং অপাম্ববু থৌগৎলি। থোঙচৎ থুদিংমক পুক্লিংদগী থোকপা ঙাক্তনি। মাসিনা অপাম্ববু হেনগৎহল্লি অমস্তুং অনীংবদা মপাঙ্গল পী অমস্তুং অনি থোকপগী অনুভব অসি হৌগৎহল্লি। মাসিনা অবিদ্যা হেনগৎহল্লি অমস্তুং সমুদ্রগুম্বা ইন্দ্রিগী পোৎশিং অসিদা ইন্দ্রিশিংবু লুপশিনহল্লি।

তোঙাম্না তাহনবা অমসুং খেন্নহনবা হায়বসি মাসিনা তৌহনলি। মাসিনা খাইদোকই, তোঙালহল্লি। মাসি জীব অমসুং ব্রহ্মগী মরক্তা লৈবা কল্লবা ফকলাং নত্রগা য়োৎচৈগী শম্বন অমনি। ব্রহ্মবু জীবগী হৌজিক লৈরিবা অবস্থা অসিদা ওইহনলিবসি মাসিননি (পুক্লিংননি)। মাসি অরানবগী, খৌরাংবগী, চিংনবগী, শুমহৎপগী অমসুং (খঙদবা) অবিদ্যাগী পুক্লৈনি। মাসি মতমচুপ্পা লৈদুনা লৈবা রাখল (সংকল্প) পোকহনবা কাংথ্রোং অমনি। মাসি অঙকপা রাখল পোকহনবা মেচিন-খুৎলাই অমনি। মতম অমদা মাসিনা অমুক শেমগৎলি। মাসিনা হেক থংনবা মীকুপ্তা অমুক থুগায়।

ইচ্ছা দ্বেষঃ সুখং দুঃখং সংঘাতশ্চেতনাধৃতিঃ।

এতৎক্ষেত্রং সমাসেন সবিকারমুদাহৃতম্ ॥ ৬॥

(ইচ্ছা) নীংবা, (দ্বেষঃ) য়েংথীবা, (সুখম্) নুঙাইবা, (দুঃখম্) অরাবা, (সংঘাতঃ) অপুনবা, (চেতনা) লৌশিং, (ধৃতিঃ) খাঙবা, (এতৎ) মাসি, (ক্ষেত্রম) লোবুক, (সমাসেন) শম্না, (সবিকারম্) ওল্লবা, শক্তমগা লোয়ননা, (উদাহৃতম্) শন্দোক্লা তাকলে ॥ ৬॥

৬। অপাম্বা, তাথীবা- (হন্নোইবা,) নুঙাইবা, অনাবা, হকচাং-(অপূনবা,) বুদ্ধি, খাঙবা, মাগী অওনবা শক্তমশিং অসিগা লোইননা ক্ষেত্র হায়বসি শম্না অসিনি হায়খ্রে ॥ ৬ ॥

**অকুপ্পা বারোল :—** অসিগুম্বা সূত্র নত্রগা তত্ত্বশিং অসিনা মওংশিংগী ওইবা তাইবঙ অসিগী য়ুম-ফম নত্রগা কায়াৎ ওইনা শাবনি। পুম্নমক অসি পুক্লিংগী ওইবা (অবস্থা) ফিভমনি। সাংখ্যনা মখোয়শিং অসিবু হকচাংগী মরলনি হায়না লৌই। কনাদ নত্রগা বৈশেষিকশিংনা মখোয়শিং অসিবু আত্মাগী ওইবা মুংগী গুনি হায়না লৌই। (বিকারশিং) ওনলকপা শক্তমশিং অসিগী অহোবা অমসুং অরোইবা লৈ। অহোংবা লৈতবা (নির্বিকার) অমতনা অসিগুম্বা ওনলকপা শক্তমশিং সবিকার) শিং অসিবু সাক্ষী ওইবা ঙমই। ক্ষেত্রজ্ঞ হায়বসি নির্বিকারনি। মহাক অসিনা ক্ষেত্র অমসুং মাদুদগী ওনলকপা শক্তমশিং অদুগী সাক্ষীনি।

অপাম্বা (ইচ্ছ হায়বসি পুক্লিংগী (বিকার) ওনলকপা শক্তম অমনি। পোৎ অমবু য়াম্না খৌরাংবা অদুবুনি। মাসি মী অননা মান্নবা পোৎ অমা অমুক হন্না উরবা মতমদা মহাক্কী নুঙাইবদা মতেং পাংবা ওইবা মরমনা মহাক্না মতম অমদা ফংলুবা নুঙাইবা করিগুম্বা পোৎ অদুনা মী অদুবু রজদগী পোকপা বৃত্তি অদুনা মী অদুবু পোৎ অদুদা ইনশিনলি, মাসি (ইচ্ছা) রজদগী পোকপা বৃত্তিনি। মাসি মনুগী ইন্দ্রি (অন্তরকরণ, গী মরল-মচাক্লি। মাসি ক্ষেত্রনি মাসি খঙবা য়াবা পোৎনি (জ্ঞেয়য়া ক্ষেত্রম্)।

নহাক্না ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎ অমা ভোগ তৌই। মাসিগী মমি (সংস্কার অমা মুংগী ইন্দ্রি (চিত্ত) দা পোক্কুনা লৈহোই। অসিগুম্বা সংস্কার অসি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা অদু নীশিংবনা মরম ওইদুনা অমুক হিংগৎলকই নত্রগা ময়েক লাখৎলকই। ইন্দ্রিগী নুঙাইবদু হনজিন হনজিনা থোকহনবনা

নীংশিংবদু অমসুং অনীংবদু কুংশীনলি। পোৎশিং অদু কখোকপা নত্রগা ধ্যান তৌবা অসিনা সংস্কারশিং অমসুং অপাম্বশিং অদু পাথরকই।

কনাগুম্বা অমনা বত্রিনরায়ন নত্রগা কৈলাস চীংগী কজবা মহৌশাগী ওইবা শক্তমশিংবু য়ারী তৌবা তাবদা মকম অদু য়েংনীংবগী পুক্লিংদা অপাম্বা অমা পোক্লকই। মী অমনা বঙ্গলোর সহরদা কজরবা অহাও অথুম অমসুং হৈনৌ অমুনবা য়াম্না কংই হায়রবা মতমদা পোৎশিং অদু ফংনীংবগী অপাম্বা অমা নহাক্কী পুক্লিংদা পোকই। মরম অসিনা ইন্দ্রিগী সুংঙাইবা ভোগ তৌবা অমসুং ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিংগী মরমদা তাবা হায়বসি অপাম্বশিংগী মরূনি। অনীংবনা অপাম্ববু নৌহল্লি। অনীংবনা অপাম্ববু অনৌবা পুন্সি অমা হাপ্লি। অপাম্বনা পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিশিংবু ময়াই কাহল্লি। অপাম্বনা পুক্লিংবু পোশাহন্দে। অপাম্বনা পুক্লিংবু ইন্দ্রিগী ওইবা লৈকোন্দা কোয়চৎ চৎহল্লি।

মতম অমদা সুংঙাইবা অমসুং অথুম্বা ওইবা পোৎ অদু মতম অমদা মাদুগী ওন্ন-তৈনবা ইন্দ্রিগী পোৎ ওই। নখোয় খুদিংমক্না মসি থেংনরিবনি। অপাম্বা লৈবা পোৎশিং অদুতনা সুংঙাইবা পীবনি; তৌইগুম্বসুং অপাম্বা য়াওদ্রবদি মখোয়শিং অদু সুংঙাইতে। মরম অসিনা অপাম্বশিং অসি সুংঙাইবগী মরূনি। পোৎশিং অদু (ভোগ) চাব মতমদা অপেনবা (তৃপ্তি) অমা পোক্লবদি, সুংঙাইবা হায়বদু লেপলগনি। নহাক্কী পুক্লিং অদুনা অপাম্বা হায়বদু য়াওদ্রবসি নহাক্না, অন্নাবা নত্রগা য়ৈথায়বা পুম্বা ফংলবদসু লৈতানা ঈংবা, থেংনমান্নবা নত্রগা চাং অমদা লৈবা হায়বদু ওমগনি। ইন্দ্রিগী সুংঙাইববু সুংশিবা হায়বনি, অপাম্বা পুম্বগী য়ুক্ষমনি। অপাম্বা হায়বসিদি নহাক্কী অনীংবা, নত্রগা হৈনবা মওংগী মায়কৈগী লম্বীদা চেনশীল্লি। অপাম্বা হায়বসি উপীশীংনি। রাখল হায়বসিনা মৈনি। ঘী য়াওদবা থাওমৈগুম্না নহাক্না অপাম্বগী শীং অদু লোথোকলবদি রাখলগী মৈ অদু মুৎখিগনি। বুদ্ধি অসি অপাম্বগা লোয়নবদগী মোৎহনবা ওই।

তাথীবা হায়বসিসু পুক্লিংদগী ওনলক্পা শক্তম মওং অমনি। মসি ওন্ন তৈনবা (ওইদবা) পামদবা মওংগী শক্তমনি। মাসি বৃত্তি অমনি। মসিনা মহাক্না চপমান্নবা পামদবা পোৎ অমা অমুক হন্না উবা মতমদা পোৎ অদুনা অন্নাবা পীখিবা মরমনা পোৎ অদুবু পামদনবা ইনশিনবা অদুবুনি। তাথীবা হায়বসিসু ক্ষেত্রনি মরমদি মসি থঙবা য়াই। বৃত্তি নত্রগা মওং অমা নঙগী অপাম্বা অমা থুংদ্রবা মতমদা থোক্লকপা অদুবু তাথীবা কৌই।

সুংঙাইবা হায়বসি সত্বনা ওইবনি, পামনীংঙাই ওই অমসুং অঙৈংবা মশক ওই (সুখম অনুকুলম্ প্রসন্নম্, সত্বাত্মাকম্)। মাসিসু ক্ষেত্রনি মরমদি মাসি থঙবা য়াই। অনাবা হায়বসি সুংঙাইতে নত্রগা পামনীংঙাই ওইদে (দুঃখম্ প্রতিকুলত্মাকম্)। মসিসু ক্ষেত্রনি মরমদি মসি থঙবা য়াই।

"সংঘাত": অপুনবা, ইন্দ্রিশিং অমসুং হকচাংগা তিন্নবা অপুনবা নত্রগা হকচাংগী শরুক কুম্ভ্রা মঙাগী অপুনবা মপুন অদু।

"চেতনা" :— (অন্তকরণ বৃত্তি) মৈনা য়োৎ মতুম অমদা ফোঙদোকপগুম্ বুদ্ধি হায়বসি পুক্লিংগী মওং অমনি। মাসিসু ক্ষেত্রনি, মরমদি মাসিসু খঙবা য়াই। চেতনা হায়বসি করিগুম্বা মতমদা (চৈতন্য) খঙবা নত্রগা প্রাণগী (মরুওইবা হিংননবগী মরম ওইবা মুংশিৎ) মথৌ—থবক।

"ধৃতি" :— অচেৎপা, থৌনা, খাঙবা কনবা। ধৃতি হায়বসি পুক্লিংদগী ওন্নকপা শক্তম মওং অমনি। মথোয়শিং অসিবু লাঙহন্নবা নত্রগা নমথন্নবা মতমদা ধৃতিনা হকচাং, ইন্দ্রিশিং অমসুং পুক্লিং অসিবু পুদুনা লৈ। পোৎচঙ মঙা অসি অমগা অমগা য়েংথীনৈ। ঈশিংনা লৈপাকপু মাঙহল্লি। মৈনা ঈশিংবু কংহল্লি। ঈশিংনা মৈবু মুথংলি। নুংশিংনা থাউমৈ অমবু (মৈবু) মুথংলি, (অহাঙবা) অতিয়ানা নুংশিংপু চূপশীল্লি। পোংচঙ মঙা অসিনা মথোয় মশেল অমগা অমগা য়ৈথায়নৈ অমসুং মথোয়না অমগা অমগা পাখনদবা লৈরবসু হকচাং অমত্তুদা য়ান-য়াননবা তৌনদুনা অদুমক লৈ। পোৎচঙ খুদিংনা হকচাং অদু থোং মান্নবা লৈননবগী ১সুং অপুনবা মথৌ তৌনবগীদমক্তা অমগা অমগা মতেং পাংনৈ ১সুং পুন্না থবক তৌমিন্নৈ। পোৎচঙ খুদিংনা মহাক্কী মগুণ অদুনা অতোপ্পা পোৎচঙ অমবু য়োকথংলি। ধৃতি হায়বসি অচেৎপা হায়বনি নত্রগা অসিগুম্বা অমগা অমগা য়ৈথায়নবা পোৎচঙশিংসি পুল্লপ্পা ১সুং চান্নবা থম্নবা ১সুং থোং মান্নবা লৈতানা লৈমিন্নবগী পাঙ্গল অদুবু হায়বনি। মাসি ক্ষেত্রনি মরমদি মাসি খঙবা য়াই।

শ্লোক অসিদা হায়রিবা অপাম্বা অমসুং গুণ অতৈ অতৈশিং অসি পুক্লিংগী মগুণ ঙাক্কনি। ইহান হানবা শ্লোক্তা হায়রিবা ক্ষেত্র অদু শ্লোক মঙা ১সুং তরুক্তা মথোয়গী তোঙান তোঙানবা শক্তমগী মওংবু তাকই।

অমানিত্বমদম্ভিত্বমহিংসা ক্ষান্তিরার্জবম্।
আচার্যোপাসনং শৌচং স্থৈর্য্যমাত্মবিনিগ্রহঃ ॥৭॥

(অমানিত্বম্) নোল্লুকপা, (অদম্ভিত্বম্) তৌশিন্নদবা, (অহিংসা) মাঙনবা তৌদবা, (ক্ষান্তি) ঙাক-পীহৈবা, (আর্জবম্) অচুম্বা চৎপা, (আচার্য্যোপাসনম্) গুরুবু (সেবা তৌবা) লাৎপা, (শৌচম্) অশেংবা (স্থৈর্য্যম্) লৈতাবা, (আত্মবিনিগ্রহঃ) ইন্দ্রি খুদুম চনবা ॥৭॥

৭। নোল্লুকপা, তৌশিন্নদবা, মাঙনবা তৌদবা, ঙাকপীবা, অচুম্বা চৎপা, গুরুবু লাৎপা, অশেংবা, লৈতাবা অমসুং ইন্দ্রি খুদুম চনবা ॥৭॥

**অকুপ্পা বারোল** :— মথোয়শিং অসিনা অশিংবা অখঙবা নত্রগা অশিংবা অখঙবদা চিংবা লম্বী হায়বহু ওইবনি। মনুংগী অশিংবা অখঙবগী মায়কৈরোমদা মায় ওনশিন্নবা পুক্লিং লৈবা মীওই অদুগী মথোয়শিং অসি মগুণনি। অসিগুম্বা স্বভাবশিং অসিগী মীওই অমনা পুল্লপ ওইনা লৈবা উরবদি, নঙনা হায়বা ঙমলগনি মাদুদি আত্মজ্ঞানগী মঙাল অদু মঙোন্দা থোক্লক্লে।

"অমানিত্বম" :— নোল্লুকপা চাউথোকপগী ওন্নতৈনবা হায়বদি লৈতাবা; মশাবু থাগৎচবা নত্রগা লুনা তৌবা, লৈতাবা, চাউথোকপগী য়ুম্ফম অসি চাং য়াম্না হেন্না অতোপ্পশিংদগী পোৎ থম্ন (লনথুম, জ্ঞান, পাঙ্গল, ফজবা, অফবগুণশিং) হেন্না লৈ হায়না খনবা য়াখল অদুবুনি।

চাউথোকপা মী অমদদি পোৎ খরদি য়ামদ্রবদা লৈ অদুগা নাপল তৌবা মীওই অমদনা করিমত্তা লৈতে অদুবু মহাক্না অতৈ অতোপ্পশিংদগী মখক থোংই হায়না খল্লি। নাপল তৌবা হায়বসি হেক্তিন্না চাউথোকপবুনি। নোল্লুকপা মী অমনা ঈকাইখুমনবা, থাগৎপা, চাউথোকপা পুম্বা পামদে। মহাক্না মীংচৎ অমত্তুং খেন্নবা হায়বদু থাদোকই। মহাক্না মহাক্কী জ্ঞান, মপাঙ্গল, মথৌনানচিংবা পুম্বা উত্রে। মহাক্না মশাবু কদৌঙৈদত্তু থাগৎচদে।

"অদম্ভিত্বম্" :— তৌশিন্নবা লৈতবা। তৌশিন্নবা হায়বসি মহাক্নদি ওইদবা অদু ওইনা উৎপবুনি। সন্যাসী অমনা মগুণ খর অমত্তুং লাইরিক শাস্ত্রগী জ্ঞান খর লৈ। মহাক্না জীবন-মুক্ত ওইবগুম তৌশিন্নে। মাসি ধর্ম্মগী তৌশিন্নবা হায়বদুনি। অদম্ভিত্ব ওইবা মীওই হায়বদুদি ইচম চমই অমত্তুং নোল্লুকই। মহাক্না অতোপ্পাশিংদগী ঈরাৎপা, ঈকাইখুম্নবা ১মুং মিং কংননবগী-দমক্তা মশাগী অফবা মগুণশিংবু কদৌঙৈদত্তু চেন্থোকচদে। মহাক্না তৌবা দান নত্রগা অফবা থবক পুম্বা কদৌঙৈদত্তু ফোঙদোকলোই। মহাক্না অহৈ-অশিং শাবদগী লানথোকই। মিংচৎ কংননবা মহাক্না মহাক্কী জ্ঞানবু কদৌঙৈদত্তু য়োন্দে।

"অহিংসা" :— রাখল, রাহৈ অমত্তুং থবক্তা থরাইপানবা অমদা মাঙননবা তৌদবা। অহিংসা সাধনা তৌবা মীওইনা য়াম্না চোকশিন্না লৈপাক্তা মখোঙ থাই অমত্তুং জীব অমগী মথক্তা নেৎপবু তৌদে। মহাক্না মহাক্কী মমাঙদা করিগুম্বা জীব অমবু লৈ হায়বা খঙলবদি মহাক্না লেপই ১মুং অতোপ্পা মায়কৈদা থৈদোকই। মহাক্কী থম্মোয় অদু নুংশিবনা পীক থল্লি।

"ক্ষান্তি" :— খাঙবা কনবা, ঙাকপীহৈবা, পুদুনা লৈবা। মসিনা অচুম্বা জ্ঞানগী খুদমনি। অশিংবা মীওই অমনা খুদিংমক খাঙদুনা লৈ। অতোপ্পশিংনা মাবু মাঙননবা তৌরবা মতমদা মহাকপু মচেৎ অমত্তা শোক্কে। মহাক্না কদৌঙৈদত্তু লমন খুমদে। মহাক্না অনাবা অমত্তুং ঈকাইববু ঈংনা পুদুনা লৈ।

"আর্জব" : - চুম্না চৎপা। অশিংবা মী অমনা অচুম্বা চৎলি। মহাক্না মরৈমরা চাউবা নত্রগা অমা হায়রগা অমা তৌবা, মরোন নাইবা শাজৎ নত্রগা পূকচেল অখোয়বা হায়বদু লৈতে। মহাক চুমত্রিং-চুম্না চৎলি, পুকচেল শেংই অমত্তুং তিংই। মহাক্না করিগুম্বা অমত্তা লোৎশিন্দে। মহাক্কী থবক্তা রাখলগা চপ চানৈ। মহাক্না অতোপ্পা মীদা মাগী পুক্রিং অদু হাংদোকনা হায়। মহাক্কী রাঙাংদা অঙাং অমগুম্বা ইচম চমই। মহাক্কী থম্মোয়দু অরূবা লিক্লিগুম শেংই। মহাক্না অতোপ্পশিংবু কদৌঙৈদত্তু নমথাক তৌদে।

"আচার্য্যোপাসনম্" :— গুরুবু লাৎপা ; গুরুদা ভক্তি তৌবা, গুরুবু সেবা তৌবা, (আচার্য্য) ব্রহ্ম বিদ্যাবু তম্বীবা নত্রগা অয়ান-খুভমবু কংননবা পাম্বৈ তম্বীবা (মোক্ষ সাধনা) ওঝাদদা সেবা তৌবগী থবক। আচার্য্য হায়বসি লাইগী ওইবা জ্ঞান্না মাগী ওইরবা মীওই অদুবুনি। গুরুবু সেবা তৌরবা ভক্ত অমনা আত্মদর্শন তৌবা ঙমই। সাধক অমনা মহাক্কী গুরুবু ব্রহ্মনি

হায়না লাৎলি। মহাক্না গুরুবু বিষ্ণুনি হায়না পুজা তৌই। ব্রহ্ম নত্রগা বিষ্ণুগী ওইবা মগুণ পুম্বদু মঙোন্দা থোনজিনলি। মহাক্না মহাক্কী গুরুদগী অমসুং গুরু অদুদা ব্রহ্মনি হায়না খঙই। মাসিনা গুরুভক্তিগী মহৈনি। বেদান্ত সাধক অমনা গুরুভক্তি হায়বসি শোয়দনা তৌদবা য়াদবা থবকনি।

"শৌচম্ঃ" অশেংবা, হায়বসি মখল অনি শুই ঃ বহির-শৌচ—(মপানগী অশেংবা) অমসুং অন্তর-শৌচ (মনুঙগী অশেংবা)। মপানগী শেংবা হায়বসিনা লৈপাক অমসুং ঈশিংনা হকচাংবু শেংদোকপনি। মনুংগী শেংবা হায়বনা (প্রতিপক্ষ ভাবনা) ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিংদা লৈরিবা ফত্তবশিংবু খঙদুনা অমসুং মাদুগী ওন্ন-তৈন্নবা তৌগদবা ওইবা ধর্মগী অফবা রাখলবু সাধনা তৌদুনা পুক্নিংদা লৈবা অমোৎপা হায়বদি অপাম্বা, তাথীবা অমসুং অতৈ অতৈ অপাম্বশিংবু পুক্নিংদগী শেংদোকপা অসি-বুনি। (অন্তর শৌচ)।

"স্থৈর্য্যম্ঃ" অচেৎপা ঃ মহাক্কী লম্বীদা অপনবা যৈথায়বা কয়ানা পন থিংবসু সাধক অদুনা মহাক্কী অরান-খুভম্ ফংননবগী লম্বীদা হোৎনবা অদু কদৌঙৈদসু থাদোক্তে। মসিনা অচেৎপা লৈত্তাবনি। ইথক থকপা পুক্নিংনা ব্রহ্মবু ধ্যান তৌবা হায়বসি ওইথোক্তে।

"আত্মবিনিগ্রহঃ" হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিংগী অপুনববু লাকশিনবা। হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিং অসিনা মহৌশানা ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিংদা মপানলোমদা চেনথোকইবা অসিবু অরান-খুভম ফংননবগী লম্বীদা লাক্শিনলকপা ১সুং চুমশিনলকপবুনি। ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চন্দবা অমসুং পুক্নিং চিংখোকখ্রবা হকচাং অমদা ধ্যান তৌবা হায়বসি শুকওই ওইথোক্তে।

ইন্দ্রিয়ার্থেষু বৈরাগ্যমনহঙ্কার এব চ
জন্মমৃত্যুজরাব্যাধিদুঃখদোষানুদর্শনম্ ॥ ৮ ॥

(ইন্দ্রিয়ার্থেষু) ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিংগী, (বৈরাগ্যম্) পামদবা (অনহংকার) ঐ-রাখল লৈতবা, (এব) সু, (চ) অমসুং, (জন্মমৃত্যুজরাব্যাধিদুঃখদোষানুদর্শনম্) পোকপা, শিবা, অহল-ওইবা, অনাবা অমসুং অরাবদা লৈরিবা ফত্তববু উবা ॥৮॥

৮। ইন্দ্রিশিংগী ওইবা পোৎশিংদা থওইদবা, অমসুং ঐ-রাখলবু লৈতবা, পোকপা, শিবা, অহল ওইবা, অরাবা, ১সুং অনাবদা লৈরিবা ফত্তবশিংবু উবা ॥৮॥

**অকুপ্পা বারোল ঃ**—অশিংবা মী অমদদি ইন্দ্রিশিংগী পোৎশিংবু থাদোকপগী পুকচেল অদু তত্তনা লৈ। মহাক্না ইন্দ্রিশিংগী ওইবা পোৎশিংগী মরমদা ফাওবা রারী শাবা পামদে। মহাক্কী ইন্দ্রিশিংনা ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিংদা মমাই ওনশিন্দে।

"বৈরাগ্যম্"ঃ খোঞ্জেল, শোকপা, মনম-নচিংবা অউবা নত্রগা উদবা, অতাবা নত্রগা তাদবা (স্বর্গগী নুঙাইবা) গী মশক ওইবা ইন্দ্রিশিংগী পোৎশিংদা থওইদবা।

"অহংকার"ঃ "ঐনা পুম্নমক্কী মকোকনি অহেনবনি" হায়বা বৃত্তি নত্রগা রাখল অদু পুক্নিংদা থোকলকপা অদুবু ঐ হায়বা রাখল নত্রগা অহংকার কৌই। অসিগুম্বা বৃত্তি অসি য়াওদবা অদুবু অনহঙ্কার ঐ হায়বা রাখল য়াওদবা হায়বনি।

"জন্মমৃত্যু-নচিংবা" : পোকপা, শিবা, অহল্ ওইবা অমসুং অনাবগী অরাবা অমসুং কত্তবশিংদা থন্দুনা খঙবা উবা। মী অমনা নাওয়োমদা থা তরা লৈবা তাই অমসুং পোকপগী অরাবদু থেংনবসু তাই। মখোয়শিং অসিনা পোকপগী কত্তবনি।

অশিংবা মী অমনা পোকপ', শিবা, অহল ওইবা, অনাবগী অরাবশিং অসি কদৌঙৈদসু কাউদে। মহাক্না পোকপা হায়বসি তৌনীংদে। অহল ওইরক্লবা মতমদা বুদ্ধি অসি পঙশিল্লকই, নীংশিংবগী পাঙ্গল অসি মাঙলকই অমসুং ইন্দ্রিশিং অসি ঈংশিনলকই অমসুং শোণ্থরকই। পাঙ্গল ১সুং থৌনা অসি খুইথরকই। মাগী মরি মতানা অহল ওইরকপা মীবু তুকচরকই। মাসিনা অহল ওইবগী ফত্তবনি। নুংশংনা নাবা মীওই অমনা হকচাং শোল্লি অমসুং ঈ মাঙখিদুনা কুহু তাইশিল্লকই। অরুম্না নাবা মীওই অমনা পৈ চাউথোরকই। মাসিনা অনাবগী ফত্তবনি।

"দুঃখম্" : অনাবা মথল অহুমনি, অধ্যাত্মিক—লায়না অমনা নাবদগী নুংদা ফংবা অনাবশিং : অধিভৌতিক— লিন, কৈ ১সুং বৃশ্চিকনচিংবনা মপান্দা লৈবা শত্রুমশিংদগী ফংবা অরাবশিং : অধিদৈবিক—নোংমৈশীংজঙনচিংবা অকনবা হৌনশাগী ওইবা পোৎশিংনা হ্রাহনবনচিংবা : মখোয়শিং অসিনা অনাবদা থোকহনবা ফত্তবশির্গনি।

অনাবা হায়বসিমক মশানা ফত্তবনি। পোকপা হায়বসি নাই। পোকপা হায়বসি অরাবনি; অশিবা হায়বসি অরাবনি; অহল ওইবা হায়বসি অরাবনি; অমসুং অনাবা হায়বসিসু অরাবনি। পোকপা, শিবনচিংবসি অরাবনি মরমদি মখোয়না অরাবা পোকহল্লি।

পোকপনচিংবদা লৈবা ফত্তববু খঙবা ১সুং খনবদগী হকচাং অমসুং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা পুক্নিং চঙদবা, থওইদবা অসি থোকলকই। অদুগী মতুংদা পুক্নিং অসিনা মনুংলোমদা খ্বাইদগী মনুংচ.বা আত্মাদা আত্মাজ্ঞান ফংননবগীদমক্তা মায় ওনশিল্লকই। পোকপদা নাবগী ফওববু খঙবনা আত্মাজ্ঞান ফংননবদা মতেং ওইবা মরমনা, মসিমক জ্ঞাননি হায়না হায়।

অসক্তিরনভিষ্বঙ্গঃ পুত্রদারগৃহাদিষু।
নিত্যং চ সমচিত্তত্বমিষ্টানিষ্টোপপত্তিষু ॥ ৯ ॥

(অসক্তিঃ) নপশিন্না-নত্তবা (পামদবা), (অনভিষ্বঙ্গঃ) আত্মাগা অমত্তা ওইশিন্দবা, (পুত্রদার-গৃহাদিষু) মচা, মতু, য়ুম ১সুং অতৈ লেমহৌবশিংগা লোয়ননা, (নিত্যম্) তত্তবা, (চ) অমসুং (সমচিত্তত্বম্) পুক্নিং থোং মান্নবা, (ইষ্টানিষ্টোপপত্তিষু) অপাম্বা ১সুং পামদবগী ফংবদা ॥ ৯ ॥

পামদবা, মচা, মুপী, য়ুম অমসুং লৈহৌরিবশিংগা লোয়ননা আত্মাবু অমত্তা ওইশিনদবা, ১সুং পুক্নিং থোং মান্নবা, অপাম্বা অমসুং পামদববু ফংবদা ॥৯॥

**অকুপ্পা বারেল :—** "পোৎ অসি ঐগীনি" হায়না মী অমনা হেক খনবা মতমদা 'ঐগী য়াখল' গী ভাব অমা পুক্নিংদা চঙই। মহাক্না অভিমান শেমগৎলি। অদুগী মতুংদা পোৎ অদুবু নুংশিবা হৌই। অদুদগী মহাক্না পোৎ অদুদা নপশিনলি অমসুং মাদুদা শৌজিনখি। আসক্তি হায়বসি পোৎশিংদা নপশিন্দববুনি। অসিদা পোৎশিং পাম্বা হায়বদু লৈতে।

"সুংশিবা": সুপী, মচা নত্রগা মমাদা য়ৌশিন্না নপশিনববুনি। মাসিদা অতোপ্পগা মপুংফানা অমত্তা ওই। অতোপ্পা অমনা সুংঙাইবা নত্রগা রাবগী মতুংইন্না মহাক্না সুংঙাই নত্রগা রায়।

মহাক্কী সুপী শিবা মতমদা গোবিন্দনা য়ান্না রায় মরমদি মহাক্কী সুপী অদুদা য়ান্না কয়া নপশিল্লি তৌইগুম্বসুং মহাক্কী য়ুমলোন্নবগী সুপী শিবা মতমদদি মহাক্না করিমত্তা ফাওদে। অশিংবা মী অমনা মহাক্কী য়ুম অদুদা করিস্থ নপশিল্লুবা লৈতে। মহাক্না মহাক্কী য়ুম অদু লম্বী ময়াদা শাদুনা লৈরিবা ময়ামগী পোৎথাশঙ অদুগুম্না খল্লি।

"অসিগুম্বা": য়াম্না সুংশিবা অতোপ্পশিংনা; মরীমত্তা নত্রগা অতৈ অতৈ মরী লৈনবশিং।

"নিত্যম সমচিত্তত্বম": তত্তুনা থোং মান্নবা পুক্লিং লৈবা নত্রগা জ্ঞানগী পাদম চৈগুম্না থোং মান্নবা পুক্লিং লৈবা। অশিংবা মী অমনা অপাম্বা নত্রগা সুংঙাইবা পোৎশিংবু ফংবদা হরাওদে নত্রগা পামদবা নত্রগা সুংঙাইতবা পোৎশিংবু ফংবদা রাবা তৌদে।

নপশিনবা-লৈতবা, সুংশিবা-লৈতবা অমসুং থোং মান্নবা পুক্লিংশিং অসি ব্রহ্মজ্ঞান নত্রগা আত্মজ্ঞান ফংননবদা মতেং ওই। মখোয়শিং অসি জ্ঞান ওইনা হায়নৈ মরমদি মখোয়শিং অসিনা জ্ঞান ফংননবগী পাম্বৈ ওই।

মযি চানন্যযোগেন ভক্তিরব্যভিচারিণী।
বিবিক্তদেশসেবিত্বমরতির্জনসংসদি ॥১০॥

(মযি) ঐঙোন্দা, (চ) অমসুং, (অনন্যযোগেন) খায়দোকপা-নত্তবগী যোগনা, (ভক্তি) ভক্তি, (অব্যভিচারিণী) লেঙদবা, (বিবিক্তদেশসেবিত্বম্) অচৌকপা মফমশিংদা লৈফম ওইবা, (অরতিঃ) হঙ্গোইবা, (জনসংসদি) মীশিংগী সমাজদা, ॥১০॥

১০। খায়দোকপা লৈতবগী, অচৌকপা মফমশিংদা লৈফম ওইবগী, মীশিংগী সমাজদা হঙ্গোইবগী যোগনা ঐঙোন্দা লেঙথোক্তবা ভক্তি ॥১০॥

**অকুপ্পা বারোল**:—ঐতনা চঙকম পুম্বগী মশক্তি অমসুং ঐঙোন্দগী হেন্না রাংবা অমা করিস্থ লৈত্রে হায়বসি অশিংবা মীনা য়াম্না চেৎনা থাজে। অতৈ অতোপ্পা পোৎশিংবু খল্লুবা তৌদনা যোগনা মরম ওইদুনা মহাক্না ঐঙোন্দা লেঙত্রবা থাজবা (ভক্তি) লৈ। মহাক্কী মপুক্লিং অদু ঐঙোন্দা অমত্তা ওইশিল্লি নত্রগা তিনশিল্লি। তুরেল অমনা সমুদ্রদ তিল্লবা মতমদা অমত্তা ওইখিবা অদুগুম্না মহাক্না ঐগা অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা ঐবুত্তা লাৎলি। মসিবু অনন্য যোগ নত্রগা অপৃথক সমাধি (খায়দোক্তবা যোগ) কৌই। অসিগুম্বা ভক্তি অসি আত্মজ্ঞান ফংননবগী পাম্বৈনি। অসিগুম্বা ভক্তশিংনা অয়াবা অনংবা য়াম্না তারবদসু মহাক্কী ভক্তি অমসুং পূজাবু কৈদৌঙৈদসু থাদোকলোই।

"বিবিক্তদেশসেবিত্বম":— লিন, কৈ, নত্রগা হূয়ানবশিংদগী অকিবা লৈতবা ফজবা, অচৌকপা লৈকোনশিংদা অমসুং পাৎ মপান্দা নত্রগা সমুদ্র মপান্দা নত্রগা চীংদোন্দা নত্রগা চীংসুঙহুত্তা, নত্রগা

অশেংবা তুরেলশিংগী মপান্দা মহাক্না লৈ। অচৌকপা মকমশিংদদি পুক্নিং অসি ঈংনা মরা তপই। অচৌকপা মকমশিংদা পুক্নিংবু চিংথোক্লনবগী ওইবা লাগুহনবা পোৎচঙশিং লৈতে। অচৌকপা মক্কমদদি মরক্তা ৱৈথায়দবা আত্মধ্যান তৌবা ঙমই অমসুং থুনা সমাধিদা চঙবা ঙমই।

"জনসংসদি": সংসারদা পুক্নিং চঙবা মীওইশিংগী সমাজ (তিন্নবা), অশিংবা, অশেংবা ১মসুং অরুবা মীশিংগী সমাজবু নত্তে। সৎসঙ্গ নত্রগা অশিংবা মীশিংগা লোয়ননা তিন্নবা হায়বসি আত্মজ্ঞান ফংননবগী পান্থ অমনি।

অধ্যাত্মজ্ঞাননিত্যত্বম্ তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম্।

এতজ্জ্ঞানমিতি প্রোক্তমজ্ঞানং যদতোঽন্যথা ॥১১॥

(অধ্যাত্মজ্ঞাননিত্যত্বম্) তত্তনা লৈবা আত্মজ্ঞান, (তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম্) অশেংবা জ্ঞানগী মহৈবু খঙবা, (এতৎ) মাসি, (জ্ঞানম্) জ্ঞানবু, (ইতি) অসুম্না, (প্রোক্তম্) হায়খ্রে, (অজ্ঞানম্) খঙদবা অপঙবা, (যৎ) মাদু, (অতঃ) অদুদা, (অন্যথা) ওন্না-তৈনবা ॥১১॥

১১। তত্তনা লৈবা আত্মজ্ঞান, অশেংবা জ্ঞানগী মহৈবু খঙবা; মাসিবু জ্ঞানি হায়খ্রে অমসুং অসি নত্তবশিং অদুবুনা খঙদবা অপঙবা (অজ্ঞান) নি ॥১১॥

**অকুপ্পা ৱারোল:**—অরান-খুভম ফংলবা মুনি অমদি আত্মাবু তত্তনা খঙদুনা নীংশিংদুনা লৈ। মহাক্না খঙই মাদুদি আত্মাজ্ঞানতনা লেঙদবনি অমসুং তাইবঙ অসিগী অতৈ অতৈ লৈরিবা মহশিং অসিদি (অজ্ঞান) খঙদবা অপঙবা ওাক্কনি। মহাক্না খঙই মাদুদি ব্রহ্ম ফংননবা (আত্ম-দর্শনগী) লমজিংবা জ্ঞান অদুতনা অচুম্বনি।

নোল্লুকপদগী হৌরদুনা লৈরিবা উপাধি) থোক্তিনবা মগুণশিং অসিবু জ্ঞানি হায়না হায়খ্রে, মরমদি মখোয়শিং অসিনা জ্ঞান ফংননবদা মতেঙ ওই; মখোয়না জ্ঞানগী লম্বীনি (জ্ঞান সাধনা) মখোয়শিং অসি জ্ঞানগী মতেঙ পাংবা মরমনি। আত্মজ্ঞান অসিগী মহৈদি মোক্ষ নত্রগা তাইবঙ অসিগী পোকপা ১মসুং শিবগী কাংখ্রোওদগী কোকপবুনি। সাধক অদুনা জ্ঞান অসিগী মহৈবু মতমলৈবা খিবিক্তা মীৎয়েংকমনা থমগদবনি। অদুতদা মহাক অদুনা আত্মাজ্ঞান ফংবদা মতেং ওইবা মখল মখা অয়াম্বা অফবা গুণশিংবু চাউখৎনবা হোৎনগনি। জ্ঞানগী ওন্না-তৈন্নবা ওইবা হায়বদি (কামুক) দুপী পাম্বা, অশাওবা, করাম্বা, চাউথোকপা, শায়বগা তৌবগা মান্নদবা, তাথীবা, অপাম্বা, মরৈ তৌবা, দুংপান নাইবা, অতোপ্পশিংবু মাঙহনবা অসি অজ্ঞান (খঙদবা অপঙবা)নি। ফত্তবা বৃত্তিশিং অসি অবিদ্যাদগী থোকপনি, তাইবঙ অসিদা মখোয়না মীবু পুন্দুনা থমই।

নহাক্না আত্মজ্ঞানবু ফংনীংলবদি অসিগুম্বা অরান-খুভম ফংননবা লম্বীদা পন ওইবা ফত্তবা লমচৎশিং অসি লৌথোক্কদবা ওই। নহাক্না ওন্না-তৈনবা লমচৎশিং অসি য়োকখৎলবদি ফত্তবা বৃত্তিশিং অসি মশানা শিজখিগনি, লৈকোন অমগী ঈশিং ফংদ্রবা পাম্বাশিংনা মতোম্মতা শিজ্জবগুম্বনি। ফত্তবা লমচৎশিং অসিদু মখোয়গা লোয়ননা লাপ্পেংনরুরবদি লৌথোকপা য়াম্না লুই।

জ্ঞেয়ং যত্তৎপ্রবক্ষ্যামি যজ্জ্ঞাত্বাহমৃতমশ্নুতে।
অনাদিমৎপরং ব্রহ্ম ন সত্তন্নাসদুচ্যতে ॥১২॥

(জ্ঞেয়ম্) খঙগদবা ওইবা, (যৎ) মাদু, (তৎ) মাদু, (প্রবক্ষ্যামি) (ঐনা) হায়গনি, (যৎ) মদু, (জ্ঞাত্বা) খঙলদুনা, (অমৃতম্) শিদববু, (অশ্নুতে) ফংই, (অনাদিমৎ) অহৌবা লৈতবা, (পরম) অথোইবা, (ব্রহ্ম) ব্রহ্ম. (ন) নত্তবা, (সৎ) ওইবা (তৎ) মদু, (ন) নত্তবা (অসৎ) ওইদবা, (উচ্যতে) কৌই ॥১২॥

১২। খঙগদবা ওইবা অদু খঙলগা কনাগুম্বা অমনা অহৌবা লৈতবা, অথোইবা ব্রহ্ম, ওইবা নত্রগা ওইবা নত্তবা কৌবা শিদবা হায়বদু ফংই হায়বা অদু ঐনা হায়রগনি ॥১২॥

**অকুপ্পা বারোল :**—ভগবান্না "জ্ঞেয় বস্তু" হায়বদি খঙগদবা ওইবা (পরব্রহ্মবু) অর্জুন নত্রগা অতাবা মী অমদা অপাম্বা পোক্লনবা অমসুং যাম্না কন্না খঙনীংনবগীদমক থাগৎলি।

"অনাদি" : অহৌবা লৈত্তবা অদুবু অনাদি কৌই (মহাক অদুগী মরু নত্রগা অহোংবা লৈতবা অদুবু অনাদি কৌই)।

ব্রহ্ম হায়বসি রাহৈনা সৎনি নত্রগা অসৎনি হায়বগুম্না 'হায়বা) ফোঙদোকপা ঙমদে, মরমদি ব্রহ্ম হায়বসি করিগুম্বা কাঙবু নত্রগা জাৎ অমগী ব্রাহ্মণ, যণ নত্রগা শগোনগী মতৌগুম্না ওইদে। মহাক্কী অঙৌবা. অমুবনাংবদৌনা মগুণসু লৈতে। মহাক্কী মরিম্ব লৈতে নত্রগা অতোপ্পা অমগম্ব সমবন্ধ লৈতে, মরমদি মহাক অসি অমতনি, অনি শুদে। মহাক অসি ইন্দ্রি অমতগী পোৎ ওইদে (অতীন্দ্রিয়'; মহাক অসি পূক্নিং অমসুং ইন্দ্রিশিংনা য়েৌবা ঙম্বদগী রাংমদা লৈ। মহাক থবক লৈতে, মহাক অসি রামদা লৈবা ফোংদোক্কবা ব্রহ্ম অচৌবা মশকনি। মহাক অসি মতমলৈবা খিবিক্কা পোৎপূম্বদা য়েংদুনা লৈবা মশক অমনি।

শ্রুতিনা য়াম্না কন্না হায়রি মদুদি ব্রহ্ম অসি নিগুর্ণনি (মগুণ য়াওদে), নিষ্ক্রিয়নি (থবক তৌদে), অসঙ্গনি (শমনদবা মশকনি), নিষ্কলানি (শরুক নাইদে)।

অধ্যায় ৯—১৯ দা মহাক অসি সৎনি অমসুং অসৎ অদুসুনি হায়রি। হৌজিক অমুক মসি হায়রি মদুদি ব্রহ্ম হায়বসি সৎসু অসৎসু নত্তে। মসি অপাবা মীওইশিংদদি ওন্ন-তৈন্নবা রাহৈ ওইনা তারগনি, ওন্ন-তৈনবদি নত্তে। তাইবংগী অব্যক্ত (অক্ষর) ফোঙদোক্তবা অমসুং ব্যক্ত (ক্ষর) ফোঙদোকপা শক্তম অনিমক অসি ব্রহ্মগী ভাক্ত ওইরবসু, ব্রহ্ম হায়বসি অনি অসিগী রাংমদা লৈবনি। ( অ: ৭—২ ; ১৫—১৬, ১৭, ১৮ )।

সর্বতঃ পাণিপাদং তৎসর্বতোঽক্ষিশিরোমুখম্।
সর্বতঃ শ্রুতিমল্লোকে সর্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি ॥১৩॥

(সর্বতঃ) মফম খুদিংদা, (পাণিপাদম্) খুৎ অমসুং খোঙশিংগা লোয়নবা, (তৎ) মদু, (সর্বতঃ) মফম খুদিংদা, (অক্ষিশিরোমুখম্) মীৎ, কোক অমসুং চীনগা লোয়নবা, (সর্বতঃ) মফম খুদিংদা, (শ্রুতিমৎ) নাকোংগা লোয়নবা, (লোকে) তাইবঙ অসিদা, (সর্বম্) পুম্নমক, (আবৃত্য) কুপশিন্দুনা, (তিষ্ঠতি) লৈ ॥১৩॥

১৩। মকম খুদিংদা খোঙ অমসুং খুৎশিংগা লোয়নননা, মীৎ, কোক অমসুং চীন্না মকম খুদিংদা, নাকোংনা মকম খুদিংদা লোয়নননা, মহাক্না তাইবঙ অসিদা, পুন্নমক্তা কপ্পুনা লৈ ॥১৩॥

**অকুপ্পা বারোল :—** মহাক্না (ক্ষেত্র নত্রগা পরব্রহ্ম নত্রগা জ্ঞেয়ব্রহ্ম) না তাইবঙ অসিদা খুদিংমক্তা শিন্নুংনা লৈ। মহাক মশামক্না তাইবঙ অসি কোয়শিন্দুনা লৈ অমসুং থন্দুনা লৈ। খুদিংমকপু কূপশিন্দুনা তাইবঙপান অসিদা চঙদুনা লৈ।

মথক্কী অধ্যায়দা জ্ঞেয়ব্রহ্ম হায়বসি সৎনু অমসুং অসৎনু নত্তে হায়না হায়খ্রে। কনাগুম্বা অমনা থনবা য়াই মদুদি ব্রহ্ম হায়বসি অহাওবা, করিম্নু লৈতবা, মাগী অককপা শকম অমা লৈতবনি হায়না। অসিগুম্বা ( শঙ্কা ) চিংনবা অসি কোক্লনবগীদমক ভগবান্না শ্লোক অসিদা হায় মদুদি খঙগদবা ওইবা ( মহাক অদু ) মকম খুদিংদা খোঙ অমসুং খুৎনচিংবা লৈ হায়না। মহাক অসি ইন্দ্রিশিংগী থবক্কী হৌরকফম্নি হায়না মহাক্না হায়। মহাক্না ইন্দ্রিশিং অমসুং পুক্নিংবু মাগী মাগী মতিক চাবা মথৌশিংদা লমজিংই। মসিনা সগুণ ব্রহ্মগী ফোঙদোকপা মশক অদুতনি।

ইঙ্গিন থৌবা মীওই অমনা ইঙ্গিনবু থৌই, অসিগুম্না ক্ষেত্র নত্রগা খঙদবা ওইবা অদুনা ইঙ্গিন ওইবা হকচাং অসিবু থৌই। মহাক অসিনা মসুংনী ঙাকশেনবনি। মহাক্না খ্বাইদগী মসুংচনবা আত্মানি। মহাক্না তাইবঙ অসিগী, পুক্নিংগী, প্রাণগী অমসুং ইন্দ্রিশিংগী অধিষ্ঠান ( তুংনফম, ঙাকলো, য়ুম্ফম, লৈফম্নি ) নত্রগা আধারনি। উপাধিশিং হায়বদি হকচাং, পুক্নিং, প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিশিং লৈবা মরম্না, ব্রহ্ম লৈ হায়বসি লেপ্পী, তাকই অমসুং খঙহল্লি, মরমদি মখোয়শিংগী থবকশিং অসিগী মরুমদা মশানা মশাবু খঙবা মশক অমদি লৈগদবনি। অদুনা মহাকপু করম্না অসৎ নত্রগা করিম্নু লৈত্রবা হায়না নঙনা কৌবা য়াগদগে ?

থৌরী অদু খঙদদুনা লিলনি থোনজিনবা গুণ অমসুং দোষ অদুনা শোকপা লৈতে (হায়বদি থৌরী ওইবদু অদুমক লৈ), অসিগুম্না থোনজিনবা ওইবা তাইবঙপান, হকচাং, পুক্নিং, প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিশিং অসিনা পরব্রহ্ম নত্রগা থরাই পানবা পুম্বা অমত্তা ওইবা খঙবা ( ফাওবা ) হায়বা অমা অদুমক লৈ। অদুগুম্বা অমত্তা ওইবা, অমগীসু ওইবা, অমগীসু ওইবা খঙবা ( চেতনা ) হায়বসি শিবা নাইদে, মতোম্মত্তা ঙাল্লি অমসুং পুন্নমক্তা শীন্নুংনা লৈ। অদুগুম্বা অমত্তা ওইবা খঙবা হায়বদু পরব্রহ্মনি। হকচাং, প্রাণ, ইন্দ্রি অমসুং পুক্নিং হায়বসিদি মহোশানা খঙদবা (জড়) নি। তৌইগুম্বসুং মখোয় অসি ব্রহ্মনা চৎহন-লেঙহনবনি। ব্রহ্ম নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞ অসি চুম্না লৈবগী মরম্না মখোয়না থবক তৌই। উপাধিশিং নত্রগা ঙমখৈ নাইহনবা মিংথোনশিং অসিদি (মায়া) তৌশিন্নবনি। অদুনা মখোয় অসি খঙবা নত্রগা চৈতন্য মানবদনি। য়োৎচাবী অমগী মনাক্তা য়োৎ মচেৎ অমনা লৈবা মতমদা য়োৎ মচেৎ অদুনা য়োৎচাবী মানবগুম্না তৌবনি।

থৌরীদা লিলগুম্না তাইবঙপান পুম্বসি ব্রহ্মদা থোঙ্গিনবনি। মসি অধ্যারোপনি। মসি অপবাদকী যুক্তিনা ( নেতি নেতি হায়বা শ্রুতিনা ) খায়দোকই।

শ্লোক অসি শ্বেতাশ্বতরোপনিষদতগী লৌথোকপনি। ( ৩—১৬ )।

সর্বেন্দ্রিয়গুণাভাসং সর্বেন্দ্রিয়বিবর্জিতম্ ।
অসক্তং সর্বভৃচ্চৈব নির্গুণং গুণভোক্তৃ চ ॥১৪॥

(সর্বেন্দ্রিয়গুণাভাসম্) ইন্দ্রিশিংগী থবক্না ভাল্লদুনা, (সর্বেন্দ্রিয়বিবর্জিতম্) (অদুম ওইনমক) ইন্দ্রিশিং অদু য়াওদনা, (অসক্তম্) অপান্বা লৈতবা, (সর্বভৃৎ) (অদুম ওইনমক) পুম্নমকপু ভাক্লুনা, (চ) ১মুং, (এব) মু, (নির্গুণম্) গুণশিং য়াওদবা, (গুণভোক্তৃ) (অদুম ওইনমক) গুণশিংবু খঙবা ওইবা, (চ) অমসুং ॥১৪॥

১৪। ইন্দ্রিশিংগী থবকশিংনা কোঙদোক্লুনা, অদুবু ইন্দ্রিশিংদি য়াওদনা : অপান্বা লৈতবা, অদুবু পুম্নমকপুদি ভাক্লুনা ; গুণ পুম্বা লৈতবা, অদুবু মখোয়শিংবুদি খঙবা ॥১৪॥

**অকুপ্পা ৱারোল :—** ব্রহ্ম হায়বসিনা মীৎশিং য়াওদনা উই, নাকোংশিং য়াওদনা তায়, নাতোন য়াওদনা মনম নমই, চীন য়াওদনা চায়, উনশা য়াওদনা শোকপা খঙই, খুৎ য়াওদনা লৌই, খোঙ য়াওদনা কোয়। মহাক উদবা অউবনি, তাদবা অতাবা মশক্নি, য়াখল খল্লবা অখনবা মশক্নি। মহাক নত্তবা অতাবা, অউবা, অখনবা মশক অতোপ্পা লৈতে। মহাক অসি আত্মা, মুংগী নিংথৌ, শিবা লৈতবা মশক্নি। (বৃহদারন্যকোপনিষদ ৩—৭—২৩)। মশক অসি গুণশিংদগী লাম্হোকপা মশক্নি অদুগা গুণ পুম্নবুসু চাবা (ভোগ তৌবা) মশক্নি।

"ইন্দ্রি পুম্নমক" : খঙননবা হকচাং কায়াৎ মঙা ( জ্ঞানেন্দ্রি ) অমসুং থবক তৌননবা হকচাং কায়াৎ (কর্ম্মেন্দ্রি) মঙা। মুংগী ইন্দ্রিশিং পুক্নিং অমসুং বুদ্ধি মখোয়শিং অসি ইন্দ্রি পুম্নমক হায়বগী মনুংদনি। কর্ম্মেন্দ্রি অমসুং জ্ঞানেন্দ্রিশিং অসি পুক্নিং অমসুং বুদ্ধিগা লোয়নরবদদা মখোয়গী মথৌ তৌই। মখোয়না মরম্নাই ওইনা থবক তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা পুক্নিং অমসুং বুদ্ধি অসি ইন্দ্রি পুম্নমক হায়বদা মনুং চল্লি।

ব্রহ্ম হায়বসি ৱাংমদা লৈবা অমসুং ফোংদোক্তবা মশক্নি তৌইগুম্বসুং মহাক্না মশামকপু মুং অমসুং পানগী ইন্দ্রিশিংগী উপাধিশিংনা মরম ওইদুনা, ফোঙদোকই। মহাক্না ইন্দ্রিশিং লৈতবা মরম্না মহাক্না অপান্বা লৈতে অদুগা পুম্নমকপুদি মহাক্না ভাকই মহাক্না খুদিংমক্কী অধিষ্ঠান, আধার নত্রগা আশ্রয় ( তুংনকন্নি ) মহাক্কী সত্ব, রজ অমসুং তম হায়বা গুণশিং লৈতে অদুগা গুণশিং অসিগী (ভোক্তা) চাবা মশক্নি। ব্রহ্ম হায়বসি থাঙ্গৈশেংনমক অঙকপা মশক অমনি।

শ্লোক অসি শ্বেতাশ্বেতরোপনিষদতগী লৌবনি ( ৩—১৭ )।

বহিরন্তশ্চ ভূতানামচরং চরমেব চ।
সূক্ষ্মত্বাত্তদবিজ্ঞেয়ং দূরস্থং চান্তিকে চ তৎ ॥১৫॥

(বহিঃ) য়াওদবা, (অন্তঃ) মনুং, (চ) অমসুং, (ভূতানাম্) থরাই পানবা (পুম্বা) গী (অচরম্) চত্তবা, (চরম্) অচৎপা, (এব) মু, (চ) অমসুং, (সূক্ষ্মত্বাৎ) মহাক্না কুপ্পা মরম্না, (তৎ) মদু, (অবিজ্ঞেয়ম্) খঙবা ওইদবা, (দূরস্থম্) লাপই, (চ) অমসুং, (অন্তিকে) নকই, (চ) অমসুং, (তৎ) মদু ॥১৫॥

১৫। অচৎপা অমস্তুং চত্তবা থরাই পানবা পুম্বগী স্থুং অমস্তুং পান ; মহাকী কুপ্পা মরম্না খঙবা ওইদবা ; অমস্তুং মহাক অড্ড নকই অমস্তুং যাম্না লাপ্পা ওই ॥১৫॥

**অকুপ্পা বারোল :—** ব্রহ্ম হায়বসি আকাশ নত্রগা অহাঙবগুম্না কুপই। মহাক্না যাম্না কুপ-থিবা মরম্না মঙাল কংদ্রিবা মী অমগদি মহাকপু খঙবা লাকশিনবা ঙমদে। অরান-খুভম কংননবা পাম্ধে মরি বিবেক ( লোইবা নাইদবা অমস্তুং নাইবা অনিবু খনদোকপা ঙম্বগী পাঙল ), বৈরাগ্য ( পামদবা ) নচিংবা ( সাধনা চতুষ্টয়ম্ ) অসিবু লৈত্রিবা ( সিদ্ধ ওইদ্রিবা ) মীওই অদুদি মহাক অসি খঙগদবা ওইদে। ব্রহ্ম হায়বসি অশিংবা মীওইতনা খঙই অমস্তুং কংই। ব্রহ্ম হায়বসি উত্তম অধিকারী সাধনা মম্নি পাঙথোক্লবা মীওই ( সাধকতনা ) কংই। ব্রহ্ম হায়বসি অশিংবা নত্রগা মঙাল লৈরবা মীওই অদুদা যাম্না নক্না লৈ মরমদি মহাক অসি মাগী আত্মামক্নি। সংসারীদা নত্রগা ইন্দ্রিগী মুঙাইবদা ঈরাকনদুনা লৈবা অপঙবা মীওই অদুদদি মহাক ( ব্রহ্ম ) অসি যাম্না লাপই। অপঙবা নত্রগা মঙাল লৈত্রিবা মীওইশিংদদি চহি কোটি কয়াদস্থ মহাক অসি কংগদবা ওইদে।

"অনকপা অমস্তুং অরাপ্পা" ( অসি ঈশাঃ (৫) অমস্তুং মন্তুক উপনিষদত্তা ৩—১৭ ) তা কংই।

অবিভক্তং চ ভূতেষু বিভক্তমিব চ স্থিতম্।
ভূতভর্তৃ চ তজ্জ্ঞেয়ং গ্রসিষ্ণু প্রভবিষ্ণু চ ॥১৬॥

(অবিভক্তম্) থায়দোক্তবা, (চ) অমস্তুং, (ভুতেষু) থরাই পানবদা, (বিভক্তম্) খাইদোকপা, (ইব) গুম্না, (চ) অমস্তুং, (স্থিতম্) লৈবা, (ভুতভর্তৃ) থরাই পানবশিংগী ঙাক্লো ওইবা, (চ) অমস্তুং, (তৎ) মদু, (জ্ঞেয়ম্) খঙগদবা ওইবা, (গ্রসিষ্ণু) য়োৎশিনবা, (প্রভবিষ্ণু) পোকথোরকপা, (চ) ১স্তুং ॥১৬॥

১৬। অদুগা খাইদোক্তনা, মহাক্না খাইদোকপগুম্না থরাইপানবশিংদা লৈ ; থরাই পানব-শিংগী ঙাক্লোনি হায়না মদুবু ( ব্রহ্মবু ) খঙগদবা ওই ; মহাক্না য়োৎশিল্লি অমস্তুং মহাক্না পোকথোকরকই ॥১৬॥

**অকুপ্পা বারোল :—** মহাক অদুনা থরাই পানবশিংবু ঙাক্লো শাবা, য়োনশিনবা অমস্তুং পোক-থোকলকপা মহাক অদু মদুনি ( ব্রহ্মনি ) হায়না লৌগদবনি। ব্রহ্মনা মওং অমস্তুং মমিংশিংগী তাইবঙ অসি শেমই ; বিষ্ণুনা ঙাকই নত্রগা লেঙহন্দনা থমই ; রুদ্রনা মাঙহল্লি। মহাক অসি মথল মথাগী হকচাংশিং অসিদা খাইদোক্কে। মহাক অসি অহাঙবগুম্না অমত্তুনি। অকাশগুম্না মহাক পুম্বদা শীন্থুংনা শিল্লি। মহাক খাইদোকপা য়াদে অমস্তুং অমত্তুনি ; তৌইগুম্বস্তুং মওং-শিংদা মশাবু খাইদোকপগুম উই অমস্তুং তোঙান তোঙান লৈরিবশিং অসিগুম্না উই। মহাক অসি মরুদদি খাইদোক্তবনি। মহাক অসি থরাই পানবশিংদা খাইদোকপগুম উবদনি।

মহাক্না তাইবঙ অসি মহাপ্রলয় নত্রগা পুমলুপ লুপশিনবা মতমদা য়োৎশিল্লি। মহাক্না উৎপত্তি নত্রগা তাইবঙ থোরকপা মতমদা তাইবঙ আস শেমই। তাইবঙ অসিগী লৈবা মতমদা, মহাক্না থরাই পানবা পুম্ববু স্থিতিগী মতমদা ঙাক্লো ওই।

মীংদা হৈনা লোৎতুনা লৈবগুম ব্রহ্মসু, হকচাং পুম্বদা লোত্তুনা লৈ।

অতিয়া অমত্তবু চকু, য়ুম (ঘটাকাশ, গৃহকাশ) হায়দুনা, ঙমখৈ নাইহনবা নত্রগা উপাধিশিংনা মরম ওইনা তোঙান তোঙানবা ওইনা উহল্লি; অসিগুম্না (হকচাং) উপাধিনা মরম ওইদুনা খাইদোকপা য়াত্রবা অমত্তা ওইরবা ব্রহ্মবু তোঙান তোঙান্না উহল্লি। (অঃ ১৮ - ২০)।

(পূর্ব্বপক্ষ) চিংনবা : খঙগদবা ওইবা নত্রগা জ্ঞেয়ব্রহ্ম (ক্ষেত্রজ্ঞ) অসি পুম্নমক্তা শীগ্নুংনা লৈ। মহাক্না মকম থুদিংদা লৈ, অদুগা মহাকপুদি খঙবা ঙমদে। মরম অসিনা মহাক অসি (তম) অমম্বগী মশক্লি।

(উত্তরপক্ষ) পাউখুম : নত্তে, মাদু ওইবা য়াদে। অদুগী মথংদা করি ওই। মহাক অসি মঙালগী মঙালনি।

জ্যোতিষামপি তজ্জ্যোতিস্তমসঃ পরমুচ্যতে।
জ্ঞানং জ্ঞেয়ং জ্ঞানগম্যং হৃদি সর্বস্য বিষ্ঠিতম্ ॥১৭॥

(জ্যোতিষাম্) মঙালশিংগী, (অপি) সু, (তৎ) মাদু, (জ্যোতিঃ) মঙাল, (তমসঃ) অমম্বদগী, (পরম্) রাংমদা, (উচ্যতে) (অদুনি) হায়, (জ্ঞানম্) জ্ঞান, (জ্ঞেয়ম্) খঙগদবা ওইবা মহাক অদু, (জ্ঞানগম্যম্) জ্ঞানগী লমথুংকম, (হৃদি) থম্মোয়দা, (সর্বস্য) পুম্নমকী, (বিষ্ঠিতম্) কমদুনা লৈবা ॥১৭॥

১৭। মঙালশিংগী মঙাল অদু অমম্বগী রাংমদা লৈ হায় : জ্ঞান, খঙগদবা ওইবা, জ্ঞানগী লমথুংকম ওইবা পুম্নমকী থম্মোয়শিংদা কমদুনা লৈবা ॥১৭॥

অকুপ্পা বারোল :— পরব্রহ্ম নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞ হায়বসিনা বুদ্ধি, পুক্নিং, মুমিৎ, থা, থরানমিচাকশিং, মৈ অমসুং লোংথাংবু ঙালহল্লি। মহাক অসি মতোম্মতা ঙাল্লি (স্বয়ং প্রকাশ)। "মুমিৎনা মকম অদুদা ঙান্দে, নত্রগা থানসু অমসুং থোরানমিচাকশিংনসু ঙান্দে, নত্রগা লোংথাংশিং অসিনসু ঙান্দে অমসুং মৈ অসিনা হেন্না ঙান্দে। মহাক্না ঙানবা মতমদা, থুদিংমক মাগী মতুংদা ঙাল্লি; পুম্নমক অসি মহাকী মঙালনা ঙাল্লি" (কথোপনিষদ ৫ - ১৫ অমসুং শ্বেতাশ্বেতরোপনিষদ ৬—১৪)।

"জ্ঞান" : নোল্লুকপগুম্বা (১৩, ৭—১১)।

"খঙগদবা ওইবা (জ্ঞেয়)" : অঃ ১৩, ১২—১৭ তা হায়খিবগুম্না।

(জ্ঞানগম্যং) জ্ঞানগী লমথুংকম : (জ্ঞানতনা খঙবা ঙমগদবা ওইবা) অদুম অসি থরাই পানবা পুম্নমকী থম্মোয়দা (বুদ্ধিদা) কমদুনা লৈ। মুমিৎকী মঙাল্লা পোৎ পুম্বদা তারবসু অরংবা অমসুং অরাবা পোৎশিং হায়বদি মিংশেন, সূর্য্যকান্ত মণিদনা হেন্না লুংনা মঙাল তাই। অসিগুম্না ব্রহ্মনা পোৎ পুম্বদা মমি লৈরবসু বুদ্ধি নত্রগা থম্মোয়না ব্রহ্মদগী য়াম্না হেন্না মঙালবু লৌশিল্লি।

(য়েংগদবা অঃ ১০—২০ ; ১৩ - ৩ ; ১৮—৬১)।

ইতি ক্ষেত্রং তথা জ্ঞানং জ্ঞেয়ং-চোক্তং সমাসতঃ।
মদ্ভক্ত এতদ্বিজ্ঞায় মদ্ভাবায়োপপদ্যতে ॥১৮॥

(ইতি) অসুম্না, (ক্ষেত্রম্) লৌবুক, (তথা) গুরুসু, (জ্ঞানম্) জ্ঞান, (জ্ঞেয়ম্) খঙগদবা ওইবা, (চ) অমসুং, (উক্তম্) হায়খ্রে, (সমাসতঃ) শন্না, (মদ্ভক্তঃ) ঐগী ভক্ত, (এতৎ) মাসি, (বিজ্ঞায়) খঙদুনা, (মদ্ভাবায়) ঐগী ওইবা মশক্তা, (উপপদ্যতে) চঙই ॥১৮॥

১৮। অসুম্না লৌবুক, জ্ঞান অমসুং খঙগদবা ওইবসু শন্না হায়খ্রে। ঐগী ভক্তনা অসুম্না খঙদুনা ঐগী ওইবা মশক্তা চঙই ॥১৮॥

**অকুপ্পা বারোল :—** মহাক অদুনা মাগী পুক্লিং অমসুং (হকচাং) কায়াংশিংবু লাকশিল্লবা, খঙগদবা ওইবা মশক অমসুং লৌবুকী জ্ঞান লৈরবা, অমসুং মাগী পুক্লিং অদুনা ঐ:ভোন্দা লেপ্তুনা লৈরবা মহাক অদুনা ঐগা লোয়নননা অমত্তা ওই।

অসুম্নাঃ অপৌবা পোৎচঙদগী হৌদুনা লৈতাবা হায়বদুনা লোইবা ফাওবা, [অঃ ১৩ শ্লোক ৫ – ৬] অদুগা নোল্লুকপদগী হৌদুনা অশেংবা জ্ঞানবু ফংবা ফাওবনা লোইবা [অঃ ১৩ শ্লোক ৭ – ১১ ], অদুগা খঙগদবা ওইবা হায়না [অঃ ১৩ শ্লোক ১২-১৭]তা মথক্তা হায়খ্রিবশিং অসি-মখোয় অসি শন্না হায়রবনি।

ঐ:ভোন্দা অমত্তা ওইবা পুক্লিংগী ভক্তিনা মহাকী ওইবা, অথোইবা মপু, পুম্নমক খঙবা, অথোইবা গুরু [পরম গুরু], বাসুদেব ঐহাকপু, পুম্নমকী আত্মা (সর্বাত্মাভাব) নি হায়না লৌরবা, মহাক অদুনা উরিবা, তারিবা, শোক্লিবা পুম্নমক অসি বাসুদেব নত্তনা করিগুম্বা অতৈ অমা নত্তে হায়না খল্লবা অমসুং ফাওরবা মহাক অদু, মথক্তা হায়খ্রিবা অশেংবা জ্ঞান অদু মহাক্কী লৈরবা মহাক অদুনা ঐগী ইশক্তা [ঐ:ভোন্দা] চঙই নত্রগা শিবা অমসুং পোকপদগী লাম্থোকপা হায়বদু ফংই।

প্রকৃতিং পুরুষং চৈব বিদ্ধ্যনাদী উভাবপি।
বিকারাংশ্চ গুণাংশ্চৈব বিদ্ধি প্রকৃতিসংভবান্ ॥১৯॥

(প্রকৃতিম্) পোৎচঙ, (পুরুষম্) লাইনিংথৌ, (চ) অমসুং, (এব) সু, (বিদ্ধি) খঙউ, (অনাদী) অহৌবা নাইদবা, (উভৌ) অনিমক, (অপি) সু, (বিকারান্) ওল্লকপা মওং, (চ) অমসুং, (গুণান্) গুণশিং, (চ) অমসুং, (এব) সু, (বিদ্ধি) খঙউ, (প্রকৃতি সম্ভবান্) প্রকৃতিনা পোকপা ॥১৯॥

১৯। প্রকৃতি অমসুং পুরুষ হায়বদি অহৌবা লৈতে হায়বসি নঙ খঙউ ; অমসুং মওং অমসুং গুণপুম্নসি প্রকৃতিদগী পোকপনি হায়বসিসু নঙনা খঙউ ॥১৯॥

**অকুপ্পা বারোল :—** মথক্কী কাশিং ফংননবগীদমক থাকশিং চঙই। অসিগুম্বা আত্মজ্ঞানগী মতোন অদু য়ৌননবগীদমক থাকশিং দরকার ওই। মরম অসিনা ভগবান কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু জ্ঞানগী মতোন অদু য়ৌননবগীদমক থাক থাক ওইনা পুখৎলমই।

মহাক্না ইহান হানবদা অর্জ্জুনবু ক্ষেত্রগী হৌনশা (স্বভাব) করিনো হায়বসি তম্বীরমই, অদুদগী জ্ঞান, (অবিদ্যা) খঙদবা নত্রগা খঙবা-নঙবা, অদুগী মতুংদা খঙগদবা ওইববু তম্বীরমই। অঙাং অমবু পীজবা মতমদা অশিংবা মমা অদুনা চাগদবা পোৎ অদু খর খর থোক্লা খায়দোকই ১সুং অঙাং অদুদা খর খরত ওইনা ইনবী অমসুং পীজৈ অসিগুম্বা ভগবান কৃষ্ণনা অধ্যাত্মিক্কী (জ্ঞানদা) অঙাং ওইবা অর্জ্জুনবু অধ্যাত্মিক্কী চিঞ্জাক অসি খর খর ওইনা পীজরমই।

ভগবান কৃষ্ণনা হায় : "হে অর্জুন! হৌজিক ঐনা চপমান্নবা পাউতাক অদু অতোপ্পা মওং অমদা পুরুষ অমসুং প্রকৃতি হায়না তাক্লুনা নঙোন্দা পীগনি।"

হৌজিক ফাওবদি ভগবান কৃষ্ণনা হকচাং (ক্ষেত্র) অমসুং আত্মা (ক্ষেত্রজ্ঞ) গী জ্ঞান অসি উপনিষদকী দর্শন (রাখল ঈচেল) মতুংইন্না তাকপিরি। হৌজিক অদুগুম্বা চপমান্নবা জ্ঞান অদু সাংখ্যগী (রাখল ঈচেল) মতুংইন্না তাক্লি, তৌইগুম্বসুং মাদুগী (সাংখ্যগী) প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনি অসি খেন্নৈ হায়বা কীরেপ অদুবুদি য়াদে।

"বিকারশিং" : মহৎতত্ব নত্রগা (বুদ্ধি) দগীনা অপোবা হকচাং ফাওবা, সাংখ্যগী তত্ব কুনমরি। মুংগী আত্মা অসি অহোংবা লৈতে। অহোংবা পুম্বসি প্রকৃতি নত্রগা হৌনশাগীদদা ওই। মূলপ্রকৃতি নত্রগা অব্যক্ত (ফোঙদোক্তবা মশক) অসিনা মহৎ, অহঙ্কার, পুক্লিং, অচৌবা পোৎচঙ (মহাভূতশিং) অমসুং অতৈ মওং মচা মচাশিং ফোঙদোরকই।

উন অমসুং অঈংবা, মুংথিল অমসুং মুমিদাংনা কায়নবা য়াদবা অসিগুম্বা প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনি অসি কায়নবা য়াদে। সত্ব, রজ অমসুং তম হায়বা গুণ অহুম অসি প্রকৃতিদগী পোকপনি। পুক্লিং, প্রাণ, ইন্দ্রি অমসুং অপোবা হকচাং অসিদগী থবকশিং অসি থোরকই।

সাংখ্য দর্শনগী মতুংইন্না প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনি অসি লোইবা লৈতবা অমসুং অহৌবা লৈতবদা নত্তনা অমগা অমগা মথা পোন্নদে অমসুং মশানা মশা শাজবনি হায়। বেদান্ত দর্শনগী মতুংইন্না প্রকৃতি নত্রগা মায়া অসি ব্রহ্মদগী থোরকই। মরম অসিনা মশানা মশা শাজবা নত্তে নত্রগা মথা পোন্দবসু নত্তে। মায়া হায়বসি ঈশ্বরগী মপুংফাবা রায়েন মথাদা লৈ। মায়া হায়বসি মহাকী (ঈশ্বরগী) (কারণ শরীর) মরুগী মশক ওইবা হকচাংনি। মায়া হায়বসি মহাকী গুন্নাংপা পাঙ্গল শক্তি) নি।

প্রকৃতি অমসুং পুরুষ, পোৎচঙ অমসুং থরাই অসি ঈশ্বরগী প্রকৃতি অনীনি। প্রকৃতি অমসুং পুরুষ হায়রিবা অনি অসি অহৌবা লৈতে হায়বসি খঙউ। অহৌবা লৈতবা অহুবু অনাদী কৌই। ঈশ্বরনা লোইবা নাইদবা মরম্না, মহাকী প্রকৃতি অনি অসিসু লোইবা নাইদবনি।

(মাসি সাংখ্যশিংগী মতুং ইনবনি)।

পরা অমসুং অপরা হায়না ঈশ্বরগী প্রকৃতি অনিথক লৈ, মাসিনা মরম ওইদুনা মহাক্না তাইবঙসিবু শেম্বা [সৃষ্টি], [স্থিতি] লেঙদনা থম্বা, [সংহার] মাঙহনবা হায়বসি থোকহল্লি। মরম অসিনা মহাকী মপু ওইবা [প্রভূত্ব] অসি লৈ অমসুং তাইবঙ অসিবু ঙাকশেল্লি (শাসন) তৌই। প্রকৃতি অনি অসিগী অহৌবা লৈতে। মরম অসিনা মথোয় অসি সংসারগী মরম ওই।

অধ্যায় তরেৎকী শ্লোক ৪ দা পনখিবা মখল নিপাল ওইবা অপরা প্রকৃতি হায়বদু অধ্যায় ১৩ গী শ্লোক ১৯ দা পনলিবা প্রকৃতি হায়বসিনি। অধ্যায় ৭ কী শ্লোক ৫ দা পনখিবা পরা প্রকৃতি নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞ হায়বদু অধ্যায় ১৩ গী শ্লোক ১৯ দা হায়রিবা পুরুষ অনীনি। "পুরুষ" হায়বসি মফম অসিদা "জীববু" হায়বনি।

অতাং অণীকপা অমা কাওবগু নোকই, হরাওবা (হর্ষ), অৱাবা (শোক) অকিবা, অশাউবা, নুংঙাইবা অমসুং অনাববু খঙই। কনানা অতাং অমবু মোমোন নোকপা ভম্বীবগে? মখোয়শিং অসিগী মপোক অসিদা তৌবা অকবা অমসুং কত্তবা থবকশিংগী সংস্কারশিংনা মরম ওইবা য়ারোই। নহালমুকী মপোক্কী সংস্কারতনা মখোয়শিং অসিগী মরম ওই। নহালমুকী মপোক্কী সংস্কারশিং অসিগী তুংনফম (আশ্রয়) অমদি শোয়দনা লৈকম থোকই।

মাসিদগী ঐখোয়না নহালমুকী মপোক্তা জীব লৈবগী য়াকম অসি শেংনা যুক্তিনা খঙবা ঙমই অমসুং মাদুদি জীব হায়বসি অনাদী নত্রগা অহৌবা লৈতবনি। জীববু অনাদীনি হায়বা অসি লৌত্রবা নত্রগা য়াত্রবদি কৃতনাশ অমসুং অকৃতভ্যাগম হায়বা দোষ অনিথক চঙশিনলকনি। মমাঙৈদা তৌখিবা অকবা অমসুং কত্তবা থবকশিংগী মহৈশিং ওইবা নুংঙাইবা অমসুং অনাবা ওইবশিং অসি চাদনা কংদনা অতুম লাম্লোকখিগনি। মসিনা কৃতনাশ হায়বা দোষ নত্রগা অহোবা অশোয়বা অদুনি। অসিগুম্না মমাঙৈদা মহাক্না তৌখিবা নত্তবা অকবা অমসুং কত্তবা থবকশিংগী মহৈশিং ওইবা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অদু মহাক্না চাবা নত্রগা কংবা ভাবনি। মাসিনা অকৃতভ্যাগম হায়বা দোষ নত্রগা অহোবা অশোয়বা অদুনি। অসিগুম্বা দোষ অনি অসি লৈতবগী দমক ঐখোয়না জীব অসি অনাদীনি, অহৌবা লৈতবনি হায়বসি য়াবা অমসুং লৌবা ভাবনি। শ্রুতিশিংনসু য়াম্না কন্না জীব অসি অনাদীনি হায়না হায়।

কার্য্যকারণকর্তৃত্বে হেতুঃ প্রকৃতিরুচ্যতে।

পুরুষঃসুখদুঃখানাং ভোক্তৃত্বে হেতুরুচ্যতে ॥২০॥

(কার্য্যকারণকর্তৃত্বে) থবক অমসুং মহৈবু পোকপদা, (হেতুঃ) মরম, (প্রকৃতিঃ) প্রকৃতি, (উচ্যতে) ওই—হায়, (পুরুষঃ) পুরুষ, (সুখদুঃখানাম্) নুংঙাইবা অমসুং অৱাগী, (ভোক্তৃত্বে) কংদবা, (হেতুঃ) মরম, (উচ্যতে) ওই—হায় ॥২০॥

২০। থবক অমসুং মহৈ অদু পোকহনবগী প্রকৃতিনা মরম ওই হায়; অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা কংবদনা পুরুষনা মরম ওই হায়।

অকুপ্পা বারোল:—অৱাবা অমসুং অনাবা অনি অসি অকবা অমসুং কত্তবা থবকশিংগী মহৈনি। অপাম্বগী পাঙল অদুনা পুক্নিংদা থবক তৌই অমসুং অপাম্বা পোৎশিং অদু ফংননবগী-দমক পুক্নিংনা ইন্দ্রিশিংবু থবক তৌননবা ইনশিল্লি। অকবা অমসুং কত্তবা থবকশিং অসি প্রকৃতিদগী থোরকই অমসুং নুংঙাইবা অমসুং অৱাবদা চিংশিনলি। কত্তবা থবকশিংনা অৱাবা নুংঙাইত্তবা পোকই। অকবা থবকশিংনা নুংঙাইবা হরাওবা পোকই। পুরুষ, নত্রগা থরাই নত্রগা জীব অসিনা অচাবা মশক্তি। ইমুংগী মুপীনা থবক নোমই অমসুং ফজরবা অমসুং হাউরবা চাকলুকশিং শেমই; মপুরোইবা অদুনা মহাক্না নোম্বগী মহৈ অদু ভুমিন্না চায়-কংই। মহাক্না ঈংনা ফমই অমসুং মহাক্কী মপুক পেন্দ্রিবা কাওবা চায়। অসিগুম্না প্রকৃতিনা থবক তৌই অমসুং পুরুষনা মহাক্না নোম্বগী মহৈশিং অদু চায় হায়বদি অৱাবা অমসুং নুংঙাইববু কংই।

থোং মায়না লৈবা মতমদা, অফবা থবকশিং তৌই। রজ-না হেনবা মতমদা অফবা অমসুং ফত্তবা থবকশিং তৌই। তম-না হেনবা মতমদা পাপ লৈবা আইয়া য়াদবা, চুমদবা থবকশিং তৌই।

"পুরুষ" : জীব।

কারণ হায়বদি মরু হায়বগী মহুত্তা থরনা কারণ হায়বদি খুৎলাই হায়না পাবসু য়াওই। খুৎলাই হায়বদি জ্ঞান ইন্দ্রি মশা, কর্মেন্দ্রি মশা, পুক্লিং, বুদ্ধি অমসুং অহঙ্কার (তত্ব তরাহুমদোই নত্রগা হকচাংদা লৈরিবা তত্ব) শিং অসিবুনি।

"কার্য্য" :- মহৈ, (ফল) হকচাং অসি। হকচাং অমসুং ইন্দ্রি মশাবু শারিবা পোৎচঙ মশা, প্রকৃতিদগী পোকপা ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎ মশা অমসুং হকচাংবু শারিবা পোৎচঙশিং অসি "কার্য্য" মহৈ "ফল" হায়বা রাহৈ অসিগী মথাদা লাকই। প্রকৃতিদগী পোকপা গুণশিং হায়বদি অরাবা, অনাবা অমসুং শুকাৎপশিং অসিনা "কারণ" খুৎলাই হায়বা রাহৈ অসিগী মথাদা লাকই, মরমদি গুণশিং অসি খুৎলাইশিং ওইবা ইন্দ্রিশিং অসিদা লৈ।

হকচাং ইন্দ্রিশিং অমসুং মখোয়বু খণ্ডবা হায়বসি পোকপদা প্রকৃতিনা "কারণ" মরম ওই হায়। অসুম্না প্রকৃতিনা সংসারগী মরম "কারণ" নি।

চু অসি মরম 'কারণ" নি। চুহী, চিনি, চিনি অকেণ্ডবশিং অসি চুগী "কার্য্য" ওন্থোকপা মওংশিংনি। অতোপ্পা অমগী করিগুম্বা ওন্থোকপা মশক অদু অতোপ্পা অদুগী "বিকার" নত্রগা মশক ওনবনি অমসুং মশোন্দগী অসিগুম্বা মশক ওনবা অসি থোক্লক্লিবা মহাক অদু মরু নত্রগা (কারণ) নি. মশক অওনবা পুম্নমক অসিগী মরু নত্রগা হৌরকফমদি প্রকৃতিনি।

মহাক্না থুদিংমক থোকহল্লি। হকচাং কায়াৎ তন্না, পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিশিংগী ওইবা পোৎ মশা মহৈ নত্রগা অওনবা শক্তম্ নত্রগা বিকার তরাতরুক্লি।

মুল প্রকৃতিদগী মহৎ পোকই। মহৎতগী অহঙ্কার পোকই। মহৎ অসি মুল প্রকৃতিগী (কার্য্য) মহৈনি অদুগা অহঙ্কারগীদি মরম (কারণ) নি। মরম অসিনা মহৎ অসিবু প্রকৃতি-বিকৃতি কৌই। মহৎ, অহঙ্কার অমসুং পঞ্চতন্মাত্র হায়বদি পোৎচঙগী মরু হৌফম ওইবা মচাকশিং অসিনা প্রকৃতি-বিকৃতি তরেৎনি। মখোয়শিং অসিগী খুদিংনা মখোয়গী মমাঙ-মমাঙ অদুগী (বিকার) অওনবা শক্তম ওই অমসুং মথং মনাও নাইনা মতুংদা লাকপা অদুগী (কারণ) মরম ওই। তন্মাত্র মশা অসিনা অপোৎবা মচাক মশা অসিগী (কারণ) মরম ওই। মখোয়শিং অসি অকুপ্পা মহাভূত হায়বদুনি। তরেৎশিং অসি প্রকৃতি অমসুং বিকৃতি, কার্য্য অমসুং কারণ, মরম অমসুং মহৈ খুদক অদুদা ওই অমসুং "কারণ" হায়বা রাহৈ অসিগী মথাদা মসুং চল্লি।

হকচাং, ইন্দ্রিশিং, পুক্লিং, প্রাণ অমসুং বুদ্ধিগী ধর্মশিং অসি অশেংবা আত্মাগী মথক্তা থোল্লিল্লি। অদুনা খণ্ডদবা মীশিংনা হায় : "ঐ মুই; ঐ নোয়; ঐ লামই; ঐ শাউই; ঐ না-পঙই; ঐ মীৎ ভাঙই; ঐহাক মা-মাদুগী মচানি; ঐনা খঙই; ঐনা অতোবা মীনি, ঐনা অচাম্বা অকংবা মীনি অসিনচিংবা।

বুদ্ধি নত্রগা লৌশিং হায়বসি য়াম্না কুপ্ ই। মসি থাইদগী কুপওবা আত্মা হায়বদুগা য়াম্না নক্লনা লৈ। চৈতন্য আত্মা হায়বসি বুদ্ধিদা (চিদাভাস) মমি ভাই অদুনা চৈতন্যগা মান্নবা বুদ্ধি অসিনা খঙই, ফাওই (অমুভব তৌই): "ঐ অসি অশেংবা জ্ঞান নত্রগা চৈতন্যনি। ঐনা অরাবা অমসুং নুংঙাইববু ফংবা ফাওই।" অশেংবা আত্মাগী গুণশিং অদু বুদ্ধিদা থোঙ্জিল্লি। অদুনা (অন্যোন্য অধ্যাস) অমগা অমগা থোঙ্জিনব। অসি বুদ্ধি অমসুং আত্মা নত্রগা প্রকৃতি নত্রগা পুরুষ অনি অসিগী লৈ। মসিনা সংসার অসিগী মরম (কারণ) নি।

পুরুষ, জীব, ক্ষেত্রজ্ঞ, ভোক্তৃ (অচাবা মশক) মখোয় পুম্বা অসি রাহৈ অমত্তনি। মক্কম অসিদা হায়রিবা পুরুষ অসি পরমাত্মা নত্রগা পরব্রহ্মবু নত্তে। মসি অবস্থাগী মখাপোনবা জীব নত্রগা অরাবা অমসুং নুংঙাইববু ফংলিবা সংসারী অদুবুনি। আত্মা নত্রগা ব্রহ্ম হায়বসিদ (নিত্যমুক্ত) মতম চুপ্পদা সংসারদগী লাপ্পোকপা অমসুং হোংবা লৈতবা মশক্নি।

প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অসি সংসার ওইরকপগী মরম (কারণ নি। প্রকৃতিনা হকচাং, প্রান, পুক্নিং, বুদ্ধি অমসুং ইন্দ্রিশিং অসিবু থোকহনলকই। পুরুষনা অরাবা অমসুং নুংঙাইববু ফংই। অরাবা অমসুং নুংঙাইববু ফংবা অদুবু সংসার হায়বনি। পুরুষ হায়বসি সংসারীনি। মহাক অসিনা অরাবা নুংঙাইববু চাবা মশক্নি (য়েংগদবা অঃ ১৫—৯)।

পুরুষঃ প্রকৃতিস্থো হি ভুঙক্তে প্রকৃতিজানগুণান্।
কারণং গুণসংগোঽস্য সদসদ্যোনিজন্মসু ॥২১॥

(পুরুষঃ) পুরুষ, (প্রকৃতিস্থঃ) প্রকৃতিদ লৈদুনা, (হি) লেপ্পমক. (ভুঙক্তে) চাই, (প্রকৃতিজান্) প্রকৃতিনা পোকপা, (গুণান্) গুণশিং, (কারনম্) মরমবু, (গুণসঙ্গঃ) গুনশিংদা নপ্পবা (লোয়নবা), (অস্য) মহাক্কী, (সদসদ্যোনিজন্মসু) অফবা অমসুং ফত্তবা নাওয়োমশিংদা পোকপগী ॥২১॥

২১। প্রকৃতিদা লৈদুনা পুরুষনা, প্রকৃতিদগী পোকপা গুণশিং অদুবু ভোগ তৌই; গুণবু পাম্বা হায়বসিনা অফবা অমসুং ফত্তবা নাওয়োমশিংদগী পোকপগী মরম (কারণ) ওই ॥২১॥

অকুপ্পা বারোল :—পুরুষনা প্রকৃতিদা লৈদুনা অমসুং প্রকৃতিগী অওনবা শক্তমশিং, হায়বদি হকচাং ইন্দ্রিশিং অসিগা মশা অমত্তা ওইশিন্দুনা প্রকৃতিগী গুণশিং অসিনা মরম ওইদুনা থবক তৌই অমসুং অরাবা নুংঙাইবা অমসুং শুক্নৎপবু ফংই। মহাক্না খল্লি: "ঐনা নুংঙাই, ঐ রায়, ঐ শুক্নাংলে, ঐ অশিংবনি।" মহাক্না অসুম তৌনা গুণশিং অসিগা লোয়নননা মহাক্না মশা অমত্তা ওইশিল্লবা মতমদা মহাক্না "ঐ" হায়বা অভিমান অদু তৌই অমসুং অশেংবা অমসুং শেংদবা নাওয়োমশিংদা মপোক লৌই।

পুরুষনা হকচাং, পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিশিং অসিগী মত্তেংনা ইন্দ্রিগী ওইবা পোৎশিং অসিবু চায়, ফংই অমসুং ভোক্তা হায়বদু (অচাবা মশক) অসুম্না ওই। ব্রহ্ম হায়বসিদি তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা অমসুং অভোক্তা মশক্নি। অরাবা, নুংঙাইবা অমসুং শুক্নৎপগী গুণশিং অসিদা মহাক্কী

অপাম্বনা পুরুষগী পোকন্নবগী মরুওইবা মরম (কারণ)নি। "সংসার" হায়বা য়াহৈ অসি শ্লোক অসিগী অনীশুবা তথায় অদুদা হাপচিল্লবদি মখাগী অর্থ অসি ফংগনি; "গুণশিংদা পাম্বা হায়বসি অফবা অমসুং ফত্তবা নাওয়োমদা পোকপগী মশক ওইবা মাগী সংসার হায়বদুগী মরম (কারণ) নি।"

অফবা নাওয়োম (সৎযোনি) হায়বদি লাই (দেব)শিং অমসুং অসিগুম্বশিংগী মপোক অদুবুনি; ফত্তবা নাওয়োম (অসৎযোনি) হায়বদি শাশিংগীগুম্বা হন্থবা জীবশিংগী মপোকপুনি। মীগী নাওয়োম (মপোক) অসিদি (সদাসৎ যোনি) অফবগা ফত্তবগা য়ানখায়নবা মপোকনি মরমদি য়ানখায়নবা থবকশিং তৌবদগীনি (অফবা ফত্তবা তোৎনবা)। "পুরুষ প্রকৃতিস্থঃ": পুরুষনা প্রকৃতিদা লৈদুনা। মাসি অবিদ্যানি। গুণশিংদা পাম্বা হায়বসি কামনি। অবিদ্যা অমসুং কাম অসিনা সংসারগী মরম (কারণ) ওই।

জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্যনা অবিদ্যা অমসুং কাম হায়বা সংসারগী মরম (কারণ) অসি অসিবু মাঙহনগনি। (য়েংগদবা অ: ১৪—৫; ১৫—৭)।

উপদ্রষ্টানুমন্তা চ ভর্ত্তা ভোক্তা মহেশ্বরঃ।
পরমাত্মেতি চাপ্যুক্তো দেহেস্মিনপুরুষঃ পরঃ ॥২২॥

(উপদ্রষ্টা) অয়েংবা মশক, (অনুমন্তা) অয়াবা মশক, (চ) অমসুং, (ভর্ত্তা) ঙাকলো ওইবা মশক, (ভোক্তা) অচাবা মশক, (মহেশ্বরঃ) অচৌবা মপুওইবা মশক, (পরমাত্মা) অথোইবা আত্মা, (ইতি) অসুম্না, (চ) অমসুং, (অপি) সু, (উক্তঃ) কৌই, (দেহে) হকচাংদা, (অস্মিন্) অসিদা, (পুরুষঃ) পুরুষ, (পর) অথোইবা ॥২২॥

২২। হকচাং অসিদা লৈরিবা অথোইবা পুরুষ অসিসু অয়েংবা মশক, অয়াবা মশক, ঙাকলো ওইবা মশক, অচাবা মশক, অচৌবা মপুগী মশক, অমসুং অথোইবা আত্মা অসুম হায়নসু কৌই ॥২২॥

অকুপ্পা ৱারোল :—"উপদ্রষ্টা" অয়েংবা, অউবা নত্রগা মনাক্তা লেপ্লুনা লৈবা, মনাক্তা ফমদুনা লৈবা কুমৈ য়েংবা মশক ওইবা। কনাগুম্বা পুরোহিত অমসুং যজ্ঞ তৌবা মী অমনা যজ্ঞ তৌবা মতমদা, যজ্ঞ তৌবদা হৈরবা অমসুং খঙলবা কনাগুম্বা মীওই অমনা মনাক্তা ফমদুনা লৈ। মহাক্না যজ্ঞ অদুদা করিগুম্বা থবক্কী শরুক অমত্তা লোদে। মহাক্না তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা মীওই অমা ওইনা ফমই। মহাক্না মখোয়বু লমজীংই। মহাক্না মখোয়গী অশোয়বশিং অদু খিন্দুনা ঙাকই অমসুং মখোয়বু চুমথোকই। অসিগুম্না পরমাত্মা নত্রগা পরব্রহ্ম হায়বসিদি থবক অমত্তা তৌদে। মহাক্না হকচাং, পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিশিংগী থবকশিংদা শরুক অমত্তা লোদে। মহাক অসি মখোয়শিংদগী ইতোপ তোপই। মহাক অসি মখোয়গী থবকশিংবু তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা মীশক্নি। মহাক্না প্রকৃতিগী মনাক্তা ফমই অমসুং মাগী থবকপু তুমিন্না য়েংই।

মসি লম্বী অতোপ্পা অমা ওইনা শন্দোকপা য়াই। হকচাং, মীৎ, পুক্নিং, বুদ্ধি অমসুং (আত্মা নত্রগা ব্রহ্ম) শিং অসিনা অউবা মশক হায়বছুনি। মথোয়শিং অসিগী মমুংদা হকচাংনা থ্বাইদগী মপানথংবা অয়েংবা মশক অদুনি; আত্মা নত্রগা ব্রহ্মনা থ্বাইদগী মমুংচনবা অয়েংবা অমসুং থ্বাইদগী নকপা অয়েংবা মীওই অদুনি। ব্রহ্মগী রাংমদা অতৈ অতোপ্পা মমুংচনবা অউবা মশক অমা অমুক লৈত্রে।

"অনুমন্তা": অয়াবা মশক। পরমাত্মানা অয়াবা য়াথংবু পী। মহাক্না ইন্দ্রিশিংনা, পুক্নিংনা অমসুং বুদ্ধিনা তৌবা থবকশিংগী মরমদা মহাক্কী অয়াবা অমসুং অপেনবা অদু ফোঙদোকই। নিংথৌ নত্রগা মহারাজনা য়াই অমসুং "হোয়" হায়না হায়। প্রধান মন্ত্রি অমসুং অতৈ অতৈ থবক তৌবশিং অদুনা য়াথং অদু পাঙথোকই। অসিগুম্না অপোইবা আত্মা অদুনা য়াই অমসুং য়াথং পী, হকচাং, পুক্নিং, বুদ্ধি, অমসুং ইন্দ্রিশিংনা মহাক মহাক্কী মথৌশিং অদু তৌই। নত্রগা ইন্দ্রিশিং, পুক্নিং অমসুং বুদ্ধিনা থবক তৌরিঙেদা মহাক মশামক্না থবক তৌদ্রবসু, মহাক অদু থবক্তা চঙশিনবগুম তৌই, মহাক্না মথোয়গী মতেং পীবগুম তৌই। মহাক্না চুম্না ইচম চম্না অয়েংবা মশক অমা ওইবা মরমনা মহাক্না কদৌঙেদসু হকচাং, পুক্নিং, বুদ্ধি অমসুং ইন্দ্রিশিংনা তৌবা থবক্কী লম্বীদা অকায়বা থোকহনদে।

"ভর্ত্তা": ঙাকলো ওইবা মশক। মপুরোইবনা মহাক্কী সুপী অদুগী ঙাকলো ওইবা অদুগুম্না, আত্মানা হকচাং অসি পুক্নিং, বুদ্ধি, প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিশিংগী ঙাকলোনি। মচাবু ঙাকলো য়ারিবা মপা অদুনা মচাদগী খেন্নবা অদুগুম্না, মহাক অদু মথোয়দগী খেন্নে।

"ভোক্তা": অচাবা মীওই। আত্মা হায়বসি নিত্য চৈতন্য স্বরুপ (মতম চুপ্পা ওইবা বুদ্ধি —খঙবা মশক ওইবা) নি। অশাবা হায়বসিনা মৈগী সুংপানগী তুবা হৌনশা ওইবগুম্না আত্মা হায়বসিগী ফৌনশা ওইবা মতৌদি মতমচুপ্পা খঙহুনদা লৈবা অসিবুনি। (বুদ্ধে প্রতায়) পুক্নিংগী অবস্থা ফিরেপ পুম্বা হায়র্বদি সুংঙাইবা, অরাবা অমসুং শুক্নৎপা হায়বশিং অসি খঙহুনা লৈবা মশক ওইবা আত্মানা থোকহনবনি অমসুং ঙাক্হনবনি (চৈতন্য আত্মা)।

চাকপু চারিবা গোবিন্দ অদুনা চাক্কুগী খেন্নবা অদুগুম্না, আত্মা হায়বসিনা বুদ্ধি, পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিশিংনচিংবদগী খেন্নে।

"মহেশ্বর": অচৌবা মপু মশক ওইবা। "সর্বাত্মাত্মাৎ স্বতন্ত্রত্বাৎ চ মহান ঈশ্বর চ ইতি মহেশ্বরঃ।" মহাক্না আত্মা নত্রগা থূদিংমক্কী মচং অমসুং পুম্নমক্কী মখা পোন্দবা ওইবা মরম্না মহাক মহেশ্বর নত্রগা অথোইবা মপু মশক ওই। অতিয়া হায়বসি য়াম্না চাউই, অদুনা মহাকপু মহেশ্বর কৌই। নিংথৌ নত্রগা মহারাজ অমনা মহাক্কী প্রজাশিংগা খেন্নে, অসিগুম্না আত্মা হায়বসিনা প্রকৃতি অমসুং মহাক্কী মওং নত্রগা কার্য্যশিং অসিদগী খেন্নে।

"পরমাত্মা" : অথোইবা আত্মা। মহাক অসি অথোইবা ওই, মরমদি মহাক্না অবিদ্যানা মরম ওইদুনা আত্মানি হায়না ওয়-তৈননা খল্লুবা মুলপ্রকৃতিদগীনা অপোৗবা হকচাং ফাওবা পোৎ পুম্নমক্তগী হেল্লি। য়োৎ মচেৎ অমনা য়োৎচাবী অমগী মমাঙদা লেঙবগুম্না পুক্নিং অমসুং বুদ্ধি অসিনা অশিবা (জড়) ওইরবসু পরমাত্মাগী মমাঙদদি লেঙই অমসুং মথৌ তৌই। থানা সুমিত্তগী মঙাল পুবগুম্না, পুক্নিং অমসুং বুদ্ধিনা পরমাত্মাদগী মথোয়গী মঙালবু পুই (লৌরুই)। পরমাত্মা হায়বসি মশানা মশা ঙানজবনি। পুক্নিং অমসুং বুদ্ধি অসি মশাগী মঙাল লৈজদে। শ্রুতিশিংদসু মহাকপু পরমাত্মা কৌই। "উত্তম পুরুষস্তনাঃ পরমাত্মেত্যুদাহৃতঃ।" তৌইগুম্বসুং অথোইবা খ্বাইদগী রাংবা পুরুষ হায়বা অথোইবা আত্মানি হায়না কৌনরিবা অসিদি ইতোপ তোপ্পা মশক্নি।" (অঃ ১৫—১৭)।

"ক্ষেত্রজ্ঞম্ চ অপি মাং বিদ্ধি—অঃ ১৩—১৩। লৌবুক পুম্বদা লৌবুকপু খঙবা মশক অমনি হায়না ঐবু নঙসু খঙউ" হায়বসি য়াম্না কুপ্পা শন্দোকখ্রে অমসুং রাকম অসি শ্লোক অসিদা মনুং চল্লে।

য এবং বেত্তি পুরুষং প্রকৃতিং চ গুণৈঃ সহ।
সর্বথা বর্তমানোঽপি ন স ভূয়োঽভিজায়তে ॥২৩॥

(যঃ) মহাক, (এবম্) অসুম্না, (বেত্তি) খঙই, (পুরুষম্) পুরুষবু, (প্রকৃতিম্) প্রকৃতিবু, (চ) ১সুং, (গুণৈঃ) গুণশিং, (সহ) লোয়নবা, (সর্বথা) লম্বী পুম্বদা, (বর্তমানঃ) হিংদুনা লৈবা, (অপি) সু, (ন) নত্তবা, (সঃ) মহাক, (ভূয়ঃ) অমুকহন্না, (অভিজায়তে) পোকই ॥২৩॥

২৩। মহাক অদুনা অসুম্না পুরুষ অমসুং গুণশিংগা লোয়নননা প্রকৃতিবু খঙলবা মহাক অদু, করিগুম্বা ফীরেপ ঙমদা মহাক্না লৈরবসু মহাক অদু অমুকহন্না পোক্কে ॥২৩॥

**অকুপ্পা ৱারোল :—** কনাগুম্বা অমনা পুরুষ অমসুং গুণশিংগা লোয়নবা প্রকৃতিবু খঙলবা মহাক অদুগী করিগুম্বা লমচৎ নত্ত্রগা পুন্সি ওইরবদসু, পোকপা অমসুং শিবগী চক্রদগী মহাক অদু লান্থোকই। প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনিগী খেন্নবা জ্ঞান লৈবগী খুদোংচাবা হায়ববু অসিনি। মহাক্না খঙই মদুদি মহাক অসি লোইবা নাইদবা অমসুং হোংবা লৈতবা মশক্নি অমসুং অহোংবা পুন্নমক অসিদি প্রকৃতিগী গুণনা মরম ওইদুনা থোকপা ঙাক্তনি। আত্মানা (অবিদ্যা) খঙদবনা মরম ওইদুনা হকচাংগা অমত্তা ওইশিল্লি অমসুং হন্না পোকপগী অদু ফংই।

মহাক তৌবা য়াবা নত্ত্রগা য়াদবা থবক্তা তৌরবসু করিগুম্বা মখল্ অমগী অবস্থাদা মহাক্না লৈরবসু (বিশ্বরুপ হায়বা পুরোহিত অমসুং সন্যাসি ময়াম্বু হাৎলগা ইন্দ্রগুম্না), মহাক্না অমুকহন্না পোক্কে, মরমদি পুরুষ অমসুং প্রকৃতিবু খঙলবা, আত্মজ্ঞান ফংলবা মী অদুগী থবকশিং (হায়বদি অমুকহন্না পোক্নবগী মরু ওইবা) অদু জ্ঞানগী মৈনা চাকথেকই। মৈদা ঙৌথোক্লবা মরুমরাংনা অমুকহন্না চোংলক্তে, অসিগুম্না জ্ঞানগী মৈনা চাকথেক্লবা থবকশিং অদুনা অনৌবা হকচাং অমা নত্ত্রগা অতোপ্পা মপোক অমা অমুক পোকপা ঙমদে।

মহাক্কী মরিদদি থবকশিং অসি থবক মানদবনি ( কর্মভাস ) নি। মখোয়শিং অদু থবল পাঙথোকদবা মরু নত্তে, ১স্তুং অমুক পোকহনবা ঙমদ্রে! মৈ থাদোল্লবা কি অদুনা কি ১না তৌবা থবক তৌবা ঙমদে। ( অহঙ্কার ) ঐনা তৌজবনি হায়বা রাখলগা লোয়ননা তৌবা থবকশিং ১স্তুং অপাম্বা ( মহৈ পাম্বগী থবকশিং ) অদুনা মহৈশিং নত্ত্রগা মহৈ থোরক্কনি। অশিংবা মী অমদদি ফত্তবগী মরুশিং হায়বদি অবিদ্যা, অহঙ্কার আসক্ত অসি জ্ঞানগী মৈনা থাদোকই। মরম অসিনা মহাক্রা অমুকহন্না পোকপা হায়বদু ঙমদে।

হন্দক্কী মপোক পোক্কুনা থবক তৌবা হৌগ্রবা কর্ম্মশিং ( প্রারব্ধ ) অদুদি আত্মজ্ঞান ফংলবদস্থু মাঙবা লৈত্রে। কাপথোকখ্রবা তেনজৈ অমনা মহাক্কী পান্দফম অদুদা থারুই ১স্তুং মহাক্কী মপাঙ্গল অদুনা লোইদ্রিবা ফাওবা থবক তৌই ১স্তুং মপাঙ্গল অদুনা লোইবা তুংদা লৈপাক্লা তাই। মতৌ অসিগুম্না জীবনমুক্তশিংনা হকচাং অসিনা মরম ওইদুনা আত্মজ্ঞান ফংলবদস্থু, হকচাং ওইনা পোক্লরবা প্রারব্ধ কর্ম্মশিং অদুদি মহাক্কী মনুংগী মপাঙ্গল অদুনা মপুঙ ফানা লোইদ্রিবা ফাওবা, অদুম থবক তৌই। তৌইগুম্বস্তুং মহাক অদু প্রারব্ধ কর্ম্মনা শোকপা ঙমদে, মরমদি মহাক্রা হকচাংগা মশা অমত্তা ওইশিন্দে, মহাক্রা ব্রহ্মগা নত্ত্রগা রাংমদা লৈথ্রবা আত্মা অদুগা মশাগা অমত্তা তাইশিল্লি।

প্রারব্ধ কর্ম্মনা মরম ওইদুনা মহাক্রা খোইমহূম নত্ত্রগা চাফৎপা লায়না অমনা মশাদা নাবা মতমদা মহাক্রা অনাবা অদু মচেৎ অমা ফাওবা ফাওরোই মরমদি মহাক্রা হকচাংগা অমত্তা ওইবা হায়বদু লৈতে অমস্তুং ( দেহধ্যাম ) হকচাংবু ঐনি হায়না খনবা অদুগী মথক্তা লৈথে, অদুগা মাগী হকচাংবু চুম্না য়েংদুনা লৈবা মওংগী মশক অমা ওইখে। তৌইগুম্বস্তুং মনাক্তা লৈবা মী অমনা নত্ত্রগা অয়েংবা মী অমনা জীবনমুক্তস্থু চুম্নগী তাইবঙগা অচম্বা মী অমগুম্না নাই, রায় হায়না ওম্ন-তৈননা খল্লি। মাসি য়াম্না শাথীনা অরানবা অমনি। জীবনমুক্ত অমগী মীৎয়েংদাদি মহাক্কী হকচাংস্থু ১স্তুং প্রারব্ধ কর্ম্মশিংস্থু লৈত্রে।

কাম্নদি কাপথোক্তিবা লীরুংদা পান্দুনা লৈরবা তেন অদু লোথোকপা য়াই। অসিগুম্না মখোয়গী মহৈ অদু থোক্লক্তিবা কর্ম্মশিং অদু আত্মজ্ঞান্না মরম ওইদুনা মাঙহনবা নত্ত্রগা থবক তৌহন্দবা ঙমই। মরম অসিনা জীবনমুক্তাশিং নত্ত্রগা অরান-খুভম ফংলবা মুনিশিংনা অমুক হন্না পোক্কে হায়বসি হায়বদা মতীক চায়। ব্রহ্মজ্ঞান্না মরম ওইদুনা হকচাং অসি পোক্লবগী মরম ওইবা অবিদ্যা হায়বসিবু মাঙহনব মরম্না অবিদ্যাগী মহৈ ওইবা, পোকপা হায়বসিবুস্থু মাঙহাল্লি। অফবা ১স্তুং ফত্তবা থমকশিংনা মরম ওইদুনা কনাগুম্বা অমনা মপোক লৌবা মরম্না, মহাক্কী অফবা অমস্তুং ফত্তবা থবকশিং অদুবু ( মমাঙগী মপোক্কী সঞ্চিত নত্ত্রগা পৈশিল্লম্বা থবক পুম্বদু অত্মজ্ঞান্না মরম ওইদুনা মাঙহনবা মরম্না মুনি অমনা অমুক হনা পোক্লরোই। অত্মজ্ঞান ফংলবা মতুংদা মহাক্রা তৌবা থবকশিং অদুনা মহাকপু শুকশোক শোকপা ঙমদে মরমদি মহাক্কী অপাম্বা নত্ত্রগা ঐনা তৌবনি হায়বগী রাখল অদু লৈতে। ( য়েংগদবা অঃ ১৩—৩২ )।

ধ্যানেনাত্মনি পশ্যন্তি কেচিদাত্মানমাত্মনা।
অন্যে সাংখ্যেন যোগেন কর্মযোগেন চাপরে ॥২৪॥

(ধ্যানেন) ধ্যান্না, (আত্মনি) আত্মাদা, (পশ্যন্তি) উই, (কেচিৎ) খরনা, (আত্মানম্) আত্মাবু, (আত্মনা) আত্মানা, (অন্যে) অতোপ্পশিংনা, (সাংখ্যেনযোগেন) জ্ঞানগী যোগনা—সাংখ্য যোগনা (কর্মযোগেন) কর্মযোগনা, (চ) ১স্নং, (অপরে) অতোপ্পশিংনা ॥২৪॥

২৪। খরনা ধ্যান্না মরম ওইদুনা আত্মাবু আত্মাদা আত্মানা উই, অতোপ্পশিংনা জ্ঞানগী যোগনা (সাংখ্য যোগনা), অমস্তুং অতোপ্পশিংনা কর্মযোগনা (উই) ॥২৪॥

**অকুপ্পা ৱারোল:**—মীওই মীওই অদুগী মপাঙ্গল নত্রগা স্বভাব নত্রগা পুকচেল মওংগী মতুংইন্না আত্মজ্ঞান ফংননবগী লম্বী মখল মখল লৈ। মহার্ষি পাতঞ্জলিগী মতুংইন্না অহানবা লম্বীদি ধ্যান যোগনি। রাজ যোগীশিংনা পরমাত্মাবু হায়বদি অখোইবা আত্মাবু আত্মাদা (বুদ্ধিদা) আত্মানা হায়বদি অশেংবা পুক্লিংনা (শুদ্ধচিত্তনা) উই। ধ্যান হায়বসি পাত্র অমদগী পাত্র অমদা অতৎপা লৈতনা হৈথবা থাওগুম্না (অবিচ্ছিন্ন তৈলধারাবৎ) অতৎপা লৈতনা অমস্তুং মরক খন্দনা আত্মা নত্রগা ব্রহ্মবু খনবা রাখল অদুবুনি। ধ্যান্না মরম ওইদুনা তাবা অমস্তুং অতৈ অতৈ ইন্দ্রিশিং অসি পুক্লিংদা চিংশিল্লি। ইন্দ্রিশিং অসিবু মাগী মাগী ওইবা মপানগী পোৎশিংদা চেনহন্দে। মখোয়বু প্রত্যাহার নত্রগা খাইদোকপা লোথোকপনা মরম ওইদুনা মপুংফানা লাকশিন্দুনা থমই। অদুগী মতুংদা আত্মাদা তত্তনা ধ্যান তৌবনা মরম ওইদুনা পুক্লিং অসিবু আত্মাদা লুপশিনলকই। পুক্লিং অসি ধ্যান্না মরম ওইদুনা শেংদোকই অমস্তুং চামথোকই। শেংদোক্লবা পুক্লিং হায়বসিদি মহৌশানা আত্মা তন্না চেনশিনগনি। মাসি ইন্দ্রিগী পোৎশিং অসিদা চিংশিনবা নত্রগা অপাম্বা লৈতে।

সাংখ্য যোগ হায়বসি জ্ঞানযোগ নত্রগা বেদান্তনি। সাধক অদুনা বিচার তৌই অমস্তুং মশাবু গুণ অহুমদগী, হকচাং অহুমদগী, কুয়োম মঙা (পঞ্চকোষ) দগী তোঙাম্না লোথোকই। অমস্তুং ব্রহ্ম নত্রগা য়েংদুনা লৈবা মশক অদুগা মশা অমত্তা ওইশিল্লি। মহাক্না খল্লি অমস্তুং অনুভব তৌই: ঐ অসি গুণ অহুমদগী তোঙানবা মশক্লি। ঐনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা মশক্লি। ঐ অসঙ্গ (পামদবা) নি। ঐ অকর্ত্তা (তৌদবা) নি। ঐ অভোক্তা (চাদবা) নি। ঐ শিদবনি, লোইবা নাইদবনি, মশনা মশা লৈজবনি, মশা মশা ভানজনি, খাইদোক্তবনি, পোকপা লৈতবনি অমস্তুং হোংবা লৈতবনি।”

কর্মযোগীশিংনা মহাক্না থবক অমস্তুং মহৈশিংবু ভগবান্দা কৎথোকই। মহাক্না ঈশ্বরার্পন বুদ্ধি (ঈশ্বরদা কত্থোকপগী বুদ্ধি) অদু লৈ। মাসিনা মহাক্না মপুক্লিং অদু শেংদোকলকপনা মরম ওইদুনা আত্মজ্ঞান ফাওরকই। কর্মনা পুক্লিং শেংদোকলবা তুংদা ধ্যান তৌবা ঙমলকই। কর্মনা পুক্লিং শেংদোকপনা মরম ওইদুনা যোগরোমদা চিংশিনলকই, অদুনা (কর্ম) অসিবু যোগ মশক্লি হায়না হায়বনি।

সাংখ্য যোগবু সাধনা তৌবা সাধক (ভক্ত) অদু খ্বাইদগী হেন্নবা (উত্তমাধিকারী) সাধক্নি। অদুগা ধ্যান যোগবু সাধনা তৌবা সাধকশিং অদু ময়ায় ওইবা সাধক্নি (মধ্যমাধিকারী) নি। কর্মযোগবু সাধনা তৌবা সাধকশিং অদু (অধমাধিকারী) খ্বাইদগী হন্থবা সাধক্নি। অধমাধিকারী অমসুং মধ্যমাধিকারী সাধকশিংনা তন্নবা অমসুং অকনবা অধ্যাত্মিক সাধনা তৌদুনা উত্তমাধিকারী খ্বাইদগী হেন্না মতীক চাবা সাধক অমা ওইরকই। (য়েংগদবা অ: ৫—৫ ; ৬—৪৬)।

অন্যে ত্বেবমজানন্তঃ শ্রুত্বান্যেভ্য উপাসতে।
তেঽপি চাতিতরন্ত্যেব মৃত্যুং শ্রুতিপরায়ণাঃ ॥২৫॥

(অন্যে) অতোপ্পশিং, (তু) লেপ্পমক, (এবম্) অসুম্না, (অজানন্তঃ) খঙদনা, (শ্রুত্বা) তাবদুনা, (অন্যেভ্যঃ) অতোপ্পদগী, (উপাসতে) লাংলি, (তে) মখোয়না, (অপি) সু, (চ) অমসুং, (অতিতরন্তি) রাংমদা লাপ্তোকই, (এব) সু, (মৃত্যুম্) অশিববু, (শ্রুতিপরায়ণাঃ) অথোইবা চঙজফম্নি হায়না মখোয়না তাবা অদুগী মরমদা ॥২৫॥

২৫। অতৈনসু, অসুম্না খঙদদুনা, অতৈনা হায়বা তাবদুনা, লাংলি, মখোয় অদুনসু, অথোইবা চঙজফম্নি হায়না তাবা অদুনা মরম ওইদুনা অশিববু লাপ্তোকই ॥২৫॥

**অকুপ্পা বারোল :—** মথক্কী শ্লোক্তা আত্মজ্ঞান ফংননবগী লম্বী অহুম হায়বাদ ধ্যানযোগ, জ্ঞানযোগ অমসুং কর্মযোগগী মরমদা শন্দোকখ্রে। শ্লোক অসিদা মীরাংপগী যোগবু শন্দোক্লা তাক্লি (পূজা-যোগ)।

মথক্কী শ্লোক অসিদা হায়খ্রিবা মওংশিং অসি খঙদবা খরনা আচার্যশিং নত্রগা অধ্যাত্মিক গুরুশিংদগী য়াম্না মুম্না অসিগুম্বা আত্মাগী মরম অসি লেঙদবা অমসুং অচেৎপা থাজবগী লোয়ননা, তায় অমসুং অতোপ্পশিং অদুগী পাউজেল অদুংদা নিংডর পুমতো তৌই। মতেঙ লৌই। অদুদগী মখোয়শিং পাউজেল-পাউতাকশিং) অদুবু তন্না নীংশিংবা অমসুং ধ্যান তৌদুনা মখোয়না শিদবাবু ফংই। মপোযনা মখোয়গী গুরুশিংদা ভক্তি তৌই। খরনা, আত্মজ্ঞান ফংলবা মুনিশিংনা ইরম্বা লাইরিকশিংবু নৈনদুনা তমই (অধ্যয়ন তৌই) অমসুং হায়রিবা লাইরিকশিং অদুদা ভক্তিগা লোয়ননা চেৎনা পায়দুনা নৈ নমসুং তাক্লিবা অদুগী মতুংইন্না পুন্সি লেল্লি। মাসিনসু অশিববু লাপ্তোকপা জয় তৌবা) ঙমই। বনাগুম্বা অমদা মথক্তা হায়রিবা কবিগুম্বা লম্বী অমদা হেক্তা চৎপা মতমা মতুংদা আত্মজ্ঞান ফংই অমসুং মোক্ষ নত্রগা অরান-খুভমবু ফংই। শ্লোক অসিদা হায়রিবা লম্বী অসি ইন্দুনা সাধনা তৌবা সাধক অদু মন্দতর অধিকারীশিংনি।

আত্মজ্ঞানগী মরম ওইদুনা অর্জুন অমসুং মহাদগী থোরকপা মহৈশিং অদুদগী মশাবু নাপ্তোকপা হায়বসি সংসারদগী লাপ্তোকপা নত্রগা শিদবা খুভম ফংবা নত্রগা অশিববু জয় তৌবা নত্রগা নান-থোকপা ফংবা নত্রগা অরান-খুবম ফংবা হায়বদুনি।

অপঙবা মী অমা ফাওবনসু আচার্যশিংদগী হেন্নগা অশিববু জয় তৌবা ঙমই, অদুনদি কনাগুম্বা

প্রকৃতিবু মশামক্না হৈক্তনা মনীংতম্না নৈনজবা ওম্বা, মনন তৌবা ওম্বা, অচুম-অরান খনবা ওম্বা অমসুং ধ্যান তৌবা ওম্বা মহাক অদুগীদি করি অমুক কয়া য়াম্না হেনক্কম থোকপগে ?

যাবৎসঞ্জায়তে কিঞ্চিৎসত্বং স্থাবরজঙ্গমম্।

ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞসংযোগাত্তদ্বিদ্ধি ভরতর্ষভ ॥২৬॥

(যাবৎ) করিগুম্বা অমা, (সঞ্জায়ন্তে) পোক্লিবা, (কিঞ্চিৎ) করিগুম্বা খরদং, (সত্বম্) ওইবা, (স্থাবর-জঙ্গমম্ লেঙদবা অমসুং অরেঙবা, (ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞসংযোগাৎ। লৌবুক অমসুং লৌবুকপু খঙবা অনি অসি তিন্নবদগী, (তৎ) মাদু, (বিদ্ধি) খঙউ, (ভরতর্ষভ) হে ভরতশিংদগী অথোইবা ॥২৬॥

২৬। অচৎপা অমসুং চস্তবা করিগুম্বা অমা, করিগুম্বা মফম অমদা পোক্লিবা অসি, হে ভরতশিংদগী অথোইবা নঙনা খঙউ মাদুদি মাসি লৌবুক অমসুং লৌবুকপু খঙবা অনি অসিগী তিন্নবদগী পোকপনি ॥২৬॥

**অকুপ্পা ৱারোল :**- হে ভরতশ্রেষ্ঠ, করিগুম্বা অমা পোক্লিবা অসি, লেঙবা অমসুং লেঙদবা পুম্বসি হকচাং অমসুং আত্মাগা তিন্নবদগী থোকপনি হায়বসি নঙনা খঙউ।

ক্ষেত্রজ্ঞ হায়বসি অতিয়াগুম্না শরুক মচেৎ নাইদবনি (অখণ্ডনি, নিরবয়বনি, নিষ্কলানি)। মরম অসিনা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনি অসি মাগী মাগী শরুক মচেৎ মচেৎ অনি (সংযোগ) তিন্নদুনা চক্ অমসুং থোরৗগা নত্রগা শেনপুং অমসুং চৈ অনি শম্নবগুম্না তিন্নবা ওইবা য়াদে হায়বদি কোক অমসুং ওক নত্রগা পান্থোম অমসুং লেংবান অনিগী মরী লৈবগুম্না ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মরি অসি পান্নবা য়াদবা মরী নত্তে ; মরমদি ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অসি মরম অমসুং মহৈ অনিগী মরী লৈবগুম্না অমগা অমগা মরী লৈনবা নত্তে।

অদু ওইরবদি ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মরী অসি করম্না জাৎনো ? ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী তিন্নবসি অমগা অমগগী অধ্যাস নত্রগা শুদ্ধংপা ওইদনা-ওইবা মানবগী মতিম্নি। মসি অমনা অমবু মখোয়গী মগুণশিংগা লোয়ননা ওন্ন-তৈন্না খনবনি, মদুদি লিনগা থোরৗগা অমসুং লুপাগা কোংগ্রেংগা মখোয় মখোয়গী অচুম্বা স্বভাব ওদু খঙবা ৱাৎপদগী থোকপগুম্বনি। আত্মাগী মগুণশিং অদু হকচাংদা অমসুং হকচাংগী অদুনা আত্মাদা হোংজিল্লি। জ্ঞান য়াওদবা হকচাং অসিবু জ্ঞান য়াওবা আত্মাদোনা শেরান্নানা লৌই। হকচাং নত্রগা প্রকৃতিগী থবকশিং অসিবু তুমিন্না লৈবা, থবক তৌদবা আত্মাদা ওনশিনখি। অসিগুম্বা মখলগী শুদ্ধংপা নত্রগা মথক্তা থোঞ্জিনবা অসি আত্মজ্ঞান নত্রগা ব্রহ্ম ফংলবা মতমদদা কোকই, মহাক্না ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী খেন্নবদু খঙলবা মতমদা, মহাক্না ক্ষেত্রজ্ঞ অসি ক্ষেত্রদগী ইষীকা (শীংনাং) চৈরুংবু মুঞ্জ (লাংগোম্) নাপীদগী খায়দোক-পগুম্না খায়দোকপা ওমলবা মতমদা, মহাক্না ওমখৈ নাইবা উপাধিশিংদগী নাম্থোক্লবা ব্রহ্ম অসি মহক্কী আত্মা অদুমক্তি হায়না খঙলবা মতমদা, অদুগা থোরৗদা লিননি হায়না উবা, কোংগ্রেংদা লুপানি হায়না উবা, অতিয়াদা লৈবা ৱাখংদগী ওইবা লৈপাক নত্রগা গন্ধর্বনগরগুম্না, অমসুং মঙদা উবা

পোৎশিংগুম্না নত্রগা মিত্রং হৈবা নিপা অমনা পুথোরকপা শগোল, শামু, কোম্নুং অমসুং উমংশিং-গুম্না. ক্ষেত্র অসিবু ইচম চম্বা শক্তমনি হায়না খঙলবা মতম অদুতদা মায়া নত্রগা শুক্কৎপা অসি মাঙই। আত্মজ্ঞান লৈরবা মুনি অমনা অমুকহন্না পোকত্রে।

সমং সর্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্তং পরমেশ্বরম্
বিনশ্যৎস্ববিন শ্যন্তং যঃ পশ্যতি স পশ্যতি ॥২৭॥

(সনম্) মান্নবা, (সর্বেষু) পুম্নমক্তা, (ভূতেষু) থৱাই পানবা পুম্বদা, (তিষ্ঠন্তম্) লৈবা, (পরমেশ্বরম্) অথোইবা মপু, (বিনশ্যৎসু) মাঙবা নাইবশিংগী মরক্তা, (অবিন শ্যন্তম্) মাঙবা নাইদবা অদু (যঃ) মহাক, (পশ্যতি) উই, (সঃ) মহাক, (পশ্যতি) উই। ॥২৭॥

২৭। থৱাই পানবা পুম্বদা চপ মান্নবা লৈবা অথোইবা মপু, মাঙবা নাইবগী মসুংদা মাঙবা নাইদবা মহাকপু উবা মহাক অদু উরবনি। ॥২৭॥

**অকুপ্পা বারোল:**—মহাক অদুনা ব্রহ্মাদগীনা যুম্বী অমা ফাওবদা চপ মান্নবা লৈরিবা, পুম্নমক্তা মাঙগ্রবসু মাঙবা লৈতবা অথোইবা মপু মশক ওইবা মহাক অদুবু জ্ঞানগী ওইবা মুংগী মিৎনা উরবা মহাক অদু আত্মাবু ফংলে, খঙলে হায়না হায়বা য়াই।

মৈ মথল মথলদা অশাবা হায়বদুদি চপ মান্নে। লৈতেংগী মথলশিংদা সনা হায়বদুদি চপ মান্নে।

থাওমৈ মযাদা মঙাল হায়বদুদি চপ মান্নে। অসিগুম্না হিংদুনা লৈরিবা থৱাই পানবা পুম্বদা আত্মা হায়বদুদি চপ মান্নে। আত্মা হায়বদুদি মফম খূদিংদা চাং অমা মান্নবা মশক্নি। আত্মা হায়বসিদি ককচেং, শামু, নিংথৌ, চাকনিবা অমসুং ফওবা মীওই পুম্বদা চপ মান্নবা লৈবা মশকনি।

আত্মা হায়বসি মাঙবা নাইদে। হিংলিবা পোৎশিং অসি মাঙবা নাইবনি। পুক্নিং হকচাং, ইন্দ্রি, বুদ্ধি, অব্যক্ত নত্রগা ফোঙদোক্তবা অমসুং জীবাত্মা অসিগা চাং তম্নরুরবা মতমদা মহাক অসি অথোইবা মপু-মশক ওই।

পোকপা হায়বসিনা ভাব-বিকারশিং নত্রগা অহোংবা মশকশিং হায়বদি, হোংবা, চাও-খৎপা, খুইথবা অমসুং শিবা অসিগী মরুগী মশক ওইবা মরমান। অতৈ অতৈ অহোংবা শক্তমশিং অসিদি হকচাং পোক্লবা মতুংদা ফোঙদোকই।

মুনিতনা জ্ঞান্না মরম ওইদুনা চপ চানা উই। তাইবং পুম্বনা অবিদ্যা (খঙদবনা) মরম ওইদুনা শেরান্নবা উই। তিমির হায়বা অনাবা অদুনা নারবা মীশিং অদুনা থা ময়াম ওইনা উই। মহাক্তা ওম্ন-তৈননা উই। তৌইগুম্বসুং থা অমতংবু উবা মহাক অদুনা চুমনা উবনি। অসিগুম্না মহাক অদুনা খায়দোকপা য়াদবা শিবা লৈতবা অমতংবু থৱাই পানবা পুম্বদা উবা মহাক অদু অউবনি। তোঙান তোঙানবা ওইনা

ওয়-তৈননা শক্তমশিং অসিবু উবা মহাক অদু উরবস্থ চুন্না উদবা হায়বতুনি। মহাক অত্থ থা ময়াম উবা মীওই অদুগুম্বনি। (য়েংগদবা অঃ ৮—২০)।

সমং পশ্যান হি সর্বত্র সমবস্থিতমীশ্বরম্।

ন হিনস্ত্যাত্মনাঽঽত্মানং ততো যাতি পরাংগতিম্ ॥২৮॥

(সমম্) মান্নবা, (পশ্যান্) উদুনা, (হি) লেপনমক, (সর্বত্র) মফমপুম্বদা. (সমবস্থিতম্) মান্নবা লৈরবা, (ঈশ্বরম্) ঈশ্বর, (ন) নত্তবা, (হিনস্তি) মাঙহনলি, (আত্মনা) মশানা, (আত্মানম) মশাবু, (ততঃ) অদুদগী, (যাতি) চৎলি, (পরাং) খ্বাইদগী অথোইবা, (গতিম্) লমথুংফম ॥২৮॥

২৮। মরমদি মফম পুম্বদা চপ মান্নবা লৈরবা অমত্তা ওইবা ঈশ্বরবু উবা মহাক অদুনা মশাবু মশানা মাঙহনবা (হায়বদু) ওইদে, মরম অসিনা মহাক্না অথোইবা লমথুংফমদা চৎলি ॥২৮॥

**অকুপ্পা ৱারোল :**—মাসি জীবনমুক্ত নত্রগা অরান-খুবম ফংলবা মুনি অমগী মীৎয়েংনি। অথোইবা আত্মা অদুনা শক্তম মওং পুম্বদা চঙ্‌ঙ্‌না লৈ। মঙোন্দগী তোঙানবা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে।

অপঙবা খঙদবা মী অমনা হকচাং অমস্তুং পুক্লিংগা লোয়নননা অমত্তা ওইশিন্দুনা অমস্তুং থরাই পানবা পুম্বদা অমত্তা ওয়বা আত্মা অদু উদদুনা মশানা মশাবু মাঙহনলি।

মহাক্কী শকতমশিংবু শেংদনা উবা মীৎয়েং অমা লৈ। মহাক্কী মপুক্লিং অদু য়াম্না পোৎই। মহাক্না য়াম্না বুপলবা আত্মা অদু খনবা ঙমদে। মহাকপু অবিদ্যাগী ঈচেম্না হুমদুনা পুই। মহাক্না শেংদ্রবা হকচাং অসিবু অশেংবা আত্মানি হায়না শেরাম্নবা লৌই। মহাক্কী মিথ্যাজ্ঞান নত্রগা শেরাম্নবা বুদ্ধি লৈ। তৌইগুম্বস্তুং মুনি অমদি আত্মাগী জ্ঞান (স্বরূপজ্ঞান, নত্রগা যথার্থজ্ঞান নত্রগা অশেংবা জ্ঞান হায়বদু) লৈ অদুনা মহাক্না থরাই পানবা পুম্বদা অমত্তা ওইবা আত্মাবু উই। অপঙবা মী অমা হায়বসি মহাক্কী আত্মাবু হাৎপনি। মহাক্না হকচাং অসিবু মাঙহনলি অমস্তুং অতোপ্পা হকচাং অমা অমুক লৌরুই, অস্তুম্না তৌরুনা লৈ। তৌই-গুম্বস্তুং থরাই পানবা পুম্বদা আত্মা অমতবু লৈবা উবা মহাক অদুনা মশাবু মশানা মাঙহন্দে। মরম অসিনা মহাক্না অথোইবা লমথুংফমবু ফংই হায়বদি মহাক্না মোক্ষ নত্রগা পোকপা শিবগী চক্রদগী লানথোকপা ফংই। ব্রহ্মজ্ঞান নত্রগা আত্মাগী জ্ঞান হায়বসিনা অরান-খুবম নত্রগা লানথোকপা হায়বদুদা চিংশিল্লি। ব্রহ্মজ্ঞান্না (অবিদ্যা) অপঙবা খঙদবা হায়বদু মরাফংনা পুম্নাঙ মাঙহনলি। অবিদ্যা নত্রগা অপঙবা খঙদবা হায়বদুবু মাঙহনখ্রবাদ অমস্তুং (মিথ্যাজ্ঞান) ওইদবা জ্ঞান অদুবু মাঙহনখ্রবাদ ফত্তবা পুম্নমকস্তু মাঙহনখ্রে।

তোঙান তোঙানবা শক্তমশিং অসিদা অমত্তা ওইবা মশক্কী আত্মা লৈ হায়বা অসি খঙলবা মী অদুনা সংসারগী পোকপা অমস্তুং শিবগী লাংনা পুন্দুনা ফাবা কদৌঙৈদস্তু ওইদে।

মওং অমসুং মখোল লৈত্রবা তুরীয় হায়বা মফম অদুদা মহাক্না কংই।

আত্মা হায়বসি মীওই খুদিংগী য়েকনবনি অমসুং মরূপনি (অ: ৬—৫—৬) হায়বত্ত শ্লোক অসিদা অমুক হঞ্জিনবনি। (য়েংগদবা অ: ১৮—২০)।

প্রকৃত্যৈব চ কর্মাণি ক্রিয়মাণানি সর্বশঃ।
যঃ পশ্যতি তথাঽঽত্মানমকর্ত্তারম্ স পশ্যতি ॥২৯॥

(প্রকৃত্যা) প্রকৃতিনা, (এব) তমক, (চ) অমসুং, (কর্মাণি) থবকশিং, (ক্রিয়মাণানি) তৌদুনা লৈবা, (সর্বশঃ) পুম্নমক, (য) মহাক, (পশ্যতি) উই, (তথা) মখোয়সু, (আত্মানম্) আত্মাবু (অকর্ত্তারম্) থবক লৈতবা, (সঃ) মহাক, (পশ্যতি) উই ॥২৯॥

২৯। মহাক অদুনা থবক পুম্নমক প্রকৃতিতনা তৌবনি অমসুং আত্মাদি থবক তৌদে হায়না উবা মহাক অদু অউবনি ॥২৯॥

**অকুপ্পা বারোল:**—প্রকৃতি হায়বসিনা থবক পুম্নমক অসি তৌবগী অরাম্বা পুই। আত্মাদি থবক তৌদে। মহাক্তি তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা মশকনি। মহাক অদুনা অসুম্না উবা অমসুং খঙবা মহাক অদু অওইবা উরবা মীওই নত্রগা মুনি হায়বদুনি।

মহাক অদুনা কর্মেন্দ্রি মঙা, জ্ঞানেন্দ্র মঙা, পুক্রিং খুদ্ধিনা তৌরিবা থবকশিং অসি প্রকৃতি নত্রগা হৌনশা লাইরেম্বীনা ইনশিন্দুনা তৌরিবনি হায়না অমসুং আত্মাদি থবক তৌদবা (অকর্ত্তা, নিষ্ক্রিয়নি) হায়না খঙলবা মহাক অদুনা অউবনি। মহাক অদুতনা উই। হকচাং, পুক্রিং অমসুং ইন্দ্রিশিংগা মহাক মশাগা অমত্তা ওইশনবা অমসুং মহাক অদুনা থবক তৌবনি হায়না ইপঙ পঙনা খল্লিবা মহাক অদু অপঙবা মীনি। মহাক্না মহাক্কী হকচাং ওইবা মীং অদুনা উবা নত্তে, মহাক্কী নুংগী ওইবা খঙনবা মী অদু লৈতে। আতিয়াদ লেঙবা লৈতে তৌইগুম্বসুং লৌচনশিংনা আতিয়াদা কোইপাই পাই। অসিগুম্না আত্মা হায়বসি থবক তৌদে; তৌইগুম্বসুং প্রকৃতিনা থবক খুদিংমক তৌই। আত্মা হায়বসি উপাধিশিং নত্রগা মীংখোলশিং নত্রগা ভমখৈ নাইহনবা মীংকমশিং অমত্তা লৈতে। আতিয়াদা মথল লৈতবগুম্না আত্মাগী মথল লেতে। মহাক অসি অমত্তা ওইবা মচাক্কী মশক ওইবনি। মহাক অসি থোইদোকপা গুণশিং হায়বদুগী লাপ্থোকপনি। (অ: ৩—২৭; ১৪—১৯; ১৮—১৬)।

যদা ভূতপৃথগ্ভাবমেকস্থমনুপশ্যতি।
তত এব চ বিস্তারং ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৩০॥

(যদা) মতম অদুদা, (ভূতপৃথগ্ভাবম্) থরায় পানবা মথল পুম্বা, (একস্থম্) অমত্তদা লৈদুনা, (অনুপশ্যতি) উই, (ততঃ) মদুদগী, (এব) মথন্তমক, (চ) অমসুং, (বিস্তারম্) শন্দোকপা, (ব্রহ্ম) ব্রহ্ম, (সংপদ্যতে) মহাক্না ওইরকই, (তদা) অদুগী মতুংদা ॥৩০॥

৩০। মহাক (মী) অদুনা থরায় পানবা পুম্নমক অমত্তদা লৈবনি, অমসুং অমত্তা ওইবা মহাক অদুদগী শোরকপনি হায়না উরবা, মহাক অদুনা অদুদগী ব্রহ্ম ওইরকই ॥৩০॥

**অকুপ্পা ৱারোল ঃ**—মী অমনা মুংগী ওইবা জ্ঞানগী মীৎনা ময়াম ওইনা লৈরিবা শক্তমশিং অসি অমত্তদা মরু ওইনা লৈবনি হায়বসি থগুলবা মতমদা মতাক অদুনা অথোইবা আত্মাগা অমত্তা ওইবা হায়বদু ফংই। ঈশিংদা ঈথকুম, লৈপাক্তা লৈরিকুম, পুক্রিংদা নীংবগুম, মৈদা মৈরিকুম্ শক্তম পুম্নমক অসি অমত্তদা মরু ওইদুনা লৈবনি। মহাক্না ঘেংশিনখিবা মকম মকম খুদিংদা মহাক্না অমত্তগী মশক ওইবা আত্মাতন্ উই অমসুং আত্মাগী মুংগাইবা অদু ফংই।

শাস্ত্র অমসুং আচার্য্য (গুরু) শিংগী পাউতাক মতুংইন্না মখল মখা অয়াম্বা থরায় পানবশিং অসি অমদা মরু ওইদুনা লৈ হায়বা অমসুং মহাক্না হেক উরিবা পুম্নমক অসি মহাক্কী মুংগী জ্ঞান্না আত্মা নত্তনা অতৈ অমা লৈতে হায়বা থগুলবা মতমদা অমসুং পুম্নমকী হৌরকফম অমসুং মশক ওনক্লিবশিং অসি শন্দোগ্যউপনিষদতা হায়রিবা (৭-২৬-১) অদুগী মতুংইন্না অমত্তা চায়বা মঙোন্দগীনি হায়বা থগুলবা মতমদা—

আত্মত প্রাণ আত্মত আশাত্মতঃ স্মর আত্মত আকাশ আত্মতস্তেজ আত্মত আপ আত্মত আবির্ভাবতিরোভাবাবাত্ম.তাহমম্॥

"আত্মাদগী প্রাণ, আত্মাদগী অপাম্বা, আত্মাদগী মুংশিবা, আত্মাদগী আকাশ, আত্মাদগী মঙাল, আত্মাদগী ঈশিং, আত্মাদগী মশক ওইনা থোরকপা অমসুং মাঙখিবা, আত্মাদগী চিঞ্জাক পোকই"—অদুগী মতুংদা মহাক লেপনমক ব্রহ্ম ওইরকই। মহাক্না মপান নাইদবদা থুংই নত্রগা মশাবু মশানা খঙবা হায়বদু ফংই। মহাক্না অথোইবা আত্মা হায়বদুগা লোয়নননা অমত্তা ওইরকই।

অনাদিত্বান্নির্গুণত্বাৎপরমাত্মায়মব্যয়ঃ।
শরীরস্থোঽপি কৌন্তেয় ন করোতি ন লিপ্যতে ॥৩১॥

(অনাদিত্বাৎ) অহৌবা লৈতবদগী, (নির্গুণত্বাৎ) গুণ য়াওদবদগী (পরমাত্মা) অথোইবা আত্মা, (অয়ম্) মাসি, (অব্যয়.) মাঙবা লৈতবা, (শরীরস্থঃ) হকচাং অসিদা লৈদুনা, (অপি) ওইরবসু, (কৌন্তেয়ঃ) হে কৌন্তেয, (ন) নত্তবা, (করোতি) তৌই, (ন) নত্তবা, (লিপ্যতে) তৈশিনলি ॥৩১॥

৩১। অহৌবা লৈতবা অমসুং গুণ লৈতবা, হকচাংদা লৈদুনসু মাঙবা লৈতবা অথোইবা আত্মা অদু, হে কৌন্তেয়, থবক তৌদে নত্রগা মোৎশিনসু মোৎশিন্দে ॥৩১॥

**অকুপ্পা ৱারোল ঃ**— অথোইবা আত্মা হায়বসি প্রকৃতিগী রাংমদা লৈ। মরম অসিনা মহাক গুণ হায়বদু লৈতে। মহাক নির্গুণনি। প্রকৃতিগী থবকশিং অসি মশাদা অদুমক য়াওজরবা মহাকমকী মুংদা লৈবা ওইরবা মশক ওইবনা মরম্নি। অথোইবা আত্মা অসিদি হকচাংনা লৈত্রিঙৈগী মমাঙদা হায়না লৈরম্লবনি অমসুং হকচাং অসি মাঙথ্রবা তুংদসু অমুম লৈহৌগদবনি। মহাক অসি লোইবা নাইদনা অমুম লৈ অমসুং মাঙবা নাইদে।

"অব্যয়ঃ" ঃ পোকপা অমসুং শিবগী বিকারশিং (মওংশিং) অসিদগী লাপ্থোক্লবা নত্রগা ওই-রকপা অমসুং মাঙথিবা হায়বসিদগী লাপ্থোক্লবা। অহৌবা লৈবা অদুগী অপোকপা লৈ। পোৎ

অমা পোক্লবা তুংদা ভাব বিকারশিংগী মথা পোল্লি। আত্মা হায়বসি পোকপা লৈতবা মরম্না মহাক অসি ভাব বিকার তরুক্কী মথা পোন্দে মদুদি :— লৈবা, পোকপা, চাওখৎপা, অহোংবা, খুইথবা-পথবা, অশিবা অসিনচিংবা ভাববিকারশিংনা পুন্দে। ধর্ম্ম মখল পুম্নদগী আত্মানা লানথোকপা মরম্না মহাক অসি অব্যয়নি। ঈশিংদা তাবা মুমিৎকী মশি অদুনা লেওলবস্থ মুমিৎনা মচি খজিক্তুং ফাওবা লেওদে। মসিগুম্না অথোইবা আত্মা হায়বসিবু থবক্কী মহৈনা শোক্তে মরমদি মহাক অতৌবা মশক নত্তে, অসি নির্গুণ ( গুণ য়াওদবা ) নি, নিরবয়ব ( শরক, কায়াৎ লৈতবা ) মশক্নি, ( অখণ্ড ) খাইদোকপা য়াদবনি, নিষ্কলা ( শরক লৈতব ) নি, নিষ্ক্রিয়া ( থবক তৌদবা মশক ) নি, অনাদি ( অহৌবা লৈতবা ) নি, অমসুং অসঙ্গ ( অপাম্বা লৈতবা মশক ) নি অমসুং মরু লৈতবনি।

অথোইবা আত্মা নত্রগা ব্রহ্ম হায়বসি খেন্নবা মখল অহুমদগী লাণ্ডোকই হায়বদি :—স্বজাতীয়ভেদ, বিজাতীয়ভেদ, স্বাগতভেদ হায়বা মখল অহুমগী খেন্নবা অসিনি। হৈনৌ পাম্বী অসি নিম পাম্বীদগী খেন্নে। মসিনা স্বজাতীয়ভেদনি। হৈনৌ পাম্বী অসি নুং নত্তে। মসিনা বিজাতীয়ভেদনি। হৈনৌ পাম্বী মশা অদুমক্তদা মনা, মশা, মচৈ, মপান পুম্নস্ত অমত্তা মান্নদে। মসিনা স্বাগতভেদনি। তৌইগুম্বসুং ব্রহ্মদি অমত্তনি অনিশুবা লৈতে। অতোপ্পা মাগা মান্নবা ব্রহ্ম অমা অমুক লৈত্রে। মরম অসিনা স্বজাতীয়ভেদ হায়বা অমা অমুক ব্রহ্মদা লৈবা য়াদে।

তাইবঙপান অসি ইচম চম্বা মওংগী শক্তমতনি। মসি চুম্না নীংবত ( কল্পনা ) নি। অবিদ্যা নত্রগা খঙদবনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মগী মথক্তা থোনজিনবতনি।

অনীংবা ( কল্পিত ) পোৎ হায়বসি মরম্নাইগী ওইবা ( সত্য ) লৈবা হায়বা অমা মশাক্কী তুংনফম পায়রিবা ( অধিষ্ঠান ) অদু নত্তবা অমা অমুক লেতে। থৌরাঁদা লৈরিবা লিল অদুগী (অধিষ্ঠান) তুংনফম ওইরিবা থৌরী অদু নত্তবা মরম্নাইগী ওইবা ( লিল ওইবা ) অমা অমুক লৈতবগুম্বনি। মরম অসিনা ব্রহ্মদা বিজাতিয়ভেদলৈবা য়াদে। ব্রহ্মহায়বসি খাইদোকপা য়াদবা (অখণ্ড) নি, মচেৎ লৈতবা ( নিষ্কলা ) নি, গুণ লৈতবা ( নির্গুণ ) নি, মওং লৈতবা ( নিরাকার) নি, কায়াৎ লৈতবা ( নিরবয়ব ) নি। মরম অসিনা ব্রহ্মদা স্বাগতভেদ লৈবা য়াদে।

ব্রহ্ম নত্রগা আত্মা হায়বসি অহৌবা লৈতে। মহাক অসি মশানা মশা লৈজবা (স্বয়ংভু) মশক্নি। মহাক্কী মচেৎ লৈতে। মহাক্কী মগুণ লৈতে। মরম অসিনা ব্রহ্ম হায়বসি মাঙবা নাইদে। মহাক্কী অপাম্বা লৈতবা মরম্না মহাক অসি থবক তৌবা লৈতে অমসুং করিগুম্বা অমা ( ভোগ তৌবা ) চাবা লৈতে। ব্রহ্মনা করিগুম্বা থবক তৌরবা অমসুং চারবা ( ভোগ তৌরবদি ) মহাক অমুক হন্না ব্রহ্ম নত্রে। মহাক ঐথোয়গা করিস্ত খেন্নবা লৈত্রে। মসিদি ওইবা য়াদে। অবিদ্যা নত্রগা খঙদবনা মরম ওইদুনা অতৌবা নত্রগা চাবা হায়বসিদি অহঙ্কারদা থোনজিনবনি। "স্বভাবস্তু প্রবর্ত্ততে—থবক তৌরিবসি প্রকৃতি ( স্বভাব ) হৌনশা লাইরেম্বীনি।"

[ য়েংগদবা অ: ৫—১৪ ; ১৫—৯ ] ।

যথা সর্বগতং সৌক্ষ্ম্যাদাকাশং নোপলিপ্যতে।
সর্বত্রাবস্থিতো দেহে তথাত্মা নোপলিপ্যতে ॥৩২॥

(যথা) গুম্না, (সর্বগতম্) পুম্নমক্তা শীনবা, (সৌক্ষ্ম্যাৎ) কুপ্পনা মরম ওইবদগী, (আকাশম্) অতিয়া, (ন) নত্তবা, (উপলিপ্যতে) মোৎহনলি, (সর্বত্র) মফম খুদিংদা, (অবস্থিতঃ) লৈ, (দেহে) হকচাংদা, (তথা) অসিগুম্না, (আত্মা) আত্মা, (ন) নত্তবা, (উপলিপ্যতে) মোৎহনলি ॥৩২॥

৩২। শিন্থুংনা লৈবা অতিয়ানা কুপ্পনা মরম ওইবদগী মোৎহন্দে, অদুনা আত্মানা হকচাংগী মফম খুদিংদা লৈবা মরম্না মোৎহন্দে ॥৩২॥

**অকুপ্পা বারোল** :—অতিয়া হায়বসিনা পুম্নমক্তা শিন্থুংনা লৈ। পুম্নমক অসি মহাক্কী মপুগুদা লৈ। অতিয়ানা চগুদুনা লৈতবা অমসুং য়োদবা মফম লৈতবা অমসুং য়োদবা লৈতে অদুবু মহাকপু করিগুম্বা অমত্তনসু মোৎহন্দে। অসিগুমদুনা আত্মানা হকচাং পুম্বদা অমসুং তাইবঙপান পুম্বদা শিন্থুংনা লৈ। হকচাংদগী হেন্না কুপ্পা মরম্না আত্মাবু মসিনা নত্রগা করিগুম্বা অতৈ পোৎ অমত্তনা করিগুম্বদসু মোৎহন্দে। মহাক অসঙ্গ (তিন্নদবা মশক) নি, অকর্ত্তা নিষ্ক্রিয় (থবক তৌদবা মশক) নি। মরম অসিনা অফবা নত্রগা ফত্তবা থবকশিং অসিনা আত্মাবু মোৎহনবা ঙমদে। মহাক অসি মতম চুপ্পা অশেংবা মশকনি অমসুং অমোৎপা লৈতে।

যথা প্রকাশয়ত্যেকঃ কৃৎস্নং লোকমিমং রবিঃ।
ক্ষেত্রং ক্ষেত্রী তথা কৃৎস্নং প্রকাশয়তি ভারত ॥৩৩॥

(যথা) গুম্না, (প্রকাশয়তি) ফোঙদোকই, (একঃ) অমা, (কৃৎস্নম্) পুম্নমক, (লোকম্) তাইবঙপান, (ইমম্) মাসি, (রবিঃ) নুমিৎ, (ক্ষেত্রম) লৌবুক, (ক্ষেত্রী) লৌবুক্কী মপু, (পরমাত্মা) (তথা) অসিগুম্না, (কৃৎস্নম্) পুম্নমক, (প্রকাশয়তি) ফোঙদোকই, (ভারত) হে ভারত ॥৩৩॥

৩৩। নুমিৎ অমনা তাইবঙপান পুম্নবু ফোঙদোকই, অসিগুম্না লৌবুক্কী মপু (পরমাত্মানা) লৌবুক পুম্নমকপু হে ভারত, ফোঙদোকই ॥৩৩॥

**অকুপ্পা বারোল** :—অথোইবা আত্মা হায়বসি অমত্তনি। মহাক্না হকচাং পুম্নমকপু ফোঙদোকই। মহাক্না অব্যক্তদগীনা লৈপাক মতুম অমা নত্রগা নাপী মনা অমা ফাওবা পোৎ পুম্নমক ফোঙদোকই, "মহাভূত" তগীনা "অচেৎপা" নত্রগা "অখাঙ কনবা" ফাওবসু মহাক্না ফোঙদোকই। (অধ্যায় ১৩, ৫—৬)। নুমিৎ হায়বসি অমত্তা ওইবগুম্না, নুমিৎনা তাইবঙ পুম্নবু ঙানহনবগুম্না, নুমিৎপু মোৎহন্দবগুম্না আত্মা হায়বসি হকচাং পুম্নদা অমত্তা ওইনা লৈ ; হকচাং পুম্না মহাক্না ফোঙদোকই ; অমসুং মহাকপু মোৎশিনহন্দে।

ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োরেবমন্তরং জ্ঞানচক্ষুষা।
ভূতপ্রকৃতিমোক্ষং চ যে বিদুর্যান্তি তে পরম্ ॥৩৪॥

হরি ওঁ তৎ সৎ।

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীসূত্তাপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে
শ্রীকৃষ্ণার্জুনসংবাদে "ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞবিভাগযোগঃ" নাম
ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ ॥

(ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োঃ) ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মরক্তা, (এবম) অসুমনা, (অন্তরম্) খেন্নবা, (জ্ঞানচক্ষুষা) জ্ঞানগী মীৎনা, (ভূতপ্রকৃতিমোক্ষম্) প্রকৃতিনা ওইরকপদগী লাম্থোকপা, (চ) অমসুং, (যে) কনানা, (বিদুঃ) খঙই, (যান্তি) চৎলি, (তে) মখোয়, (পরম্) অথোইবা ॥৩৪॥

৩৪। মখোয় অদুনা জ্ঞানগী মীৎনা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী খেন্নবা অদু উবা ওন্বা ১সুং প্রকৃতিনা ওইরকপশিংদা নানথোকপা মখোয় অদুনা অথোইবা (খুভমদা) চৎলি ॥৩৪॥

**অকুপ্পা বারোল** :—গুরুগী অমসুং শাস্ত্রগী পাউত্তাকশিংনা অমসুং ধ্যান্না মরম ওইদুনা পোকহনবা জ্ঞানগী ওইবা মুংগী মীৎনা মরম ওইদুনা ক্ষেত্র হায়বসি (জড) অশিবা, অতৌবা (কর্ত্তা), অহোংবা (বিকারি), অমসুং ওমথৈ নাইবা (পরিচ্ছিন্ন), অদুগা ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা আত্মা হায়বসিনা অথঙবা (চৈতন্য), তৌদবা (অকর্ত্তা) হোংদবা (নির্বিকার) ওমথৈ নাইদবা (অপরিচ্ছিন্ন) নি হায়বা খঙলবা অমসুং প্রকৃতি, অবিদ্যা নত্রগা অব্যক্ত হায়বা পোৎচঙগী মরম ওইবশিং অসিগী অরৈবা মশক হায়বদু লৈতবনি হায়না খঙলবা—মখোয়শিং অদুনা অথোইবা (খুভমদা) ফংই। আত্মজ্ঞান ফংবনা মরম ওইদুনা মখোয়না মায়া, অবিদ্যা নত্রগা অজ্ঞান (ভূতপ্রকৃতি) অসিগী প্রভাব অমসুং খুদুম চনবা অসিদগী মপুং ফানা নানথোকপা ফংই। মখোয়না অমুক হন্না হকচাংশিংবু ওইরক্তে। মখোয়না অমুক পোক্লক্তে। মখোয়না কৈবল্য মোক্ষ ফংই।

সাংখ্য তত্বগী মতুংইন্না পুনশিনবা অমসুং নাম্থোকপা হায়বসি আত্মাগী নত্তে মরমদি মহাক অসি অসঙ্গ (শম্নবা লৈতবা) নি, অমসুং তৌদবা (অকর্ত্তা) নি অমসুং চাদবা (অভোক্তা) নি অমসুং (নিরবয়ব) কায়াৎ লৈতবা মশক্নি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না প্রকৃতিগা তিন্নরুবা মরমদগী অধ্যাসনা মরম ওইদুনা অতৌবা ওইবগুম্না তৌই। অবিদ্যা অসি আত্মাগা লোয়ননা তিংহনা লৈবা প্রকৃতি অসি লানথোকই। অদুগী মতুংদা মহাক্না পুরুষগী মমাঙদা শান্নবা নত্রগা জগোয় শাবা পুম্বদু থাদোকই। মহাক্না মহাকী মখোয় পুম্বদু ফজনা, পুরুষনা চাননবগীদমক (ভোগ) অমসুং পুরুষবু নাম্থোকননবগীদমক (অপবর্গ) পাঙথোক্লে। মরম অসিনা সাংখ্যনা কায় মাদুদি পুনশিনবা অমসুং নাম্থোকপা হায়বসি প্রকৃতিতগী অইবা (অবস্থা) মওংনি। প্রকৃতি অমসুং মাগী বিকারশিংদগী আত্মাবু নাম্থোকহনলে হায়না অর্থ তৌবা খরসু য়াওই।

অধ্যায় অসিগী মমিং প্রকৃতি-পুরুষবিভাগ যোগসু কৌনৈ। অসুম্না কৃষ্ণার্জুনগী মরক্তা য়ারী-রাতাই ওইবা যোগশাস্ত্র লৌইবা নাইবনি বিজ্ঞান মতিক মগুন চাউন্নবা ভগবদ্গীতাগী উপনিষদ হায়বা তন্নাছমক্তোই গুবা তাঙ্কক অসিদা লোইরে। মমিংদি :- ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ খেন্নবগী যোগ হায়না কৌই। ক্ষেত্রজ্ঞ অমসুং লৌবুকপু খঙবা, অনিগী খেন্নবগী যোগনি।

